ꯁꯥꯏ ꯕꯥꯕꯥꯒꯤ ꯑꯉꯀꯄꯥ-ꯅꯨꯡꯁꯤꯔꯕ ꯊꯧꯖꯥꯜ ꯈꯔꯗꯪ

# সাই বাবাগী

# অঙকপা-নুংশিরবা থৌজাল খরদং




হন্দোকচরিবশিং:

ডাঃ জিঃ ইবেমহল দেবী

ডাঃ এঃ সুর্য্যলাল শর্ম্মা

**Sai Babagee Angakpa-Nungshiraba Thoujal Kharadang**

*Translated by:* *Dr G. Ibemhal and Dr A Surjyalal Sharma*
*Published by:* *Sri Sathya Sai Books and Publication Trust*
*Manipur-795001*



রিভাইস ইডিসন : ২০১০

কোপী মশীঙ : ৫০০

মমল : লুপা ৮০/

ফোঙজবা : শ্রী সত্য সাই বুক্স এণ্ড
মণিপুর-৭৯৫০০১

ফংফম : সাই সেন্টর, কৈশাম্পাৎ,
ইম্ফাল-৭৯৫০০১



নম্ফম : সী টি অফসেট প্রিন্টিং প্রেস, বাবুপাড়া ইম্ফাল-১(মণিপুর)

# ৱাহৈ খরদং

ভগবান শ্রী সত্য সাই বাবাগী মরমদা ভক্তশিংনা মানা-মানা থেংনজরুবা অঙকপা থৌদোক কয়া-কয়া লাইরিক ওইনা ইথোক্লুনা শ্রী সত্য সাই সাধনা ট্রষ্ট, পব্লিকেসন ডিভিজনগী প্রশান্তি নিলয়মদা লৈবা বুক ষ্টোলদা মশিং লাকঙমদ্রবা লাইরিক কযা ইংলিস, হিন্দি, রুসিযা, নচিংবা লোল কয়ামুক্তা থেংনবীগনি। হায়বিবা লাইরিকশিং অদুগী মনুংদগী হন্দোকপীরিবনা ময়ামগা তামিন্নবদা, খঙমিন্নবদা কান্নগদবা থৌদোক মচা-মচাশিং মণিপুরিদা হন্দোকপীবনি। হায়নবা লৈ ঈশ্বরগী ৱাবিদি তাবগী পেনবা নাইদে মতম পুম্নমক্তা নুংঙাইদুনতা লৈবনি। লাইবিক অসি পাবা মতমদা পাবিরীবা খুদিংগী থম্মোযনা শুকশোই-শোইদনা নুংঙাইবা অমদি নুংশিবগী ঈপাক্তা তাওগনি অমদি ঈশ্বনা মীওইববু কয়া যাম্না নুংশিবীবগে হায়বদু খঙবীগনি।

লাইরিক অসি ইংশোক ২০০৪ দা অহানবা ওইনা অইবনা লন্নাই ওইনা ফোংথ্রবনি। হৌজিক্তি মণিপুবদশু শ্রী সত্য সাই ওর্গনাইজেসন, মণিপুর ষ্টেটকী মখাদা শ্রীসত্য সাই বুক্স এণ্ড পব্লিকেসন ট্রষ্ট লৈরবনিনা লাইবিক অসি অনিরকশুবা ওইনা ফোংজবনি।

জয় শ্রী সাই ৱাম

ইম্ফাল

তাং ৬।৫।২০১০ ইং

**এসঃ চন্দ্রকান্ত সিংহ**

কনভেনর

শ্রী সত্য সাই বুক্স এন্দ পব্লিকেসন ট্রষ্ট

মণিপুর-৭৯৫০০১

# ৱাহৈ অমা অনীদং

ভগবান শ্রীবাবাবু খুরুমজরি,

ঐহাক্না ভগবান বাবা নীংবা হৌজখিবগী ৱাফমসি ইবুংঙো মহাক্কী থৌজালনি হায়জনিংই। পোকপদগী হকচাংগী নুংঙাইতবা খরা লৈরকপা অদু ১৯৯০ দা ডাঃ মাওদা চেক তৌরুবদা A.S.D. (Atrial Septal Defect) হার্ততা অহোবা লৈবনি হায়বা খঙলকখি। হার্ত ওপরেসন তৌবা (অহোবা মেনবা নত্রগা শিনবা) দরকার ওইখি। মতাঙ অসিদা ইচানুপী অহল গোবিন্দপিয়ারি দেবী কমপিটিসন টেষ্টতা মায় পাক্লুনা জুলাই ১৫ দা (জয়পুরদা) সেসন হৌগদবগী চৎননবা ঙাইরিঙৈ মে তাং ১৫ দা ভাইরেল এনসেফেলাইটিষ্ট তৌরক্লুনা নীংবা য়াম্না কায়খি। থা তরেৎ হোস্পিটালদা লৈ। খরা ফরকপা মতমদদি মহাক্কী অশোকপা অদু ব্রেন য়ৌখি। গৌহাটি অমদি এ:আই:আই:এম:এস, নিউ দিল্লিদা চত্তুনা য়েংবা হোৎনখি অদুবু কান্নখিদে। তাঞ্জা অসিদা ঐগী মরুপ ওজা সুমতিনা তাকপীরকপদগী মাইগৈদা চঙজরকখি। ২০০০ ইংদা ইচানুপী অনাবী পুদুনা ভগবানগী থৌজাল নিবা চৎচৈ। থৌজাল ফংজরকখি অদুবু ব্রেন শোকখ্রবা পুরা নোর্মেল ওইবদি য়াররোইদবা ইচাদু অৱা-অনা কোকপিরগে মতাগুম তাং ২৫।০৩।২০০১ ইংদা, ইবুংঙো মহাক্না লৌশিনবীখি। ঐখোয়বু ঈশ্বরগী চরন্দা চিংশিনবা মহাক্কু ঐখোয়গী গুরুনি হায়, ইচাগী অনাবদুনা ঐবু ভগবানগী মনাক্তা পুবিদুনা ভগবানবু ফংহনবিরম্বা ইচাদু মপোক কয়া লোইনরক্লবা ঐগী গুরু ওইরমগনি খঙেঁ। তঙাইফরক্তবনা ইচানুপা ডাঃ সুর্য্যালালগা লোয়ননা শ্রীবাবাগী হোস্পিটালদা লায়েংবা চৎলি। স্বর্গগুম নীংথিজবা মফমদুদা লায়েংবা

ফংজবা ঐ শোয়দনা কান্নবা ফংগনি নীংখি। ২০০৩ ইংদা চেক্কপ তৌবা অমুক চৎচৈ নুংশি নুংশিরবা থৌজাল-কৃপা কয়া ফংজরকই। খঙ হৈরবা ডাক্তরশিংদুনা ইকো-নচিংবা য়েংবা লোইরবা মতুংদা ঐবু লাইবক ফবিনি, ঐগী ফিভম য়াম্না ফগৎলে ওপরেসন দরকার লৈত্রে তাকপিরকখি। ঐ নুংঙাইজবগী ঙমখৈ লৈখিদে।

অৱা নুংঙাই য়ান্নবা পুন্সিদা ঐগী নুংঙাইবা কুইনা লৈখিদে। ২০০৩ ইং ওক্তোবর থাদা নুমিৎ ১৫ খক খন্নরগা ইনেমবোক অমদি ইনাওনুপা লৈখিদে। ঐ য়াম্না ৱাখি। ভগবান্দা থৱায় হকচাং য়াওনা খুরুমজখি। মণিপুর তম্পাক শিনবা থুংনা সাই নাম য়েনবিরিবা সার দেবেন্না “ওজা ইবেমহল, শ্রীভগবান্না নীংথিরবা কৃপা অমা পীরবনি। নুংশিরবা, অঙকপনা থল্লবা অনাবা কয়া-কয়া ভগবান্না ফহনবিখ্রিবা ৱারী কয়া অসি ইমোলোন্দা হন্দোক্তুনা মীপুম থুংনা য়েনবিরো। মসিনা ওজাগী সাই সেবাগী শরুক ওইবিরো” তাকপিখি। ঐ মিকপ থোকখি শ্রীভগবানগী সেবা হৌজরকখি। য়াম্না শোল্লুরবা ঐ অসে ঙসিদি সাই সেবাদা মাইগৈ থুংনা লাপ্ল-লাপ্লবা মফম কয়াদা চেঞ্জরি, ইবুংঙো মহাক্কী সেবা তৌজবা ঙমহনবিরি।

হৈরে, খঙলে হায়দুনা তৌজবা নত্তে। ৱারীশিং অসি থেংনরুবদা ঐনা ফংজখিবা নুংঙাইবা, কান্নবা কয়া অদুবু ইরমদম অসিগী মীওইশিংদা য়ৌহঞ্জনিংদুনা পুথোকচবনি। অরান-অশোয় য়াওরবসু ঙাকপিনবা খুরুমজরি।

**জয় সাই রাম।**

**ডাঃ জিঃ ইবেমহল দেবী**
ক্বাকৈথেল, ইম্ফাল

## ব্রাহৈ অমা অনীদং

ভগবানগী চরন্দা ভক্তি কচ্চরি,

বাবাগী কৃপাদগী ঐনা অসুম পাবদা থেংনজরুবা বাবাগী অঙকপা ব্রারীশিং অসি মণিপুরিদা হন্দোকচবা অসি বাবাগী থৌজাল য়াওদনা ওইবা ঙম্লোই। ঐনা পাজরুবা ব্রারী খর অসি ঐহাক্না মণিপুরগী মীয়ামদা য়ৌহন্নিংবদগী মণিপুরিদা হন্দোকচখিবনি মসিগী থবক অসিদি বাবাগী পাক্লবা সমুদ্রদগী ঈশিং খুজোক অমখক্কী পাংখকনি। হৈত-হৈত হন্দোকচবা অসিদা অশোয়-অঙাম অরান অহুই কয়া য়াওরবসু বাবাগী চরন্দা কৎচরবনি খন্না ঙাকপীয়ু।

*ঐগী অহানবা প্রশান্তিগী খোঙচৎ অদু ঐগী ইমাগা লোয়ননা* ইমাগী হার্টকী অনাবা লায়েংনবগীদমক বেঙ্গলোরগী হ্বাইট ফিল্ডদা লৈবা শ্রী সত্য সাই ইন্সটিট্যুত ওফ হায়ার মেডিকেল সাইন্সতা চৎপদা প্রশান্তি য়ৌজরকপনি। অনাবা অদু য়েংলবা মতুংদা ঐখোয় পুত্তপার্তিগীদমক বস তোংদুনা চৎলি। পুত্তপার্তিদা নুমিৎ ১০ নি লৈদুনা স্বামীগী দর্শন মরাং কায়না নুংঙাইনা ফংজরকই। ঐখোয় প্রশান্তি য়ৌরবা মতুং নুমিৎ নীনিশুবদা অয়ুক্কী দর্শন লোইরগা বাবানা মহাক্কী মন্দির মনুংদগী লেঙথোকপীখ্রবা মতুংদা মী খরা পরেং শানা লেপ্তুনা লৈবা উবদগী ঐসু চঙশিন্দুনা লেপ্লমই অদুবু মন্দির মনুংদা পরেং শানা অসুম চঙশিল্লকপদা থোং য়ৌরমদাইদা ভারতমচাশিং চঙবা য়াদে হায়না ঐগী মমাংগী নুপা অমা চঙহনখিদে। অদুদগী ঐসু মায় লৈথোক্তুনা থোক্লক্কে তৌবদা অদোমদি চঙবীবা য়াগনি হায়বদগী চঙদুনা বাবাগী মন্দির মনুং চঙবা ফংজখি। তশেংনমক স্বামীনা মনাইবু মন্দিব মনুংদা কৌশিনবীবনি হায়না

ঐনা খঞ্জখি। ঐ নুংঙাইবনা হায়ফম তৌফম খঙখিদে। ঐনা ভারত মচাশিং চঙবা য়াদ্রিবদু করিগীনো হায়জরুবদা ভারত মচাশিং অমসুং মপান লমগী মীওই চঙহনবগী মতম তোংঙান-তোংঙাল্লি হায়রকখি অদুদগী ঐনা বাবাগী মন্দির মনুংদা চঙদুনা ভজন শকপা অদু য়াওবা ফংহনবীয়ু হায়না নিজখি অমসুং মদু ঐনা নুমিৎ নীনি লৈরগা ফংজখি। মন্দির মনুংদা বাবাগী মমাংদা ফমদুনা ভজন শকপা য়াওবা মতম অদুদা ঐহাক্কী ইশাদা অৱা-অনা নুংঙাইতা ৱাখল অমত্তা য়াওদনা য়াম্না নুংঙাইবা অমা ফাওরকখি। অদুগী মতুংদা অদুগুম্বা নুংঙাইবা তাঞ্জা অদু অমুক্কসু ফংজখি। স্বর্গদা লৈরিবা ঈশ্বর অদু ইমিৎমক্না উজরবনি খনবদা নুমিৎ অদু ঐহাক্না পুন্সিগী খ্বাইদগী নুংঙাইবা নুমিৎ ওইজখি।

স্বামীগী মন্দিরদা স্বামীনা অয়ুক্কী অমদি নুংথিলগী মীয়ামদা দর্শন পীনবীবা অদু নুমিৎ ১০ নি চূপ্না পেন্না য়েংজবগা লোয়নননা ঐনা অয়ুক্কী অমদি নুংথিলগী দর্শন ফংজরগা স্বামীনা মন্দির মনুংদা লেঙশিনবীখিবা মতম অদুদসু ঐদি করিমতা চখোক্তনা মন্দিরদা লেঙদনা ফমদুনা স্বামীনা মরক-মরক্তা লেঙথোরকপা অদু য়েংদুনা লৈজরম্মী। ঐনা মন্দির অদুদা লেঙদনা ফম্বা অদুদা সাই বাবা, মেন ওফ মিরাকল্স হায়বা হোৱার্দ মর্ফেটনা ইবা লাইরিক অদু মকোক্তগী লোয়বা ফাওবা পাজরকই। অর্থ হন্দোকচরিবা অসিসু স্বামীনা মাগী মন্দিরদা পাখিবশিং অদু অর্থ হন্দোক্তুনা মণিপুর মীয়ামদা খঙহল্লু হায়বগী ৱাখললোন অসি ঐগী নুংদা তাকপীবনি হায়না খঞ্জে।

অনাবা য়েংবা চৎলিবা ইমাদু মহাক অনাবনি হায়বসি কাওথোকখ্রে নুমিৎ খুদিংগী পূং অহুমদা হৌগত্তুনা ওঁ কার লাওবা দর্শন লাইনগী অহিং হৌগত্তুনা চৎখি। ঐবুসু ইমানা তূমদুনা লৈথোকই অসুক তাঙনা লাক্লিবা অসি থৱায় য়াওনা স্বামীগী দর্শন অসি ইশানা খঙনা চত্তে হায়দুনা ঙাঙই। অসুম্না ঐখোয় নুমিৎ ১০ নি লৈরকপা অদু কেম্পসকী ৱাংমদা করিমত্তা চৎলক্লবনিনা প্রশান্তিগী মপান্দা লৈরিবা

অকোয়বগী মওং মতৌ ঐখোয় সুকখঙ খঙলক্তে। মসিনা ঐহাক্না পুত্তপার্তি চৎলুবগী শন্নপ্পা ৱারীনি।

ঐনা হন্দোকচরিবশিং অসি পাবীরগা অদোমসু বাবাগী অঙকপা থৌজালশিং অসি খঙমিন্নসি। অসুম্না হন্দোকচরিবা অসি লেপ্পুনা তৌবা ঙমহন্‌বীয়ু হায়না বাবাদগী থৌজাল নিজরি।

ওঁ সাই রাম

**ডাঃ এঃ সূর্য্যলাল শর্ম্মা**
প্লাসটিক সরজরি, রিমস হোস্পিটাল

# য়াওরিবশিং

## অহানবা শরুক

## অহানবা শরুক

# সত্য সাই বাবা ঐবু লমজিংবীয়ু

(ডাঃ প্রেমা ভত্ত, হেড মাইক্রোবাইওলোজিষ্ট)

ডাক্তর প্রেমা ভত্ত সিঃ এমঃ সিঃ ভেলোরগীময়াম্না শকখঙনরবা য়াম্না মগুণ লৈরবী ডাক্তর অমনি। মহাক্না মথংদা অমুক সেন্ট জোন্স মেডিকেল কলেজ, বেঙ্গলোরদা মতম খর অমুক থবক তৌরম্মী। মতুংদা ভগবান বাবাগী চরন্দা চঙজখি। হৌজিক হৌজিক্না বাবাগী হোস্পিটালদা মাইক্রোবাইওলোজী-গী মকোক ওইরিবী ডাক্তরনি। মাগী নুপাসু সিঃ এমঃ সিঃ ভেলোরদা মতম কুইনা সর্জন ওইরমই মতুংদা সেন্ট ফিলোমিনাস হোস্পিটালদা থবক তৌখিবা সর্জরিগী অফাওবা ডাক্তর অমনি। হায়রিবা অসুক য়াম্না মমিং লৈরবা ডাঃ মপু মনাইনা বাবাবু ঈশ্বরনি হায়বসি করম্না থাজরকখিবগে অদুগা ডাক্তরনা য়েংবা ঙমদবা অনাবা কয়াবু করম্না ফহনবীখিবগে হায়বসিগী মতাংদা ময়ামগী মফমদা ইদুনা ফোঙদোকচরি।

অহানবদা ডাক্তর প্রেমা ভত্তগী ৱারী অসি ময়ামগা তামিন্নরসি। মীনা তোয়না ঙাংনবা মিরাকলস, দিভাইন ইনকাউন্টর, দিভাইন সংকলপ হায়বশিং অসি য়াম্না তোয়না তারে। ডাঃ প্রেমা ভত্তনা ঈশ্বরবুদি য়াম্না থাজৈ অদুবু দিভিনিতিগী কন্সেপসিদি মঙোন্দা কয়া লৈতে। মহাক্না ঈশ্বরবুদি য়াম্না থাজবগা লোয়ননা সংসারগী অফবা থবক

কয়া অসি ঈশ্বরনা তৌরিবনি অদুগা ঈশ্বরদা থাজবা হায়বসিনা লেঙবা ঙমদ্রবা চীংজাও কয়াবুসু লেঙহল্লি হায়বগী থাজবগী ব্রাখল অসিসু মঙোন্দা লৈরম্মী।

মহাক্কী পুন্সি অসি খমথেংনা বাবা অমদি নুংঙাইবা কয়ানা থনবা পুন্সিনি। হায়রিবা ব্রারবা থৌদোক কয়াশিংগী মরক্তগী শিনিংচিত্তা হিংহৌবা কয়ানি। অদুবু অশিবগী খয়াত্তগী ভগবান বাবানা মুনবিহৌদুনা ঙসি মহাক্না হিংলিবা অসিনি। মহাক্না মহাক্কী ডাক্তরগী শিনফম অসিদা য়াম্না পেন্না মানা তৌনিংবা চাংয়েং কয়া তৌদুনা মদু কয়াদু মায়পাকপা থবক কয়া ওইরকপা, লোয়ননা ঙসিদি য়াম্না চম্লবী, সন্যাসী অমগুম্না মপুন্সি লেল্লি। মানা করিগীদমক্তা মাগী পুন্সিদা অসুক য়াম্না শাথিরবা, শিবা য়াবা অনাবা কয়া অসি নাখ্রিবনো হায়বসি মহাক হৌজিক্তদা ভাব তাজরকই হায়জরম্মী। মসি পূম্নমক ভগবান বাবানা শীনবিথা ঙাক্তনি মসিনা অরোইবদা বাবানা মাগী খুয়া থন্বালদা চঙজফম পীবিদুনা সাই হোস্পিটালদা ডাক্তর অমা ওইনা লৈজনবগী খুদোং চাবা অদু পীবিনবনি হায়জৈ। হায়রিবা সাই বাবাগী হোস্পিটাল অসি পৃথিবীদা লৈরিবা হোস্পিটাল অমত্তনা মতৌ তস্বা ঙম্লরোইদবা অদুগুম্বা ঈশ্বরগী মতিক মগুণ লৈরবা হোস্পিটাল অমদা মানা চঙজফম ফংজবা অসিমক ডিভাইন সংকল্পনি হায়না মহাক্না খঞ্জে।

মাগী মশাদা থেংনখ্রবা খাঙবা ঙমদবা, করি তৌসিগে খঙদবা অব্রাবা কয়া ইথোকচরিবা অসি হাঙলবা পূক্লিংগী অর্থ য়াওদনা পঙই ইশিনবনি, পংঙাং ঙাংবনি হায়না খনবীগনু। মানা ময়ামগী মফমদা ব্রারী নুংঙাইনবা পঙই ইশিনবা নত্তে। তশেংনা মানা মশাদা থোকখ্রবা থৌদোক কয়া কয়া অসি উশিন্নদনা লৈরবদি পাপ লংশিনজদুনা, লম্মন তোনশিনজবা তারগনি খনবদগী ময়ামগী মফমদা মানা ব্রারী অসি ইথোকচরিবনি।

শোক ১৯৭৮ গী ওক্তোবর থাদা নোংমা ডাক্তর প্রেমা ভত্তনা দিল্লিদা লৈবা আইঃ সিঃ এমঃ আরঃ দা মিটিং অমা য়াওরুরগা বেঙ্গলোরদা হল্লকপদা লায়হৌ তৌরক্লম্মী। মানা সেন্ট জোন্স মেডিকেল কলেজদা অরুবা চাংয়েং অমা তৌরম্মী মদুদি মীওইবদা মেলেরিয়া থোকহল্লিবা মহিক অসি লেবোরেটরীদা কলচর তৌদুনা মহিক অসিবু হৌহনবনি। হায়রিবা চাংয়েং অসি অসুক্কী মতিক মরু ওইবা অমদি অথুবা ওইরম্মী মরমদি মেলেরিয়ানা লৈবাক অসিদা অকিবগী মশক ফংনা মী শিনরক্লম্মী। অদুনা মহিক অসি মীওইবগী হকচাংগী মপান্দা হায়রিবা খুৎশেমনা লেবোরেটরীদা হৌহনবা হায়বসিমক তৌদবা য়াদবা য়াম্না মরু ওইবা চাংয়েংনি অমদি চাংয়েং অদুনা মায় পাক্লবদি য়াম্নসু নুংঙাইবা অমা ওইরগনি। অদুবু মীওইবগী হকচাংগী মপান্দা মহিক হৌহনবা অসিমক অরায়বা থবক্তি নত্তে। মসি ইউঃ এসঃ এঃ দগী লাকপা প্রোফেসার উইলিয়ম ফ্রেগরগী লমজিং মখাদা ভারতকী মাইক্রোবাইওলোজিষ্ট কয়াগা লোয়ননা তৌবা চাংয়েং অমনি। মসিদা ডাক্তর প্রেমা ভত্তসু ভারতকী মাইক্রোবাইওলোজিষ্ট অমা ওইনা য়াওরম্মী। মসি মায় পাকপা ওইথোকপা হায়বসি ঈশ্বরগী থৌজাল নত্তনদি ওইথোক্তে।

লেবোরেটরী অদুদা মহাক কন্না লায়হৌ তৌরক্লম্মী। মহাক মতোমতা য়াম্না অকিবা অমা ফাওরক্লম্মী। মহাক্কী থাজবা পূম্নমক মাঙখ্রে মহাকপু লায়হৌ কন্না তৌরে হায়দুনা ময়ুমদা পুরক্লম্মী। মাগী লায়হৌ অদু মখারোমদগী মথক্লোমদা অসুম অসুম হায়গৎলক্লম্মী। বেঙ্গলোরগুম্না অচৌবা সহর অমদা অখণ্ড অহৈ ডাক্তরনা পীক থন্না লৈবা মফম অমদদি করিস্ লৈবা থবক নত্তে হায়না মহাক মতোমতা অমুক খনজরম্মী। জেনরেল ফিজিসিয়ান অমনে, নিউরোলোজিষ্ট অমনে ডাক্তর অনীমকসিনা মাবু লায়েংলম্মী।

ঈ টেষ্ট তৌবগী রিপোর্ট অদু হায়নিংঙাই লৈতনা পাখৎনিংঙাই ওইরম্মী। হ্বাইট ব্লদ কাউন্ট অদু ২,০০০/এমঃ এমঃ ইঃ দা হায়থরম্মী। মাইক্রোবাইওলোজিকেল ইনভেসটিগেসনশিং অদুনা নোর্মেল ওইরম্মী। মদুনা য়াম্না থুনা করিগুম্বা অমা হেক্তা থোকপা য়াবগী খুদোংথিবা অদু লৈরম্মী। লায়হৌ অদু অসুম অসুম লেপ্পুনা তৌরম্মী। ইখঙ খঙহৌদনা মাগী হকচাংগী শরুকশিং অদু লেঙবা ঙমশিল্লক্তে। এসেন্দিং পেরালাইসিস হৌরক্লে হায়দুনা নিউরোলোজিস্ট অদুনা কনফর্ম তৌরম্মী। মাগী পূক্লিংদা খল্লিবশিং অদু মখোল থোক্লদি হায়দোক্লমদে অদুবু মাগী পূক্লিংনদি মসিনা ব্লেডর শোক্লমগদ্রা অদুগা অমুক খর কাখৎলক্লগা স্বর হোনবগী মসলশিং শোক্লমগদ্র? অসিনচিংবা কয়া খল্লম্মী।

ডাক্তরশিং অদু তৌফম খঙলমদে। মাগী অনাবগী লাইওং অদুদা মখোয়না গুইলেইন-বেরি সিন্ড্রোম (Guillain Barren Syndrome Acute idiopatithic polyneuritis) নি হায়না ডাইগনোজ তৌরম্মী। মতাং অসিদা ডাক্তরশিং অদু খুৎ থারম্মী, মখোয়সু ঈশ্বরদা হায়জ নিজবা নত্তনা উপায় লৈরমদে। অদুবু য়াম্না থাজরুদ্রবা, খল্লুদ্রবা থৌদোক অমা থোকখি।

মাগী নুপানা মমৈদা উপায় লৈত্রদুনা মরিনিশুবগী অয়ুক্তা হ্বাইট ফিল্ডদা বাবাগী লৈফমদা চেনশিনখ্রে। ভগবান বাবানা বৃন্দাবনগী অরিবা মন্দির অদুগী চংফম থোঙদা লেপ্লদুনা মাগী য়েৎথংবা খুৎ অদুনা থোঙ অদুদা পায়রদুনা পূন্নমকপু খঙবী উবীবগী মওংদা য়াম্না খৌরাংনা মাবু ঙাইবীদুনা লৈরম্বগুম উরুরে।

ঙহাক লৈরগা স্বামীনা য়াম্না নুংশিবীবা অমদি থৌজালগা লোয়ননা মাগী নুপা ডাক্তর অদুদা শোয়দনা ফগনি নুংশা থিগনু হায়না থাজবা পীবিরম্মী অদুগী মতুংদা বাবানা বিভুতি খর পুথোকপীরম্মী অদুগা লোকেত অমা, নাকল অমদা ভগবানগী মায়থোং য়াওবা অদুগা অতোপ্পা

নাকল ওঁ থাবা লুপাগী লোকেত অমা পীবিরক্লম্মী। বিভুতি অদুনা হিদাক ওইনা শিজিন্নৌ অদুগা লোকেত অদুনা মাগী মঙক্তা শিবিয়ু হায়বীরক্লম্মী। অদুগা নুমিৎ হুম্নিগী মনুংদা মহাক চৈঙাক অমা য়াওরগা হৌগৎ কাংখৎপা অমদি খর খর চৎপা ঙম্লগনি হায়বীরক্লম্মী।

ডাক্তর পূম্নমক য়াম্না আশা তৌনা ঈশ্বরদা পার্থনা তৌদুনা নুমিৎ হুম্নি অদু ৱানা ঙাইনরক্লম্মী। ডাক্তরশিং অদুনা মদুদা থাজবা অমদি য়াম্না আশা তৌদুনা থাজবা কয়া পোক্লরমদে। অদুবু অঙকপনি তম্বদা মীনা শুকথা থাজররোইদবা অমনা ভগবান বাবানা হায়বীরকপগী মতুংইন্না হুম্নি শুবা নুমিত্তগী মাগী খোঙশাশিং অদু তপ্না তপ্না লেঙ-ওৎপা য়ারক্লম্মী। অদুগী মতুংদগী মাগী এসেন্দিং পেরালাইসিস অদু তপ্না তপ্না ফগৎলক্তুনা খোঙ পুরা লেঙ-ওৎপা ঙম্লক্লম্মী। নুমিৎ খর লৈরগা মানা খোঙ হামফমগী ফক্লাং পায়র পায়রগা মপান ইপান থোকপা ঙম্লক্লম্মী।

অঙকপা থৌদোক অমদনা, চয়োল অনীগী মতুংদা ডাঃ প্রেমা ভক্ত অমসুং মাগী মপুরোইবা মখোয় অনীমক ভগবান্না ইহান হান্না ইন্টরভিয়ুগীদমক কৌশিনবীরম্মী। মদুদা ডাঃ প্রেমা ভক্তনা ইহান হান্না বাবাগা থেংনজবনি। নুমিৎ অদু মাগী পুন্সিদা য়াম্না নীংশিংনিংঙাই ওইবা অমদি য়াম্না নুংঙাইবা নুমিৎনি। মানা মাগী পুন্সিদা অসুক য়াম্না নুংঙাইবা অমদি নীংশিংনিংঙাই ওইবা থৌদোক অসি ফোঙদোক্লবা মাগী ৱাহৈ লৈজদ্রে হায়জরম্মী। স্বামীনা ইন্টরভিয়ু অদুদা মানা হান্না নাখিবা অমদি এক্সিদেন্টনচিংবা পূম্নমক খঙবীবগুম হায়বীরক্লম্মী। স্বামীনা মতম পূম্নমক্তা মাগী মনাক্তা লৈবীবগুম, মতম পূম্নমক্তা কুপ্না শেন্নবীবগুম তৌবীরে অদুনা হৌজিক মহাক মতোমতা লৈত্রে, বাবাগা অদুম লোয়নদুনা লৈরে। মসিনা মাগী অনৌবা পুন্সিগী অহানবা জ্ঞান তারকপা হায়বদু ওইরে।

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা বাবানা মঙোন্দা মপাল নাইদ্রবা থৌজাল অমমুক পীবিরে মসিনা মাবু কয়াদা লাইবক ফবি অমমুক ওইহনবিরবনো। ভগবান বাবানা হ্বাইট ফিল্ডদা লৈবা (বৃন্দাবন্দা) ছাত্রগী হোষ্টেলদা লুহোংবগী চাক্লেন অমা য়াওরনবা হায়বীরক্লম্মী। ফিদা ফজনা কুপশিল্লবা চান থক্লবদা শিজিন্ননবা কোল্লিকশিং অদু ফজনা থম্লবা তেবল অদুগী মনাক্তা থারিবা চৌক্রি অমদা মাবু ফম্লনবা বাবানা মঙোন্দা হায়বীরক্লম্মী। মসি য়াম্না থাজরুদ্রবা মপান নাইদ্রবা হায়ফম তৌফম খঙদবা নুংঙাইজবা অমা ওইনা মঙোন্দা ফাওজরম্মী। শ্রীভগবান্না মাগী নাকন্দা লেপ্পীরম্মী অদুগা ইঞ্জাং মথেলশিং অদু মশিং থীদুনা হাপ্পীরম্মী মদুনা পোৎ খুদিংমক অরেম্বদা লুখাক ওইনা পুখম অমদা লেমহন্দবা তৌবীরম্মী। মরমদি মাদি চাবদা য়াম্না পেৎপা হাওই হাওতে তৌদুনা পোৎশিংবু অরেম্বদা মাঙহনবা মীনি হায়বসি বাবানা খঙবীরম্মী। মানা পূক্লিংনা ব্রাখল তৌদুনা য়েংবদা তশেংনমক বাবাসি ঈশ্বরগী ওইবা খুৎনি হায়বসি মহাক্না তশেংনা খঙজরম্মী।

শোক ১৯৮০ গী ওক্তোবরগী তাং ৯গী অয়ুক্কী পুং ১১ তাবদা থোকখিবা থৌদোক্নি। হায়রিবা নুমিৎ অসি নেসনেল ব্রার্কসোপ অমা তৌবগী মরিনি চনবা নুমিৎনি। ব্রার্কসোপ অসি "মেলেরিয়াবু থোকহল্লিবা মহিকপু খুৎশেমগী পাম্বৈনা লেবোরেটরীদা হৌহন্দুনা চাংয়েং তৌনবগীদমক আইঃ সিঃ এমঃ আরঃ গা সেন্ট জোন্স মেডিকেল কলেজ বেঙ্গলোরগা খুৎসম্নদুনা পাঙথোকপা ভারতকী মনুংদা খ্বাইদগী চাওরবা লেমজনিংঙাই ওইরবা ব্রার্কসোপনি। ডাঃ প্রেমা ভক্তনা নুমিৎ অদুগী গেষ্ট স্পীকর অদুবু ইন্ট্রোদ্যুস তৌরম্মী অদুগা মাগী লেকচর অদু তানবগীদমক ফমথরম্মী।

খঙহৌদনা মাগী কোক্তা খঙনা নাবা অমা ফাওরক্লম্মী। মদুদগী মানা পুবা থাংবা ঙমদবা কোক চিকপা, ওনিংবা অমদি অঙানবা

মৈঙান্দা য়েংবা ঙমদবা অমা খঙফাও ফাওরক্লম্মী। মহাক ৱা ঙাঙবদা ফজনা ঙাংবা ঙমশিল্লক্লে লোয়ননা লৈয়েং ফাইজিল্লক্লপদগী মানা মাগা ফম্মিন্নরিবা ডাক্তরশিং অদুদা মাগী নুপা অদুদা পাউ খর হায়বীয়ু হায়জরম্মী। মতম অদুদা মাগী নুপা অদুদি সেন্ট ফিলোমিনাস হোস্পিটালদা অরুবা ওপরেশন অমা তৌবগী ময়াই চনশিল্লকপদা ঙায়রমই অদুনা মাগী মনাক্তা মখুৎ থাদোক্লগা থুনা লাকপা ঙল্লমদে। মাগী কোক চিকপা অদু অসুম হেনগৎলক্লম্মী। পূং ৭২ গী মতুংদা নিমহান্স হোস্পিটালদা লৈবা ডাক্তরশিংগী মত লৌরগা নিউরোসর্জন ডাঃ ভিঃ এসঃ মফম অদুদা থুনমক লাক্লম্মী। মাগী অনাবগী ৱারী অদু তারবা মতুংদা ক্লিনিকেল একজামিনেসন কয়া তৌরম্মী। ডাক্তব অদুনা হাযবম্মী অনাবা অসি ব্রেন হিমবেজনি অদুনা য়াম্না থুনা লম্বর পম্পচর (এলঃ পিঃ) তৌসি। অদুনা মাবু নিমহান্স হোস্পিটালদা থুনমক হোংদোক্লম্মী। এলঃ পিঃ অদু তৌরম্মী অদুগা সিঃ এসঃ এফঃ (কোক অমসুং স্পাইনেল কোর্দতা য়াওবা মহি) অদুগী ফাইন্দিং অদুনা মাগী লাইয়েং অদু কনফার্ম তৌরম্মী। হায়রিবা প্রোসিদুর অসিগী মতুংদগীদি মাগী কোকচিকপা অদু খরা-খরা ফরক্লম্মী।

মাগী ঈ মরিগী এক্স-রে লৌরম্মী অদুবু ময়েক শেংনা তারমদে অদুনা অমুক হন্না কেরোতিদ এনজিওগ্রাম অমুক লৌরম্মী। মাগী নুপা অদু পাখৎপনা নীক্লমই। মানা মাগী পুন্সিদা মাগী নুপা অদুনা য়াম্না পাখৎনা নিকপা অসি অমুক্তা উখিদ্রি। মাগী অনীশুবা এনজিওগ্রাম লৌরমদাইদদি মাগী নুপানা বাবাগী মনাক্তা বৃন্দাবনদা চেনখিরম্মী। ভগবান বাবানা পূন্নমক পুমখঙ খঙবীবগুম মঙোন্দা য়েংবীরক্লম্মী। বাবানা টেষ্ট পূন্নমক লোয়না তৌথোকউ হায়না মাগী নুপা অদুদা হায়রম্মী, অদুবু ব্রেনগী ওপরেসনদি তৌগনু অদুগা মতম পূন্নমক্তা স্বামীবু কাওগনু, নীংশিংদুনা লৈয়ু হায়বীরক্লম্মী।

মথংগী নুমিৎতা কেরোতিদ এনজিওগ্রাম পিকচর অদু য়েংলগা মাগী নিউরো সর্জন অদুনা ব্রেন ওপরেসন তৌদ্রবদি য়াররোই হায়রম্মী। মতাঙ অসিদা য়াম্না থাজরুদ্রবা অঙকপা অমা থোক্লম্মী। মাগী ব্রেনগী ওপরেসন তৌনবগী শম কোকথোক্লিঙৈদা নিমহান্সকী হান্না ডাইরেক্তর ওইরম্বা ডাঃ বর্মা মানা মরক মরক্তা লাকপা উরম্মী। ডাঃ বর্মানা অনীশুবা মতম অমমুক পীরক্লম্মী। মহাক্না এনজিওগ্রাম অদুদা মুন্না য়েংলম্মী অদুগা হায়রক্লম্মী মদু শোক্লুরগনু। ঈ থোক্লম্বশিং অদু ফমজিনখ্রে অদুগা হান্নগী নোরমেল ফিভমদা হনজিল্লক্লে। মাবু ওপরেসন তৌবগী দরকার লৈত্রে হ্রার্ডতা অমুক পুরো হায়রক্লম্মী। এনজিওগ্রাম অদুগী মতুংদা হায়ফম খঙদবা কমপ্লিকেসন কয়া লাকখি। শোক ১৯৮১ গী এপ্রিলদা দিল্লিগী এঃ আইঃ আইঃ এমঃ এসঃ হোস্পিটালদা সিঃ টিঃ স্কান লৌরম্মী মদুদা মাগী য়েৎথংবা মীৎ অদু শাথিনা শোক্লে হায়বসি খঙলম্মী। মদু হৌজিক ফাওবা দিফেক্ত অদুম লৈরি। অসিগুম্বা অশোয়বা অসিনা মাগী টেক্নিকেল স্কীলদা করিগুম্বা অমত্তা ফাওবা শোকহল্লমদে। মানা হৌজিক মাইক্রোস্কোপ য়েংবা মতমদা হান্নদগী হৌজিক্না হেন্না ময়েক শেংনা উরে। মাগী অদুগুম্বা অশোয়বা অদুনা খুদোংচাবরোমদা ওন্থোক্লে, মসিবু ঈশ্বরগী থৌজাল নত্তনা করি ওইগনি? অসুম্না স্বামীনা মাবু অসিগুম্বা শিবা য়াবা অনাবা অসিদগী অমুক কনবীরে।

ডাঃ প্রেমা ভত্তনা হায় "ঐনা খঙজরে মদুদি ভগবান্না ঐবু করিগীদমক্তা অসুক য়াম্না তমথিবা অনাবশিং অসিদগী কনবীরিবনো? মসিগীদমক শোয়বা য়াদবা মরম খরদি শোয়দনা লৈরমগনি।"

ভগবান্না হায়বীবা হ্রাশিং অসি কৈদৌঙৈদসু শোয়বা লৈতে। চহি ১০গী মতুংদা ভগবান্না মখোয়গী য়ুমদা লেঙবীরক্কনি হায়না

নীংশিংবীরক্লম্মী। মসি হান্নবা মখোয়দা হায়বীরকখ্রবনি অদুবু ব্রাশিং অদু ঙাক্লনবগীদমক শোয়দনা লাকপীগনি হায়না থাজে।

শোক ১৯৯০ গী জুন তাং ৮দা ভগবান্না মখোয়গী ময়ুমদা লেঙবীরক্তুনা পূম্নমকপু আশিবর্বাদ পীবিরম্মী। মহাক অসুক্কী মতিক থৌজাল হৈ, মদুদি শোক ১৯৯১ গী ফেব্রুৱারী তাং অমা ইরাই নুমিত্তা অমুক হন্না মখোয়গী ময়ুমদা লেঙবীরক্লম্মী অদুগা থৌজানবীবগা লোয়ননা আশিবর্বাদসু পীবিরম্মী।

ডাক্তর প্রেমা ভক্ত ডাক্তর ওইজরবসু শিবা য়াবা অনাবা মখল কয়ামুক্লা নারবী অদুগুম্বী নুপীনি। মহাক্কী মপুন্সিদা নাখিবা অনাবা খুদিংমক্তা ভগবান বাবানা মাবু কনবীখিবা অনাবশিং অসি মখাদা পঞ্জরি।

সিজরিয়ান ওপরেসন মরিরক, পোষ্ট সিজরিয়ান, পলমোনরী এমবোলিজম, হিষ্টরেক্তোমি, তোনশিলগী ওপরেসন, কোক্তা শোকপা, ফৈগনগী শরু তেকপা অদুগা নিংগোংগী শরু লোনশিন্নবা, জোনদিস অনীরক, দিপথেরিয়া, টিঃ বিঃ, ইস্কিমিক হার্ট দিজিজ, হায়পরতেনসন, সাইএকেটিস, গুইলেন বেরী পেরালাইসিস, ব্রেন ঈ থোকপা অসিনচিংবনি।

ভগবান সত্য সাই বাবানা মাগী য়ুমদা লেঙবীরক্লগা আশিবর্বাদ পীবিরিবা অসিনা মাবু পুত্তপার্তিগী শ্রী সত্য সাই ইন্সটিট্যুত ওফ হাইয়র মেডিকেল সাইন্স হোস্পিটালদা চিংশিনবীরক্লবা শিনবীবনি হায়বসি মানা কোন্না ভাব তাজরকই। থবক তৌরিবা খুৎ অদুনা লাই শোল্লিবা চিনবান্দগী হেন্না শেংই। দরকার ওইবা মীওইশিংদা পুং অমা থবক তৌবীবনা চহি অমা ভজন শকপদগী হেন্না ফৈ। অসিগুম্লবা ভগবানগী মমল য়াম্লবা পাউতাক কয়া অসি হৌজিক্তদা ভাব তারকই।

মহাক্না থবক তৌগদবা পুং কয়া কয়া মাগী শাথিরবা অনাবা কয়ানা অমদি সর্জিকেল ইন্তরভেন্সনশিং অসিনা মাঙহনখিবা মমল য়াম্লবা মতমশিং অসি ভগবান্না মাগী পুন্সিবু অমুক হন্না নৌনা অনৌবা পুন্সি অমদা শেমগৎপিবগা লোয়ননা স্বামীগী নুংশিবা থৌজাল কয়া ফংনবনি হায়না মহাক্না খনখি। মহাক্না ঙসি মাগী অকোয়বদা উরিবা কয়া অসি স্বামীগী নুংশিবীবনা থবক ওইনা পাঙথোকপীদুনা মহাকপু অমদি মী খুদিংমকপু নুংঙাইহল্লিবনি।

নোংমা প্রেমা ভক্তনা স্বামীদা মাগী প্রাইমারী স্কুলদা থবক মচা অমতা তৌজগে হায়জরম্মী। মানা হায়রম্মী "স্বামী ঐ লাইরিক লাইশু য়াম্না হৈজবদি নচ্চদে অদুবু ঐনা প্রাইমারী স্কুলগী অঙাংশিংবু স্কুল কাথোক কাশিন্দা শেন্নবদি হৈজগনি অদুনা স্বামী ঐবু চহি মঙাগী গ্রুপকী অঙাংশিংবু শেন্ননবা থবক মচা অমত্তদি পীবিয়ু হায়জরম্মী"। মদুদা স্বামীনা য়াম্না নুংশিনা হায়বীরক্লম্মী বাঙ্গারু নোংমা শোয়দনা স্বামীনা নঙগী মতিক চাবা থবক অমা পীবিগনি ৱাগনু।

অঙকপনি অদু য়ৌনা মতিক মগুণ লৈরবী ডাক্তর অমনা ভগবান বাবাগী মনাক্তদি নাপল পূম্নমক মাঙখিদুনা পীক্লিবা অঙাং শেন্নবগী থবক তৌজদুনা বাবাবু নুমিৎ খুদিংগী দর্শন ফংজনবা নিজরম্মী। মসিনি ঈশ্বরবু থেংনজরুবদগী নাপল কয়া থাদোক্তুনা পীক্লবা ৱাখল জ্ঞান লৈত্রিবা অঙাংগুম বাবাদা ওইনজবনা কয়ানি।

চহি কয়া হৌখ্রে ডাঃ ভক্তসু সেন্ট জোন্স মেদিকেল কলেজগী থবক্তগী পোত্থারম্মী। মানা স্বামীগী ইন্সটিট্যুততা থবক তৌবগী ৱাখল পূম্নমক থাদোকচরম্মী। অদুবু নোংমা সুকথা থাজরুদ্রবা ওইথোক্লরোইদবা, তাইবংমীনা খনবদা লাম্না ফংদ্রবা অঙকপা থৌদোক অমা থোকখ্রে। পুত্তপার্তিদা লৈরিবা বাবাগী হোস্পিটালদা

মাইক্রোবাইওলোজীগী ডিপার্টমেন্ট অমা হাংদোকপীরম্মী মদুগী হেদ ওফ ডিপার্টমেন্ট ওইনা ডাঃ ভত্তবু হাপ্পীরম্মী।

ঈশ্বরগা চাংদম্নরুবদা মীওইবগী নীংশিংবা ঙম্বগী শক্তি অসি ব্রাংলি। বাবানা হায়দোকখিবা ব্রা খুদিংমক ঙাক্লা চংলি। বাবানা ঐগীদমক্তা অসিগুম্বা মতিকচাবা থবক অসি থৌরাং তৌবীরম্মী। ঐগী নুংশিজরবা ভগবান বাবাদা ভক্তি কচ্চবগা লোয়ননা ঐগী ব্রারী অসি মতাং অসিদা লোইশিনজরগে। বাবানা মতম পুম্নমক্তা মীপুম খুদিংমকপু নুংঙাইবা পীবিবা ওইসনু। ❑

# ভগবানদি লাই ডাক্তরনি

ঐগী নুংশিজরবা ইবুংঙো সাঈ বাবানা তোঙান-তোঙানবা থৌদোক কয়াদা অসূম্না লাওথোকই "মহাক্না মাবু থাজদবা কযাগী অমদি ডাক্তর অমসুং ডাক্তবগী হিদাকপু থাজজবা মীওই কয়াগী; লাইব-অনঙ কয়াগীদমক হোস্পিটাল অমা লিংখৎলে।" মানা হায়বা অসিমসু ঐখোয়না তারি মদুদি "অনাবা ফবা হায়বসি নখোয়না থাজবগী মখা পোল্লি।"

পুমথোই থোইবা, অচুম্বা হায়বদুগী শক্তম ওইবা পুমখঙ খঙবা, শিন্থুংনা লৈবা, পূমঙম ঙম্বা হায়বদুগী শক্লোন পুরিবা সত্য সাঈ বাবানা মাগী খুবামনুংদা পৃথিবী পূম্নমকপু পুবিরিবা, মাগী অনীংবা য়াওদনা কনাগুম্বা অমতনা করিমতা তৌবা ঙমদ্রবা ঈশ্বরনা মীওইবগী থাক্তা লেঙথবীরক্তুনা পূক্লিং অমসুং হকচাংবু নারবা মীওই কয়াবু লায়য়েংনবগীদমক অনা লাইয়েংশঙ কয়া মালেম অসিদা লিংখৎপিরিবা। হোস্পিটালশিং অসিদা অনাবা কয়াবু ফহনবীরি। অনীশুবদা মীওই কয়াবু ঈশ্বরগী নাক্তা চিংশিনবীদুনা ঈশ্বরবু সেবা তৌজনবগী খুদোংচাবা পীবিবগা লোয়ননা মাবু নুংশিজবা হকথেংননা ফংহনবীরি। অহুমশুবা মাগী থৌজাল ফংবগা লোয়ননা মমৈথংদা ঐখোয় পূম্নমকপু মনাক নকচনবগী তাঞ্জা অদু পীবিরি।

হৌজিক প্রশান্তি নিলয়মদা লৈরিবা সুপর স্পেসিয়েলিটি হোস্পিটাল অসি লিংখৎত্রিঙৈগী মমাংদা শোক ১৯৫৬ দা লাইবক ফবা ভক্ত খরগী মতেংনা শুপ্নগী ফমুং নিপালখক্ত লৈবা হোস্পিটাল অমা বাবাগী লমজিং মখাদা লিংখৎখি। মদু শোক ১৯৫৬ কী ওক্টোবর থাদা শঙ্গাখি। হোস্পিটাল অদুগী থবক পূম্নমক লৈখিদ্রবা ডাক্তর বি: সিতারামায়া, এল:এম:আর:এস: তা শিন্নরম্মী। ডাক্তর অদুনা খজিক্তং হেক চিংনরকপদা বাবানা মাগী মতেং পাংবিদুনা মপূক্লিং থৌগৎপীরম্মী অদুগা বাবানা মঙোন্দা হায়বীরম্মী "নঙনা ঐগী খুৎলায় ওইরবনি।" মতম অদুদগী হৌনা ডাক্তর সিতারামায়া অমদি মাগী মতুংদা চঙলকপা ডাক্তর খরগা পূন্না বাবাগা লোয়নননা হোস্পিটাল অদু চলাইরম্মী।

অসিগুম্বা অপীকপা হোস্পিটাল অসিগী অকোয়বদা লৈরিবা প্রজা কয়া অমদি বাবাগী মনাক্তা লাকচবা ভক্ত কয়াগী লায়েংফম ওইরম্মী। মনাক নকপা অদুৱাইদা হোস্পিটাল লৈতবনা নোংমদা অনাবা ১০০-২০০ ফাওবা লায়েংলি। মতম অদুদদি ডাক্তরশিং অদুনা নুমিৎ খুদিংগী স্বামিগী মনাক্তা নোংমদা অমুক অনীরক চত্তুনা অনাবগী রিপোর্টশিং অদু বাবাদা পীখৎলম্মী। স্বামীনা য়াম্না তোয়না অনাবগী হিদাক, চানবা চিঞ্জাক্লচিংবগী মরমদা য়েংশিনবীবগা লোয়নননা অরুবা অনাবশিংবু বাবা মশামক্লা লাইয়েংবীরম্মী। বাবা মশামক্লা কিদনি ফেল ওইবা দাইবেটিস, কেন্সর, টিবিনচিংবা অরুবা লায়না কয়াবু লাইয়েংদুনা ফহনবীরম্মী। মহাক্লা লাইয়েংবদা শূপ্নতগী ৱাহৈনা, চুম্না য়েংবীবতদা, বিভূতি অমদি মালংদগী পুথোকপা হিদাক অমদি গুলি কয়াবু শেম্বীদুনা মী-মী অদুগী থাজবগী মতুংইন্না লাইয়েংবীরম্মী। অঙাং পোকপগুম্বদা য়াম্না চিংনরবদি বাবা মশামক হোস্পিটাল অদুদা চত্তুনা নত্রগা মফম অদুদা ফমদুনা ডাক্তরশিং অদুনা তৌবিবা অঙাং পোকপা অদুদা পাউতাক কয়া পীবিরম্মী।

হোস্পিটাল ডিসপেন্সরী অদুদা হৌজিক্কী মতমদা লৈরিবা হিদাক অসিগুম্না মতম অদুদদি লৈরমদে অদুনা অঙাংদা পীথক্কদবা হিদাক্কী চাং অদু অহলদসু পীথক্লম্মী। চাং অদু শুদ্রবসু অদুম ফরক্লম্মী। বাবানা হায় "নখোয়না অহলদা হিদাক্কী চাং অদু শুনা পীথক্লবদি ঐগী থৌজালগী মফমদি কদায়দা লৈগনি হায়বীরম্মী।"

স্বামীনা য়াম্না লুবা অনাবশিংবুসু অতোপ্পা অচৌবা হোস্পিটালশিংদা থারমদে অদুবু অনাবা অদুগী মরি মতানা অতোপ্পা অচৌবা হোস্পিটালদা লায়য়েংজরগে হায়রবদি মখোয়গী অপাম্বা মতুংইন্না তৌহল্লি। বাবানা অনাবা য়েংবদি অঙকপা ঈশ্বরগী লীলানি। বাবাগী হোস্পিটালগী ডাক্তরশিংনা হায় "বাবানা কন্না শাথিনা নারবা অনাবা কয়াবু মহাক মশামক্লা লাইয়েংই। য়াম্না শাথিনা নারবা, ঙৌরোক ঙৌনা তাইফেৎ তাইরবা, শিবগী খয়াত্তা তারগদৌবা অনাবশিং হায়বদি *হিমাতিমেসিস (ঈ ওবা)* অমদি *(ঈ ফায়বা)* গুম্বা অনাবা কয়াদি বাবানা ঈ সুক্কাপ কাপ্তুনা লাইয়েংবশিং অদু ঐখোয় ইমিৎমক্লা উরবনি। অনাবশিং অদু হৌজিক ফাওবা হিংলি।"

ডাক্তর অমনা স্বামীদা চিরবা কান্দা মতেংগীদমক চঙজরুবগী চৎনবী অসিনা, মহৌশানা ডাক্তর অদুদা মশানা মশাবু হেন্না থাজজবগী চাং হেনগৎলকই অমদি মহাক্লা স্বামীদা মপূং ফানা চঙজবগী পন্থুং য়ৌই। মপাম্থোংদা অপঙবগী নত্রগা অর্থ থোক্তবা থবক ওইনা উজরবসু খুদম ওইনা অরথ্রাইটিসনা নারবা মীওই অমগীদমক "চৈ অমা পায়রো অদুগা নারিবা মী অদুগী মখুউদা কল্লু অদুগা অনাবা ফগনি" হায়বফাওবদা ডাক্তরশিংনা মপূং ফানা থাজবগা লোয়ননা স্বামীগী য়াথংতবু ইনগদৌরিবনি।

বাবাগী হোস্পিটাল অদুদা লাক্লিবা অনাবগী মশীং নোংম-নোংমগী অসুম হেনগৎলক্লে অদুনা খর চাওবা হোস্পিটাল অমমুক দরকার ওইরে। মতৌ অসুম্না হৌজিক লৈরিবা জেনেরেল হোস্পিটাল অসি অমুক শারে। মসিনা শোক ১৯৮৪ গী ফেব্রুয়ারি তাং ২৯, শিবরাত্রি নুমিত্তা শঙ্গাখি। হায়রিবা হোস্পিটাল অসিদা লৈরিবা ষ্টাফশিং অদুনসু স্বামীগী মনাক্তা তত্তনা নুমিৎ খুদিংগী লাক্কুনা স্বামীগী থৌজাল নিররি। অঙাং পোকপগী ওপরেশন তৌগদবা লৈরবদি মখোয়না বাবাদা হান্না খঙহল্লক্কনি অদুগা বাবানা মাগী আশির্ব্বাদ অমদি বিভুতি অমদি প্রসাদমনচিংবা পীবিরক্কনি। ডাক্তরশিং অদুনা মখোয়না খঙলিবা হৈরিবা অদুদগী বাবানা হায়বনা হেন্না থাজরম্মী অদুগা মমৈদদি অঙাং অদু নোরমেলদা পোকখি। গাইনোকোলোজিষ্ট শিংনা ঙসি ফাওবদা ওপরেশন তৌরগা অঙাং পোক্কদবা অনাবশিং অদুগী মমিংশিং অদু মখোয়না লায়য়েংখিবগী চেশিং অদুগা পূন্না স্বামীদা মাগী আশির্ব্বাদ অমদি প্রশাদমগীদমক ওপরেশন তৌদ্রিঙৈ মমাংদা থারম্মী।

স্বামীনা অসি য়ৌনা ময়ামগীদমক অনাবা কয়াবুদি ফহনবীরি অদুবু য়াম্না ঙকপা অনাবা অমদি পীক্লিবা অঙাং অমদা থোকখি। চহি কয়া মচা পোক্রবী বাবাগী হোস্পিটালদা থবক তৌবী নুপী অমখক্তা বাবানা আশির্ব্বাদ পীবিদুনা মচানুপী অমা ফংজখি। অঙাং অসি বাবাগী য়াম্না অতাঙবা খুদোলনি। অদুবু অঙকপদি অঙাং অদুনা পোকপগী থা অনী হেক ফারকপদা মহাক ওবা অমদি ফায়বা হৌরক্লম্মী। কন্না হোৎনরবসু অনাবা অদুগী ফীভম অসি নোংম-নোংমগী ফত্তবা হেঞ্জিলক্লম্মী। অঙাং অদু সহরদা লৈবা অঙাংগী হোস্পিটাল অমদা পুনবা ফাওবা লেপ্পরুরবনি। অদুবু অঙকপদি মমা মপা অনী অদুনা ডাক্তরবুদি বাবানা হেন্না মখোয়না থাজজৈ হায়দুনা য়ারমদে। অঙাং অদুগী মখোঙ মখুৎ লোয়না পোমখৎলক্লম্মী। অসুম অসুম হেঞ্জিলক্কুনা

অঙাং অদু ইন্টরস্তিসিএল ফ্লুইদনা শিগদৌরম্মী। ডাক্তরশিং অদুনা য়াম্না নীংবা কায়বগী পাউ কয়া বাবাদা তমজরম্মী অদুগা হায়জরম্মী মসি বাবা নত্তনা উপায় অমত্তা লৈত্রে বাবানা করিগুম্বা খরদি তৌবীয়ু। বাবানা "হোয়" হায়বীরক্লম্মী। অঙাং অদুবু য়েংলিবা ডাক্তর অদুনা কাপ্লিবা গ্লুকোজ অদু লেপ্লে অদুগা পীজরিবা হিদাকশিং অদু লোয়নমক লেপ্লগা বাবাদা শিন্নদুনা থম্লে, বাবানা তশেংনমক অহিংদা মখোয় ময়াম্না তুম্লিঁঙৈদা লায়েংবীরম্লে। নোংঙাল্লকপদা ডাক্তর পূম্নমক ঙক্লুরে মরমদি অঙাং অদু খর ফগৎলম্লে। ডাক্তর পূম্নমক্লা থাদোক্লবা মতুংদা ঈশ্বরনা খোঙ থাংজিনবীখ্রে। অঙাং অদু য়াম্না থুনা ফগৎলক্লে। মসি ঈশ্বরগী অঙকপা লীলানি মসি পূম্নমক মীওইবগী খঙবগী ৱাংমদনি। পূম্নমক ঈশ্বরনা ঐখোয়গীদমক ফননবা শীনবীখ্রবা ঙাক্তনি।

মতমনা থেঙলকপগা লোয়ননা স্বামীগী মিসনদসু অহোংবা কয়া লাক্লে। স্বামীগী ৱাখলদা লৈরিবা হোস্পিটাল অমুক চাওথোক্কে খনবীখ্রমাল্লে। মহাক্লা অনৌবা হোস্পিটাল অসি সুপর স্পেসিয়েলিতি হোস্পিটাল কৌদুনা শোক ১৯৯১ গী নবেম্বর তাং ২১ দা শঙ্গারে। হৌজিক জেনেরেল হোস্পিটালদা লাকপা ফিভম খর লুবা অনাবশিং অসি সুপর স্পেসিয়েলিতি হোস্পিটালদা থারক্লে।

হৌজিক্তি বাবাবু নীংজবা কয়ানা লৈবাক খুদিংদগী লাক্লবনিনা বাবাগা ডাক্তরশিংগা নুমিৎ খুদিংগী হাকথেংননা উনদুনা অনাবগী মরমদা তান্নবগী তাঞ্জা পীবগী খুদোংচাবা অদু য়াম্না ৱাৎলে। অদু ওইরবসু মতম পূম্বদা আশির্ব্বাদতি ফংহল্লি। স্বামীনা ডাক্তরশিং অদুবু ঙল্লিবমখৈ হোৎননবা পাউতাক কয়া পীবিরম্মী অদুগা ঙমদবা কয়া অদুনা মঙোন্দা শিন্নথোকউ হায়বী। ডাক্তরশিং অদুনা লায়য়েংবা ওপরেশন তৌবা খুদিংমক্তা বাবাবু তত্তনা নীংশিংই। ডাক্তর কমলানা হায়জরম্মী ডাক্তর ঐখোয় পূম্নমক স্বামীগী করিসু লৈত্রবা খুৎলায় ওইরে অদুম

ওইনমক মীওইবগী নাপল অসি অসুক্কী মতিক মপাঙ্গল কনখ্রে "করিগুম্বা মতমদা ঐখোয়গী কোক অসি খঙহৌদনা, খল্লুদনা, ইখঙ খঙহৌদনা খঙহাই হাইগৎলকই অদুগা ঐখোয়বু পুংপঙ পঙবদা লপশিলহল্লি।"

ঐখোয়না থাজে অদুদি স্বামীনা তপ্না-তপ্না ঐখোয়বু শেমদোকপীগনি। মহাক্না ঐখোয়বু খ্বাইদগী লূম্বা কোলুদা হাপচিনবীদুনা কোলুদা চুনা চপখাইরগা অথুম্বা মহি থোক্লকপগুম ঐখোয়গী মোৎলবা থম্মোয়বু অশেংবা থম্মোয় ওন্থোকপীরি। ঐখোয়না আশা তৌরি মদুদি নোংমদি মাগী থৌজালনা শোয়দনা ঐখোয় মাগী মখুত্তা মাগী ওইবা খুৎলায় ওইদুনা ঐখোয়গী পীক্লবা পার্ট অমা লৌদুনা মাগী পেন্নবা হোৎনবা ঙমজরক্কনি। ❑

# ঈশ্বরগী ওইবা মতিক মগুণ

"ঈশ্বরনা তাইবংপানবা পূম্নমকপু ঙাক শেল্লি। অচুম্বনা ঈশ্বরবু ঙাক শেল্লি। অচুম্বা অসিমক পূকচেল চাওবা অফবা মীওইশিংনা হকচিন্না ইকাই খুম্মে। অসিগুম্বা অফবা মীশিং অসিমক অশেঙবা ঈশ্বরগী মশক্লি।"

মী অমনা মাগী পুন্সিদা এক্সপরিএন্স মখল অহুমখক থেংনৈ। অহানবদা তুমদনা মিৎ পাঙথোক্কুনা লৈবা মতমদা তৌরিবা থবক কয়া, চারিবা, থক্লিবা, চৎলিবা কয়া অনীশুবদা মিৎ পাঙনা পাঙনা মঙলান্দা তাওদুনা মোন্দ্রং শান্নদুনা পুন্সিগী হৌখ্রবা অমদি হৌজিক হৌজিক ওইরিবা অমসুং লাক্কদবা কয়াবু ভাবনা শাগত্তুনা নুংঙাইবা; অন্নাবা কপনীংবা, নুংশিবা কয়াবু খন্দুনা শান্নবা, অহুমশুবদা য়াম্না কন্না তুমথবা মতম হায়বদি পৃথিবীগী ওইবা পোৎশিং অমদি ভাবনা শাবা কয়া অসি কাওথোকখ্রদুনা নুংঙাইনা পোত্থাদুনা লৈবা মতমনি। মী অমনা অসিগুম্বা তোঙান-তোঙানবা থৌদোক কয়া অসি খেন্নবদি য়াই অদুবু মসি মীওইবগী খঙবগী ৱাংমদনি। মীওইবগী মপাম্থোংগী ওইবা ফিভম অমদি ৱাখলনা হোংখ্রবসু মী ওইবগী নুংদা য়াওরিবা ঈশ্বরগী ওইবা অফবা মগুণ অসিদি হোংবা নাইদনা মতম চুপ্পগী ওইনা মাঙদনা লৈরগদবনি। অসিগুম্বা মীওইবগী মশাদা য়াওজরিবা ঈশ্বরগী গুণ অসি মীওইবনা খঙননবা হোৎনগদবনি অদুগা মসিবু চুম্না শিজিন্নদুনা পূক্লিং ফাথনবা, শাওগত্তনবা তপথনবা হোৎনগদবনি।

মীওইবগী হকচাং হায়বসি তুংদা মায়পাকপা অমদি, মঙ্গলগী মশক ওইরবা অফবা পূম্নমক্কী তুংনফম্নি। মী খুদিংমক্তা ঈশ্বরগী ওইবা অফবা মগুণ অসি নুংদা লোত্তুনা য়াওরিবনি। মীওইবগী হকচাং অসি ৱাতোন অমগা চাংদম্নবা য়াই। ৱাগী মতাং কয়া পান্দুনা ৱাগী শিং নানবা অদুবু মরক মরক্তা তাংবোম কয়া নাইহন্দুনা ৱাগী মশক ফজবা অদুবু হস্থহল্লি। মতৌ অসুম্না মীওইবগীসু ফত্রবা গুণ তরুকখক্লা হায়বদি অপাম্বা, অশাওবা, মিহৌবা, অচান মীরাই নাইবা, নাপল, কল্লক-মিহৌবা মখোয়শিং অসিনা মীওইবগী ফত্তবগী মতাঙ মতাঙ নাইহল্লি।

নুংশিবগী শক্লোন পুরিবা মীওইবা নঙোন্দা ঈশ্বরদি য়াওজরবনি। মীওইবগী পুক্সি অসি খ্বাইদগী থাক ৱাংবা অমদি মমল য়াম্বনি হায়বসি মীওইবনা মশানা খঙবা ঙমজদে। বেদনা হায় “মীওইবগী মপোক অসি ঈশ্বরনা পীবিবা মমল য়াম্লবা তাঙলবা আশির্ব্বাদনি”। ঙসিগী মীওইবা জাতিনা খল্লি, অচৌবনা অফবদগী হেল্লি। তশেংনমক অফবা মী অমনদি ঈশ্বর অসি মী খুদিংমক্তা য়াওই হায়বসি উবা ঙম্মী। ফত্তবা মী অমনদি মশাদা য়াওজরিবা ঈশ্বরগী গুণ অদু হন্থহন্দুনা লৈখা তান্না মাঙহল্লি। অসিগুম্বা মী অসিবু ময়াম্না “রাবন” হায়না কৌনৈ।

রাবন্না মাগী ফত্তবা কয়া অদু মাগী অরোইবা পূংফম্না লাক্লবদা খঙজখি। অদুনা মহাক্না মহাক্কী শিরমদাইগী অরোইবা পূংফমদা হায়রম্মী “হে ঙসিগী মীওইবা ঐনা ঐগী নাপল তুক্কচ্চবা অমদি অশাওবনা ঐ ইশাদা নত্তনা ঐগী ইমুং মনুং শাগৈ-নাতৈ সমাজ, ঐগী ইরৈবাক পূম্নমক তুম্না মাঙহল্লে, ঐগী অসিগুম্বা অরানবা থবকশিং অসি নখোয়না কৈদৌঙৈদসু তৌরক্কনু”।

মী অমনা মাগী থম্মোয় অদু নুংশিবনা থল্লবদি মহাক্না অরুবা ফিভমদগী ফাওবা ইরায় লায়না নাম্থোকপা ঙমই। নঙগী থম্মোয়দা মীনুংশি ফাওরক্লবা মতমদুদা নঙনা ঈশ্বরগী ৱাখল মতোমতা

ফাওজরক্কনি। নঙনা ঈশ্বর অসি য়াম্না লাপ্না লৈ হায়না খল্লবদি ঈশ্বরনা নঙোন্দগী অসুম অসুম লাপথোকখ্রগনি। নঙনা ঈশ্বরবু নঙগী অশেংবা মরুপনি হায়না খনবা ঙম্লবদি ঈশ্বরনা ননাক্তা অসুম অসুম নকশিল্লক্কনি অদুদগী নখোয়নিমক অমত্তনি হায়না খনবা ঙম্লক্লগনি। ঈশ্বরনা অবাপ্পা মফমদা, লাইশঙদা অমদি তীর্থশিংদতা লৈ হায়না খনবসি অরানবা ৱাখলনি। ঐখোয়না অহানবদা ধর্ম্মগী ওইবা চৎনবীগী লাইনিং লাইশোন কয়া অসি ঈশ্বর নীংবা হৌরকপগী অহানবা খোঙথাফমনি। নঙনা লোন অমবু ইহান হান্না তম্বা হৌরকপদা মদুগী ময়েকশিং হায়বদি A,B,C,D অসিনচিংবা ময়েকশিং অসি হান্না খঙবা তাবনি। নঙনা ময়েকশিং অদু খঙলবদি মদুনা ৱাহে অমা শাজিল্লকপা ঙম্লগনি হায়বদি A,B,C,D খঙলবা মতুংদা নঙনা 'Good' হায়বা ৱাহে অসি শাজিনবা ঙম্লগনি, ৱাহে অমা খঙবা ঙম্লবদি ৱাহে পরেং অমা শেম্বা অমদি পাবা হৈরগনি। মতৌ অসুম্না মমাংঙৈদদি অশিংবা মীশিংনা ঈশ্বরগী ওইবা ৱাখল্লোন হায়বদি আধ্যাত্মিক্কী ৱাখল্লোন অসি পোকহল্লক্লবগীদমক অশেংবা মন্দির অমদি তীর্থ কয়াবু য়েংহনবগী চৎনবী লৈরি। ঐখোয়না মন্দিরশিংবু য়েংলুরিবা অসি ঈশ্বরগী ওইবা আধ্যাত্মিক্কী ময়েকশিংনি। অসিগুম্বা চৎনবীশিং অসিদা তোয়না তোয়না হৈনহল্লগা মখোয়না ইচম চমজবা মীশিং অসিদা আধ্যাত্মিক্কী ৱাখল্লোন অসি মতোমতা পোকহনজরকই। অদুবু ঐখোয়না ঈশ্বরগী ওইবা মন্ত্র কয়া থীদুনসু মদুগী নুংগী ওইবা অর্থ অদু খঙদ্রগদি করিসু কান্নবা লৈতে।

**<u>লৌথুপ লৌকোই লৈত্রবা ঈশ্বরগী অঙকপা থবকশিংঃ</u>**

আধ্যাত্মিক্কী থবক পূম্নমক য়েংবদা চম্না অমদি লায়না উজরবসু নুংগী ওইবা অর্থ লোয়না লৈ। বাবানা ঙাংলিবা ৱাশিং অসি ইচম চম্না উজরবসু নুংগী ওইবা অর্থ য়াম্না লৈ।

ঐনা মতাঙ অসিদা ঈশ্বরগী ওইবা অঙকপা থবক খরগী মরমদা পাউদমক্লগে। বাবানা পুর্ণচন্দ্র ওদিতোরিয়মদা তূম্বদা বাবাগী ঙাকশেন্নবগীদমক বাবাগী স্কুলগী ছাত্র খর অদুগা ওজা অমগী মখাদা চেকশিন্না বাবাবু শেন্নজে। নোংমদি সাইনাথ, দিলিপ্, সত্যজিৎ, পাতেল, শ্রীনিবাস হায়রিবশিং অসিনা বাবাগী অহিং তূম্বগী ঙাকশেনবগী মথৌ তারম্মী। মখোয়না বাবানা তূম্বদা য়াম্না চেকশিন্না মিকুপ নাহুম শেন্নদুনা লৈজে। অহিংদা মখোয়গা বাবাগা য়াম্না নকশিন্ননা তূম্মী। মখোয়না হায় করিগুম্বা মতমদা লৈখিদ্রবা মীশিংগী আত্মানা স্বামীগী দর্শন তৌবা অহিং অমসুং নুংথিলদা লাকপা অসি মখোয় মশানা য়াম্না তোয়না থেংনরে। চহি ৫০/৬০ গী মমাংদা লৈখিদ্রবা আত্মা ফাওবা য়াওই। মসিগী অশেংবা অমনা নোংমা স্বামীনা অয়ুক্কী ভজন লোয়রগা মহৌশাগুম মাগী কাখৎফম অদুদা কাখৎলম্মী মাগী কাখৎফম কা অদুগী মনুংদা স্বামীগী মমা ইবেম্মা ঈশ্বরাম্মা ফমদুনা লৈরম্মী। স্বামীনা করিগী লাক্লিবনো হায়না মঙোন্দা হংঙলম্মী। নহাক্না তোয়না লাক্লগা মীনা করি হায়নগনি হায়রম্মী, ঈশ্বরাম্মানা হায়রম্মী "স্বামী ঐহাক নহাক্কী নমানিনে। নঙনা মমা অমগী নুংশিববু করিগী খঙদ্রিবনো? শুপ্নগী মমাখক্তনা মচাবু নুংশিবগী প্রেম অসি খঙবা ঙম্মী। ঐদি শুপ্নতগী মমা অমনি অদুগা নঙদি পূম্নমকপু চপ মান্ননা নুংশিবা ঙম্মী। মমা অমনা ঈশ্বরগী নুংশিবা খঙবা ঙমদে অদুগা ঈশ্বর অমনসু মমাগী নুংশিবা খঙবা ঙমদে। ঐনা ঙসি নঙগী ননাক্তা লাক্লিবসি নঙোন্দা করিগুম্বা খর হায়নিংবদগী লাক্লিবনি।" স্বামীনা হায়রম্মী "ফরে অদুদি য়াম্না থুনা নঙনা হায়নীংলিবদু হায়রো ঐ য়াম্না থুরবনি"। ঈশ্বরম্মানা হায়রম্মী "স্বামী ঐনা নঙোন্দা করি হায়গদবনো খঙদ্রে নহাক্তি মতম পূম্নমক্তা হাথু হাথুনা লৈ। চানবীদুনা ঐগীদমক্তা মতম খজিক্তদি কায়থোকপীয়ু। ঙসিগী মালেম অসি য়াম্না ফত্ত্রে মকম পূম্নমক্তা ফত্তবা ৱাখল, ফত্তবা

থবক অমদি শরৌ শীন্নবনা পীক থন্না লৈরে। নহাক্না খল্লি মফম অসিদা লাক্লিবা মীশিং অসি নহাকপু নুংশিদুনা লাক্লিবনি। নহাকতি নবুক ফবনিনা পূম্নমক নহাক্কী মীয়েংদদি অফবা ঙাক্তা ওইনা উগনি। মসি পূম্নমক নঙগীদি হৌনশানি অদুবু ঐগী মীত্তদি মসি মতম পূম্নমক্তা অচুম্বা ওইদে। মী অসুক য়াম্বশিং অসিদা নহাক্না দর্শন পীবা মতমদা মীশিং অসিনা নঙোন্দা রুমাল পী। মসিমক্না ঐবু য়াম্না মীপাইহল্লি। নঙনা খ্বাইদগী থাজবা মী খক্তদগী রুমাল অদু লৌ অদুগা অতৈদগীদি লৌগনু”। স্বামীনা হায়রম্মী “নঙনা ঐঙোন্দা অসিগুম্বশিং অসি করিগী হায়রিবনো”। ঈশ্বরাম্মানা হায়রম্মী “নঙোন্দদি পূম্নমক চপ মান্নে। পূম্নমক নঙগী অঙাং ঙাক্তনি অদুম ওইনমক মী খরদি য়াম্না ফত্রে। মখোয়না নঙোন্দা পীরিবা রুমাল অদুদা হু তৈশিনগনি অদুগা রুমাল অদুনা নঙগী নমাই নমিৎ নান্থোকপদা মদুনা নয়াদকা চঙখিবা য়াই”। স্বামীনা হায়রম্মী “ফরে নঙনা হায়রিবদু ঐ লোয়না ঙাক্না চৎলগে। নঙনা পেনবীনবগীদমক ঙসিদগী ঐনা অখন্নবা মীখক্তদগী রুমাল লৌরগে।” কয়াদা নুংশিথ্রবনো মমা ওইবীগী প্রেম অসি শিথ্রবা ফাওবদা মাগী আত্মানা ঈশ্বর ওইরবা মচানুপাদা ফাওবা চেকশিন্নবা ব্রা হায়বা লাক্লিবনি। মসিনি মমা ওইবীগী অশেংবা নুংশিবগী প্রেম হায়বদু। মপোক নুমিত্তা অহানবদা মমা মপাগী সমাধিদা চত্তুনা লৈ-শু কৎপগী থবক অসি হৌজিক ফাওবা স্বামীনা তৌরি।

নুমিৎ খরসিগী মতুংদা নোংমা অহীং অমা স্বামীনা পোত্থাদুনা লৈরম্মী। অখন্নবা অঙাং খরনা স্বামীগী মনাক্তা য়াম্না নক্না তুমদুনা লৈরম্মী। নোংয়াই মতুং পুং ১ তাবদা স্বামীগী মমা ইবেম্ম ঈশ্বরম্মানা স্বামীগা উনবা লাক্লম্মী। স্বামীনা মমাবু ইরুজফম কাদা লৈরম্মু হায়না থাজিনখিরম্মী অদুগা মখোয় অনী তুমিন্না ব্রারী শাবা হৌরক্লম্মী। মমানা খোঞ্জেল হায়ফেৎ কন্না ব্রা ঙাংবদা স্বামীনা অঙাংশিং য়াম্না

নক্লা লৈ ভাগনি তপ্না ঙাওউ হায়দুনা ঈঙ্গিৎ পীরক্লম্মী। স্বামীনা হায়রম্মী "মখোয়না মীকপ থোরক্লবদি নঙনা অসিদা লাক্লম্বা অসি খঙলগনি"। মমা ইবেম্মনা হায়রম্মী অরানবা তৌবা মীনা কিগদবনি ঐদি কনাদসু অরানবা তৌখিদ্রি ঐনা কনাবু কিগদৌরিবনো? ঐনা ঙসি লাক্লিবসি অতৈ মরমগী নত্তে শুপ্নতগী নঙবু নুংশিবগীদমক্তনি"। স্বামীনা হায়রম্মী "ফরে অদুদি নঙনা মসিদা লাক্লগা হায়নীংলিবা ব্রা অদু থুনা হায়রো"। ঈশ্বরাম্মানা হায়রম্মী "স্বামী ঙরাংদি কুক্ষে নুমিৎনি মদুদা নঙনা ফৈজোম অনৌবা অমা শেৎলি। ফৈজোম অদু চেকশিন্না নীংথিনা শেৎননবগীদমক নঙনা খ্বালাক (পেটি) অমা দরকার ওই। নঙনা মখোয়না পুরক্লিবা খ্বাংলাকশিং (পেটিশিং) অদু য়াম্না কা হেন্না ফজমল্লি হায়দুনা পাম্লমদে। ঈশ্বরমানা হায়বিরিবশিং অদু অচুম্বনি স্বামীনা মাগী ফৈজোম অদু ফজনা ফাজন্ননবগীদমক মাগী মনাক্তা লৈবা অঙাংশিং অদুদা খ্বাংলাক অমা পুরক্লবা হায়খিরম্মী"। ইশ্বরম্মানা অমুক মখা তারক্লম্মী নঙনা করিগীদমক ময়ামদা খ্বাংলাক অদু হঙগদৌরিবনো? ঐনা শিরমদাইদা "নঙনা ঐঙোন্দা সনাগী লীক পরেং অমা পীখিবদু সে, সিদা লৈরে লৌশিল্লু মসিনা নঙগী খ্বাংলাক ওইনা শীজিন্নৌ হায়না পীরক্লম্মী।

তশেংনমক্লি স্বামীনা মমানা শিগদবা নোংমা ব্রাৎলিঙৈদা সনাগী লীক পরেং (chain) অমা মেতরিএলাইজ তৌবীরগা মমাগী মঙকশমদা শিবীখি, মরমদি ঈশ্বরাম্মানা অসিগুম্বা পোৎশিং অসি য়াম্না পামজখি। মথংগী নুমিত্তা ঈশ্বরাম্মানা "স্বামি স্বামি" হায়না কৌরদুনা মহাক্কী আত্মানা হকচাংবু থাদোকখি। মমানা শিরবা মতুংদা মাগী লীক অদু মানা য়াম্না পামজবনি মদু লৌথোক্লনু মদু মশাদা য়াওনা য়াওনা সংস্কার তৌবীয়ু হায়না বাবানা ময়ামদা হায়রম্মী। মানা ঙসি স্বামীদা পীরিবা লীক পরেং অসি মাগী লীক অদুমক্লি। সনাগী লীক পরেং অদু

লৌহৌরগা স্বামীনা মাবু হলহনখিরম্মী। মতম অদুমক্তা ফিজিক্স কী ওজা সাইনাথ মীকপ থোরক্লম্মী। য়াম্না তপ্না মখোল থোকহন্দনা অঙাংশিং হৌগৎলক্লম্মী। সাইনাথনা খোঞ্জেল তাখিবা অদু য়াম্না ঙক্লম্মী অদুগা শো অদুসু মাগী মনাক্তা লৈ। কনানা করম্বা মতমদা করম্না ইমুংদা চঙলক্লিবনো? য়াম্না তপ্না কিনা-কিনা অঙাংশিং অদুনা মরাল লৈরবা মীগুম্না স্বামীগী মনাক্তা চঙলক্লম্মী। মখোয় পূম্নমক তুমিন্না কিনা লেপ্লুনা লৈরম্মী। মখোয়গী মরক্তগী সত্যজিৎনা থৌনা পাঙ্গল হাপকৎলম্মী অদুগা য়াম্না তপ্না স্বামীদা হঙজরম্মী "স্বামী ঐখোয়না খোঞ্জেল খব তাবা ফংজে।" অহানবদা স্বামীনা মখোয়দা নখোয়গী নথৌ নত্তে হায়দুনা চৈবীরম্মী। অদুবু মখোয়না স্বামীবু য়াম্না চেকশিন্না ঙাক শেনবা অদুদা নুংঙাইত্রদুনা স্বামীনা মখোয়দা অশেংবা অদু তাকথোকপীরম্মী। স্বামীনা হায়রম্মী "মফম অসিদা লাক্লিবা অসি অতৈ কনাসু নত্তে হকচাং অসিগী মমানি হায়না স্বামীনা মশাদা মখুত্তুনা থিনজরম্মী। মহাক চহি ৩০ রোমগী মমাংদা লৈখিদ্রবনি। অঙাংশিং অদুনা স্বামীগী মমানা স্বামীদা পীরম্লিবা পোৎ অদু করিনো হায়না হঙজরম্মী। স্বামীনা মখোয়দা সনাগী লীক মরী অদু উৎলম্মী। মমৈথংদা স্বামীনা লীক অদু অঙাংশিং অদুগী মরক্তগী অমদা পীথোকখিরম্মী হৌজিক ফাওবা লীক অদু অঙাং অদুদা লৈরি।

**ঈশ্বরনা মতম পূম্নমক্তা মাগী ভক্তশিংবু মতেং পাংবীঃ**

থৌদোক অমখক্তা সিমলাদা লৈবী নুপী অমখক অকনবা হার্ট এতেক তৌরম্মী। মহাক্কী নুপা অদু মচানুপী অনীগা মাগী নুপীগা হুন্দোক্লম্লগা শিখিবনি। নুপী অদু মপাঙ্গলসু য়াম্না শোন্থরে অদুগা মহাক থম্মোয়গী লায়নাসু নাবনিনা মচা অনী হুন্দোক্লম্লগা মানা শিখ্রবদি মচানুপী অনী অদু কনাদা শিন্নরমগনি হায়না হেক নুংঙাইতবা ৱাখল অদু খল্লুবদা খঙহৌদনা হার্ট এতেক তৌরক্লম্মী। নোংঙাল্লমদাইগী পুং অনীরোম তারে, বাবানা মাগী হকচাং অদু হুন্দোক্লম্লগা নুপী অদু

কনবীনবগীদমক্তা সিমলা তান্না চৎখ্রে। বাবাগী হকচাং অদু লেকথরম্মী অদুগা দোম লাওনা তুথরকপগী অহৌবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা লৈমায়দা ব্রান্থদুনা তারম্মী। অঙকপনি বাবানা মাবু নীংজবা কয়াবু কনবীনবগীদমক মশাগী হকচাং পোলাং হুন্দোক্লম্লগা মাগী আত্মানা চত্তুনা অনাববু কনবীখিবা কয়া-কয়া লৈখ্রবনি। মতংক্তি মফম পূম্নমক্তা মতম অমত্তদা শক্লোন কয়া পুথোকপীদুনা মনাই কয়াবু কনবীরিবনি। অঙাংশিং অদুনা মখোল অদু তাবদা মাগী কাদা কন্না চেনশিল্লক্লম্মী। স্বামীগী হকচাংনা শুকলেঙ লেঙদনা অশীবগুম্না লৈমায়দা তাবা অদু মখোয়না উরম্মী। লৈরিবা মপাঙ্গল কল্লবা মখোয় মঙা চঙদুনা স্বামীগী কোক অদু থাঙ্গৎনবা হোৎনবদা মচি ফাওবা লেঙবা ঙম্লমদে। মখোয়না খন্নরম্মী বাবানা মাগী হকচাং থাদোক্লম্লগা মাগী মনাইশিংবু কনবা শোয়দনমক্কী চৎলম্লগনি। মখোয়না স্বামীগী মনাক্তা ফমথরম্মী অদুগা স্বামীগী আত্মানা মশা মনুংদা চঙখিবা অদু মীকুপ নাহুম শেন্নদুনা য়েংদুনা লৈরম্মী। স্বামীনা মাগী মথৌ অদু লোয়রদুনা হল্লক্লগা মাগী হকচাং মনুংদা অমুক চঙখিরম্মী। স্বামীনা জ্ঞান তারকপা অদুদা মখোয় পূম্নমক হায়ফম খঙদনা নুংঙাইজরম্মী। স্বামীগা লৈমিন্নরিবা অঙাংশিং অদুনা অসিগুম্বা থৌদোকশিং অসি য়াম্না তোয়না থেংনরম্মী।

স্বামীনা “P”। অহুম হায়বদি, Purity (অশেঙবা), (Patience) (খাঙবা কনবা), Perseverance (উইল কনবা) অহুম অসি য়াম্না মরুওইবা অমনি হায়না তাকপি। স্বামীদি অশেংবগী শক্লোন্নি মানা তৌরিবা খুদিংমক মশামক্কী নত্তে হাযবসি মফম অমত্তদসু উররোই অদুগা কনা অমতনা মাগী মশাদা অমোৎপা মচেৎ অমা ফাওবা থিবা ফংলোই। অসিগুম্না মাগী অশেংবা অসিনা পৃথিবীগী মী লীশিং কয়া স্বামীগী মনাক্তা লাক্লিবসি মখোয়বু বার্তন তৌদুনা কৌবা অমত্তা নত্তে। মাগী অশেংবা হকচাং অদুগী চিংশিনবগী শক্তিননি।

স্বামীদি খাঙবা য়াম্না কল্লি। মাগী থম্মোয়দি অমকপা য়াওদে শান্তিগী তুংনফম্নি। অদুবু করিগুম্বা মতমদা মানা শাওশিন্নে। অসিগুম্বা অসিদি লান্না চৎখ্রগদবা কয়াবু চুমথোকপীনবা অমদি ফগৎলক্কবগী অমত্তা ঙাইরবা তেকতিসনি। অসিগুম্বা তেকতিস অসি অসুক্কী মতিক দরকার ওই মরমদি মী কয়া কয়াদি ফজনা ঙাংবদা ইবুংঙো, ইবেম্মা হায়দুনা থেম্বদা অমদি পাউতাক কয়া পীবদা থৌ-ৱা শাদবা য়াওই। স্বামীনা য়াম্না ঈংনা তপ্না ফমথরো হায়বদা মখোয়না তাদে স্বামীনা খোল খর কল্লপ্লা ফমথরো হায়রবদি মখোয়না ফমথৈ।

খোঞ্জেল, খোল্লে, খোম্থোক খর শেমদোক শেমজিন তৌবা অসি য়াম্না কান্নে। করিগুম্বা মতমদা মসিনা কনাগুম্বগী থৱায় ফাওবা কনবা য়াওই। মসিগী মতাঙদা স্বামীনা খুদম অমা পীদুনা ৱারী অমা লীবীদুনা ময়ামদা শন্দোক্লা তাকপিরি।

কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা দ্রোনাচার্যগী মচানুপা অসোথমানা নোংমগী মনুংদা পাণ্ডবশিংবু তুম্না হাৎকে হায়না অকিবগী মশক ওইরবা ৱাশক অমা শকখি। দ্রৌপদিনা মসি হেক খঙবদগী কৃষ্ণগী মফমদা মপুরোইবা মঙাবু কনবীয়ু হায়জরম্মী। ঈশ্বরগী লীলা অসি অঙকপদা নত্তনা মীওইবগী খঙবগীসু ৱাংমদনি। মতাঙ অসিদা ঈশ্বরনা শান্নরিবা মাগী দ্রামা অদুগী সিনশিং অদু মাগী ভক্তশিং অদুগী য়াইফনবগীদমক অমদি কনবীনবগীদমক্তা দ্রামা অদুগী সিন অদু হোংদোকখ্রে। মতাঙ অসিদা মবুংঙো কৃষ্ণনা মনাইশিংবু কনবীনবা শরৌ শীনখ্রে। শরৌ অদু অচুম্বনা য়ুম্ফম ওইবা শরৌনি।

কৃষ্ণনা দুর্ব্বাসা মুনিগী মনাক্তা চৎলম্মী। দুর্ব্বাসা মুনিনা মবুংঙোবু উবদা হরাওবনা ঙমখৈ লৈখিদে। দুর্ব্বাসানা য়াম্না নোল্লুক্না হায়জরম্মী "জগৎকী মবুংঙোনা ননাইগী তোল্লবা আশ্রমদা করিগীদমক লেঙবীরক্লিবনো?" মবুংঙো কৃষ্ণনা মোমোন নোক্লদুনা হায়রক্লম্মী।

"ঐনা নঙোন্দা করিগুম্বা থবক মচা অমত্তা শিন্নগে হায়দুনা লাক্লিবনি"। মুনি অদু মবুংঙোগী ব্বা অদু তাবদা হায়নিংঙাই লৈতনা হরাওজরম্মী অদুগা হায়জরম্মী "জগৎকী মবুংঙোনা করম্বা থবক শেজিন্নবীগদৌরিবনো, য়াথং পীনবীয়ু ননাইনা তৌজগে"। অদুদগী কৃষ্ণনা হায়রক্লম্মী "ফরে অদুদি ঙসিগী অহিংসি নঙনা পাণ্ডবশিংগী মথ্বায় কনগদবনি"। দুর্ব্বাসা কোকচাওবী কারম্মী অদুগা হায়রম্মী" "জগৎ অসিগী জীব পূম্নমকপু ইবুংঙো নঙনা ঙাকপী শেনবীদুনা কনবীরি, অসিগুম্বা থবক অসিবু তৌগদৌরিবা ঐহাক অসিবু কনানো, ঐহাক ভাব তাজদ্রে"। কৃষ্ণনা হায়রম্মী "মসিনা অতোপ্পা ব্বাফমনি। তৌইগুম্বসুং নঙনা থবক অসি তৌবদা নঙবু ঐগী খুৎলায় ওইনা শিজিন্নগদৌরিবনি। ঐনা মওং কয়া-কয়াদা জীবশিংবু ঙাকপী শেনবীরি অদুবু হন্দক্কী মতাঙ অসিদি নঙনা ঐগী খুৎলায় ওইগদবনি। হায়রিবা থবক থৌরাং অসিদা নঙনা য়াম্না চেকশিন্না, তোপ-তোপ্পা ওইনা ঐনা য়াথং পীরকপশিং অদু চপ চানা তৌগদবনি"। দুর্ব্বাসানা করি থবক্লো খঙনিংবনা ঈখৌ লাংলম্মী অদুদগী কৃষ্ণনা মখা তারক্লম্মী "কোম অমা তৌরো অদুগা মনুংদা পাণ্ডবশিংবু লোৎহল্লো মথক্তা উপাক্লা ফোপ হাজিল্লো, মথক্তো লৈবাক অমদি নাপীশিংনা কুপশিল্লো। অসুম্না ফজনা শেল্লবা মতুংদা নঙনা মদুগী মথক্তা আসন অমা থারগা ফল্লো। পাণ্ডবকী য়েক্লবশিং লাকপা য়াই অদুগা নঙোন্দা মখোয় কদায়দা লৈখ্রে হায়না হঙলক্কনি, মখোয়না নঙোন্দা হায়রকপা য়াই অদুদি মুনিদেব নঙদি হৌখ্রবা, হৌজিক-হৌজিক ওইরিবা অমদি তুংদা ওইরক্কদবা পূম্নমক লোয়না খঙবীরিবনি পাণ্ডবশিংনা কদায়দা লোৎখিবগে তাকপীয়ু হায়রক্কনি"। মরক থৎনা দুর্ব্বাসানা হায়রক্লম্মী "জগৎকী মবুংঙো ঐ মীনম্বা ঙাংবা ঙমজরোই"। কৃষ্ণনা হায়রক্লম্মী "ঐনা নঙোন্দা মীনম্বা ঙাংউ হায়খ্রবরা? ঐ ইশামক অসি অচুম্বগী শক্লোন্নি অদুগা নঙবুসু ঐনা

মতম পূম্নমক্তা অচুম্বা ঙাংউ হায়গদৌরিবনি। অদুবু তৌরিবা থবক অদুগী অপাম্বা ফল অদু ফংনবগীদমক্তদি নঙগী খোম্মোক, খোম্লে, খোঞ্জেল অদুদি মনিং তমহন্দুনা চানবা খোম্মোক অমা নঙনা শেমজরগা থবক অদুগী মহে অদুদি ফংহনগদবনি"। দুর্ব্বাসা মুনিনা মোমোন নোক্লগা ভাব তাজরে হায়জরম্মী।

অসুম্না পূম্নমক শেম শাবা লোয়রগা দুর্ব্বাসা মুনিনা আসন অমা থারগা শেল্লিবা অদুগী মথক্তা মমিৎ উইশিন্দুনা ধ্যান তৌদুনা ফমখ্রে। পাণ্ডবশিংনা লোৎখিবগী ইকুই কুইদনা অসোথমা দুর্ব্বাসা মুনিগী মনাক্তা লাক্লে। অহানবদা আসোথমানা য়াম্না নোল্লুক্লা ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা মকোক নোন্না দুর্ব্বাসা মুনিদা খুকুমজরম্মী অদুগা কৃষ্ণনা মমাংদা হায়রক্কনি হায়বা ব্রাহ্মেদুগা চপ মান্ননা দুর্ব্বাসাদা পাণ্ডব কদায়দা লৈবগে তাকপীয়ু হায়জরম্মী। দুর্ব্বাসা মমিৎ অদু য়াম্না তপ্না পাঙথোক্লকক্লম্মী। মাগী মমিৎ অনী অদু অচাকপা মৈরিগুম্না ঙাঙলম্মী। অদুগা শাওনা ঙংলগা হায়রক্লম্মী "হোয় পাণ্ডবশিং মফম অসিদা ঐনা ফল্লিবসিগী মখাদা লৈ হায়না খোঞ্জেল কন্না শাওনা হায়রক্লম্মী। অশাওবা খোঞ্জেল নত্তনা য়াম্না করেম্নবগী খোম্মোক অমসু য়াওরম্মী। খোঞ্জেল অদু তাবদা অসোথমা কীবনা পাখৎলম্মী মরমদি মুনি অসিদি মানা খজিক্তং শাওরকপদা শাপ তৌবনা হানবনিনা। মহাক ব্রা অমত্তা ঙাংলমদনা অদুগুম্বা মফম অদুদগী কিদুনা চেনখিরম্মী। মতৌ অসুম্না পাণ্ডবশিংগী মথক্লায় কলহৌই। অবতার খুদিংমক্লা অসিগুম্বা তেকনিক অসি মতম অমদি মফমগী মতুংইন্না তৌই, স্বামীসু দরকার ওইবা মতমদা অসিগুম্বা তেকনিক অসি শিজিন্নে। ❑

# অবতারশিংগী অঙকপা মতিক মগুণ

চিনি অমদি খোইহিদগী হেন্না থুম্লবা, মাখন্দগী হেন্না হাওরবা ঈশ্বরগী মিংলেন্নি। নুংশিরবা মহাও লৈরবা ঈশ্বরগী মিংলেনবু লেপ্তুনা শোনবনা মী অদুদা ঈশ্বরগী ওইবা নুংশিরবা মহাও অদু মতোমতা ফাওজরক্কনি। অদুনা ঈশ্বরগী মিংলেনবু লেপ্তুনা শোন্নবা হোৎনসি।

**<u>উলফ মেশিংনা স্বামীগী ঈশ্বরগী শক্তি খঙজখিঃ</u>**

মীওইবনা খঙবগী ৱাংমদা লৈরবা ঈশ্বরগী ওইবা অঙকপা কয়া কয়া অসি পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা তত্তনা থোকই। অসিগুম্বা অঙকপা কয়া অসি ভারত্তদা নত্তে, ঈশ্বরবু থাজদ্রবা কমুনিষ্টকী লৈবাক রসিয়াদা ফাওবা অসিগুম্বা অঙকপা ঈশ্বরগী মতিক মগুণ কয়া থেংনৈ। উলফ মেশিং কৌবা নুপা অমা শোক ১৮৯৯ গী সেপ্টেম্বর তাং ১০ দা রসিয়াগী পোলেন্দদা পোকখি। পোকপদগী মশেক মঙাল অমা য়াওজরকই। মানা অঙাং ওইরিঙৈদগী মীনা খঙবা ঙমদবা অঙকপা লমচৎ শাজৎ কয়া মঙোন্দা লোয়নরকই। মানা চৎপদা মখুৎ হাইবগী মওং অসি ময়ামগা ইমান মান্নরমদে। মহাক মতোমতা তুম্মিন তুম্মিন্না মোমোন মোমোন নোকচরম্মী। মাগী অসিগুম্বা মফম খঙদবা অঙাওবগী মওং অসিনা মমা মপা অনীমক ৱাবনা হায়ফম তৌফম খঙলমদে। মতৌ অসুম্না চহি অমা হৌখ্রে। মথংগী চহিদদি মাগী লমচৎ

শাজৎ মওং মতৌ অসুম অসুম হেঞ্জিলক্লকুম্মী মহাক মতোমতা মুরুম মুরুম শোনবা হৌরক্লম্মী। মাগী মকোক অদুনা পুবা থাংবা ঙমদবা ৱাখল হেক খল্লকপা মতমদা মতোমতা মাগী মকোক অদু ৱেদকুম্বা অথৌবা পোৎ অমনা লেম্থুৎচরম্মী অদুগা মহাক্লা মফম খুদিংদা কোইচেন চেল্লি অদুগা মতোমতা ফাক-ফাক নোকথোক্কনি অদুগা শকউদবশিংগা ৱারী ৱাতাই শান্নগনি। তশেংনমক তাইবংগী জ্ঞান্দদি মহাক অঙাওবা অমগুম্লে। মীরোন-মীরি ইতা তাদ্রে। বাবানা উলফ মেশিংবু কনবীরগে খনপ্রমালে নোংমদি য়াম্না চাওবা চীংলেম্লবা জোন জোন লাওবা অচৌবা ফীজোলনা লৈতেংবা নুপা অমা মখোয়গী ময়ুমদা লাক্লম্মী অদুগা নুপা অদুনা মেশিংবু মনাক্তা কৌশিল্লম্মী অদুগা হায়রম্মী "নঙগী নমা নপানা নহাক অসি ঙাওরে হায়না খল্লে অদুনা মখোয়না নঙবু অঙাওবগী হোস্পিটাল অমদা থম্লগা লায়েংলগে হায়না খল্লে। নঙনা মফম অমত্তদা চৎপগী দরকার লৈতে নঙগী অসিগুম্বা আধ্যাত্মিক্কী ওইবা অঙাওবা অসিবু, মায়াগী সংসারদা লৈরিবা মখোয়না করি খঙগদৌরিবনো? অসিগুম্বা মেতরিয়েল ৱার্ল্ডদা লৈরিবা মখোয়না করি খঙগদৌরিবনো? অসিগুম্বা আধ্যাত্মিক্কী ঙাওজবা অসি মী খুদিংমক্লা ফংবা ঙম্লবদি লৈবাক পূম্নমক নুংঙাইবা চাওখৎপা ওইগদবনি। পৃথিবীগী ওইবা মহৈ তম্ফমশঙদা নঙ লাইরিক তমগনু অসিগুম্বা সংসারগী জ্ঞান শিং নঙনা নথৱাই-তারোই ঐনা ৱাহৈশিং অসি হায়গে হায়দুনা মফম অসিদা লাক্লিবনি।"

মেশিংনা হঙজরম্মী "পুপু নহাক কদায়দগী লাকপনো?" ঐ মদু নঙোন্দা কোন্না হায়গে, ঐহাক ঐনা লাকপা মফম অদুদা অমুক হল্লগে। নঙনা ঐনা হায়রিবশিং অসি কদৌঙৈদসু কাওগনু। সংসারগী লৌশিং জ্ঞান অসিদি নঙোন্দা করিসু কান্নরোই অদুনা নঙনা খর চাওরক্লগা কনামতগা তিন্নগনু মরমদি নঙনা আধ্যাত্মিক্কী সংসারদা

ঙাওরিবসি মখোয়দি করিসু খঙবা নত্তে। হৌজিক্তি ঐহাক চৎলগে হায়রম্লগা মাগী মিৎমাংদগী মাঙখ্রে। মেশিংনা কদায়দগী লাকপনো অমদি কদায়দা চৎখিবনো হায়বদু খনবদা পুমঙক ঙক্লম্মী। মানা মতোমতা অমুক খঞ্জরম্মী ঐসু ঐনা লাকপা মফম অদুদা হনগদৌরিবনি। মসি খল্লদুনা মানা মায়কৈ থুংনা চেন্দুনা নুপা অদুবু থিজরম্মী। অদুবু মহাক্না নুপা অদুবু অমুক হন্না থিবা ফংদ্রে। মেশিং চাওরক্লম্মী মহাক্কী মমা মপানা মহাকপু মফম অমত্তদসু থানিংখিদ্রে। মখোয়না মেশিং বু চখোক্তনা লেঙদনা মযুমদা লৈহল্লম্মী। শোক ১৯০১ গী ফেব্রুৱারীগী তাং ৯ দদি মাগী নুংগী ওইবা থম্মোয়দগী আধ্যাত্মিক্কী লৌশিংগী মঙাল অসি থিরগে হায়বগী ঈহৌ অমা ফাওজরক্লম্মী। মানা অহল অদুনা হায়রম্বা ৱাহৈ হায়বদি ঈশ্বরগী ওইবা জ্ঞান অদু নঙনা ফংবা ঙম্লবা হোৎনৌ হায়বদু মহাক্না নীংশিংলক্লম্মী। পৈশাশিং অদু মানা ফুরিৎখাওদা হাপচিল্লগা পাক চাওরবা পৃথিবীদা ঈশ্বরগী ওইবা জ্ঞান থিননবগীদমক মফম খুদিংদা পঙচত্তা চৎলম্মী। তশেংনমক্তি মহাকপু ঈশ্বরনা লমজিং লমতাকপীদুনা কোইপু পুবীরম্মী। মানা দেশ কয়া কয়া কোয়রুরে কনামতনা মাবু তিকেত য়াওব্রা হায়বসু হঙবীবমদে অদুগা পোৎ-চৈ লৈবগী পৈশাসু মঙোন্দা কনামতনা পীয়ু হায়রমদে। মতৌ অসুম্না মহাক্না চহি কয়া কোয়রুরে অদুদগী ভারত্তা য়ৌরক্লে। মহাক্না কুন্দাপাহদগী আনন্তপুর চৎপগী ত্রেন অদুদা তোংলম্মী। আনন্তপুর য়ৌদ্রিঙৈদা ত্রেন অদুনা ঙাইহাক্তং কম্লাপুরমদা লেপ্লম্মী। মতম অদুদা বাবাদি কম্লাপুরদা লাইরিক তমদুনা লৈরম্মী। ক্লাস্তা রমেশ, শুরেশ অনীগী মরক্তা বাবানা ফম্লম্মী। রমেশকী মপা অদু রেভিন্যু ওফিসার ওইরম্মী মখোয়গী ইমুং মনুংসু য়াম্না ইনাক কৈরাক খুল্লম্মী। নুমিৎ খুদিংগী নুমিদাংৱাইরমদা মখোয়না রেলৱে ষ্টেসন্দা খোঙনা চৎলম্মী অদুগা অধ্যাত্মিক্কী মরমদা খন্না নৈনরম্মী। মতম অদুদা কম্লাপুরমদা ত্রেন

অমা অনীদগী হেন্না চেল্লমদে। মখোয়না য়াম্না নুংঙাইনা ৱারী শানরিঙৈদা উলফ মেশিংনা ত্রেনগী থোংনাওদগী মখোয়বু উরম্মী। মানা বাবাবু হেক উবা খুদক্তা ত্রেন অদুগী থোঙ অদু হাংদোক্লগা চেল্লিবা ত্রেন অদুদগী চোংথরম্মী। মানা চোংথরকপা অদুদা মহাক প্লেটফোর্ম অদুগী লৈমায়দা শাংদ্রোং শাংনা তাদুনা লৈরে। রমেসকা সুরেশকনা মাগী মখোঙ তেক্লমগদ্রা হায়না য়াম্না ৱারম্মী। বাবানা মখোয় অনীদা হায়রম্মী "ৱাগনু মহাক ঐবু য়েংবা লাকপনি অদুগা মহাক করিমতা শোক্লম্মোই"। মেশিংনা বাবাবু মাগী মথানুংদা কোনশিঞ্জরম্মী অদুগা বাবাবু হন্না হন্না চুপ্পীরম্মী অদুগা নুংঙাইবগী পীরাং শিন্থজরম্মী। মহাক্লা হরাওবনা ঙাওদুনা জগোই শারম্মী অদুগা হায়রম্মী, "ঐ অসুক্কী মতিক নুংঙাইরে, ঐ অসুক্কী মতিক নুংঙাইরে, ঐনা নঙবু নুংশি, ঐনা নঙবু নুংশি।"

রমেশকা সুরেশকা মখোয় অনীনা তৌরিবা অদু য়েংলম্মী। মখোয় অনীদি পাখৎপনা হায়ফম তৌফম খঙলমদে। মতম অদুদদি নুপামচাশিংনা অঙৌবা জাতিবু য়াম্না কিরম্মী মরমদি মখোয়না খল্লম্মী মখোয়না নুপামচাশিংবু ফারগা লান্মীগী থবকতা চঙহনগনি অদুনা রমেশ অমদি সুরেশনা ময়ুমদা থুনমক চেনখিরম্মী অদুগা মপাদা জিপ অমা থুনমক পুরক্লবা হায়জরম্মী। রমেশকী মপানা খুদক অদুমক্তদা জীপ অমা পুদুনা লাক্লম্মী। রমেশকী মপানা বাবাবু পুখিবা অদুদা মেশিংনা রমেশকী ময়ুম তান্না তান্নরক্লম্মী অদুগা রমেশখোয়গী য়ুম মমাংদা মতম কুইনা বাবাবু ঙাইজরম্মী। মতম অদুদা বাবাবু থোংনাওদা উজবা মতমদা মহাক্লা মোমোন নোকচরম্মী অদুগা বাবাবু কৌরক্লম্মী অদুগা বাবাদা করিগুম্বা খর হায়নিংবগুম তৌরম্মী অদুবু কনামতনা বাবাবু মাগা উন্নহল্লমদে। মতম অদুদা বাবাগী ময়াম্বা সেসমা রাজুসু বাবানা তন্নিবা কন্নাপুরমদা ওজা ওইরম্মী। রমেশকী মপানা পিয়োন অমা থাদুনা বাবাবু

অঙৌবা মী অমনা পুগদবগী হোৎনরে অদুনা মযুমদা চেকশিন্না লৈননবা শিন্নখিরম্মী। মমৈথংদা মেশিং উপায় লৈত্রদুনা ত্রেন তোংদুনা মফম অদু থাদোক্লগা চৎখ্রে। মানা কল্লাপুরম থাদোক্ত্রিঙৈদা বাবানা লৈরম্বা যুম অদুদা পেন্সিলনা ইরম্মী "যুম অসিদা লৈরিবা মীশিং অসি কয়াদা মরাইবক ফরিবনো মখোয়না অঙাং ওইরিবা ঈশ্বরব্ মখোয়গী মযুমদা থমদুনা সেবা তৌবা ফংজরিবসি কয়াদা মরাইবক ফরবনো? ঐদি অসিগুম্বা লাইবক ফবা হায়বদু ওইদ্রে। অদুবু উপায়দি লৈতে করি তৌগনি।"

মেশিং রসিয়াদা অমুক হনখিরম্মী। চহি কয়াগী মতুংদা মহাক্না ভারত্তা অমুক হন্না লাক্লম্মী। মানা চুমদ্রিংনা কল্লাপুবমদা লাক্লম্মী অদুগা বাবাবু থিরম্মী অদুবু মতম অদুদদি বাবাদি হায়স্কুলগী ছাত্র রাজু ওইরমদ্রে। মীশিংনা মেশিংদা বাবাদি পুত্তপর্তি নত্রগা বেঙ্গলোরদা লৈরমগনি হায়রম্মী। অদুদগী মানা কল্লাপুরমদগী বেঙ্গলোরদা লাক্লম্মী। মানা বেঙ্গলোরদা থুংউবা মতমদদি সত্য সাঈ বাবাগী দর্শণগীদমক ঙায়নরিবা মীয়াম পূনবা অদু উরম্মী। মাসু ময়াম ঙায়নবা অদুদা য়াওশিল্লম্মী। মীয়াম মরক অদুদা মেশিংনা বাবাবু উজরম্মী অদুগা খঞ্জরম্মী "মানা চহি খরগী মমাংদা উখিবা অঙাং মচাদুমক্নি" ঈশ্বরগী ওইবা মশেক মঙালনা বাবাদা শন্দোক্তুনা কোয়শিল্লিবা অদু মেশিং মমিৎমক্না তরং তরংনা তশেং তশেংনা উজরম্মী। মহাক্না বাবাগী কালেজ Sathya Sai College অদুগী প্রিন্সিপাল নরেন্দ্রদা বাবাগী দর্শন অমুক্ত তৌজগে হায়জরম্মী অদুগা অমুকসু নরেন্দ্রদা মানা হায়রম্মী "নঙনা মাগী অশেংবা অসি উবা ঙমদ্রে বাবা অসি অশেংবা ঈশ্বরনি। নখোয়না মাগী মপান্থোংগী ওইবা মওং অসিখক্তবু উরে অদুগা মহাকপু ঈশ্বরনি হায়বসিদি নহাক খঙবা ঙমদ্রে নখোয়না মাগী মশেক মঙালশিং অসি উরবদি মহাক তশেংবা ঈশ্ববনি হায়বসি ইরায় লায়না খঙবা ঙমগনি"।

মতম অদুদদি বাবানা মাগী দর্শণ অসি নগর সঙ্কীর্ত্তন লোয়রবা মতমদদমক পীবীরম্মী। বাবানা মাগী বেলকোনী অদুদা লেপ্তুনা দর্শণ পীবা মতম অদুদা মেশিংনা মফম পূম্নমক মঙালনা পূমলং লংনা শন্দোকপা অদু মমিৎমক্লা উজরম্মী বাবাগী মশা পূম্নমক অঙৌবা মঙালনা পুমকুপ কুপশিল্লম্মী মসিনা অশেংবা শক্তিবু খঙহল্লি। মদুদা অরঙবা মঙাল নত্তনা করিসু উদ্রে। মেশিংনা মাগী অপাম্বা অদু বাবাদা ফোঙদোকচবম্মী। নুমিদাংৱাইরমদা মীটিং অমা থৌবাং তৌরম্মী। মেশিংনা বাবাবু হেক উবদা (ঐগী নুংশিথোয়রবা) নঙনা ঐগী পূম্নমক্কি হায়জরম্মী। ঐনা নঙগী খুৎলাই ওইরবনি। ঙসি ফাওবদা ঐনা অরোনবশিং অসি কনাদসু হায়দোক্লিবনি। বাবানা আধ্যাত্মিক্কী জ্ঞান পূম্নমক মেশিংদা তম্বীরম্মী। বাবানা হায়রম্মী ঈশ্বরনা পৃথিবীদা কুমথরক্লবদি মহাক মী অমগী রুপ (শকওং) লৌবনি।

**ঈশ্বরদি মীওইবগী শক্লোন পুবনি (দৈবম মানস রুপেনা)**

নুমিৎ খব লৈরগা মেশিংনা কনাদসু হায়রমদনা চৎখ্রে। কনামতনা মেশিং কদায়দা চৎখিবনো হায়বসি খঙবা ঙম্নদ্রে। নোংমদি নরেন্দ্রনা চিঠি অমা রসিয়াদগী ফংখি। চিঠি অদুদা অসুম্না ইরক্লম্মী, "নহাক ঈশ্বরগীদমক থবক তৌরিবা ওজা অমনি। নহাক অসি কয়াদা নরাইবক ফরিবনো? নহাক্না স্বামীগা মরি লৈননা থোকপা থৌদোক খুদিংমক ঐঙোন্দা পাউ পীবীদুনা খঙহনবীরকউ"।

নোংমদি নরেন্দ্রনা বাবাদা চিংনবা খর ফোঙদোকচরম্মী। বাবানা পূম্নমক তশেং তশেংনা তাকথোকপীখি। বাবানা নরেন্দ্রগা মখোয় অনীতমক কা অমদা লৈরম্মী। ইখঙ খঙহৌদনা মেশিং মফম অদুদা উরম্মী। মহাক করম্না লাকপনো হায়বসি সুকখঙ খঙহৌরমদে অদনা মহাক পুমঙক ঙক্লম্মী। মেশিংনা লাক্লগা বাবাগী দর্শণ তৌজরম্মী

অদুগা অমুক খুদক্তা মাঙখিরম্মী। মসি কনামতনা উহৌবা নত্তে অসিগুম্বশিং অসি মী পূম্নমক্তা ওইথোকপা থবকসু নত্তে। মসি ইরায় লায়না খঙবা ঙম্বসু নত্তে। ঈশ্বরগী ওইবা শক্তি হায়বসি অঙকপনি। অসিগুম্বা অঙকপ। কয়া কয়া অসি বাবাবু নীংজরুবা ভক্ত কয়াদদি য়াম্না তোয়না তোয়না উহনবীদুনা বাবাগী ঈশ্বরগী ওইবা শক্তি কয়া বাবাবু নুংশিজরুবা কয়াদা উহনবীরি। অদুগা মহাক অসি তশেংবা অবতারনি হায়বসি উৎপিরি। ❑

# ভগবান বাবাগী ঈশ্বরগী ওইবা গুণ কয়াবু থেংনজরুবদা

ভগবান শ্রী সত্য সাঈ বাবানা মীওইবগী রুপ্তা (শকওংদা) ঈশ্বর ওইনা অবতার তৌবীদুনা ঐখোয় মীওইবনা ঈশ্বর মশামকপু উবা ফংজবা, ঈশ্বরগা ৱারী ৱাতাই শান্নজবা ফংবা, ঈশ্বরনা মাগী দয়া কৃপা কয়া পীবীবগা লোয়ননা মীওইবশিংবু ঙাকপী শেনবীরিবা কয়া অসিবু উজরিবা ঙসিগী মীওইবা জাতি ঐখোয় অসি কয়াদা লাইবক ফখ্রবনো।

ভগবানগী ভক্ত অসি কোটি কয়া কয়ানি। অসিগুম্বা কোটি কয়া কয়া অসি ভগবানগী তোপ তোপ্পা থৌজাল অমদি মীনুংশি ফংলবা ঙাক্তনি। পণ্ডিত শিবকুমারনা হায় "ঐনা ঙসি ভগবানগা থেংনজবগী এক্সপেরিএন্স কয়া অসি পাবীরীবশিংগা লোয়ননা শরুক য়ামিন্নসি।"

**<u>ঐনা ইহান হান্না ভগবানগা থেংনজখিবাঃ</u>**

শোক ১৯৬৮ নি। মতম অদুদা মাগা ভগবান বাবাগা নাকোইননা থেংনজরম্মী। মুম্বাইগী ভিলি পারলি হায়বা মফম অদুগী য়ুম অমদা বাবাগী বিভুতি য়াম্না তারে হায়বসি মহাক্না তাজরম্মী। মফম অদুদা মহাক্কী সন্তুর অদু খোংবা চৎলম্মী অদুবু অঙকপদি বাবাগী ফোটোগ্রাফ অদুগী গ্লাসকী মমায় অদু বিভুতিনা পুমথন থন্না তারম্মী।

মহাক মশামক লৈরিঙৈদা বিভুতিশিং অদু লৌথোক্লম্মী অদুবু মানা সন্তুর অদু খোংবা হেক লোইবগা মিংশেল অদু বিভুতিনা পীক থন্না অমুক হন্না থোরক্লম্মী। মানা য়ুম অদুগী মপু অদুদা বিভুতি তাবা অসি করম্বা মতমদগী করি তৌবদগী তাখিবনো হায়না হঙলম্মী। য়ুম্বু অদুনা হায়রম্মী মাগী নুপী অসি ভগবান বাবাবু য়াম্না নিংজবী ভক্ত অমা ওইরম্মী অদুবু য়ুম্বু নুপা মশামক অদুদি মসিদা করিমতা থাজরমদে। বাবাবু থাজবা অমদি থাজদবগী মরমদা মখোয়গী ইমুং অসি মত মান্নদদুনা য়াম্না তোয়না-তোয়না খৎনরম্মী।

মতম খর লৈরগদি য়ুম্বুরেম্বা (নুপা) অদু গাউতনা নারক্লম্মী। মহাক্না ডাক্তর কয়াগা তান্নদুনা লাইয়েংলবসু ফরকপগী মহুত্তা নোংম-নোংমগী হেঞ্জিল্লক্লম্মী অদুনা মবম ওইদুনা মহাক্কী মশা অদু লেঙবা ফাওবা ঙমশিল্লক্ত্রে। মাগী নুপীনা ভগবান বাবাগী মনাক্তা চৎশি হায়জরম্মী অদুবু মাগী নুপা অদুনা মাবু য়াম্না চৈবীরম্মী। মাগী অনাবা অদু নোংম-নোংমগী হেঞ্জিল্লকপনা খাঙবদা য়াম্না ৱারম্মী অদুনা মমৈথংদা উপায় লৈরক্ত্রদুনা চৎনিংদ চৎনিংদ মখোয়না বাবাগী মনাক্তা পুত্তপর্তিদা চৎলম্মী। মখোয় অনীনা নুমিৎ খুদিংগী দর্শন চৎচরম্মী অদুবু ভগবান বাবানা মখোয়গী মনাক্তা সুকলাক লাকপীরমদে। অদুদগী মহাক পোত্থাফম খঙলমদে অমদি য়াম্না পুক্নিং লাংতক্লরম্মী। জগৎ পুম্নমকপু উবি খঙবিবা ভগবান্না মমৈথংদদি মাগী মমাংদা চপ লেপ্পীরম্মী। ভগবানগী ঈশ্বরগী ওইরিবা খুৎ অদুনা মাগী খুউ অদু পায়বীরম্মী অদুগা করি তৌরবগে হায়না হঙবীরম্মী। নুপা অদু খঙহৌদনা মিৎলুদা পীরাং ঈহৌরকখি অদুগা মখোল থোক্লা হিক-হিক কপচখি। ভগবান্না মঙোন্দা লেপখৎলু অদুগা তপ্না-তপ্না চৎলু হায়বীরম্মী। অঙকপনি ভগবানগী লিলা, স্বামীনা মাগী খুউদা পায়বীবতদা মহাক্কী অনাবা খুদক্তা ফখি অদুগা নাদবা মী অমগুম্না ফজনা চুম্না চৎপা ঙমজখি। অসিগুম্বশিং

অসি ঈশ্বর থাজদবা কনানদি মসিবু করম্না থাজবীগনি। ভগবান্না আশির্ব্বাদ পীবীরবা মতুংদা মখোয় মুম্বাইদা হল্লক্লম্মী। অঙকপনি মখোয়না থোঙ হাংদোক্কুনা খোঙ হেক থাংজিনবা মতমদা ভগবানগী ফোটো অদু বিভুতিনা পীক থল্লম্মী। মতম অদুদগী হৌজিক ফাওবা বিভুতি তাবা অসি লেপত্রিবনি হায়না মখোয়না তম্লকখি।

## ভগবান্না পূম্নমকপু খঙবী উবিরিঃ

শিব কুমার শর্ম্মনা স্বামীগী ৰারী কয়া অসি তারবা মতুংদা মহাক নুংঙাইবনা হায়নিংঙাই লৈরমদে অদুদগী মানা মফম অদুদা সন্তুর অদু খোংলম্মী অদুগা মদুদা বিভুতি তারকপা অদু থেংনখি। অসুম্না স্বামীগী অঙকপা কয়া অসি উবনদি মহাক পেল্লমদে মহাক্কী থম্মোয়দা পুত্তপার্তিদা চৎনিংবগী ঈথিল অমা তোয়না ফাওরকই। অদুনা মানা য়াম্না থুনা মাগী নুপীগা লোয়ননা পুত্তপার্তিদা চৎলম্মী। নুমিৎ নীনিগী মতুংদা ভগবান্না মখোয়বু ইন্টরভিয়ু কাদা কৌশিনবীরম্মী। মদু মাগী পুন্সিদা খ্বাইদগী নুংঙাইবা মীকুপনি। ইহান হানবমক্তদা মহাক্না খঙজরে মদুদি ভগবান বাবা অসি ঈশ্বরগী ওইবা নুংশিবগা লোয়নরবা অদুগুম্বা অবতার অমনি। স্বামীনা মাগী পুন্সিগী মরম খুদিংমক লোয়না খঙবীরম্মী। মাগী শিনফমদা য়াম্না খুদোংথিবা অমদি সন্তুর অদুনা ভারতকী ক্লাসিকেল ম্যুজিকতা শিজিন্নবা য়াদবা কয়াগী অরুবা হিরম পূম্নমক স্বামীনা খঙবীরম্মী। মতম অদুদা মহাক্না খুৎলাই অদু স্তাব্লিস তৌননবা কন্না হোৎনরম্মী। স্বামীগী আশির্ব্বাদনা মঙোন্দা থৌনা পাঙ্গল পীবীদুনা মাগী লমথুংফম অদু য়ৌহনবীখি। স্বামীনা খুদোপ অমা মেতরিএলাইজ তৌবীদুনা মঙোন্দা শিহনবীখি। স্বামীনা হায় "ঙসিদগী মসিনা নঙগী নয়ুম ওইরবনি নঙগী থম্মোয়না ঐগী ইয়ুম ওইরবনি অদুনা লাক্লিংবা মতমদা নঙনা ঐগী য়ুমদা হেক্তা লাকউ"।

বাবানা মফম পূম্নমক্তা মতম অমত্তদা লৈ হায়বগী হকথেংননা থেংনখিবা কয়া মঙোন্দা হৌজিক লৈরে। অদুনা ঐখোয়না করিগুম্বা মতমদা বাবা অসি পুত্তপার্তিদা লৈব্রা, বেঙ্গলোরগী হব্রাইত ফিল্ডদা লৈব্রা হায়না য়াম্না খঞ্জানবা য়াওই। তশেংবদি মহাক ঐখোয়গা মতম পূম্নমক্তা মফম পূম্নমক্তা লৈ। মানা পূম্নমকপু পুমখঙ খঙবী।

নোংমদি মানা মুম্বাইদা লৈবা ম্যুজিক ডাইরেক্তর অমগী ময়ুমদা চৎলম্মী। মমিং লৈরবী প্লে বেক সিঙ্গর আশা ভোসলে মফম অদুদা লাক্লম্মী। মহাক্না ইখঙ খঙহৌদনা শিবকুমারনা শিরিবা বাবানা মেটরিএলাইজ তৌরগা পীবীখিবা খুদোপ অদু উরম্মী অদুগা হায়রম্মী "ঐনা বাবাবু থাজদে, কবিগীদমক নঙনা খুদোপ অদু শিরিবনো?" শিবকুমারনা হাযরম্মী "মসি মী মীগী ব্রাখলগী অপাম্বা হায়বদুনি মসিদা নঙগা ঐগা তর্ক তৌবা পামদে"। আশা ভোসলেনা মঙোন্দা অসুম অসুম তকশিল্লক্লম্মী অদুগা হাযরম্মী "বাবানা অশেংবা অবতার ওইরবদি ঙসি অহিং মঙদা মহাক ঐগী ইনাক্তা লাকহল্লু অদুগা মসিগীদমক ঐখোয় অনী পৈশা থানসি। মদুদা মহাক্না লাক্লবদি ঐহাক মাবু থাজগে অদুগা ঐ পুত্তপার্তিদা চৎকে"। শিবকুমারনা "আশাজী ঐনা স্বামীগী মরমদা পৈশা থানদুনা খন্নবা অসি সুকপাম পামদে অদুনা মসি অমুক হন্না খন্নবগুমসি মতাং অসিব্রাইদা লোইশিল্লসি" হায়বম্মী। ঙহাক লৈরগা মখোয মফম অদু থাদোক্লম্মী। নোংঙানবগী অয়ুক্কী পুং ৫.৩০ তাবদা আশা ভোসলেনা মাগী মমঙদা স্বামী উজরম্মী হায়না টেলিফোন তৌবক্লম্মী। অসিগুম্বা য়াম্না থাজরুদবা থৌদোক অসিনা আশা ভোসলেবু ঙকহল্লম্মী। আশা ভোসলেনা হায়রম্মী মদুদি "শিব কুমার নঙনা ঐবু পুত্তপার্তিদা অমুক্তা পুবীয়ু"। মদুদা শিবকুারনা হাযবম্মী" স্বামীনা নঙোন্দা দর্শন পীবিরে তাবদা ঐহাক য়াম্না নুংঙাই অদুবু ঐদি নঙগা চৎমিন্নবা ফংলরোই মরমদি নুমিৎ অদুদা ঐগী রেকোরদিং

লৌগদবনি"। আশা ভোসলেনা মাগী মমা অমদি মনাওনুপাগা লোয়ননা লাক্লম্মী অদুগা মুম্বাইগী আশ্রম ধর্ম্মক্ষেত্র ফাওবদদি পুবীয়ু হায়জরম্মী। শিবকুমারনা মাগী রেকোরদিং অদু লোইরগা মুম্বাইগী অন্ধেরীদা লৈবা ধর্ম্মক্ষেত্রদা চৎমীন্নরম্মী মানা মফম অদুদা লৈরম্বা মীশিং অদুদা কা অদু থোং অমুক্তা হাংদোকপীয়ু দর্শন অমুক্তা তৌজগে হায়জরম্মী। মখোয় ময়াম মফম অদুদা দর্শন তৌরগা ঙহাক ফম্লগা অমুক হল্লক্লম্মী। নোংঙানবগা আশা ভোসলে পুত্তপার্তিদা মতোমদা চৎখিরম্মী অদুগী মতুংদা মানা শিব কুমারদা টেলিফোন তৌরক্লম্মী অদুগা হায়রক্লম্মী "মহাক অয়ুক অমদি নুংথিলগী দর্শন্দা নুংতিগী য়াওই অদুবু স্বামীনা মাগী মনাক্তা সুকচং চঙবীরক্তে অদুদসু নত্তনা স্বামীনা মানা ফম্লিবা নাকন অদুদা সুকলাক লাকপীদে অদুগা মঙোন্দা হন্ন ফাওবা য়েংবীরক্লমদে। মমৈথংদা নোংমদি স্বামীনা মাগী মনাক্তা লেঙশিনবীরক্লম্মী অদুগা মানা প্রশান্তিদা লাকপগী ৱারী পুম্বা স্বামীনা মঙোন্দা তাকপীরম্মী"।

**ভগবান বাবাগী লীলা কয়াঃ**

স্বামীনা মাগী ভক্তশিংবু খুদোংথিবা কয়াদগী অমদি অৱা-অনা খুদোংচাদবা কয়াদগী ঙাকথোকপী। ঐখোয়না স্বামীগী চরন্দা ইশামক অসিবু চঙজরবদি মহাক্না মতম পূম্নমক্তা ঐখোয়বু চেকশিন্না ঙাক শেনবী। নোংমা কানাদাগী তোরোনতোদা অচৌবা ঈশৈগী কনসর্ট অমা তৌরম্মী। নোংনা অসুক্কী মতিক কন্না চুরম্মী, মী চৎথোক চৎশিন অমত্তা য়ারমদে অদুনা শিল্লি লাংলিবশিং অদুনা প্রোগ্রাম অদুদা মী অমত্তা লাক্লরোইদ্রা হায়না য়াম্না ৱানরম্মী। মসিগী মমাংদসু আর্টিষ্ট খরনা তৌখিবা কনসর্ট অমদা মী ইরাক লাক্লরমদে। অদুবু অঙকপদি মানা ষ্টেজ অদুগী মথক্তা কাখৎপা মতমদদি ওদিতোরিয়ম অদুদা তিল্লিবা মীয়াম অদু উবদা ঙকপনা খম থেংখি। মদু য়াম্না মপুং ফানা লোয়শিনখি। প্রোগ্রাম অদুগী মতুংদা নুপা অমগী যুমদা চাকলেন অমা চাখি। মদুদা

ব্লারী শানবদা নুপা অদুনা য়াম্না ঙক্লা হায়খি “ঙসি নুমিদাং নহাক্লা সন্টুর খোংলিঙৈদা য়াম্না অঙকপা অমা থেংনখি ঐনা সত্য সাঈ বাবাবু উজখি, তশেংনমক ঐনা সত্য সাঈ বাবাবু য়াম্না থাজরুবসু লৈতে অদুগা ঐহাক মাগী ভক্ত অমসু নত্তে, অদুবু অঙকপদি নঙনা সন্টুর খোংলিঙৈ মতমদা নঙগী নমায় অদু ঙহাক ঙহাক সত্য সাঈ বাবাগী মমায় ওইনা উখি অদুগা বাবানা সন্টুর অদু খোংখি। অদুদা য়েংলিবা ঐখোয় পূম্নমক ঙক্লুখি”।

মতম খরগী মতুংদা অমুক সান ফ্রানসিস্কো, অমেরিকাদা কনসর্ট অমমুক তৌখি। মদু হৌদ্রিঙৈ মমাংদা সাউন্দ সিসটেম অদু বেরা তৌরম্মী। মানা গ্রিন রুম অদুদা চঙলগা স্বামীবু খুরুমজরম্মী অদুগা ঙহাক লৈরগদি মখোয় পূম্নমক ষ্টেজদা থোরক্লে। নুমিৎ অদুদা জাকির হুসেননা তবলা য়ৈরম্মী। নুমিৎ অদুদসু ওডিটোরিয়ম অদু মীনা পীক থন্না লৈরম্মী, মানা সন্টুর অদু হেক খোঙবা হৌগৎলকপা মতমদগীদি হান্না য়ারমদবা সাউন্দ সিসতেম অদু য়াম্না ফজনা য়ারক্লম্মি। নুমিৎ অদুদা অঙকপা অমগা অমুক তৌরম্মী। কন্সর্ট অদুদা য়াওবা নুপা অমনা দিন্নরগী পার্টিদা মাগী মনাক্তা ঐবু ফমহল্লম্মী অদুগা করিগুম্বা খর হায়জগে হায়রম্মী। নুপা অদুনা হায়রম্মী “ঐনা সত্য সাঈ বাবা য়াম্না থাজৈ অদুগা বাবানা মেটরিএলাইজ তৌবা খুদোপসু নঙনা শিরি অদুবু অঙকপদি নঙনা খোংলিবা সন্টুর অদু মতম খরদি বাবানা খোংবা ওইনা ঐগী মিৎসিনা উই অদুনা ঐনা মসি য়াম্না ঙকপা থৌদোক্লি হায়না থল্লি”। মতাং অসিদা শিব কুমার মশানা হায়জৈ মদুদি চয়োল অমদা তোঙান-তোঙানবা মফম অনীদা তোঙান-তোঙানবা মীওই অনীনা হায়রিবা অঙকপা অসিমক থেংনরিবনি। অদুনা স্বামীগী লিলাদি ঙমখৈ লৈতে।

*ঈশ্বরগী অবতার পূম্নমক্কী অরেপ্পা পান্দম হায়ববু ধর্ম্মবু হিংগৎহনবনি। ধর্ম্ম হায়বদি পঙবদগী খঙদবদগী থোকহনখিবা ফল* অদুদগী কোকহন্নবা, হিংলিঙৈগী পুন্সিদা চৎকদবা খোঙথাং খুদিংদা আত্মা অসিগী নিয়ম নাইবা পুন্সি খুৎলেন অমা লৈহনবনি। বাবাসু থবক অদুগীদমক লাকপনি। অরিবা লাইরিক নৌহৌননা পাখৎহনবা, লাইনিং লাইশোল শোলহনবা মন্দির সেবাগী চৎনরোলশিং হৈহন্নবা চম্না লেনবা, ব্রাখলনা ব্রাংনা খনবা, মিনুংশি লৈনবা, পুকচেল চাওনবা অসিনচিংবা মীওইবা জাতিবু অব্রাংবা থাক্তা পুখৎনবা হোৎনবদা চঙলিবা ময়াম অসিনি বাবাবু মরোমদোম পোৎলুম ওইহঞ্জরিবসি।

স্বামীনা তাকপী "থায়নগী মন্দিরশিং হায়বদি অযোধ্যা, বনারসি অমসুং বদ্রিনাথ তা চৎখিবদু মন্দিরশিং অদুগী বেতরীশিং অদু চার্জ শিথরকখিবদু চার্জ তৌবা চৎলুবনি।"

বাবাগা উনবা ফংজবসি ঐখোয়দা য়াওরিবা ধাতুশিং অসি সনা ওস্তোক্লবগী তাঞ্জা অমনি। বাবানা ঙাংবা তাবা হায়বসিমক আধ্যাত্মিক্কী ঈচেল অদু নৌহৌননা অমুক হাপচিনবনি। মহাক্না ইবশিং পাব হায়বসি ঐখোয়গী লৌশিং অদু নাপল কাবগী অমোৎপশিং তাস্তোক্নুনা অশেংবা ব্রাখলতনা হিংজনবগী মগুণ হাপকৎপিবনি, হেন্না শিংহনবিতনি। মসিগী মগুণ লৈখ্রবা, স্বর্গগী গঙ্গা অসিদা লুপ্লবা খুদিংমক হেন্না তিংয়াং ফহল্লি, লৈহাও চেলহল্লি, অমসুং অমোৎপা পূম্নমকপু শেংদোকপী। ❑

# সির্ধি বাবা-পর্তি বাবা

শ্রীসত্য সাঈ বাবাগী অঙকপা অমদি থৌজালগী ৱারী কয়া অসি লীবদা লোইবা খম্বা লৈতে। তশেংনমক খর অমদি ফোঙদোক্তনা, ইথোক্তনা লৈবনা কয়ানি। বাবাবু নীংজরুবা মী খুদিংমক্তা থৌজাল কয়া ফংবীরমগনি হায়না খঞ্জে। তশেংনমক বাবা অশেংবা ঈশ্বরনি। শ্রীমতী গোরী, বাবাগী থৌজাল কয়া ফংজরবী বাবানা মাগী মশাগী লায়না কয়াবু লায়েংবীগ্রবী ওন্থোক্লা লাইবক ফবী ভক্ত অমনি মহাক্লা অঙাং ওইরিঙৈদা সির্ধি বাবাগী কৃপা, থৌজাল কয়া ফংলবী লাইবক ফবী নুপীনি হায়বদি বাবাগী শায়োন অনীমক্তগী থৌজাল ফংজরবী অদুগুম্বী মীওইনি।

অহানবদা মানা পোকপগী, পুন্সিগী শরুক খর অমদি বাবানা মঙোন্দা বর কয়া পীবিখিবগী ৱারী মতেক অমা ময়ামদা থমজগে। সির্ধি বাবা অসি হায়দ্রবাদতা লৈবা শ্রী ভেনকতা নরসিংহ রাও অমদি শ্রীমতী রমা লাক্ষ্মী দেবীগী ইমুংগী ঈশ্বরনি। হায়রিবা মপু মনাই অনিসিনা মচা লৈজদবদগী শোক ১৮৮৭ তা সির্ধি বাবাদা খুরুমজদুনা মচা অমা নিজখি। সির্ধি বাবানা পেনবীরদুনা শোক ১৮৮৮ গী আগষ্টকী তাং ৮ দা মখোয় অনীদা মচানুপী অমা ফংহনবীখি। হায়রিবা অঙাং অসি মশক য়াম্না ফজে কুচু ঙৌই হায়দুনা বাবানা মাবু গোরী (অঙৌবী) হায়দুনা মমিং থোনবীরম্মী। হায়রিবী নুপীমচা অসিনা চহি তরুক শুরকপা মতমদা

বদরিনাথতা অহলশিংগী মতুং ইন্দুনা তীর্থ চৎপা য়াওরম্মী। অঙাং অসিনা বাল কৃষ্ণগী সনানা শাবা মুর্ত্তি অমা ফংজরম্মী। অঙাং অদুগী মখুরা অদুনা অঙাং অদুবু বালা গোপালগী মন্ত্র তম্বীরম্মী। অঙাং অসিনা ঈশ্বরবু য়াম্না থাজবগা লোয়ননা হায়রিবা মন্ত্র অসি তত্তনা থীরম্মী। হায়রিবা তির্থ যাত্রা অসিদগী হল্লক্লগা মহাক্না চহি তরানিথোই শুবা মতমদা লুহোংবীরম্মী।

মহাক্না চহি কুন শুবা মতমদগী মথং মথং মচা নিপা তরুক পোকখি। হায়রিবা অঙাং তরুকমক চহি অহুম নত্রগা মরি শুরকপদা লোয়না শিখিরম্মী অসিগুম্বা নীংবা কায়বা অসিনা মহাক অমুক হন্না অঙাং পোক্লিংলুদ্রে মহাক্না মহাক্কী নিপা অদুগা অতোপ্পা নুপী অমগা লুহোংবীরমই। অদুদগী মহাক্না ময়ুম থাদোক্লগা সির্ধি বাবাগী মনাক্তা বাবাগী সেবা তৌদুনা মপুন্সি লেনজখি। বাবানা কৃপা পীবীখিবা অঙকপা কয়াগী মনুংদগী সুপ্নতগী অঙকপা অনীখক্তংনি মানা মতাঙ অসিদা ৱারী লিথোকচরি।

## সর্ব্বব্যাপী ওইবা বাবাঃ

নোংমা য়াম্না অহল ওইবা ভক্ত অমা বাবাবু খুরুমজবা লাকচরম্মী। বাবানা হায়রম্মী "ঐ নঙগা উনবা য়াম্না নুংঙাইরে নঙনা পুরনাপুরী খরদং পুরক্লগা ঐবু পীজৌ"। মফম অদুদদি হোটেল অমত্তা লৈরমদে মহাক্না কোপরগাও তান্না য়াম্না ৱানা চত্তুনা মদুবু শেম শাহল্লম্মী। মথংগী অয়ুক্কী চাকচাবা মতম অদুদা মহাক্না সির্ধি বাবাদা কচ্চরম্মী। বাবানা হায়বীরম্মী "ঐদি পুক থন্না চাথোক্লে, নঙনা অমুক করি তৌবগী পুরক্লিবনো? মসি নঙ অমুক পুজখ্রো। ভক্ত অদুনা হিক হিক কপচরদুনা মথৱায় য়াম্না নুংঙাইতনা হায়জরম্মী "বাবাগীদমক ঐনা য়াম্না অখন্ননা শেম শাহল্লক্লগা ঐনা পুজরকপনি, ঐদি হৌজিক্তা

য়ৌরক্লি। করম্না অদোম্না মসিবু হান্ননা চাবীরন্লিবনো, ঐনা মসি বাবাগী শরুক তমদুনা য়াম্না ৱানা পুজরকপনি অদুনা অমত্তা ওইরবসু চাবীয়ু”।

বাবানা হায়বীরম্মী নঙনা পুরকপা অদু ঙাইবা ঙমদবদগী ঐনা ককচেংগী শক্লোন ওন্থোক্লগা মখোয়না পুরনাপুরী হৌরিঙে মতমদা পুক অসি পীক থন্না চাথোক্লুরবনি, ঐনা পুক থন্না চারুরে হায়বসি নহাক থাজদ্রমাল্লে অসি হায়দুনা বাবানা মাগী ময়াদগী মচেৎ মচেৎ পুথোক্লম্মী। মতৌ অসুম্না বাবানা মহাক অসি মতম পূম্নমক্তা মফম পূম্নমক্তা অমদি জীব পানবা পূম্নমক্তা লৈ হায়বসি উৎপীখি।

**মীনুংশি চাওবা বাবাঃ**

বোম্বেদা লৈবা বাবাবু য়াম্না থাজজবা মচা পোকচদবা ভক্ত অমনা বাবাগী আশির্ব্বাদনা মচানুপা অমা ফংজখি। মখোয়না থবক অমত্তং তৌবদা বাবাগা তান্নজরগা তৌজরম্মী। নোংমদি নুপা অসিনা মাগী মরুপ অমদগী লুপা লিশিং কুন খক পুরম্মী। হায়রিবা পৈশা অসি মানা হায়নখিবা মতমদা শিংবা ঙম্লমদে। মদুদা মমান্নবা অদুনা মহাকপু ইকাইবা পীরগে হায়না খল্লদুনা মাগী য়ুম ইঙ্খোল পূম্নমক্ মৎননবা কোর্টতা দরখাষ্ট থারম্মী।

আইনগী মতুং ইন্না আমিন অদুগা অতোপ্পা ওফিসকী মীওই অনীগা লোয়ননা মখোয়গী য়ুম অদুদা চঙলক্লম্মী। অসিগুম্বা ইকাইবা অমদি য়ুমগী ইজ্জৎ শোকপা ৱাফম অসিদগী মহাক্লা ইকাইবনা তৌফম খঙদ্রদুনা বাবাগী থেৎলিবা ফোটো অদুগী মমাংদা ও খোংনা কপচরম্মী। মতম অদুদা মাগী মচানুপা অদু মপান্দা শান্নদুনা লৈরম্মী। মতম অদুমক্তদা শকখঙদবা নুপা অমা য়ুম অদুদা লাক্লম্মী। আমিন অদুনা নুপা অদুদা অকুপ্পা ৱারী কয়া অদু লিরম্মী। শকখঙদবা অদুনা খুদক অদুমক্তদা মাগী ফুরিৎখাওদগী লুপা লিশিং কুন অদু লৌথোক্লগা আমিন অদুদা পীরম্মী

*অদুগা মদুগী রিসিপ অমা পীরকউ হায়রম্মী শকখঙদবা নুপা অদুনা রিসিপ অদু শান্নরিবা অঙাং অদুদা মাগী মপাদা পীয়ু হায়না পীরম্মী।* অঙাং অদুনা মানা হায়রিবা অদুমক তৌরম্মী। মপা অদুনা রিসিপ অদু উবদা পুমঙক ঙক্লম্মী। মহাক্লা লম্বীদা চেম্থোক্তুনা শকখঙদবা অদু কনানো হায়না তান্নদুনা য়েংলম্মী অদুবু মহাক্লা মশক উবা ফংলমদে। মহাক্লা মমৈদা শকখঙদবা নুপা অদু বাবা নত্তনা কনাসু ওইহরোই হায়বসি খঙজরম্মী। খুদক অদুমক্তদা মহাক্লা সিধি বাবাগী ফোটোগী চরন অদুদা তুদুনা অৱা নুংঙাইগী পীরাংগা ইরোইননা কপচরম্মী, বাবানা হায়বীরম্মী "ঐনা নঙগী ননাক্তা লৈরিঙৈদা করিগীদমক কিরিবনো, ৱাগনু, ঐনা ঐবু থাজজবা মী কয়াবু ঙাক-শেল্লিবনি" হায়দুনা বাবানা মাগী মনঙ্গলদা পোপ-পোপ থাবীরম্মী। অসুম্না বাবানা মাবু থাজবা অমদি থম্মোয় শেংনা নীংজবা মীওই কয়াবু ঙাক শেনবীদুনা মতম পূম্নমক্তা লৈ।

নোংমদি গৌরীনা বাবাদা মন্ত্র অমত্তা তাকপীয়ু হায়জরম্মী। বাবানা হায়রম্মী "নঙদি য়াম্না অঙাং ওইরি নঙনা চাওরক্লগা অসিগুম্বশিং অসি খঙগদবনি হায়বীরম্মী। মতম খর লৈরগা মানা চহি ২৯ লোম শুরকপা মতম অদুদা মহাক্লা অমুক হন্ন বাবাদা মন্ত্রশিং অদু তাকপীয়ু হায়জরম্মী। বাবানা য়াম্না শাওনা লাওরক্লম্মী অদুগা হায়রম্মী "নঙনা মসিতা খন্দুনা নঙগী পুক্লিংবু য়াম্না ৱাহনজরে অসি হায়রগা বাবানা মাগী য়েৎথংবা খোঙ অদুনা গোরীগী মথবাক্তা কাওরম্মী। গোরী অদু লোংনা হায়থদুনা তারম্মী অদুদগী মানা ইকাইমনখিদুনা হিক-হিক কপচরম্মী। মতম শাংনা নুংহিক্লনা ইকাই নুংশি য়ান্নদুনা কপ্লবা মতুংদা মহাক্লা বাবাগী লৈফম দ্বারকা মায়ীগী মাইয়োক্লবদা লৈবা উপাস্বী অমগী মখোঙদা মতোমদা উরোরোন তুমথখিরম্মী। বাবানা অহিংদা য়াম্না তপ্না মাগী মনাক্তা লাক্লম্মী অদুগা হায়বীরম্মী "ঐগী নুংশিরবী অঙাং

হৌগৎলু, ঐখোয় হৌজিক লৈকোন্দা চৎসি"। গোরী মীকপ খঙথোক থোক্লম্মী অদুগা বাবাগা লোয়ননা লৈকোন অদুদা চৎমিন্নরম্মী। বাবানা হায়বীরম্মী "গোরী নঙনা অয়ুক্তুগী হৌজিক ফাওবা করিমতা চাদ থক্তনা তুমদুনা লৈরে, ঐসু নুংঙাইতবনা দ্বারকা মায়ীদা তুম্বা সুকয়া য়াদ্রে। মফম অসিদা ঐনা নঙোন্দা করিগুম্বা খর হায়গে হায়দুনা লাক্লিবনি। অহানবদা ঐনা নঙবু হান্না চাক পীজগনি, অসি হায়রগা বাবানা মাগী য়েৎথঙবা খুৎ অদু তিংথোক্লগা অল্লানা ঈশ্বরনি হায়দুনা শোল্লগা তল অনীগা, অথুম-অহাও খরগা লোয়ননা মেতরিএলাইজ তৌরম্মী। মানা মদু গৌরীদা পীরবা মতুংদা অমুক হন্না মাগী মখুৎ অদু তিংথোক্লম্মী অদুগা ঈশিং পীক থন্না য়াওবা লৈবাক্লা শাবা চফু অনীখক মেতরিএলাইজ তৌবীরম্মী। মদুসু গৌরীদা পীবীরম্মী। গোরীগী অরাম খৌরাংবা পূম্নমক কোকহনবীরবা মতুংদা বাবানা হায়বীরম্মী "গোরী হৌজিক্তি নঙগী অশাওবা পূম্নমক ফরম্লগনি"। গোরীনা "হোয় বাবা ঐ য়াম্না নুংঙাইরে" হায়জরম্মী। গৌরীনা খঞ্জখি মদুদি বাবানা মঙোন্দা মখোঙনা কাওবীখিবা অদু বাবানা মাবু বর পীবীবনি। গোরীগী থম্মোয়না বাবাবু থাগৎচখি মরমদি মখোঙনা কাওবীরবা মতুংদা বাবানা মেতরিএলাইজ তৌবীবা চাক এঙ্খাং ঈশিং পূম্নমক মানা চাবা থকপা ফংজখি। অসুক য়াম্না লাইবক ফবা অসিবু কনানা ফংগদগে হায়না মতোমদা তুমিন্না খঞ্জখি। অদুদগী বাবানা হায়বীরম্মী "ঐনা ঙসি নঙোন্দা হায়গদৌরিবা ব্রাশিং অসি নহাক্লা কনাদসু হায়দোক্লোই হায়না খোঙ পায়দুনা ব্রাশকউ"। গোরীনা মানা মন্ত্র পীয়ু হায়দুনা পীবীগদৌরমাল্লে হায়দুনা বাবানা হায়বগী মতুংইন্না ব্রাশক্লম্মী বাবানা হায়বীরম্মী "গোরী ঐ অমুক হন্না অঙ্গদা সাঈ বাবা ওইন অবতার তৌরগনি, মতম অদুদা নঙনা ঐগী ইনাক্তা লাক্কনি অদুগা ঐনা নঙোন্দা থৌজাল, নুংঙাইবা শান্তি, আশিৰ্বাদ কয়া পীবীগনি"।

গোরীনা হায়জরম্মী "বাবা মদুদি ঐগী খ্বাইদগী লাইবক ফবনি অদুগা ঐনা খ্বাইদগী থৌজাল ফংলবী অমা হায়বদু ওইরগনি", অদুগা বাবাদা গোরীনা হঙজরম্মী মসিগী ৱাশিং অসি ঐনা কনাদসু হায়দোক্লোইদব্রা? বাবানা হায়বীরম্মী নখোয় মফম অসিদা লৈরিবা ময়াম অসিদগী সুপ্ন তগী নহাক নতোমতনা বাবাগী মথংগী মপোক উবা ফংগনি, ঐনা ঙসি হায়রীবা ৱাশিং অসি নঙনা তাঞ্জা চারবা কান্দা মীঙোন্দা হায়দোকপা য়াগনি। মসি শোক ১৯১৭ তনি।

মতম খর লৈরগা মহাক্লা রাজামুন্দ্রিদা চৎলম্মী। মানা মফম অদুদা লৈরিঙৈদা সির্ধি বাবা লৈত্রে হায়বগী পাউ তারম্মী। পাউ অদুনা মহাকপু হায়নিংঙাই লৈতনা থম্মোয় শোকহনখি। পুন্সি হায়বসি অৱাবশিং অসি মথং-মথং হৌনদুনা লাকই। নোংমদি মাগী মন্দোমচানা মহাক ১১ নি পানবদা চৎলগনি হায়রম্মী। ৱাহৈ অসিমক বাবানা মঙোন্দা নুমিৎ খরনিগী মমাঙদা হায়বীখ্রবনি। মহাক্কী মন্দোমচানা হায়বা মতম অদু চপ চানা মহাক্কী মন্দোমচা অদু রামচন্দ্র, রঘুবীর হায়বা নাম অসি শোন্দুনা নুংথিলগী পূং অহুম তাবা মতমদা মাগী অরোইবা য়াহিপ তানখি।

গোরীনা মাগী ঈশ্বর ওইজরবা সির্ধি বাবা অমদি অঙাং ওইরিঙৈদগী মাবু য়োকপী থাকপিরক্লবা মন্দোমচা মখোয় অনীনা লৈখিদবদা মাগী পুন্সি অসি মফম মরাং খঙদনা হায়নিংঙাই লৈতনা অৱাবা হায়বদু ওইরে। মাগী সংসারগী অসিগুম্বা মায়াগী অফা অপুন কয়া অসিদগী লাম্থোক্লগে হায়না খল্লক্লে। দ্বারকা চীংদা লৈবা মুণি ঋষি কয়াগী মনাক্তা চত্তুনা মাগী অৱাবা তারিবা কয়া অসি প্রায়শ্চিত তৌরগে হায়না খল্লে। মানা খঞ্জবগী মতুংইন্না ওম কান ক্ষেত্র হায়বা য়াম্না অশেংবা তীর্থ অদুদা চৎলম্মী। মদুদগী গুফা অমা ফাওদুনা চৎলগা সদগুরু মহারাজগা থেংনরম্মী। মানা তাজরম্মী মদুদি সদগুরু মহারাজ

অসি চহি ৩৬০ শুরে। অদুবু য়াম্না নীংবা কায়বা অমনা সদ গুরু মহারাজ অদুনা মঙোন্দা ৱা মচেৎ অমা ফাওবা ঙাংবীরমদে অদুনা গোরীনা নুমিৎ হুম্নি চুপ্না উ অমগী মখোঙদা ফমদুনা লাই নীংলম্মী। মরিনিশুবা নুমিত্তা সদগুরু মহারাজ ঋষিনা মাগী মনাক্তা লেঙশিনবীরক্লম্মী অদুগা হায়বীরম্মী "ঐগী নুংশিরবা অঙাং নঙ করিগদমক্তা কপ্লিবনো?" গোরীনা হায়জরম্মী "অদুক য়াম্না মঙাল ফঙলবা ঋষি নঙফাওবা য়াওনা কনামতনা ঐঙোন্দা কৌবীবা তৌবীদে"। ঋষি অদুনা হায়রক্লম্মী নঙদি মফম অসিদা লমলানবী অমনি নঙ কয়া য়াম্না খাঙবা কনবগে হায়বসি চাং য়েংলিবনি।" সদগুরু মহারাজ ঋষিনা হায়বীরম্মী "নঙ পাৎ অসিদা ঈরুজথোক্লুরো অদুগা ঐগী ইনাক্তা লাকউ। অদুদগীদি ঐনা নঙোন্দা মন্ত্র তন্বীবা হৌরগনি", গোরীনা মনাক্তা লৈবা পাৎ অদুদা ঈরুজথোক্লুগা সদগুরু মহারাজগী মনাক্তা চৎলম্মী সদগুরু মহারাজনা হায়বীরম্মী "গুফা মঙা অসিদা তোঙান-তোঙানবা গুরু মঙা লৈবনি হায়রিবা গুরুশিং অসিদগী নঙনা অপাম্বা গুরু অমা খল্লো"। অদুদগী গোরীনা চন্দ্র যোগীবু মাগী গুরু ওইনা খঞ্জরম্মী মরমদি মানা চহি তরুক শুরকপা মতমদা চন্দ্র যোগীনা মাগী মমঙদা লাক্লম্মী অদুগা মাগী মখুৎ অদু গোরীগী কোক মথক্তা থম্বীদুনা হায়রম্মী "নঙ ঐগী শিষ্য ওইগদবনি।" অদুদগী নুমিৎ খুদিংগী গোরীনা চন্দ্র যোগীগী মমাংদা ধ্যান তৌদুনা মন্ত্র অদু করোর অনীরক শোল্লম্মী অদুদগী মহাক মঙাল ফংজখি। মতৌ অসুম্না চহি তরুক হৌখ্রে। মানা মফম অদুদা লৈবা চহি তরেৎ শুরকপা মতমদা সদগুরু মহারাজনা নোংমদি মঙোন্দা হায়বীরম্মী "নহাক পুক্লিং চঙনা তারো মদুদি গুরুগী য়াথং মতুংইন্না নঙনা তৌগদবা থবক কয়া লৈরি। নঙনা লাৎচরিবা ঈশ্বর অদু ইকুই কুইদনা নমিৎমক্লা উবা ফংজরগনি।

মহাক্না মীওইবগী শক্লোন্দা মালেম অসিদা অবতার তৌবীররে। নঙনা নঙগী লৌশিং পূম্নমক হাঞ্জল্লে অদুনা মসিদা তৌনিংঙাই করিসু লৈত্রে। নহাক হৌজিক নহাক্কী নফমদা হনখ্রো। অদুগা মাগা উনরুরো খঙজরুরো অদুগা মাগী সেবা তৌজরুরো।" মানা মুণি ঋষি কয়াগী মরক্তা লৈদুনা প্রাইশ্চিত তৌবগী অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদি থাদোক্তুনা মাঙহন্নিংলমদে, অদুম ওইনমক গুরুগী য়াথং মতুংইন্না মানা মাগী মমাংগী হাকথেংননা থেংনজখিবা কয়াগী ব্বারী লিজরম্মী। মসিমসু মানা তাজরম্মী মদুদি নেপালগী লোর্ড পশুপতেশ্বর হায়বা ঈশ্বর অসি মাগী ভক্তশিংগী মমাংদা মীওইবগী রুপ্তা উবা ফংজরবদি ভক্তশিং অদুগী নীংজবা থুংহল্লি।। মহাক্না মফম অদুদা চৎলম্মী অদুগা গণ্ডকী তুরেলদা স্নান তৌথোক্লম্মী অদুগা চাদ থক্তনা অহিং অহুম পাযুপতেশ্বরগী মন্দিরদা ধ্যান তৌরম্মী নুমিৎ হুম্নি শুবগী অহিংদা মানা নীংজরিবা ঈশ্বর অদুনা য়াম্না অহল ওইরবা ব্রাহ্মন অমগী মওংদা ফৈজোম শেত্তুনা মশামক্না গোরীগী মমাংদা মেত্ররিএলাইজ তৌরবা বিভুতি অদু মাগী লংলবা মঙালনা কাপথোরক্লবা মাগী লাইবক অদুদা তৈশিল্লগা মমঙদা উরম্মী অদুগা অসুম্না হায়বীরম্মী "নঙনা নীঙজরিবা ঈশ্বর অদু মীওইবগী য়াইফনবগীদমক মফমসিদা মীওইবগী শক্লোন্দা অবতার তৌররে। মসি ইচম চম্বা মওং নত্তে। সত্য, ধর্ম্ম, শান্তি প্রেম হায়বসিনা মাগী খুৎলাই ওইগনি। মানা লৌশিংগী থাওমৈ কয়াবুসু চুখৎপীরগনি। মসি তোপ তোপ্পা ময়ামগা মান্নদবা থোইদোক হেন্দোকপা অবতার অমা ওইগনি। নঙনা মাগী মনাক্ত য়ৌরুরো অদুগা মাগা লোয়ননা লৈমিন্নরুরো"। মসি হায়রগা গুরুজীনা অমুক হন্না অশির্ব্বাদ পীবীরম্মী অদুগা থিন্থবা তৌদনা হনখিনবা মঙোন্দা য়াথং পীবীরম্মী। অদুদগী মানা ঋষি মঙা সদগুরু মহারাজ অমদি মাগী লৈমিন্নরম্বা কয়া অদুদগী বিদায় লৌরগা হায়দ্রবাদতা হল্লক্লম্মী।

মানা মাগী লৈজরিবা পাঙ্গল মরল, মথুম পুম্নমক শিজিন্নদুনা লাইরবশিংগী মহৈ মশিং তম্নবা থৌরাং অমা তৌরম্মী। মদুগীদমক মানা অঙাংশিং অদুগী মমা মপাশিং অদুদা চত্তুনা লেম্না চাক পীজদুনা লাইরিক লাইশু তম্নবা থারকউ হায়দুনা হায়রম্মী। হায়রিবা ব্রাফম অসি য়ানরদুনা মহাক্না অখিল ভারতিয় সাঙ্গ সাদা-নামু অসি হৌদোকখি। মদুদা অঙাং ৮০ রোম লৈরম্মী। অঙাংশিং অদু হেন্দিক্রাফনচিংবা তস্খীরম্মী। মতমগী মতুংইন্না পৈশা দরকার ওইরক্লম্মী। মসিগী অচঙবা খরচ মখৈনা মানা হরিকথা হায়বদি ঈশ্বরগী মরমদা ঈশৈনা ব্রারী লিদুনা খুঙ্গং খুদিংদা চত্তুনা পৈশা তাল্লম্মী। তাল্লিবা পৈশাশিং অদু মহাক্না লিংখৎলিবা সাঙ্গ হোম অদুগী খরচ ওইনা শিজিন্নরম্মী। গোরী অসি অতৈ নুপীগা মান্নদবী, কখোকপদনা মথৌদাং ওইরবী অদুগুম্বী নুপী অমনি। মাগী থম্মোয অসি তাইবঙগী মায়া চঙদ্রবা, মীগী ফনবতা খল্লবী অখাঙ কনবীনি।

অঙকপা ঈশ্বরগী লিলানি মানা হরিকথা শক্তুনা খুঙ্গংশিংদা চৎলিবসি বাবানা মাগা উননবা লময়ানবীরীবনি। অসুম্না মানা খুঙ্গং খুঙ্গংদা হরিকথা অসি শকপা চৎপদা নোংমদি উর্বকোন্দগী নুপী অমনা হরিকথা পাঙথোক্লবগীদমক বার্ত্তণ তৌরক্লম্মী। নুপী অদুগী ময়ুমদা শুমহৎনিংঙাই ওইরবা পুক্লিংদা থুক লাওবা পোকপা, ফজবা শুম্মৎনিংঙাই ওইবা মীৎ পানবা অপীকপা ফোটো অমা উরম্মী। মহাক্না মদু কনানো হায়না হঙলুবা মতমদদি পুত্তপর্তিগী সাঙ্গ বাবানি, মহাক খুঙ্গং অদুদা লৈবনি হায়বীরক্লম্মী মহাক্না উনিংবা খঙনিংবনা থম্মোয়দা প্রোক প্রোক চাকচরম্মী। মহাক্না থিস্থবা তৌদনা মথংগী নুমিদাংব্রাইরমদা সত্য সাঙ্গ বাবাগী ময়াম্বা সেসমা রাজুগী ময়ুমদা থুংলম্মী। মানা মফম অদুদা ভগবান শ্রীসত্য সাঙ্গ বাবাবু ইহান হান্না উজরম্মী মদু শোক ১৯৪০ দনি। মতম অদুদা সত্য সাঙ্গ বাবা অসি

চহি তরামরি শুরে। গোরীনা বাবাবু খঙমন্দ্রবা অদুদা বাবানা করম্না খঙহনশিগে হায়বসি খল্লম্মী।

সত্য সাঁঈ বাবানা মঙোন্দা ব্রা ঙাংবা হৌরক্লম্মী বাবানা হায়রম্মী "ঐনা সির্ধি বাবা ওইরিঙৈদা গোরী নঙনা ঐগী লুপা ১৬ খক লৌখিবদাই।" গোরীনা হায়রম্মী "মদুদি মতম অদুদা অদুম শিংদোকখ্রবদাইনে"। বাবানা হায়রম্মী "চুমই মদু নঙনা ঐঙোন্দা পীখ্রবনি ঐনা মদু চুম্না নীংশিংবনিদা। নঙনা ঐবু খঙলিব্রা হায়বসি ঐনা চুম্না চাংয়েংবনি মরমদি নঙনা ঐঙোন্দা উৎফম থোকপা ব্যবহারসু করিমত্তা উৎত্রে নত্রা?"। মতম অদুদা গোরীনা সির্ধি বাবানা হায়খিবা ব্রাহৈশিং হায়বদি নঙনা নঙগী নথৌ কয়া লোয়রবা মতুংদা পুত্তপর্তিদা অমুক উন্নসি হায়খিবশিং অমদি নঙনা ঐগা লোয়ননা লৈশি অদুগা ঐনা নঙবু আশির্ব্বাদ পীবীগনি হায়খিবশিংদু নীংশিংলক্লম্মী।

মতম অদুদগী হৌনা মানা পুত্তপর্তিদা য়াম্না তোয়না চত্তুনা থা কয়া কয়া লৈরম্মী। শোক ১৯৮৫ তদি মানা মহাক মমা মপা লৈজদ্রবশিংনা লৈননবা য়ুম অদু থিংজিল্লম্মী। অদুদগী মানা প্রশান্তি নিলয়মদা পুরা লৈখ্রে। মমৈথংদা মঙোন্দা House No. SAI 23 অসি allot তৌবীখ্রে। মানা সির্ধি বাবাগী মতমদা মন্ত্র পীবীয়ু হায়জখিবদু সত্য সাঁঈ বাবা ওইরবা মতমদা মপুং ফানা ফংবা ঙমজখি।

<u>ঐনা হাকথেংননা য়েংনখিবা ভগৱান সাঁঈ বাবাগী অঙকপশিং</u>

নোংমদি গোরী মশা য়াম্না ঙল্লমদে। মতম অদুদা শ্রী সত্য সাঁঈ বাবাদি পুত্তপর্তিদা লৈরমদে, বেঙ্গলোরদা লৈখিবা মতমনি। মানা লৈতবা মতম অসিদা মহাক ব্রাবনা হায়ফম তৌফম খঙলমদে। মহাক মন্দিরদা মাগী মথৌদি অদুম তৌরম্মী অদুগা মহাক তুমিন্না অদুম ফমদুনা লৈরম্মী। পূং তরুকমখাই তাবা মতমদা ভজন লোইদুনা ধ্যান তৌরম্মী। মদুদা

মাগী ব্রাখলনা মন্দিরগী ভেরন্দা অদুদা লৈবা উখোং অমগী মনাক্তগী বাবানা মাবু মখুৎ হত্তুনা কৌরক্লম্মী। মানা খঞ্জরম্মী সত্য সাঈ বাবাদি বেঙ্গলোরদা চৎখিবনি মসি মাগী ব্রাখলনা পংউ উবা ওইরম্লগনি হায়না মতোমতা খঞ্জরম্মী অদুগা মানা করিসু থৌ-ব্রা শারমদে। বাবানা অমুক হন্না ইঙ্গিত পীরক্লবা ফাওবা মহাক মচি লেঙদনা অদুম লৈজরম্মী। অদুদগী বাবানা মাগী মনাক্তা লেঙশিনবীরক্লম্মী অদুগা মখুৎ হত্তুনা লাকও হায়দুনা কৌবীরম্মী। বাবাগী অশেঙবা খোঞ্জেল অদু তাজরবা মতুংদা মহাক্লসু তশেংনমক বাবাবুসু উজরবা মতুংদা মহাক্লা বাবা অসি বেঙ্গলোরদগী হল্লক্লমাল্লে হায়দুনা চঙশিঞ্জরম্মী। বাবানা মাবু চরনশোক্লা খুরুমহল্লম্মী অদুগা মাগীদমকসু বিভুতি মেতরিএলাইজ তৌরগা পীবীরম্মী। পদনমস্কার তৌরবা মতুংদা মহাক্কী মকোক অদু কাঙখৎলকপা মতমদদি বাবাসু মাঙখিরম্মী। মতম অদুদা মহাক্কী মনাক্তা মী ময়াম ওমশিল্লক্লম্মী অদুগা মানা খুরম্লিবা অদু কনাদনো হায়না হঙলম্মী। মখোয়না মাগী মখুত্তা পায়রিবা বিভুতি অদু উরম্মী অদুগা করি তৌরিবনো হায়না হঙলম্মী। মহাক্লা হায়জে "হৌজিক বাবা মফম অসিদা লৈরম্বনি অদুগা ঐঙোন্দা বিভুতি পীবীদুনা থৌজানবীরম্বনি।" মানা বিভুতিশিং অদু য়োৎশিল্লম্মী অদুগা মথংগী নুমিত্তদি মাগী মশা পুংফ ফরক্লম্মী। হায়রিবা থৌদোক অসিনা শাখিনি মদুদি ভগবান্না মাবু থাজজবা মনাই কয়াবু মতম অমত্তদা মফম পুম্নমক্তা ঙাকপী শেনবীদুনা লৈ। অদুবু ঈশ্বর থাজদবা মীশিংনদি অসিগুম্বশিং অসি অঙাও অফৈগী মফম মরাং খঙদবা থবক্লি হায়না খন্নে। অদুবু মসি মী মীগী থেংনরুবা থংজরুবগী মতুং ইনবনি।

**ঐগী মীৎ ফহনবীবাঃ**

নোংমদি গোরীগী মমিং অসি পোমখৎলক্লম্মী অদুগা চিকপা নাবনা মহাক খাঙবা ঙম্লমদে। মহাক্লা প্রশান্তি নিলয়ম হোস্পিটালগী

মীৎকী ডাক্তর বরমনগা তান্নজরম্মী। মদু ওপরেসন তৌদ্রবদি ফররোই হায়না ডাক্তর অদুনা হায়রম্মী অদুবু মহাক্তি মমিৎ ওপরেসন তৌবা অদু য়াম্না কিজরম্মী। মানা বেঙ্গলোরদা বাবাগী মনাক তান্না চৎলম্মী। বাবানা খঙনা খঙনা মাবু উবদা করি তৌরে হায়না হঙবীরম্মী। গোরীনা খুরুমজরম্মী "বাবা ঐগী মিৎ অসি য়েংবীয়ু ঐ মিৎ অসি চিকপা নাবনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা বাবাগী নাক্তা লাকচরিবনি বাবানা ঐগী ঈশ্বরনি, ঐগীদি বাবানা পূম্নমক্কি ঐনা কনাদা চৎচরুগনি অদুনা ঐঙোন্দা নঙগী আশিৰ্ব্বাদ পীনবীয়ু" হায়জরম্মী। বাবানা মাগী মনাক্তা য়াম্না নক্না চঙশিনবীরক্লম্মী অদুগা অশেংবা বিভুতি মেতরিএলাহ্জ তৌবীরম্মী অদুগা মাগী মমিৎ অদু পীক থন্না হাপচিনবীরম্মী অদুগা মমিৎ মপান অনী অদু খুমজিনবীরম্মী অদুগা হায়রম্মী চৎলো হৌজিক নহাক তুম্লুরো।

গোরীনা থোঙশংবা চৌকিদার অদুদা মহাক পোত্থাগে হৌদোরক্কনু হায়রম্লগা কা মনুংদা চঙখিরম্মী। তুম্বা অদুদগী মাগী মমিৎ অদু পুংফ ফরে হায়দুনা বাবাদা হঙগৎচরম্মী। বাবানা হায়বীরম্মী নঙগী নমিৎ অদু নাবা ফরবদি নহাক প্রশান্তিদা চত্তুনা নঙগী তৌফম থোকপা শিং অদু তৌরুরো অদুদগী মহাক্না পুত্তপৰ্তিদা অমুক হল্লগা মাগী মথৌশিং অদু তৌজখি।

নোংমদি মানা মাগী চাকখাও অদু য়াম্না নারে হায়দুনা বাবাদা হায়জরম্মী। বাবানা বিভুতি খর মেতরিএলাইজ তৌরগা মখুত্তা হাপ্পীরম্মী মসি নঙগী নরাইবক্তা থুংনা তৈশিল্লু অদুগা নঙগী অনাবা অদু ফগনি হায়বীরম্মী। অদুগী মতুংদগী বাবানা মাগী মমিং পেদ্দা বোত্তু হায়না মীংথোনবীরম্মী। অদুগী মতুংদগীদি মাগী মমিং "গোরী পেদ্দা' বোত্তু হায়না কৌনখি।

তশেংনমক গোরী মায়া সংসারগী নুংঙাইবদুদি ফংজখিদ্রবসু ঈশ্বরগা লোয়ননা, ঈশ্বরগী মপোক অনীমকপুদি দর্শণ ফংজখ্রবী অমদি পুন্সিদা ঈশ্বরগা উনজবা, ব্লারী ব্লাতাই শান্নজবা অব্লা-অনা কয়াবু ফহনবীখ্রবী লাইবক ফবীশিংগী মনুংদা অমনি। ❑

# ভগবান বাবাদি মীওইবগী শক্লোন্দা অবতার তৌবিরীবা ঈশ্বরনি

ভগবান বাবানা হায়বিরী মদুদি ভগবান মশামক অসি শক্তি পূম্নমক্কী হৌরকফমনি অদুগা তাইবংগী জীব খুদিংনা শক্তি অসিনী। ঐখোয়না শক্তি ওইবা তারবদি, শক্তি অসিগী হৌরকফম অমদি লৈফম থোকই হায়বসি ঐখোয় ইশানা থাজবা তাবনি হায়বদি থাজগদৌরিবা পোৎ অসি ঈশ্বরনি। ভগবান বাবাবু থাজরকপা হায়বসি ঈশ্বরবু থাজরকপা হায়বনি। অসিগুম্বা থাজরকপগী খ্বাইদগী লায়বা উপায়দি ভগবানগী শক্তিগী অঙকপা কয়াশিং অসি পাবা অমদি তাবদগীদি ইশামক্লা থেংনজরুবা অমদি ইমিৎমক্লা শঙ-শঙনা উজরুবা অদুনা ঐখোয়দা থাজবা হেনগৎহল্লী। শোক ১৯৬০-৬৫ গী মতমদদি মীশিংনা বাবাগী অঙকপশিং অসি শেরান্ননা খন্নরম্মী। অসিগুম্বা মিরাকলশিং অসিনা মেজিক অসিগা অনীগী মরক্তা খেন্নবা খঙনরমদে চমম্লরম্মী অদুগা লোয়ন লোয়ননা ভগবান বাবানা তৌবিরীবশিং অসি মিরাকলস অমসুং মেনিফেস্টেসন হায়বদি অঙকপা অমদি মীয়ামগী মমাংদা তশেং-তশেংনা উখোকপীরিবা, উহনবীরিবা কয়া অসি মেজিক্তি হায়না সরকারদা ফাওবা ৱাকৎনরম্মী।

মতাঙ অসিদা ইন্দুলাল সাহ্ মশামক্না থেংনজখিবা মমাংমক্তদা হৈনবীখিবা অঙকপা ৱারী মতেক খরা ময়ামগী মফমদা পাওদমজগে ইন্দুলাল সাহ্ মশামক্না হায়জৈ মদুদি মানা ভগবান বাবাগী ভক্ত ওইরবা তুংদা য়াম্না অঙকপা থৌদোক খর থেংনজখি। শোক ১৯৬৫ দা তাঞ্জা নরুবদগী মানা বাবাগী মনাক্তা চৎচরম্মী। মাগা চৎমিন্নরিবা মাগী মরূপ অদুনা হায়রম্মী "করিগুম্বা নঙনা বেঙ্গলোরদা চৎলবদি স্বামীগী মিটিং মা লৈবনি মদুদা য়াওনিংলবদি য়াওসি। মতম অদুদদি ইন্দুলাল সাহদি রাম কৃষ্ণ মিশনগী সেক্রেটরী ওইনা হৌখিবা চহি ১২ অসি পুরক্লিবনি। দি সার্কল অদুদা শ্রী রাম কৃষ্ণ পরমহংস অমসুং স্বামী বিবেকানন্দ অনীনা ঈশ্বরগী মরমদা খন্ন নৈনবা, ৱারী ৱাতাই শান্নবা অদু মহাক্না তত্তনা তাবা ফঙজখি। অদুবু মানা ভারতকী রাজনিতিদা খোঙদারুবদগীদি ঈশ্বরগী ৱা পূম্নমক পুমকাও কাওথোকখ্রে। মানা মমাংদা ঈশ্বরগী মরমদা ৱারী ৱাতাই কয়া শানবা তাজরুবা ঈশ্বরবু খর নকশিঞ্জরুবা অদুনা বেঙ্গলোরগী মালেশ্বরামিনদা তৌরিবা স্বামীগী মীয়ামগী মীতিন অদুদা শরুক য়াবা ফঙজখিবনি হায়জৈ হায়রিবা মীতিন অদুদা নোংনা খংমম মমশিল্লকখি অদুগা অঙকপা মওংদা নোং হৈথগদৌবগুম তৌরম্মী। মাসু মাগা লাকমিন্নরিবা মমান্নবা অদুগা লোয়ননা মাগী কার মনুংদা চেনশিল্লম্মী মরমদি নোং অদুনা চুথরক্লবদি মফম অদু পুমতাও তাওথদুনা থুমজিল্লক্লগনি। অদুবু অঙকপনি মতম অদুমক্তদা বাবানা মাগী মখুৎ অদু অতিয়ারোমদা থাঙ্গৎলগা তেলেগুনা করিগুম্বা ৱাহৈ খর হায়বা তাখি। মানা তেলেগু মরোল খঙদবনিনা করি হায়রিবনো হায়বদুদি খঙলমদে। মানা মাগা চৎমিন্নরিবা মমান্নবা অদুদা বাবানা হায়রিবদু করিনো হায়না য়াম্না খঙনিংনা হঙলম্মী। মমান্নবা অদুনা খুম্লক্লম্মী "বাবানা ঐখোয়দা করিসু তৌরোই ফমথৌ হায়রিবনি"। অঙকপনি বাবানা মখুৎ অদু থাঙ্গৎলুরগা থাদরকপা

মতমদদি অতিয়া অদু পুমশেং শেংলম্মী অদুগা নুংশা থোরকপা হৌরক্লম্মী অদুগা নোং অদু শুক্তা তারকখিদ্রে। মদুদগীদি মানা সাই বাবাবু উননিঙবনা খোইরাংবা হৌবক্লম্মী মরমদি বাবানা তৌরিবা অঙকপা থবক অদু কবম্না তৌরিবনো হায়বদু মহাক্না বাবা মশাদা হঙনিংলম্মী। মানা মথংগী চযোলদা বোম্বেদা চৎলম্মী। বাবাগী মনাক্তা তিল্লিবা মীয়াম অদু উবদা মফম অদুদা চঙলুবদা কান্নরোই হায়না খল্লম্মী। স্বামীনা কৌবীদুনা মহাক লাকপনি হাযবসি কনানা পাউ পীবীগদৌরিবনো? মহাক্না মতোমতা অমুক খঞ্জবম্মী মদুদি স্বামীনা কৌবীবনিনা শোয়দনমক্কী মাবু কৌশিনবীরক্কনি। অদুবু অঙকপনি মানা মদু হেক খল্লকপগা, নুপা অমনা মাবু মখুৎ খত্তুনা কৌরক্লম্মী অদুগা হায়রম্মী "লাকও ঐনা নঙবু স্বামীগী মনাক্তা পুশিনবীগনি।" ঐবু নুপা অদুনা স্বামীগী মনাক তান্না পুশিনবীবম্মী। ঐনা স্বামীগী মনাক্তা চঙশিনবা মতমদা স্বামীনা হায়বিবক্লম্মী "নঙগী মেলাদি কদাযদনো?" খ্বাইদগী ঙকপদি মানা স্বামীগা মেলাগী মরমদা ৱাবী সুকশা শান্নখিদ্রি। মতম অদুদা মাদি মহাবাষ্ট্র ষ্টুডেন্ট এসোসিয়েশনগী প্রসিডেন্ট ওইরম্মী। হায়রিবা এসোসিয়েশন অসিনা আধ্যাত্মিক্কী মেলা অমা স্কুল পূম্নমক্তা ছাত্রশিং অসি আধ্যাত্মিক্কী লম্বীদা খুমাং চাওশিন্নবা উৎকদবনি। স্বামীনা হায়বীরক্লম্মী "ঐনা মেলা অদু য়েঙবা পাম্মী।" ইন্দুলাল সাহনা হায়জরম্মী "ঐনা অচৌবা হোল অমা দরকার লৈ অদুগা মেলা অদু শেম শাবদা নোংমদি চঙগনি।" অদুবু পুম্নমক স্বামীনা ওইথোকহল্লম্মী। নুমিৎ অদুদগী হৌনা মাবু বাবাগী মাইকৈরোমদা কন্না চিংশিল্লক্লে। মথংগী চহিদা বাবাগী পুন্সি ৱারী, পাউতাক পাউজেল কয়া য়াওবা মেলা অমা মানা শেম শারে অদুগা পুম্নমক মানা পুত্তপার্তিদা পুরক্লে। অদুবু স্বামীনা মেলা অসি খা ভারত শিনবা থুঙনা উৎলু হায়না য়াথং পীবিরম্মী। ইন্দুলাল সাহনা খল্লী অসুক চাওবা মেলা অসিবু ঐনা করম্না খা ভারত পুম্বা শিনবা থুঙনা

উৎকদৌরিবনো। অদুবু স্বামীনা মানা পুম্নমক শিনবীগনি হায়বীরম্মী। মতম অদুদা মখোয়গী মোবাইল ভেন খর লৈরম্মী। বাবানা হায়রিবা মোবাইল ভেনশিং অদুদা মেলাগী প্রোগ্রামশিং অদু শেম শারম্মী অদুগা মতম অদুদা লিংখৎপা ভজন মন্দলি খুদিংদা মেলা অদু উৎলম্মী। অসুম্না ভেনশিং অদুদা কোইচৎ চত্তুনা মেলা উৎপা লোয়রগা মানা প্রশান্তী নিলয়মদা চৎলম্মী। মদুদা বাবানা হায়বীরক্লম্মী নঙগী ভেনশিং অদু হৌজিক পুত্তপার্তিদা য়ৌরক্লব্রা? বাবানা পুম্নমক শিনবীদুনা অসিগুম্বা আধ্যাত্মিক্কী মেলা অদু মায় পাক্লা উৎপা ঙমজখি। অসিগুম্বা কয়াশিং অসিনা মঙোন্দা স্তান খঙতা তাহল্লম্মী। নুমিৎ অদুদগী মানা কংগ্রেসতা য়াওদুনা রাজনিতি য়াওবগী মহুত্তা ভগবান বাবাগা লোয়ননা অসিগুম্বা আধ্যাত্মিক্কী সমাজ সেবাশিং অসি তৌবনা হেন্না ফরগনি খঞ্জখি।

অতোপ্পা থৌদোক অমনা বাবানা বোম্বেদা লৈরিঙৈ মতমদা হথা যোগী কৌবা নুপা অমা বেঙ্গলোবদগী বোম্বেদা লাকখি। হায়রিবা নুপা অসিনা হায়রম্মী "বাবানা ঈশিংদা চৎপা ঙম্বগুম ঐহাকসু ঈশিং মথক্তা চৎপা ঙম্মী"। মহাক্না নাপল তৌনা স্বামীগী মমাংদা মদু উৎকনি হায়না তেলেগ্রাম অমা থারক্লম্মী অদুবু নুপা অদুনা স্বামীগী মনাক্তা লাক্লমদে। স্বামীদি বোম্বেদগী পুত্তপার্তিদা হনখিরম্মী। মথংগী নুমিত্তা হথা যোগীনা ঈশিং মথক্তা চৎননবা শেম শারম্মী। পৃথীবীগী মফম অয়াম্বদগী কেমেরামেন অয়াম্বা মাগী তৌবাঙম্বা থবক কয়া অদুবু য়েংননবগীদমক অমদি ফোটো নম্নবগীদমক অমদি রিপোর্ত তৌনবগীদমক মফম অদুদা পুল্লম্মী। মানা ঈশিংদা চৎপা হেক হৌরকপগা ঈশিং অদুদা মহাক মশা লুপখিরম্মী। মানা ঈশিং অদুদা চৎপা সুকঙম ঙমদ্রে। মথংগী নুমিত্তা ইন্দুলাল সাহনা থোকপ্রিবা থৌদোকশিং অদু পাউ পীনবগীদমক স্বামীগী মনাক্তা চৎচরম্মী। মদুদা স্বামীনা হায় "মহাক মহাক্কী নাপল অদুনা মরম ওইদুনা মায়থিবনি। মহাক্কী নাপল অদু য়াওরমদ্রবদি ঈশিং মথক্তা চৎপা

হায়বসি মঙোন্দদি করিসু লৈবা থবক নত্তে। মদু মহাক্লা ইরায় লায়না ঙম্বা থবক্নি"। স্বামীনা মঙোন্দা শিংনরক্লিবা মী অদুবু কয়াদা নুংশিনা হায়বীরিবা। হায়রিবা যোগী অসিমক নুমিৎ অদুদগী হৌনা নাপল পূম্নমক থাদোক্লগা স্বামীগী চরন্দা চঙজদুনা স্বামীগী অচানবা ভক্ত ওইখি।

মতম অমদা স্বামীনা হৱাইট ফিল্ড মনাক্তা লৈবা জোয় আইস ক্রিম ফেক্তরি শঙ্গাবগী থবক অসি অয়ুক্কী অফবা পুংফম পুং ৭ তা পাঙথোক্লম্মী। ফেক্তরি অদুসু শাবা লোইশিল্লমদে অদুবু মপু অদুনদি স্বামীগী আশির্ব্বাদ পামজরম্মী মরমদি স্বামীদি মতম অদুদা হৱাইট ফিল্ডদা লৈরম্মী। নোংঙানবগা স্বামীদি পুত্তপার্তিদা লেঙবীখ্রগদবনি। অদুনা মপু অদুনা অসিগুম্বা তাঞ্জা অসি নাম্থোকহন্নিংলমদে। স্বামীনা খোঙলেঙবা অদুদা ইদুলাল শাহসু য়াওরম্মী, স্বীদিশকী ভদ্রলোক অমসু মখোয়গী মরক্তা য়াওরম্মী। কা অদু থোঙ লোনবা অদু স্বামীনা উরম্মী। স্বামীনা মপূ অদুদা থোঙ অদু হাংদোকউ হায়রম্মী। মপু অদু ঙহাক্তং তৌফম খঙলমদে মরমদি কা অদু লোইশিন্দ্রিবনিনা অতেক অকায় পোৎশিং অদুনা পুমচায চাযখায়দুনা তারম্মী। অদুগা মৈসু অমত্তা ফিৎ তৌদুনা শেম শারমদ্রি। অদুনা কা অদু পুম্মক মম্লম্মী। থোঙ অদুদা মী খর লেপ্লা অদু স্বামীনা উরম্মী, স্বামীনা মখোয়দা হায়বীরম্মী "করিগী থোং অদুদা লেপ্পুনা লৈরিবনো মনুংদা চঙলকউ" স্বামীনা ৱাহৈ অসি হাযবা হেক লোইবগা নুমিৎকী মঙালনা হোল অদু পুমঙান ঙাল্লম্মী, হায়রিবা হোল অদুতমক ঙাল্লম্মী অতোপ্লা কাশিংদি ঙাল্লমদে। অদুবু অঙকপনি মখোয় পুম্নমক্লা মপান্দা হেক থোক্লকপগা কা অদু অমুক পুম্মম মমশিনখিরম্মী। মসিগী অঙকপা থৌদোক অসিমক ইন্দুলাল শাহ মশামক্কী মমাংদা থোকখিবা মমিৎমক্লা উহৌবা থৌদোক অমনি। অদুনা মহাক মশামক্লা থৌদোক অসি ময়ামগী মফমদা তমজবনি হায়জে। অদুবু অসিগুম্বশিং অসি থেংনদ্রিবা মীনদি খঙবা ঙম্লোই। অসিগুম্বা কয়া

অসি মী মীদুনা বাবানা তৌবীরিবা থবক কয়া অসি হকথেংননা থেংনরবতদা খঙজবা, থাজবা ঙমগনি।

অসিগুম্বা বাবানা তৌরিবা অঙকপা কয়া অসি খরমখৈদি অতোপ্পনা তৌবা ঙম্বা য়াই অদুবু প্রকৃতিবু কন্ট্রোল তৌবা হায়বসিদি ঈশ্বর নত্তনা কনানসু ঙম্লোই। অসিগুম্বা বাবানা প্রকৃতিবু কন্ট্রোল তৌরিবা অসিবু ঐখোয়না মেনিফেষ্টটেসন কৌরিবনি। বাবাদি ঈশ্বরনি হায়বসি মসিনা য়াম্না চাওবা শাক্ষি অমনি।

অতোপ্পা থৌদোক অমদা ইন্দুলাল শাহনা থেংনবদা হ্বাইট ফিল্ডদা তৌখিবা অদুগা চপ মান্ননা বোম্বেগী ধর্ম্মক্ষেত্রদসু বাবানা নোং তাববু মখুৎ থাঙ্গত্তুনা লেপহনখি।

অদুবু অঙকপা অমদি অমুকখক স্বামীগী মপোক নুমিত্তা পুত্তপর্ত্তিদা অঙকপা ফঙনা নোং তাখি অদুদা স্বামীনা করিমতা হায়খিদে অসিগুম্বা পেরাদোক্স হায়বদি মনুংদদি চুম্লগা মপান্দা মীমাংদা লান্না উহনবা অসিদা মখোয় পূম্নমক্না খল্লম্মী বাবানা তৌবীরিবা মিরাকলস, স্পিরিচুয়েলিটি অমসুং মেনিফেষ্টটেসনশিং অসিবু করিনো? মখোয়না বাবাদা হঙ্গৎচবম্মী "স্বামী করিগীদমক স্বামীগী মী, লীশিং লীশিং তিল্লিবা মফম অসিদা নোং চুবা লেপহন্দ্রিবনো?" মদুদা বাবানা হায়বীরম্মী নখোয় ভক্তশিংনা নমা নপাদা ইকাই খুম্নবা উৎত্রে নখোয়না ইকাই খুম্নবা অসি ঐঙোন্দদমক উৎলে নখোয়গী হকচাং অসিবু পোক্লিবা মমা মপাদদি ইকাই খুম্নবা অদু উৎত্রে। অদুদগী মখোয় পূম্নমক্না খঙজরম্মী মদুদি মখোয় অমত্তনা বাবাগী মমা মপাগী মোংফমদা চত্তুনা লৈশু কৎপগী থবক অসি তৌরুদ্রে। মখোয়না খজিক্তং থওইহৌদবদুদা পৃথিবীগী মফম পূম্নমক্তগী লাক্লিবা মী খুদিংমক্না নোং চুবগী অৱাবা অদু নংখিবনি। বাবানা হায়বী মদুদি লৈবাক অমনা নত্রগা ওর্গনাইজেসন অমনা নত্রগা

ইমুংগী মী অমত্তংনা করিগুম্বা অকায়বা থবক অমা তৌরকপা মতমদা লৈবাক পুম্নমক্কী অমাঙবা ওই হায়বসি নখোয়না ভাব তাগদবনি।

নোংমদি বাবানা ইন্দুলাল শাহদা হায়রম্মী নখোয় মীশিংনা ঐগী মেনিফেস্টেসন খর তৌবা অসিদা করিগীদমক্ত অদুক য়াম্না ঙক্লিবনো। ঈশ্বরনা তৌবা ঙমদবা থবক লৈতে হায়বসি নখোয় পুম্নমক্না খঙলবনি অদুনা অসিগুম্বা মেনিফেস্টেসন খর অসিদা নখোয় ঙকফম থোক্তে। বাবানা তৌরিবা থবক খুদিংমক ঐখোয়না খঙবগী ব্রাংমদনি মরমদি, মহাক্তি ঈশ্বরনি অদুনা ঐখোয়না মতম পূম্নমক্তা মহাক অসি ঈশ্বরনি হায়না থম্মোয়দা চেৎনা থাজরসি।

ভগবানগী দয়া কৃপাদগী ইন্দুলাল শাহ্ বাবাগী আফ্রিকা খোঙচত্তা ভগবান বাবাগী তুংইনজরম্মী। আফ্রিকাদা স্বামীনা মীওই কয়াবু ইন্টর্ভিয়ু কৌশিনবীরম্মী নোংমদি স্বামীনা মীনাই নুপী অমগা মাগী মচেগা ইন্টর্ভিয়ু কৌসিনবীরম্মী। মদুদা মখোয় পুম্নমক্না হায়রম্মী স্বামী মখোয় লাক্লরোই। স্বামীনা হায়বীরম্মী করিগী লাক্লোইদৌরিবনো? মরমদি মখোয়গী আফ্রিকাগী লমদুগী লোল নত্তনা লোন অমফাওবা খঙদবনি অদুননি হায়রম্মী। বাবানা হায়বীরম্মী ঐনা ব্বারী শান্নগদৌরিবা অসি থম্মোয়গী লোন্ননি। থম্মোয়গী লোন খঙদবা মালেমগী মফম অতৈদসু লৈতে। ইন্টর্ভিয়ু অদু লোয়বদা মচিন মনাও অনী অদুনা স্বামীনা মখোয়গী লোন খঙই হায়দুনা য়াম্না হরাও হরাওনা থোরক্লম্মী। শোক ১৯৬৮দা স্বামীনা লোন পূম্নমক খঙই হায়বসি ইন্দুলাল শাহ মশামক্না থেংনখ্রে। ভগবান বাবাদি ঈশ্বরনি। ঈশ্বরনা খঙদবা লোন লৈতে।

অতোপ্পা য়াম্না ঙকপা অঙকপা অমনা হৌজিক্তি তুমিন্না ব্রা ঙাংদনা লৈবা অসি প্রশান্তিগী মরুওইবা থকসি খাসি ওইরে নোংমা প্রসান্তিদা কমুনিষ্ট অমা লাক্লম্মী। প্রশান্তিদা তৌরিবা পুলিস অমত্তা

য়াওদনা অদুক য়াম্বা মীয়াম অদুনা চেক মোক লাওদনা চাওখ্রবা স্বামীগী মন্দির অদুদা থন্নিবা থকসি খাসি অদু উবদা মহাক ঙকপনা খম থেংখ্রে। মতম অদুদা ভারতকী মফম পুম্নমক্তা অরেপ্পা লৈতনা খৎন চৈনবা থোক্লম্মী। মহাক্লা হায়রম্মী করম্না পুলিস অমফাওবা য়াওদনা অসুক য়াম্বা মীয়াম অসি শেন্নরিবনো? করম্না অসুক য়াম্বা মীয়াম অসিনা তুমিন্না ব্রা ঙাংদনা লৈরিবনো? মাগী ব্রাহং অদুদা ইন্দুলাল শাহনা হায়রম্মী বাবাদি ঈশ্বরনি মানা মী খুদিংমকপু শেন্নবী। অদুদগী কমুনিষ্ট অদুনা খল্লক্লম্মী মদুদি কনাগুবা অমনা মসি চপ মান্ননা মী পুম্নমক্কী পুক্লিংদু মতম অমত্তদা শেন্নরিবনি; অদুনা অসুক য়াম্বা মীশিং অসিনা তুমিন্না লাংদনা লৈবা ঙম্লিবনি। মতৌ অসুম্না স্বামীনা মীপুম খুদিংগী থম্মোয়বুসু শেন্নে। বাবানা মাগী পাউতাক পাউজেল পীবিবা কয়াদসু তত্তনা হায়বী মদুদি "ঐনা পৃথিবী পুম্নমকপু ঙাকশেন্দুনা লৈ।"

শোক ১৯৬৮ গী জুন তাং ৩০দা নোংপোক আফ্রিকাদা নুমিৎ ১৪ রোমদং লেংঙুবদু নত্তনা মীরৈবাক্কী করিগুম্বা মফম অমত্তদা বাবা মশানা চৎখিবা লৈত্রি। অদুবু পৃথিবীগী মফম কয়াদা শক্লাইনা দর্শন পিবীখিবা য়াম্না তোয়না য়াওই। কনাগুম্বা অমতবু বাবাগী আশ্রম প্রশান্তিদা লাক্লবা বার্তন তৌখিবা ঙসি ফাওবা লৈখিদ্রি। অদুবু সত্য সাই বাবাদি পৃথিবী শিনবা থুংনা মীকুপ্তা য়ৌবা ঙমই। থৌদোক খুদিংমক খঙবা ঙমই।

প্রকৃতিগী খুৎশেমদা লৈবা পোৎশক খুদিংমক বাবাগী অনিংবগী মখাদা থম্বা ঙমই। হকচাং পোলাং থাদোক্লুনা চৎখ্রবা আত্মা কয়া ফাওবা অমুক হন্না কৌরগা হিংগৎহনখিবা মীওই কয়া লৈখ্রে। মসিগুম্বা কয়াশিং অসি শিবদগী হিংগৎলক্লবা মীওই কয়াগা বাবাগা চত্তুনা মথব্রায় লৌমীন্নরুবগী ব্রারী কয়া লৈখ্রে। অদুবু ব্রাফম অসিমক মীপুম খুদিংমক্কী

ওইথোকপা য়াবা থবক্তি নত্তে। হৌখ্রবা মপোক কয়াদা তৌজরকপা অফবা পুন্যগী কর্মফল অদুদা শ্রী ভগবানগী অখন্নবা থৌজাল ফংজখ্রবা অশেংবা অখন্নরবা ভক্ত খরগী ৱারীনি।

শ্রীভরদেনা বাবাদা হঙজখি "স্বামী নঙগী পোৎচৈ শেম্বগী শক্তি অসি লোয়বা খম্বা নায়দবরা?" স্বামীনা খুম্বিখি "মসি ঙমখৈ লৈতে। মসি কংবা নায়দবা সমুদ্রগুম্বনি। মীপুম খুদিংনা মহাক্না লৈনিংবা অমা লৈবদা, ওইনিংবা অমা ওইবদা মদুদগী মথম্মোয়দা হেক পেন্দ্রিফাও লৌবা য়াই। মদু লোয়বা খম্বা লৈত্রবদি অমসুং ঙমখৈ লৈত্রবদি করিগীদমক্তা মীওইবগী লাইরবা অমসুং অৱাবা কোক্নবদা শিজিন্নদ্রিবনো?"

মদু তাবদা স্বামীনা খঙনোক নোকথোরক্লম্মী। স্বামীনা হায় করিগুম্বা পোৎ খর লৈতববু নহাক্না লাইরবা অমসুং অৱাবগা মান্নহল্লি। নিংথৌরেলশিংনা নুংঙাইহন্নবা পোৎ পূম্নমক মখোয়না পাম্বা মতমদা ফঙই অদুবু মদুনা মখোয় পেল্লব্রা? শান্তি ওইরব্রা। স্বামীনা হায় "ঐগী থবক্তি পুক্নিং অকা অকুম লৈহন্দবনি ঐনা মী অমদা ইনাক খুনবা হেনগৎনবা পোৎ পীদে। মখোয়দা ভক্তি অমসুং থাজবা য়োকখৎনবা ঐনা পী"।

নোংমা য়াম্না ইনাকখুনবা করবালৱালা অমনা বাবানা মাগীদমক মেটেরেলাইজ তৌবীবা ডাইমণ্ডগী খুদোপ, মখুত্তা শিবিবদা চপ চাখিবা অমা উৎলদুনা কস্তুরিদা হায়খি "মিঃ কস্তুরি ঐগী মিৎ অসিনা খুদোপ অসিগী অচৌবা ডাইমণ্ড অসি হেক উবা মতমদা, বাবানা মসি ঐগী খুত্তা শিবিবা মতমদা হায়খিবা লুম লুম লাওবা ৱাহৈশিংদু নীংশিঙই। "মসি ডাইমণ্ড নত্তে; মসি পাউতাক অমনি নঙনা তত্তনা চেকশিনগদবা ৱারনিংনি; "দাই-মাইণ্ড"! পুক্নিং শিবা! অপাম্বা অমসুং পামদবা পূম্নমক্কা লোয়ননা পুক্নিং অদুনা নঙবু শান্তিদা থম্বিরম্লগা মাঙখ্রসনু, শিখ্রসনু"। ❑

# ভগবান বাবানা মী কয়াগী পুন্সিবু মওং তানা শেমদোকপীরি

জগৎকী মবুংঙো ভগবান সত্য সাই বাবানা মীওইবগী শক্লোন্দা মফম অসিদা অবতার তৌবীরিবনি। হৌখিবা অবতারশিংগা মান্নদবা অমনা ভগবান বাবানা মীওইবা কয়াগী পুন্সিবু মওং তানা শেমদোকপীবা ঙমই। মসি তশেংবনি স্বামীনা শোক্লুবা পুম্নমক সনা ওল্লি। মহাক্না ঐখোয়দা য়াওরিবা ফত্তবা অমোৎপা কয়াবু শেংদোকপীদুনা লৌথোকপীদুনা অশেংবা সনা ওলহনবগী তাঞ্জা কয়া পীবিরি। ৱারী অসি ভারতকী রিঃ চিফ জষ্টিস পি. এল. ভাগৱতিগী মমাংমক্তদা থোকখিবা অমদি মানা তশেং তশেংনা উহৌবা থৌদোক অনীখক্কী ৱারীনি।

অহানবা ৱারীনা ব্লিজ মেগাজিনগী ইডিটর রসি খূর্শিদ করঞ্জিয়াবু বাবানা করম্না মওং তানা শেমদোকপীদুনা বাবানা তৌরিবা অঙকপা কয়া অসিবু অশেংবা ঈশ্বরগী থৌওংনি হায়বসি মমুৎ তানা খঙহনবীখিবগী ৱারীনি। মহাক্না অহানবদা বাবাবু করিমতা থাজরমদে, তৌরিবা অঙকপা কয়া অসি ওইদবা থৌওং ঙাক্তনি হায়দুনা প্রচার কয়া তৌদুনা মাগী ব্লিজ মেগাজিনদা কয়া ইদুনা ফোংদোকখি। নোংমদি মাগী মমান্নবা খরনা মঙোন্দা হায়খি "নহাক্না স্বাইদা সুম ঙাংবনা করিসু কান্নরোই।

নহাক্লা মতম খর পুত্তপার্তিদা চত্তুনা বাবানা তৌরিবা অদু নমিৎমক্লা উরবা মতুংদা নঙগী ব্লিজগী মেগাজিন অদুদা ইনিংবা ইয়ু তৌবতদি নহাক্লা পুত্তপার্তিদা বাবাগী মনাক্তা চত্তুনা অশেংবা অদুতদি খঙদোকউ হায়বীরম্মী। মহাক্লা পুত্তপার্তিদা চত্তুনা বাবানা তৌরিবা কয়া অদুবু চাং য়েংগে হায়না খন্দুনা পুত্তপার্তিদা লাক্লম্মী। অদুগা মানা বাবাগী নাক্তা নুমিৎ হুম্লি লৈদুনা বাবানা তৌরিবা কয়া অদু মমিৎমক্লা উজরম্মী। পুরা পুরী বাবানা মাবু পুমওন ওম্ফোকপীরম্মী নুমিৎ অদুদগী হৌনা মাগী ব্লিজ মেগাজিনগী লমাই অমগী কাখল অমমমদি স্বামীগী পাওতাক কয়া য়াওহল্লম্মী। অসুম্না বাবানা মাগী পুক্লিং ব্রাখল পূম্নমক হোংদোকপীদুনা অনৌবা পুন্সি অমা শেমদোকপীখি। মমৈদা বাবাগী দিতেক্টর অমদি ক্রিতিক কয়ানা বাবাবু ঈশ্বরনি ঈশ্বব নত্তে হায়না চাংয়েংবদা আরঃ কেঃ কবনজিয়া না অথোইবা জর্নেলিষ্ট ওইখি অদুগা বাবাগা ব্রারী শানবদা পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী শাংবা মতম লৌদুনা হাযবদি বাবানা মঙোন্দা পূং অনীমখায়গী মতম পীবীদুনা অশেংবা ঈশ্বরগী শক্লোন্নি হায়বসি মমাংমক্তদা উৎপীখি।

অতোপ্পা ব্রারী অমনা ইংলিস মচা ডাঃ ইরিক অর্নোতগী ব্রাবীনি। চহি অনীরোমগী মমাংদা সত্য সাই হোস্পিটালদা মিৎকী অনাবা য়েংনবা য়াম্না অনৌবা অফবা মখলগী মেচিন অমা দরকার য়াম্না ওইরম্মী। ডাঃ উপধ্যায় অসি স্বামীবু য়াম্না থাজজবা ভক্ত অমনি মহাক লণ্ডন্দা ডাঃ অরনোতকী মখাদা থবক তৌরম্মী। ডাঃ অরনোত পৃথিবীগী খ্বাইদগী ফাওরবা মীৎকী ডাক্তরনি। ডাঃ উপধ্যায়না হায়রিবা খুৎলাই অসি স্বামিগী হোস্পিটালদা পুরক্লবা থৌরাং তৌরম্মী অদুগা খুৎলাই অদুবু শিজিন্নবা তশ্বিনবগীদমক ডাঃ অরনোতপু পুত্তপার্তিদা লাকপীয়ু হায়জরম্মী। ডাঃ ইরিক অরনোতনা হায়রম্মী "ফরে অদুদি ঐনা পুত্তপার্তিদা চৎলবদি ফাইভ ষ্টার হোতেল অমা নঙনা থৌরাং তৌরো"।

ডাঃ উপধ্যায়না হায়জরম্মী "পুত্তপার্তিদদি ফাইভ ষ্টার হোতেল অমা ফাওবা লৈতে অদুনা মদু থৌরাং তৌবদা খর ব্রানা থোক্কদবা মাল্লি"। অদুদগীদি ডাঃ অরনোতনা হায়রম্মী "খ্বাইদগী নকপা সহরদি কদাযদা লৈবগে? ঐনা মফম অদুদগী নুমিৎ খুদিংগী গাড়ীনা লাক্লগে হায়রম্মী"। মদুদা ডাঃ উপধ্যায়না হায়রম্মী "বেঙ্গলোরনা খ্বাইদগী নকপা সহরনি, অদুবু মফম অদুদগী পুত্তপার্তি তান্না চৎপদি পুং অহুম্লোম চঙগনি অদুগা লম্বী অদুদি কেম্ব্রিজদগী লন্দন ফাওবা চৎপগী অনানবা লম্বী অদু নত্তে"। ডাঃ অরনোতনা হায়রম্মী "ঐনা প্লেনদা অহোঙবা ক্লাসতা চৎলোই, ঐদি ফাষ্ট ক্লাসতা চৎকনি"। উপায় লৈত্রদুনা ডাঃ উপধ্যায়না পূম্নমক ঈশ্বরদা শিন্নজরম্মী। ডাঃ উপধ্যায়নে ডাঃ ইরিক অরনোতনে মাগী নুপীনে পুন্না লণ্ডন্দা লৈবা এয়ার ইন্দিয়া ডেস্কতা চেক তৌবা চৎলম্মী। মফম অদুদা অঙকপা থৌদোক অমা থোকখ্রে। মফম অদুদা লৈরম্লিবা ওফিসার অদুনা হায়রক্লম্মী। "সার ঐখোয়না ফেক্স মেসেজ অমা ফংই মদুদা ডাঃ অরনোতনে মাগী নুপীনে অনীমক ফার্ষ্ট ক্লাসতা ওনখৎলু হায়দুনা ঐখোয়না মবানিদু ফার্ষ্ট ক্লাসতা ওনখৎলে।" অদুগুম্বা ফেক্স মেসেজ অদু কনানা থারক্লিবনো হায়বসি কনামতনা খঙদ্রে। মসি পূম্ন মক ভগবান্না মনাইবু অরাপ্পদগী তেংবাংবীবনি হায়না উপধ্যায়না থম্মোয়দা খঞ্জখি। অঙকপা অমনা অমুক মখোয়না বোম্বে ফাওদুনা বেঙ্গলোবদা চৎপনি, মখোয়না বোম্বে য়ৌরকপা মতমদদি এয়ার হোষ্টেজ অনীখক্লা লৈ পরেং পায়রদুনা মখোয়বু ওক্লম্মী। মদু পূম্নমক কনানা শিল্লিবনো হায়বদুসু কনামতনা খঙনরমদে। ডাঃ অরনোতনা মাগী লগেজ অদু য়ু লিক্লি তরুক অমসু য়াওরম্মী। মানা হায় "ঐনা মসি থক্রুবদি চৎপা ঙমদে"। মদু তাবদা ডাঃ উপধ্যায় হায়নিংঙাই লৈতনা ব্রারম্মী মহাক তৌফম ফঙলমদে। ফীভম অদু করম হায়না ওইরক্কদগে হায়বসি মহাক্লা খঙবা ঙম্লমদে। মাগী ব্রাবগী মতাং অদুদগী স্বামীনা মাবু

মতেং পাংবীখ্রে। মখোয়না গনেশ গেত য়ৌরকপা অদুদা মতম থেংখিরম্মী অদুনা স্বামীনা দর্শন পীবা থোরকপা মতম ওইবনা মন্দিরগী কেম্পস অদুদা গাড়ী থৌজিনবা য়ারমদে অদুনা মখোয়না গনেশ গেৎলোমদা খোঙনা চঙলক্লম্মী। মখোয়না চঙলকপা মতম অদুদা স্বামীনা মাগী ইন্টর্ভিয়ুগী কা অদুদগী লেংথোকপীবক্লম্মী। স্বামীনা ডাঃ অরনোতপু উবদা ডাক্তর লাকও হায়দুনা ইন্টর্ভিয়ুগী কাদা কৌশিবীরম্মী। মদুদা ডাঃ অরনোতপু বাবানা ঙাইদুনা লৈবীরম্বগুম মখোয়না খঙখি। ডাঃ অরনোত খোগ্রায় চল্লগা ফম্বা হৈনরমদে অদুনা মানা মাগী মখোঙ অনিমক শাংনা তিংথোক্লম্মী। মদুদা ডাঃ উপধ্যায়না মখোঙ অদু কোনশিন্দুনা খোগ্রায় চল্লগা ফমউ হায়রম্মি মদুদা স্বামীনা হায়বীরম্মী "উপধ্যায় নঙ করিমতা মঙোন্দা হায়রুগনু মানা তৌনিংবা তৌজসনু"। স্বামীনা ডাঃ অরনোতা ওঁ হায়না হায়মিন্নসি হায়রম্মী স্বামীনা ওঁ হায়বা ব্রাহৈসি লাওরক্লম্মী অদুগা ডাঃ অরনোতনা তাবদমক তারম্মী। ব্রাহৈ অদু হায়দোকপা হৈরমদে। অদুদগী মাগী মচিন্দগী ওঁ হায়বা ব্রাহৈসি য়াম্না থুনমক হায়রক্লম্মী অদুগা লোয়ন-লোয়ননা মাগী তিংথোক্কুনা লৈরম্লিবা খোঙ অদু তপ্ন তপ্ন কোনশিনখিদুনা খোগ্রায় চল্লগা ফমখিরম্মী। অদুদগী স্বামীনা মঙোন্দা হায়বীরম্মী "হয়েং অয়ুক্তগী নঙগী মেচিন অসি শিজিন্নদুনা ওপরেসন হৌরগদবনি" মখোয়না ইন্টরভিয়ুগী কাদগী থোরকপা মতমদা ডাঃ উপধ্যায়না হায়রম্মী "ফরে হৌজিক ঐখোয় বেঙ্গলোরদা চৎলসি"। ডাঃ ইরিক অর্নোতনা হায়রম্মী "ব্রারুরগনু ঐহাক মফম অসিদা লৈরগনি হায়বদি মফম অসিদা স্বামীনা পীবীবা কা অমদা হেক্তা লৈরগনি"। মদুদা ডাঃ উপধ্যায়না হায়রক্লম্মী "নঙগী য়ুগী লিক্লিশিং অদুদি কদায়দা থমগদৌরিবা?" "মদু টেক্সি ড্রাইভর অদুদা পীথোকখ্রো হৌজিক ঐহাক মদু দরকার লৈত্রে" হায়না ডাঃ অরনোতনা হায়রক্লম্মী। মখোয়না মথংগী নুমিত্তা স্বামীগা উনবা অমুক চৎলম্মী মদুদা

মাগী নুপীসু য়াওরম্মী। স্বামীনা মাগী নুপীদা নেকলেস অমা মেতরিএলাইজ তৌরগা পীবীরম্মী। অদুগা ডাঃ আর্নোত মশাদনা খুদোপ অমা মেতরিএলাইজ তৌবীরগা পীবীরম্মী। অদুদগী মখোয়না মন্দির অদুদগী হোস্পিটালদা চৎননবা বাবানা হায়বীরম্মী। ডাঃ অদুদা বাবানা হায়বীরম্মী "নহাক য়াম্না থৌজাল হৈবা মীনি নহাক্না মীওইবা জাতিবু সেবা তৌগদবনি"। স্বামীগী ব্রাহৈ অসিমক্না ডাঃ অদুগী থম্মোয় অদু অশাবা মনাক্তা ঘীনা শৌদোক্নুনা পেৎথোকপগুম পুমপেৎ পেৎথখ্রে। অদুদগী মাগী পুন্সিবু পুমওন ওন্থোকপিদুনা অনৌবা মীনুংশি খঙবা, মীগী সেবা তৌনিংবা মীওই অমা ওইখ্রে। অসিগুম্বা কয়া অসি বাবাগী ঈশ্বরগী শক্তিবু থাজদবা কয়াদদি থাজনিংঙাই ওইদ্রবা থৌদোক্নি হায়গনি। অদুবু স্বামীনা থাজবা য়াদবা কয়াবু থাজবরোমদা ওন্থোকপীদুনা মীওই কয়া কয়াবু অনৌবা অফবা পুন্সি ওইনা শেমদোকপীদুনা, মাগী ঈশ্বরগী শক্তি কয়াবু ময়ামদা উথোকপীরি। মীনা তৌবদা ওইথোক্লরোই হায়না খনবা থবক কয়াবু স্বামীনা ইরায় লায়না পাঙথোকপীরি। স্বামীনা পোৎ কয়াবু মেতরিএলাইজ তৌবীরিবশিং অসি অঙকপনি অদুবু মসিদগী হেন্না ঙকপা অঙকপদি স্বামীনা মী অমগী পুন্সিবু, থম্মোয়বু পুরা পুরী শেমদোক শাদোকপীদুনা অফবা অনৌবা পুন্সি অমা শেম্বীবা অসিনি। তশেংনমক অসিগুম্বা থবকশিং অসি অবতার অমনা তৌবীরিবা থবক ঙাক্তনি অদুনা মীওইবা জাতি ঐখোয়না মঙোন্দা ইকোক নোঞ্জদুনা খুরুমজরিবা কয়া অসি মসিমক্ননি মরমদি মহাক্তি জগৎকী মবুংঙোনি। অবতার অমনা মালেম অসিদা তাইবং মীবু লমজিং লমতাকপীরি লোয়ননা মীওইবগী লাইবকপু শেমদোকপীদুনা অচুম্বা লম্বীদা লমজিংবিরি।

শোক ১৯৬৫ দা প্রশান্তি নিলয়মদা মিটিং অমদা বাবানা অসুম্না হায়বীখি "কনাগুম্বা অবতার অমতনা অসুম্না খক তৌখিদ্রি মদুদি

খুঙ্গংদা মীয়াম মরক্তা চত্তুনা অরাবা তারবশিং কয়াবু খন্দোকপা, তুম্লিবা কাংবুবু হৌদোকপীবা, অতনববু থুনা ভাব তাহন্দুনা লমজিং লমতাকপীবা, থেমজিনবীবা, অচুম্বা, ধর্ম্ম, শান্তী অমদি প্রেমগী মাইকৈদা থাঙ্গৎপীবা। ঐহাক গুরুসু নত্তে, ঈশ্বরসু নত্তে ঐদি নঙনি, নঙনা ঐনি। মদুনি অচুম্বা হায়বদু অমসুং নঙনা পন্থুং অদু য়ৌরবা মতমদা মদু খঙগনি। নহাক্না ঈথক অদুনি অদুগা ঐহাক্না সমুদ্রনি"।

শোক ১৯৭০ গী খৃষ্টমাস নুমিত্তা ধর্ম্মক্ষেত্রদা বাবানা লাওথোকপীখি। "ঐনা তৌরিবশিং অসি মী শুমহৎনবা, ঙকহন্নবা মেজিক অমত্তা য়াওদে, ঐগীসিদি তশেং তশেংবা ঈশ্বরগী শক্তিদুনি। পুকচেল পীকপশিংনা অমদি লৌশিং মপুং ফাদবশিংনা ঈশ্বর মশক খঙনবা হোৎনবদা শোনমল্লি খঙবা ঙম্লরোই। ঈশ্বরগী মতিক মগুণ অসিদি য়ামখ্রবা জাৎনি। মখোয়গী মায়ানা থল্লবা মমিৎ অদুনা য়ৌবা ঙমদদুনা মখোয়না মদুবু করেম্নৈ অমসুং যোগ শিদ্বীনি, শুমহৎনবনি, মেজিক্নি হায়রিবনি। অদুবু ঈশ্বরদি তৌনিংবা অমা হেক্তা তৌবা ঙম্মী। মহাক্কী খুবাক্তা শক্তি পুম্নমক লোয়না লৈ মহাক্কী শক্তিশিং অসি ঙহাক চৎনরগা মাঙখিবা নত্তে।

জষ্টিস পিঃ এনঃ ভগৱাতী মশামক্কী ৱারী অমুক ময়ামগী মফমদা থমজগে। শোক ১৯৬৯ গী মে থাগী তাং ১৫ দা ভগৱতী মশামক্না বাবাগা কন্টেক্ট তৌরমই। মতম অদুদা মহাক গুজরাত ষ্টেটকী চিফ জষ্টিস ওইরম্মী। স্বামীনা মেগী তাং ১৫ দা গুজরাততা লাক্কনি হায়বসি মহাক্না তাজরম্মী অদুবু মহাক্না স্বামীবুদি অমুক্ত ফাওবা উন্নখিদ্রি। মহাক্না স্বামীদা নোংমতং লৈমিন্নসি হায়বা চিঠি অমা ইজখি। মঙোন্দা মসি তৌ হায়বসি কনানা ইনশিল্লকপনো খঙদে, তশেংবদি স্বামী মশামক্না মঙোন্দা ইনশিনবীরকপনি হায়বা মহাক্না খঞ্জে।

*পূম্নমকপু খঙবী উবিরিবা স্বামীনি। লাপ্না স্বামীনা মনাইগী পুক্লিং উবিখ্রে। নোংমদি স্বামীনা মাগী মনাক্তা খোঙলেঙবীরকখি। মানা* খঞ্জখিবা পূম্নমক ওইথোকখ্রে। স্বামীনা মানা হায়জবা অদু য়াবীখ্রে। শোক ১৯৬৯ গী মেগী তাং ১৫ দা স্বামীনা অহমেদাবাদতা লেঙবীরকখি ভগৱতীনা স্বামীবু এয়ারপোর্তা ওকপা চৎচরম্মী। মহাক্তি কৃষ্ণ নীংজবা ভক্ত অমনি। মানা কৃষ্ণগী মফমদা মরক মরক্তা য়াম্না কপচদুনা মাগী অশেংবা মশক অদুদদি উজগে হায়না মবুংঙোগী মফমদা নীজরম্মী। বাবানা এরোপ্লেন্দগী হেক কুমথরকপদা মাগী মবুংঙো কৃষ্ণ ওইনা মাগী মমিত্তা উজখি। মানা মাগী থম্মোয়না পেন্না পিরাং পীরোইননা কপচখি। মানা নীংজখিবা ঈশ্বর অদুনা মমাংমক্তদা লেঙবীরক্লবদুদদি মহাক্না নোংমা চুপ্না মবুংঙোগী সেবা তৌজখি। অসিগুম্বা এক্সপেরিয়েন্সশিং অসি মানা ইদুনা ফোঙদোকচবদি ওইথোক্লে হায়জে।

হায়রিবা চহি অদুমক্তদা পুত্তপার্তিদা দুর্গা পুজা য়াওবা চৎলম্মী। মহাক্না বেঙ্গলোরদা হেক থুংবগা কর্নাতকা হায় কোর্তকী জজ জষ্টিস গোপী ভলভ লিয়েনগরদা মাবু পুত্তপার্তিদা পুবীয়ু হায়জরম্মী মখোয় অনীনে লিয়েনগরগী নুপীনে মখোয় অহুম মখোয়গী কারদা পুত্তপার্তিদা চৎলম্মী। মখোয় মপু মনাই অনীমক সির্ধি বাবাবু নীংজবা ভক্ত ওইরম্মী। মাগী নুপীনা অচৌবা ওপরেশন অমা তৌবা মতমদা সির্ধি বাবানা মমাংদা লেঙবীরক্লুনা 'করিশু তৌরোই কীরুগনু ঐনা নঙগী ওপরেশন তৌবা মনাক অদুদা লৈগনি হায়বীরমই অদুগা মাগী ওপরেশন অদু মায় পাক্লা তৌখিবগী ৱারী কয়া কার মনুংদা লীরম্মী।

মখোয়না পুত্তপার্তিদা য়ৌরে। মতম অদুদদি পুত্তপার্তি হৌজিক্কী অসিগুম্না চাওরমদ্রি। মতম অদুদা ভেরন্দাগী নুপাগী নাকলদা ভগৱতীনে, লিয়েনগরনে ফম্লম্মী অদুগা মাগী নুপীনা নাকল অমদা

ফমল্লম্মী। বাবানা দর্শন লেঙথোকপীরক্লম্মী অদুগা ভগৱতীদা হঙলম্মী "নঙ করম্বা মতমদা লাকপগে?" ভগৱতীনা অয়ুক্তা লাকই হায়জরমই। স্বামীনা হায়রম্মী "নহাক ইন্টরভিয়ুগী কা মনুংদা চঙলক্লো"। মানা স্বামীদা মাগা লাকমিন্নরিবা জজ অদুসু চঙমিন্নরক্কে হায়জরম্মী। স্বামীনা হায়রম্মী "ফরে মাগী নুপীসু কৌশিল্লকউ"। মখোয়না ইন্টরভিয়ু কা অদুদা হেক ফমথবগা স্বামীনা নুপী অদুদা ওনশিল্লক্লম্মী অদুগা হায়রম্মী "ঐনা নঙোন্দা ওপরেশন অদু মাইপাক্কনি হায়খিদব্রা?" মসি সুকথা থাজরুদ্রবা ৱানি। মানা ঙক্কুনা স্বামীদা য়েংদুনা লৈরম্মী। মহাক্না মতোমতা থম্মোয়দা ফাওজরকখি মদুদি স্বামীনা মাগী মমঙদা সির্ধি বাবাগী শক্লোন্দা উহনবীরম্বনি অদুনদি বাবা অনীমকসি মশা অমত্তনি হায়না নুমিৎ অদুদগী খঙজখি।

জষ্টিস ভগৱতীনা স্বামীনা মঙোন্দা মতম পুম্নমক্তা পীবিবিবা দয়া কৃপা অসি হায়নিংঙাই লৈতে হায়জরম্মী। নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা মাগী মমিৎ নামা অসি ঈ তারক্লম্মী মদুনা মাগী মমিৎ অনীমক শোকহল্লম্মী। মানা খুদক্তা স্বামীগী মনাক্তা চৎচরম্মী। স্বামীনা মঙোন্দা ৱাগনু হায়বীরম্মী অদুগা হিদাক্কী গুলী য়াওবা বোক্স অমা মেতরিএলাইজ তৌদুনা পুথোকপীরম্মী অদুগা গুলি অদু নোংমগী অমমম চাও হায়বীরম্মী। মানা বাবানা হায়বা খুদিংমক ইনজরম্মী। অদুদগী মমিৎ ঈ থোকপা অদু পুংফ ফখি। অদুগী মতুংদগীদি মহাক অনা-অয়েক, অৱা-অনা করিমত্তা থোকখিদ্রে। স্বামীনা মাবু মমিৎ তাঙবদগী কনবিখ্রে স্বামীনা মাবু ঙাকপী শেনবীদুনা লৈরে। নোংমদি মানা মাগী নুপীগা লোয়নননা স্বামীগী মনাক্তা পুক্তপার্তিদা চৎচরম্মী। নুমিৎ অদুদা স্বামীগী কাদা মখোয় অনীমক লৈরম্মী। মাগী নুপীনা মাগী মপুরোইবা ভগৱতীনা মফম খুদিংগী পোষ্টিং তাদুনা কোইচৎ চত্তুনা লৈবা অদুনা

মহাক মতোমদা লৈবা কিজৈ হায়না কমপ্লেন তৌজরম্মী। তশেংবমক্সি মহাক্তি জজ অমা ওইবনিনা পৃথীবিগী মফম খুদিংদা কোইচৎ চত্তুনা লৈ। স্বামীনা হায়বীরম্মী "কনামতনা মতোমতা লৈতে, ঐনা মফম পূম্নমক্তা নঙগা লোয়নদুনা নঙগী ননাক্তা লৈ"। বাবাগী ৱাহৈ অসিদগী ঐখোয়না খঙজরে মদুদি মীওইববু মতম পূম্নমক্তা ঈশ্বরনা কোইশেন শেন্নদুনা লৈ। ঈশ্বরনা ঐখোয়গী হকচাং মনুংদা, অকোয়বদা, ঐখোয়গা মতম পূম্নমক্তা লৈ, কদৌঙৈদসু ইতোমদা লৈতে।

স্বামীনা মাবু মতম পূম্নমক্তা ঙাকপী শেনবীদুনা লৈবগী ৱারী কয়া লৈ। মানা হায়জৈ মঙোন্দা দয়া কৃপা থৌজাল মীনুংশি কয়া বাবানা পীবিরিবা অসি মঙোন্দা খক্ত নত্তে পৃথিবীগী মীপুম খুদিংমক্তা অসিগুম্বা দয়া কৃপা কয়া অসি পীনবিরিবনি। মাগী অসিগুম্বা দয়া কৃপা পীবিরিবশিং অসি মাগী ভক্তশিং খক্তদা নত্তে। মালেম অসিদা লৈরিবা মীপুম খুদিংদা শিনবা থুংনা শন্দোক্লি। মরমদি স্বামীদি সবর্বজ্ঞান, সবর্বব্যাপি, সবর্বশক্তিমান ওইবীরিবা জগৎকী মবুংঙোনি। মানা মতম পূম্নমক্তা মীওইবা জাতি ঐখোয়দা অসুম্না হায়বী নখোয়না ঐঙোন্দা খোঙথাং অমা থাংজিল্লকপা মতমদা ঐনা নখোয়দা খোঙথাং তরা চঙশিল্লক্কনি। মশামক নুংশিবগী শক্লোন পুবীরিবা জগৎকী মবুংঙোনি মহাক নুংশিবগী শায়োন্নি মাগী মীনুংশি অসি মীপুম খুদিংদা খিকপীরি। মাগী অপাম্বদি মঙোন্দা হৈ-লৈ কৎপা নত্তে, থম্মোয়দগী থোরকপা নুংশিবা ৱাহৈ অমদি থম্মোয় শেংনা তারক্লিবা মীৎলুগী পীরাং অসিনি। মানা হায়বী য়েংউ ঈশ্বর হায়বসি মীপুম খুদিংদা য়াওরিবনি। মখোয়গী থম্মোয়গী থুপ্লবা কাচিন্দা ঈশ্বরনা লেঙদনা লৈবনি। ঈশ্বরনা মপান্দা লৈতবনি অদুনদি ঈশ্বরবু থিনবগীদমক ঐখোয়না ঈশ্বরনা পীবীরক্লিবা থম্মোয় অসি মীৎলুগী পীরাংনা শেংদোকচবা তাবনি।

নোংমা জষ্টিস ভগৱতীনা স্বামীগী ইন্টরভিয়ু কা মনুংদা ইরানগী নুপী খরগা থেংনখি। বাবানা ইরানগী নুপী অমদা হঙলম্মী "ঈশ্বর কদায়দা লৈবগে! নুপী অদুনা স্বামীদা খুৎ থিল্লগা হায়রম্মী "নঙ ঈশ্বরনি অদুদগী স্বামীনা হায়রম্মী "নত্তে নঙসু ঈশ্বরনি নখোয় পূম্নমক্তা ঈশ্বর য়াওরি। নখোয় নশানা ঈশ্বর য়াওরি হায়বসিখক্তংদি খঙদ্রে, মসি করিগীদমক্তনো হায়বদা নখোয়না পুক্লিং, হকচাংঅসিদা হেন্না পামশিলবননি। হায়রিবা অপাম্বশিং অসি খাইদোকপা ঙমদে। অদু হেক খাইদোকপা ঙস্বা নুমিত্তা নখোয় নশা নশাদা ঈশ্বর য়াওরি হায়বসি খঙবা ঙমগনি।

**ভগবান বাবাগী অঙকপা কয়াবু থিজিন হৃমনিবাঃ**

শোক ১৯৭৫ গী জনুৱারী তাং ৩০ নি এঃ রোইনা ইহান হান্না পুত্তপার্তিদা বাবাগী মনাক্তা চচ্চবনি। মীয়াম মরক অদুদগী মহাকপু বাবানা ইন্টরভিয়ুগী কৌশিনবীরমই। অদুগুম্বা লাইবক ফরবা খুদোংচাবা অদুগীদমক্তা মহাক য়াম্না হরাওজরম্মী অদুবু মহাক বাবাদা করি হায়জগনি হায়বগী মরমদদি মহাক কবিমত্ত শেম শাহৌরমদে। মহাক্না য়াম্না খৌরাংনা মন্দিবগী য়েৎলোম থংবা নাকল অমদা ঙাইদুনা লৈবা মতম অদুদা ময়ামগা মান্নদবা মওংদা নিউ য়োর্ককী পেরাসাইকোলোজিষ্ট অনী ইলেন্দুর হরালসন অমদি কার্লিস ওসিস অনীসু মাগী মনাক্তা য়াম্না নক্না ফম্মিন্নরম্মী। লৈরিবা মীয়াম অদুগা মবানিনা তৌরিবা মওং মতৌ অদুগা খেন্নরম্মী। মখোয়না বাবানা তৌরিবা অঙকপা অদু থিজিনবা লাকপনি। ইউনাইতেদ ষ্টেটকী খবর কয়াদা বাবাগী মরমদা ফোঙলিবা কয়া অসি অচুম্বরা অরানবরা হায়বদু খঙনবগীদমক মখোয়না পুত্তপার্তিদা লাকপনি।

মখোয়না থা অহুম চুপ্পা মী কয়ানা ঙাংনরিবা, বাবানা তৌরিবা মিরেকলস কয়া অদুবু অচুম্বনি নত্রগা ওইদবনি হায়বসিগী থিজিন্নবগীদমক্তা

বাবাবু থাজজবা ভক্ত কয়া অমদি বাবাবু থাজদবা মীওই কয়াদগী ৱারী কয়া তারম্মী। মখোয়না বাবানা তৌরিবা অঙকপা কয়া অদু মুভি কেমেরা শিজিন্নদুনা ফিল্ম ওইনা নম্লম্মী। তশেংনা হায়রবদা মখোয়না বাবানা তৌরিবা কয়া অদু মমিৎমক্লা উনিংবদগী থিজিনবা লাকপনি।

**বাবাগা উন্নজরুবদাঃ**

এঃ রোইসু বাবানা ইন্টরভিয়ু কৌশিনবা মী নিপাল অদুগী মনুংদা য়াওরম্মী। মখোয় নিপালমক তোংঙান তোঙান্না ফমহল্লম্মী। থিজিনবা লাক্লিবা মখোয় অনী অদুত নত্তনা কাংবু অদুদা লোস এঞ্জেলসতগী মপু-মনাই অনী, শ্রীলঙ্কাদগী নুপী অমা, হোংকোংদগী নুপা অমা বোম্বেদগী ডাক্তর অমনি। থুনমক মখোয় পূম্নমক ইন্টর্ভিউ কা অদুদা বাবানা পুশিল্লম্মী। মখোয় পূম্নমক লৈমায় অদুদা বাবাগা মায়-ওনশিন্নরগা ফম্লিন্নরম্মী। বাবাসু মহাক্কী চৌক্রি অদুদগী কুমথরক্লগা মখোয়গা ফম্মিন্নরম্মী। বাবানা মফম অদু হেক য়ৌবগা বাবানা মাগী যেৎকী খুৎ অদু ওৎলগা মালংদগী বিভুতি শেম্বীরম্মী অদুগা মখোয় পূম্নমক্তা য়েনবীরম্মী।

বাবাগী ঈংলবা, নুংশিরবা মিৎ অদুনা মখোয় পূম্নমক্তা য়েংবীরক্লম্মী অদুগা মোমোন নোক্কুনা ময়াম্বু ওকপীরম্মী। রোইনা ফুট মরিগী অরাপ্পদগী বাবাবু য়েংবা ফংজরম্মী। স্বামী অসি মশক মতৌ ফজবা নহা অমা ওইনা মহাক্কা উজরম্মী। মীয়াম মরক্তা য়াম্না লেম্না উবা অদু নকশিল্লক্লবা মতমদদি য়াম্না নুংশিবা করিমত্তা কোইনদ্রবা মরুপ-মপাং অমগুম্না উরম্মী। ঙহাক্তংদি মহাক্না জগৎকী মবুংঙো, মী লিশিং কয়ানা পুজা তৌনরিবা বাবাগা মাইয়োক্লনা ফম্লিবনি হায়বসি কাওথোকখি।

খ্বাইদগী ঙকপা অমনা মাগী হিন্দি ঙাংবগী কেপাসিতি অদু খঙবদৌনা স্বামীনা মঙোন্দা স্বামীনা ঙাংলিবা হিন্দি অদু ময়াম অদুদা

ইংলিসতা অর্থ হন্দোক্লবা হায়বীরম্মী অদুগা স্বামীগী মনাক্তা হেক থংননা ফমহনবীরম্মী। মহাক্না বাবাগা থেংননা ফম্লম্মী। বাবানা য়াম্না নুংশিনা রোইগী ওইথংবা মরেংবান্দা ঙাথবীরম্মী অদুগা বাবাগী খুৎ য়েৎ অমদি পাম্বোম অদুনা মঙোন্দা ঙহাক লৈতনা থেংলক্লম্মী। বাবানা মঙোন্দা তত্তনা থেংলক্লিবগী মরমদি বাবাগী খুদাংদা অমদি মশাদা করিগুম্বা পীকখ্রবা পোৎ হায়বসি পিন মচা ফাওবা য়াওই য়াওদে হায়বদু খঙননবগী সাক্ষি ওইনবা তৌবীরকইবনি হায়না মহাক্না খঞ্জরম্মী।

**আমেরিকাগী মপু মনাই অনি বেদ মন্ত্র থিদুনা লুহোংবীরম্মী।**

বাবানা আমেরিকাদগী লাকপা মপু মনাই অনী, মিষ্টর সুরো ক্রাইষ্টেলদা হায়বীরম্মী—*ঙসিদি নখোয় অনীগী লুহোংবগী কুম্থাহুমদোই(৩৩) শুবা চহিনি,* মখোয় অনীমক ঙক্তুনা বাবাদা য়েংজরম্মী অদুগা অচুম্বনি হায়না হায়জরম্মী। বাবানা হায়রম্মী—*ঐনা ঙসি বেদীক মন্ত্র থীদুনা নখোয় অনী লুহোংবীরগনি।* অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা স্বামীনা অঙকপা খর তৌগদৌরে হায়বসি খঙবদগী ময়াম পুম্ন মক স্বামীদা মীকুপ নাহুম শিংনা মীৎ কুপ্তুনা য়েংলম্মী। স্বামীনা মাগী খুৎ অদু মালংদা ওৎলম্মী অদুগা মাগী ফোটো য়াওবা সনাগী খুদোপ অমা পুথোকপীরম্মী অদুগা নুপা অদুগা নুপী অদুগা বাবাগী মনাক্তা কৌশিল্লম্মী। বাবানা নুপী অদুদা হায়রম্মী—নঙগী নপুরোইবদা খুদোপ অসি শিজিনবীয়ু, অদু হেক লোয়বগা বাবানা মখোয় অনীমক মখোয়গী মফমদা অমুক হন্না ফম্লুচো হায়রম্মী।

স্বামীনা মাগী ফুরিৎ খুদাং অদু তাখৎলম্মী অদুগা মাগী হাঙলবা খুৎ অদু ময়াম উননবা তিংথোক্লম্মী। লৈরিবা মীপুম খুদিংমক্না করি তৌরক্কদগে হায়না মীকুপ নাহুম শিংনা মমিৎ কৃপ্তুনা বাবাদা য়েংদুনা লৈরম্মী। বাবানা হন্দক্তি মালংদা খুৎ হায়রক্ত্রে। মাগী ওইথংবা মখুৎ অদু শাংনা তিংথোক্লগা, খুদুম তাশিনখিরম্মী। হায়রিবশিং অসি মফম অদুদা

লৈরিবা মীশিং অদুনা তশেং-তশেংনা উরম্মী। মফম অদু উন-ব্রাইমুক চীকলম্মী। অদুবু রোইদি বাবাগী নাকন্দা নপশিন্ননা ফম্বনিনা বাবাগী খুদুম অদুগী মনুংদা অরঙবা পোৎ অমা য়াওই হায়বসি মহাক্তি তশেংনমক উরম্মী। বাবানা মাগী য়েৎথংবা খুৎ অদুনা মাগী ওইথংবা খুৎ অদুদগী তপ্না-তপ্না ইঞ্চি ৩০ রোম শাংবা সনাগী লংলবা মঙ্গল শুত্র অমা চিংথোক্লম্মী। মঙ্গল শুত্র অদু অসুক্কী মতিক চাওরম্মী মদু মাগী খুবামনুংদা করম্না পায়শিল্লম্লিবনো খনবদা মখোয় পূম্নমক ঙক্লম্মী।

মখোয়গী মিৎমাংমক্তদা তৌরিবা অঙকপা অদু উবদা মখোয় ব্রা ঙাংদনা তুমিন-তুমিন লৈনরম্মী। বাবানা মঙ্গল শুত্র অদুদা য়াওরিবা ডাইমণ্ড য়াওনা মণি মুক্তা নিফুগা লোয়ননা ময়ায়দা থম্বালগী লৈনাগী মথক্তা বাবাগী ফোটো অমা য়াওরিবা অদুগী মরমদা শন্দোক্লা ময়ামদা তাকপীরম্মী। স্বামীনা মদু মিষ্টর ক্রাইষ্টেলদা শিন্নরম্মী অদুগা হায়রম্মী—*মঙ্গল শুত্র অসি নঙগী নুপীগী ঙকশমদা শিজিনবীয়ু।*

ঙকপনা ব্রা ঙাংবা থোক্তুবা থিজিল্লিবা কাংবু অদুদা ওনশিল্লগা নোক্তুনা ফাগী তৌদুনা বাবানা হঙলম্মী—*'ঐঙোন্দা হায়রো মসি করম্না তৌহল্লিবনো?'* কনামত্তনা পাউখুম অমত্তা পীরমদে বাবানা হায়রম্মী—*'নখোয়দা য়াম্না নকশিন্না ঐনা তৌরিবা কয়া অসি উইহল্লি অদুগ ঐগা য়াম্না নক্লনা ব্রারী শানবগী তাঞ্জা পীরি। ঐনা খঙই নখোয় য়াম্না ফবা থম্মোয় শেংবা ঙাক্তনি মরমদি নখোয়না থিজিল্লিবা অসিনা মীওইবা জাতিদা ঈশ্বরবু থাজহনবা অমদি নুংঙাইবা পীগদৌরিবনি।'*

স্বামীনা মখোয়দা ব্রাহং হঙনবা তাঞ্জা কয়া পীরবা অদুদদি থিজিল্লিবা কাংবু অদুনা মখোয়না খঙনিংবা অমদি হঙনিংবা ব্রাহং কয়া হঙবা হৌরকখি। থিজিল্লিবা কাংবু অদুনা হংবা ব্রাহং অমদি বাবানা পাউখুম পীরিবা খর মখাদা থমজরিঃ

ব্রাহংঃ স্বামী নঙনা পোৎশিং অসি করম্না শেল্লিবনো?

বাবাঃ ঐনা পোৎশিং অসি ঐনা অনীংবগী মতুংইন্না শেল্লিবনি। নখোয়সু নখোয়গী পূক্নিংগী শক্তি অদু চাউখৎহল্লবা, নখোয়গী থম্মোয় অদু শেংলবা, লোয়ন-লোয়ননা ঐনা তৌরিবা অসিগুম্না জীব পূম্নমকপু চপ মান্ননা নুংশিবা ঙম্লবদি নখোয়সু পোৎ শেম্বগী শক্তি অদু লৈরক্কনি।

ব্রাহংঃ সাইন্টিফিক এক্সপ্লেনেসন করিনো? সাইন্সনা মপুং ফানা চাউখৎলবা মতমদা মসি খঙগদ্রা?

বাবাঃ মেতেরিয়েল সাইন্সনা কৈদৌঙৈদসু মসি খঙবা ঙম্লোই, সাইন্সকী পাক চাউবদি ঙমখৈ লৈ মরমদি মসিনা অশেংবা পৃথিবীগী ৱাংমদা নত্তে। সাইন্সনা চাংয়েং তৌবগী মরমদা নৈনৈ অদুগা আধ্যাত্মিক্না করিগুম্বা অমা তৌরুবদগী খঙলকপা লৌশিং অমদি নুঙগী ওইবা মীৎয়েংগী মরমদা নৈনৈ। খ্বাইদগী ফবা মাইক্রেস্কোপ ফাওবনা উবা ঙমদবা কূপখ্রবা পোৎ অদু ঐগী মিৎনদি উবা ঙম্মী। খ্বাইদগী হৈরবা ডাক্তর অমনা ফাওবা অরুবা অনাবা অমা লাইয়েংবদা এক্স-রে ফিল্মগী মতেং, ঈ, থী, যুং চাংয়েং তৌরগা অনাবগী লাইওং লেপ্পা ঙম্মী। ঐদি হায়রিবা চাংয়েংশিং অসি সুক্তৌ তৌদনা ইবায় লায়না মী অদুগী অশেংবা লাইওং খঙবা ঙমই।

ব্রাহংঃ হোর্ৱাদ মর্ফেতনা মাগী লাইরিক্তা অসুম্না ইরি মদুদি বাবা নঙনা গুহাদা ইরাক্লরবা মী অমবু কনবীরুই অসিগুম্বা অঙকপা থবক অসি নহাক্না করম্না পাঙথোক্লিবনো?

বাবাঃ ঈশ্বর অমত্তনি। মহাক্তি মফম খুদিং শীনবা থুংনা লৈ। চপ মান্নবা সাই অসি নখোয় পূম্নমক্তা য়াওরিবনি অদুগা মহাক্তি মফম খুদিংদা লৈবনি। ঐনা মী অমবু ইরাক্লবদগী কনবীবা মতম অদুদা ঐহাক

মফম অসিদগী চথোক্তে লেঙদনা লৈ। ঐগী মফম খুদিংগী লৈবা ঙম্বগী শক্তিনা ঐহাক হান্ননা মফম অদুদা লৈরবনি।

নোংমা মেক্সিকোদা লৈবী ইন্দ্র দেবীগা লোয়ননা আমেরিকাগী নুপা অমা নখোয়না ফস্লিবা মফম অদুমক্তদা ফম্মিন্নদুনা লৈরমই। আমেরিকা মচা অদুনা ফমথবগা ৱারী হেক শাবা হৌরকপা মতম অদুদা আমেরিকাদা লৈহৌবী মাগী নুপী অদু মানা থৌজবা কার অদু য়াম্না থিনা এক্সিদেন্ট থোক্লম্মী। ঐনা খুদক অদুমক্তদা চত্তুনা মহাকপু শিবা য়াবা খুদোংথিবা অদুদগী কনবীদুনা দরকার ওইবা মতেং পাংবীরুই। ঐনা নুপা অদুদা থৌদোক অদুগী মরমদা তম্লম্মী অদুগা হায়রম্মী নহাক ৱারুরগনু। হায়রিবা এক্সিদেন্ট অসি মহাক্না মহাক্কী নুপী অদুগী মচিন্দগী য়াম্না থুনা তাদুনা থোকখ্রিবা থৌদোক অদু অচুম্বনি হায়বসি মশামক্না খঙজখি।

ৱাহংঃ স্বামীনা নহাক্না অখন্নবা মী খরা খক্তমক নহাক্কী হেন্না নুংশিবগী থৌজাল পীবী। করম্না অমদি করিগীদমক্ত নঙনা আমেরিকাদা লৈবা কোৱন অমদি ভারতমচা রাধা কৃষ্ণ হিংগৎহল্লিবনো?

**বাবাঃ** কনাগুম্বা অমদা ঐনা থৌজাল (অশিবর্বাদ) পীবা মতমদা মরম খবদি ঐনা খল্লি। ভক্ত অদুনা ঐঙোন্দা মশা পূম্নমক কথোকচবা অদুগা মাগী ফীভম অদুনা মাদু য়াম্না খুদোং চাগদবা অমদি কান্নবা য়েংদুনা পী। ঐনা কোৱনবু হঞ্জিন হঞ্জিন হার্ট ফেল ওইবদগী কনবীদ্রবদি মাগী নুপীনা মাগী মপুরোইবগী অশিবা হকচাং অদু অৱাবা কয়া মায়োক্নরগা আমেরিকাগী ময়ুমদা পুখিবা তাবনি অদুদসু নত্তনা আমেরিকাগী মীশিংনা মখোয়গী কান্ননবগীদমক্তা আমেরিকা শিনবা থুংনা ঐগী অথিবা মীংচৎপু শন্দোকখিগনি। ঐনা রাধা কৃষ্ণবু নুমিৎ ১০নি মপুন্সি শাংদোকপিখি মরমদি মাগী উইল অদু ইবা ঙম্নবা লোয়ননা মাগী ৱাৎহৌরিবা থবক থৌরম কয়া অদুবু লোইশিন্নবগীদমক্তনি।

**ব্রাহংঃ** নঙনা হৌখিববু করম্না খঙলিবনো?

**ব্রাবাঃ** ঐদি হৌখিবা খঙবতা নত্তনা তুংদা ওইরক্কদবসু খঙই। ঐদি মতম অমদি মফমগী ব্রাংমদা লৈবনি। ঐঙোন্দা অকক্লবা মফম মতম লৈতে।

**ব্রাহংঃ** দেশ অমবু নঙনা পুল্লপ্না থৌজাল পীবা ঙম্ব্রা?

**বাবাঃ** হোয় ঐনা পাম্লবদি দেশ অমা পুল্লপনা থৌজাল পীবা ঙমই। ঐনা ঙসি নখোয়দা থোইদোক হেন্দোকপা থৌজাল পীদুনা নখোয়বু হঞ্জিন হঞ্জিন ইন্টরভিয়ু কৌশিন্দুনা নখোয়না ঐবু য়াম্না নকশিন্না উজনবগী তাঞ্জা পীবীরিবসিনি।

**ব্রাহংঃ** জোন হিস্লোপনা করম্না নঙগী কোক্কী অকোয়বদা মশেক মঙাল উবগা লোয়ননা মদুদগী কাপথোরকপা অরঙবা মঙাল অদু উবা ঙম্লিবনো?

**বাবাঃ** জোন হিস্লোপতা নত্তনা মী লিশিং কয়া কয়ানা মসি উরবনি। ঐবু য়াম্না নুংশিজবা অমদি থম্মোয় শেংনা ঐবু থাজবা মী খুদিংমক্লা মসি উবা ঙমগনি।

**মতম অমত্তদা হকচাং অনী থোকপাঃ**

**ব্রাহংঃ** অইবা খরনা রিপোর্ত পীরকপগী মতুংইন্না নহাক্লা মতম অমত্তদা নঙগী হকচাং অনী থোক্লা করম্না উহল্লিবনো?

**বাবাঃ** ঐগীদি অকক্লবা লৈতে, ঐদি মতম অমত্তদা ঐগী হকচাং অসি লিশিং কয়া থোকহনবা ঙমই চাইনাগী লান তৌনবা মতম অদুদা ভক্ত অমনা খুদোংথিবা তারবা মতমদা মাবু কনবীনবগীদমক্তা ঐগী হকচাং অসি থাদোক্তুনা চৎলম্মী। খুদক অদুমক্তদা ঐগী হকচাং

পোলাং অসি লৈমাইথক্তা ওস্থরক্তুনা শিরম্মী। বেঙ্গলোর অমদি অতৈ মফমশিংগী তেলেভিজন্দা ঐ শিরে হায়না য়াম্না পাক চাওনা পাও অসি শন্দোক্লম্মী। ঐবু পোৎলোয়নবগীদমক্তা চা চন্দন কয়া পুরক্তুনা থৌরাং তৌরম্মী। ঐগী অশিবা হকচাং অদু ভক্ত কয়ানা কোয়শিল্লম্মী অদুগা মখোয়না হিক্ল হিক্ল কপ্লম্মী। মতম অদুমক্তদা ঐনা ঐগী হকচাংদা অমুক হল্লক্লম্মী অদুগা ঐনা হায়রম্মী "ঐহাক হিংলি ঐনা ঐগী হকচাং পোলাং অসি থাদোক্লম্লগা অৱাবা তারবা ভক্ত অমনা ঐবু কৌরকপদগী মাগী অৱাবা অদু মতেং পাঙবিরুবনি।"

**ৱাহংঃ** নুমিদাংদা পুং কয়া তুম্বগে?

**বাবাঃ** ঐদি নুমিদাংদা সুকতুম তুমদে। মতম পুম্নমক্তা ঐ ৱাখল খন্দুনা লৈ। মপান্দা লৈবা মীদা অকাইবা তৌদনবগীদমক্তা ঐনা ঐগী তুম্ফম কাগী মৈ মুৎথৎলি। ঐনা ঐগী ইরুজফম কাদা চঙই অদুগা ভক্তশিংনা পীরকপা চিঠিশিং অদু পায় অদুগা করিগুম্বা খর ইদুনা লৈ।

**ৱাহংঃ** নহাক্লা ঐখোয়বু মথংগী ইন্টরভিয়ুগী খুদোংচাবা অসি করম্বা মতমদা পীবীগনি?

**বাবাঃ** ঐনা ইহান হানবদা দরকার লৈবা অমদি লাইরবা মীদা হান্না খুদোংচবা পীগনি। ঙসিদি অরাপ্পা খুঙ্গংগী মী ময়াম চাক চাদনা মফম অসিদা ঐবু উনবা লাকই। অদুনা ঐনা মখোয়দা ইহান হান্না খুদোংচাবা পীগনি। মরমদি মখোয়দি মফম অসিদা লৈননবা মখোয়গী পৈশা লৈজদে। ঐনা শংলবা কান্দা নখোয়বু অমুক কৌশিল্লক্কনি।

**ঈশ্বরগী অশেংবা প্রমানঃ**

**য়াম্না নকশিন্নবা অপুনবা ইন্টরভিয়ু অদু তৌরিঙৈদা থিজিল্লিবা কাংবু অদুদা য়াওরিবা কার্লিস ওসিসগী মখুত্তা শিরিবা বাবাগী ফোটো য়াওবা খুদোপকী নুঙ (¼" × ½") য়েরুম মওং মানবা অদু মানা**

বাবাগী কাদা ইন্টরভিয়ূ অদু চঙলকপদা মাঙখিরম্মী। খুদোপ অদু বাবা মশানা মেতেরিয়েলাজ তৌরগা মমাংগী ইন্টরভিয়ুদা কার্লিস ওসিসদা পীবীখিবনি। মাঙখিবা নুঙ অদু চঙলক্লিবা কাংবু অদুনা থিরম্মী, মরক অসিদা বাবানা থঙনবা কাদা মখোয় অমমম ইন্টরভিয়ুগীদমক্তা কৌশিল্লম্মী। মখোয়না নুঙ অদু থিবা ফঙদদুনা, মখোয় পুম্নমক্না চপ মান্ননা বাবাদা যেংলকখী। বাবানা পাউখুম অমা ফাওবা পীবীরমদে, নোক্তমক নোক্লম্মী। বাবানা নুং অদু অমুক মাংহনখিবা মাল্লী হায়না মখোয়না খন্নবম্মী।

ইন্তরভিয়ু অদু লোইববা মতুংদা নিপা অদুনা সুর্যমণি অমা পীবীয়ু হায়রম্মী অদুগা সুর্যমণি অদুনা য়েংবা মতমদা নুং হাপচিনবা মফম অদু কবিমক্তা ফাওবা শোক্লমদে তানিংঙাই মরম শুকলৈ লৈরমদে, মানা খুদোপ অদুগী নুঙ হাপলম্লিবা মফম অদু য়েংলবা মতুংদা মহাক্না য়াম্না থাজনা এ. বোয়দা হায়রম্মী— "বাবানা নুঙ অদুমক খুদোপ অদুদা হাপচিনবীরবদা মসিনা মহাক্কী অশেংবা ঈশ্বরগী শক্তিননি হায়বদু খঙগনি।" মথং মথং চৎথরক্লিবা ইন্টরভিয়ু অদুদা বাবানা এ. বোয়বু অমুক হন্না অর্থ হন্দোক্নবা কৌশিল্লম্মী, বাবানা নুঙ মাঙখিবা খুদোপ অদুদা স্বরনা অহুম্লক কাম্লম্মী অদুগা হান্নগী নুঙ অদু অমুক হন্না য়াওহল্লম্মী। থিজিনবা লাক্লিবা কাংবু অদু ঙকপনা খম থেংনা খঙলাও লাওনরক্লম্মী। বাবাগী ঈশ্বরগী ওইবা শক্তিদা মসিদগী হেন্না ঙকপা অতোপ্পা প্রমান অমা অমুক লৈররোই হায়বদি বাবানা তৌরিবা অসিমক ঈশ্বর নত্তবদি কনানসু ঙম্লরোই।

অসুম্না থিজিন হুমজিল্লিবা কাংলুপ অদুনা সত্য সাই বাবাদি ঈশ্বরনি অদুগা ঈশ্বরদি চাংয়েংনা খঙলোই থেংনরবতদা খঙবা ঙমগনি হায়বদু মখোয়গী মমাংদা উৎপিখি। ❑

# শুমহৎয়াই ওইবা খুদোপ

## (হোৱার্দ মর্কেট)

ৱারী অসি ৱিলমা ব্রোনকি মশানা হোৱর্দ মর্কেটতা লিবনি অদুগা হোৱর্দ মর্কেটনা মঙোন্দগী অশেংবা ৱারী অদু তারগা ইংরাজীদা ইবনি, হায়রিবা ৱারী অসিমক ইজরিবী ঐনা মণিপুরীদা হন্দোকচবনি।

ৱিলমা ব্রোনকি আমেরিকাগী সাউথ পোর্তলেন্দগী মাইল ২৫০ লাপ্লা চৎলগা মহাক্কী ময়ুম লৈ। মহাক্না এনচান্তেদ একর্স হায়বা আশ্রম অমা লিংখত্তুনা মতম শাংনা চৎপা ঙমদ্রবা শোয়নাইরবা কয়াবু সেবা তৌদুনা লাক্লি। মাগী লৈরিবা মীশিং অদু অঙাংদগী অহল ফাওবনি। অসিগুম্বা আশ্রম অসিদা অঙাং ২৮০ রোম পীজ পীথক তৌদুনা থল্লি।

নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা বাবাগী নুংশিরবা থম্মোয়গী পাওজেল অমা মঙোন্দা থাবীরক্লম্মী। থাবীরক্লিবা অসি ঈশ্বর মহাক্তনা খঙই মহাক্কী ময়ুমদা অসিগুম্বা স্বামীগী খোইথুম্নরবা থম্মোইগী পাওজেল অসি থাবীরকই হায়বসিসু কনানা থাজবীগনি।

হায়রীবা ৱারী অসি হোৱর্দ মর্কেটতা তোংঙান তোংঙানবা মীওই কয়ানা হায়বদি ৱিলমা ব্রোনকিবু খঙবা অমদি খঙদবা কয়ানা লিরকপনি। হোৱর্দ মর্কেটনা খল্লি লিরিবা ৱারী অসি শেমজিন শাজিনবা ওইদবা খরদি য়াওরম্লগনি অদুবু মমৈথংদদি ৱারী অসি ৱিলমা ব্রোনকি

মশামক্তগী মাগী অশেংবা ৱারী অদু তারম্মী। মানা হান্না তারিবা ৱারী অদু শেমজিন শাজিনবা য়াওদবা অশেংবা ৱারী ওইরম্মী। থৌদোক খরদি অসুক্কী মতিক ঙকখ্রে মদুদি মীওইবগী ৱাখলনা য়ৌবা সুকঙম ঙম্লরোইদবা কয়া য়াওরি। ৱিলমা ব্রোনকি মশামক্তা প্রশান্তি নিলয়মদা হোৱর্দ মর্ফেট মশামক্তা লিরকখিবা ৱারী অদু মখাদা থমজরগে।

নোংমা ৱিলমাদা টেলেফোন অমা লাক্লম্মী নুপীগী খোঞ্জেল্লি অসুম্না হায়রক্লম্মী "ডা. ব্রোনকি চানবীদুনা দোল্লর ২০০ খক ভারত্তা চৎননবগী দেপোজিৎ তৌশিল্লু। ইন্দ্রদেবীগী পার্টিগা লোয়ননা ভারত্তা সাই বাবাগী দর্শন চৎকনি মদুগী থৌরাং পূম্নমক লোয়রবনি।" ৱিলমানা পাওখুম পীরক্লম্মী "মীশক ওন্নবা ওইরমগনি ঐহাক ভারত্তা চৎননবগী থৌরাং লৈতে অদুগা সাই বাবা কনানো হায়বদুসু ঐহাক খঙজদে।" অদুদগী টেলেফোন লাইন অদু তৎখ্রে। মদু কনানা তৌরকপনো হায়বদু ফাওবা হঙবা নংহৌদ্রে। মদু য়াম্না ঙকপা টেলেফোননি, খোঞ্জেল অদুনা করিগীদমক ঐবু ডাঃ ব্রোনকি হায়রক্লিবনো মরমদি মতম অদুদদি ঐগী পি.ঐচ.ডি. ডিগ্রী ফংদ্রি অদুগা ঐবু রিভরেন্দ ব্রোনকি হায়না ময়াম্না কৌনৈ।

ইন্দ্রদেবী হায়বসি য়াম্না মমিং লৈরবা যোগগী ওজানি হায়বসি ব্রোনকিনা খঙলম্মী অদুনা মহাক্না ইন্দ্রদেবীগী মনাক্তা চত্তুনা সাই বাবা কনানো হায়বসি হঙবা চৎলম্মী। মানা বাবাগী মরমদা খঙনিংবদগী থিজিনবা হৌরক্লম্মী। ইন্দ্রদেবীনা মঙোন্দা হোৱর্দ মর্ফেটনা ইবা "সাই বাবা দি মেন ওফ মিরাকলস" হায়বা লাইরিক অদু পীরক্লম্মী মদু হেক পাবদগী মহাক্না বাবাদু য়েংনিংবনা খোইরাংলম্মী অদুগা মহাক্না ভারত্তা চৎনিংবগী ইহৌ অমা থম্মোইদা ফাওরক্লম্মী অদুবু মানা মাগী আশ্রমগী মীশিং অদু হুন্দোক্লম্লগা চৎপা য়ারোইদবনিনা চৎনিংবগী ৱাখল পূম্নমক নাথৈদুনা থল্লম্মী।

য়াম্না অঙকপা টেলেফোন অদুগী ইকুই কুইনদনা মহাক্কী ডোক্তরেৎ ডিগ্রী ফংলম্মী, মদুদা মহাক্না খল্লম্মী টেলেফোন অদু অশেংবা ঈশ্বরগী মীনুংশিগী পাওজেন্নি। মানা হোৱর্দ মর্কেটনা ইবা লাইরিক অদু পাজরুবদগী মসিমসু মানা খঙজরম্মী মদুদি সাই বাবাদদি ওইথোক্তবা হায়বসি লৈতে, ওইথোক্তবা কয়াবুসু ওইথোকহল্লি। অদুদসু নত্তনা মহাক্না খুদোংথিবা অৱা-অনা তারবা কয়াবুসু ঙাকপী শেনবীরি।

ব্রোনকিনা খুদোপ য়াম্না পামজরম্মী, মাগী খুৎশাশিংদা খুদোপ য়াম্না শিরম্মী। খুদোপ ময়াম মরক্তগী খুদোপ অমদি মমল য়াম্না হোঙবা খুদোপনি, মদুগী নুঙ অদু নেভি ব্লুনি অদুগা নুঙ অদু লিক্লিনা শাবনি। তোয়না শিজিন্নবদগী য়াম্না থিনা খেতৎলবনি। অদুবু মানা খুদোপ অদুনা ময়ামদগী খ্বাইদগী হেন্না লুনা নুংশিনা তৌজরম্মী মরমদি খুদোপ অদু মাগী আশ্রমদা লৈরিবা শোয়নাইরবা অঙাংশিং অদুনা খৃষ্টমাসকী খুদোল ওইনা মঙোন্দা পীরকপনি।

মহাক্না য়ুমগী থবক ইনখাং তৌবদা মাগী খুদোপ লৌথোক্নুনা মাগী হেন্দ বেগ অদুগী নাকনগী খাও অদুদা হাপচিল্লম্মী। মরমদি মানা করিগীগুম্বা থবক অমা হোবে হোবে চৎপা মতমদা মাগী হেন্দ বেগ অদুদি শোয়দনা পুগদবনিনা মানা খুদোপশিং অদু শিবা কাওদনবগীদমক্তা তৌজরিবনি।

নুংথিল অমদি ব্রোনকিনা মাগী মরুপ অমগা লোয়ননা ফিল্ম অমা য়েংবা চৎলম্মী, হায়রিবা ফিল্ম অসি শোয়নায়রবশিংগীদমক্তা করম্না চেকশিন থৌরাং লৌখৎকদগে হায়বা অদুনি। হায়রিবা ফিল্ম অসি মহাক্না হান্নসু য়েংখ্রবনিনা মানা য়াম্না থৱায় য়াওনা য়েংনিংবসু পোক্লুদ্রে। মহাক্না মহাক্কী খুদোপশিং অদু শিবা কাওরে হায়বা নিংশিংলকপদগী মাগী হেন্দ বেগ অদু মাগী য়েৎথংবদা লৈবা মী ফমদবা অহাংবা চৌক্রি

অদুদা থল্লম্মী। অদুগা মাগী খুদোপশিং অদু অমমম লৌথোক্লুনা মাগী খুৎশাশিং অদুদা শিজিল্লম্মী। মাগী নেভী ব্লু মচুগী য়াম্না খোৎতৎলবা নুঙ থিনবা খুদোপ অদুদি মাগী বেগ অদুদা য়াওরমদ্রে। মহাক্না ঙহাক্তং খল্লগা মদু অতোপ্পা মফম অমদা থল্লম্লগনি হায়না মানা খল্লম্মী।

মাগী মমিৎ অদুনা মমাংদা লৈরিবা স্কুন অদুদা য়েংলবসু মহাক মদুদা খোইজংলমদে। মাগী ব্রাখলদি মানা ঙসাই তৌখিবা থবকশিং অদু নিংশিংদুনা খুদোপ অদু করম তৌনা মাঙখ্রিবনো হায়না খন্দুনা লৈবম্মী। অদুদগী মাগী মীৎচিনা নাকন্দগী অবঙবা মঙাল খর মানা থল্লিবা হেন্দ বেগ অদুদগী মথক্লোমদা পায়খৎখিবা উরম্মী অদুগা খুদক অদুমক্তদা য়াম্না অঙকপা নুংশিৎ অমা হোল অদুদা শিৎচিল্লরক্লম্মী অদুগা মাগী মকোক্তদগী খোঞ্জেল অমনা য়াম্না তশেংনা হায়রক্লম্মী নঙনা খুদম চাংদম খর নমিৎনা উজগে হায়খিবদাই?

মানা মাগী বেগ অদু মাগী মনাক্তা খঙচিং চিংশিল্লম্মী অদুগা য়াম্না চেকশিন্না মাগী মখুৎ অদু বেগ অদুদা হুমজিল্লম্মী, মাগী মখুৎ অদুনা মাগী মাঙখিবা খুদোপ অদু অমুক হন্না থেংনরম্মী মদু মখুৎনা শোকপদা য়াম্না শারম্মী। হোলগী মল্লি মল্লিবা মঙাল অদুদা খুদোপ অদু অসুক্কী মতিক লঙনা উরম্মী। মদুদা মাগী মনাক্তা ফল্লিবি মাগী মমান্নবী অদুনা খুদোপ অদুগী অরঙবা মঙাল অদু উবদা খংপ্রেক খংনা খঙলাও লাওরম্মী। নঙনা মদু কদায়দগী ফংলুরিবনো হায়না মাগী মমান্নবী অদুনা লাওরক্লম্মী।

খুদোপ অদুগী মশক মওং খঙহোং হোংলকপা অদু উবদগী মহাক তপথনা হোল মনুংদা ফমদুনা লৈবা ঙল্লক্রে মহাক্না অঙানবা মঙালদা খুদোপ অদু য়েংনিংলম্মী অদুনা য়াম্ন থুনা মপান্দা থোরক্লম্মী। মাগা ফম্মিন্নরিবী মাগী মমান্নবী অদুসু মাগী মতুং ইন্দুনা পরপ পরপ থোরক্লম্মী।

মদু মাগী হান্নগী খুদোপ অদুসু ওইরম্মী অদুবু মদুদা হান্ননা য়াওরম্বা নুঙ অদুদি মশক হোংদোক্লমলে, মদু পুন্নং লংবা লাইত ব্লু মচু ওন্থোক্লমলে।

অসিগুম্বা থাজদ্রবা থৌদোক অদুদা নুপী অনীমক হায়নিংঙাই লৈতনা ঙক্লম্মী। মখোয় অনিনা দার্ক-ব্লু মচুগী নুঙ অদুনা লাইত ব্লু মচু ওইরকপা অদুদা করম্বা নুঙনো হায়বদু খঙনিংবনা ইখৌ লাংলম্মী। মখোয়না হল্লকপদা মণিমুক্তা নুঙ য়োনবা অমগা উনরম্মী। ব্রোনকিনা মণিমুক্তা য়োনবা অদুদা মাগী খুদোপ অদু পীরম্মী অদুগা নুঙ অদুগী মমল অদু কয়া ওইগদগে হঙলম্মী। মণিমুক্তা য়োনবা অদুনা খঙপ্রেক খঙনা লাওরক্লম্মী ইস কয়াদা ফজখ্রবা "এক্কামেরিন" নো? অদুগা মানা য়াম্না কুপ্না য়েংলগা হায়রক্লম্মী মসিগী মমল অসি দোল্লর ১০০০ ওইগনি। মখোয়না য়ুম্লোমদা হল্লকপা লম্বেলদা মাগী মরুপ অদুদা হায়রম্মী গ্লাসনবু করম্না এক্কামেরিন ওন্থোকখ্রিবনো? অদুনা ঐখোয়না অতোপ্পা মণিমুক্তা য়োনবা অমদা অমুক হঙলুরসি হায়নরম্মী। মদুমক মখোয়না তৌরম্মী। ব্রিলমানা খুদোপ অদু মণিমুক্তা য়োনবা অদুদা পীবা মতমদা মদুগী ব্লুগী মচু অদু হোংদোকখিরম্মী। মসিবু করম্বা নুঙনো হায়না ব্রিলমানা হঙলম্মী। মণিমুক্তা য়োনবা অদুনা চাংয়েং খর তৌরবা মতুংদা হায়রক্লম্মী মদু "সেফাইর" নি মমল দোল্লর ১০০০ দগী ১৫০০ ফাওবগী মনুংদা লৈগনি।

ব্রিলমানা মণিমুক্তা য়োনবা অদুবু থাগৎলম্মী অদুদগী মখোয় অনীনা মখোয়গী গাড়ী অদু তোংদুনা ময়ুম্লোমদা হল্লক্লম্মী। মাগী মমান্নবী অদুদি অদুগুম্বা শুমহৎয়াই ওইবা থবক অদুদা পুমঙক ঙক্লম্মী। মহাক্না হায়রম্মী অহল্লক চাংয়েং তৌরসি হন্দকমুক্না অমুক মণিমুক্তা য়োনবা অমদা চৎলসি অদুগা নুঙ অদুগী মচু মশক অমুক হোংলকপ্রা য়েংসি। ব্রিলমানা য়াম্না থরাই তানা নোক্লম্মী। ব্রিলমানা হায়রম্মী মসি বাবা

নত্তনা কনানসু ঙল্লরোই সাই বাবানা নুঙ অসিগী মচু অসি হোংদোক হোংজিন তৌদুনা মণিমুক্তা য়োনবশিংবু চম্মম্নহল্লিবনি। অসুম্না মখোয়না অহুমশুবা মণিমুক্তা য়োনবা অদুদা অমুক য়েংহল্লম্মী। হন্দক্তি ৱিলমাগী মমিৎ অদু খুদোপ অদুদা শুকয়েং য়েংদনা মানা খুদোপ অদু মণিমুক্তা য়োনবা অদুদা য়েংবীয়ু হায়না পীরম্মী। য়েংলবা মতুংদা মণিমুক্তা য়োনবা অদুনা হাযরম্মী মসিগী মমলনা দোল্লর ১৫০০ ওইগনি, মদুদা ৱিলমাগী মমান্নবী অদুনা হায়রম্মী নুঙ অসিনা করম্বা মখলগী নুঙনো? মণিমুক্তা য়োনবা অদুনা করিমতা চিংনদনা হায়রম্মী "মসি নিংথিনা কল্লবা হীরানি"। অদুদগী মখোয়না এনচান্তেদ একরসদা য়ৌরক্লম্মী। মফম অদু য়ৌরকপদদি মখোযনা হোল মনুংদা উবা লাইত ব্লু মচু অদু অমুক ওন্থোকখ্রে। হায়রিবা মচু অদুনি ডা. ৱিলমা ব্রোনকিনা প্রাশান্তিদা লাকপদা শিরকপা খুদোপকী নুঙ মচু অদু। অসুম্না খুদোপকী লিলা.অদু লোইশিনখ্রে।

ৱিলমানা করিমতা চিংনবা য়াওদনা খঞ্জরম্মী মদুদি বাবানা মঙোন্দা খুদম চাংদম খর উৎপীরিবনি। অসিগুম্বা অঙকপা কয়া অসি থেংনরবা মতুংদা ৱিলমানা ভারত্তা চৎনিংবনা মশা অদু লৈতাফম খঙলমদে। মাগী ৱাখলদা মসিমসু লাক্লম্মী অদুদি বাবানা শোয়দনা মানা ভারত্তা চৎপগী খুদোংচাদবশিং অদু লৌথোকপীগনি। মানা ভারত্তা চৎপগী মরুওইবা খুদোংচাদবশিং অদুদি মাগী আশ্রম অদু কনানা য়েংশিনবীগনি অদুগা মানা ভারত্তা চৎপগী খরচ অদু কদায়দগী লৌরুগনি।

নোংমা ইথা থাজদনা মহাক্কী মচানুপা অমদি মমৌনুপীনা মাগী আশ্রমগী অনাবশিং অদু য়েংশিনবীরগে হায়রম্মী অসুম্না মহাক্কী অহানবা খুদোংচাদবা অদু কোকহল্লম্মী।

মতম অমদা মানা অনাবা ফজনা লাইয়েংবীখিবা মাগী মরুপ অনীখক্না মহাকপু উন্নসি হায়দুনা কৌরক্লম্মী। মখোয়না হায়রম্মী নহাক্না অনাববু নিংথিনা তৌবীদুনা ফহনবীখিবা অদুগীদমক্তা নহাক্না ঐখোয়দগী পৈশা লৌরোই হায়বসি ঐখোয়না খঙই অদুবু নহাক্না পৈশা খর দরকার ওই হায়বসিসু খঙই। অদুনা ঐখোয়না নঙোন্দা দোল্লর ২০০০ খক পুথোকপা পাম্লে। নঙনা দরকার ওইরিবমখৈ শিজিন্নৌ অদুগা মদু অমুক শিংলকপা মতমদদি শেন্দোয় য়াওদনা পীরকউ। অসুম্না মাগী অনীশুবা য়াম্না থাজরুদ্রবা শেন থুমগী খুদোংচাদবা অদুসু কোক্লে।

হায়রিবা পৈশা দোল্লর ২০০০ খক্তুনি মানা দরকার ওইরম্লিবসু অদুনা মহাক্না টেলেফোনগী খোঞ্জেল অদু তশেংনমক ঈশ্বরগী খোঞ্জেলনি হায়না খঙজখি। ডাঃ ব্রিলমা ব্রোনকিনা ইন্দ্রদেবীগী কাংবুদা য়াওদুনা ভারত্তা লৈবা শান্তিগী লৈকোল প্রশান্তি নিলয়মদা লাক্লম্মী। মানা য়াম্না খৌরাংনা ঙায়জরকপা নুংঙাইরবা অমদি অঙকপনা থল্লবা মিকুপ অদু য়ৌরক্লে। মানা প্রশান্তি নিলয়মগী মীয়াম অদুগী মরক্তা লৈঙোই মথক্তা ফমদুনা স্বামীনা লেঙথোরকপা অদু দর্শন তৌজনবা ঙায়জরম্মী। মাগী মমিত্তদি স্বামীনা নুংশিত্তা মখোঙ লৈবাক তাদনা পাইরগা স্বর্গদগী কুমথরকপগুম উজরম্মী। স্বামীনা লৈনা, লৈনা কোয়রুরগা মাগী মমাংমক্তদা চপ লেপ্পীরম্মী। মোমোন মীনোক্না লোয়নরবা নুংশিরবা তনিক তনিক পাঙলিবা মিৎস্না থম্বাল অদুনা য়াম্না নুংশিনা য়েংবীরক্লম্মী অদুগা য়াম্না অমেংবা অথোৎপা, অতপ্পা নুংশিরবা খোঞ্জেলনা হায়বীরক্লম্মী "নঙগী খুদোপ অদু পাম্লবরা?"

হোৱার্দ মরফেতনা হায়রম্মী ব্রিলমা ব্রোনকিনা শোক ১৯৭৮ দা খৃষ্টমাসতা ঐগা উনবা অদুগী মমাংদা মানা কয়ারক হন্না স্বামীগী

মনাক্তা লাকখ্রে। মহাক্লা মাগী শোয়নাইরবা অনাবশিং অদু পুদুনা অনাবা পূম্নমকপু ফহনবীরিবা জগৎকী মবুংঙো সত্য সাই বাবাগী নাক্তা মাগী অনাবশিং অদুবু অশির্ব্বাদ পীবীদুনা ফহনবীনবগীদমক কয়ারক হন্না লাকখ্রে। শোক ১৯৭৮ দা স্বামীগী মনাক্তা লাকচবা মতমদা স্বামীনা মঙোন্দা অসুম্না হায়বীরম্মী "নঙনা মীওইবা জাতিগীদমক ফননবা তৌরিবা থবক কয়া অদু খর পাকথোক চাওথোক্লা তৌরো অদুগা কেন্সরনা নাবা ফগৎলক্লিবা অনাবা কয়াগীসু থম্নবা আশ্রম অমসু শারো।"

স্বামীনা অঙকপা মওংদা মাবু কৌবীরক্ত্রিবৈঙ মমাংদগী ডাঃ ব্রিলমা ব্রোনকিনা চহি কয়া মীওইবগী য়াইফনবগীদমক থবক কয়া তৌদুনা লাক্লি। স্বামীনা কৌবীরকপা অদু তশেংনমক মাগী পৃস্নিদা য়াম্না মরু ওইবা সুক্লাও কাওররোইদবা য়াম্না নিংশিংনিঙাই ওইরবা থৌদোক অমনি। ❑

# ইশাগী ওইজবা থাদোক্লগা তৌবা সেবানা ভগবান বাবাদা য়ৌই

*(টি:জি: কৃষ্ণমুর্তি)*

কুনশুবা শতাব্দীদা জগৎকী মবুংঙো সত্য সাই বাবানা সির্ধি সাইগী শায়োন্দা শাফোংবীখ্রবনি। মহাক্না শোক ১৯১৮ ফাওবদা মীওইবগী রুপ্তা লৈবীরম্লে। শোক ১৯২৬ তগী সত্য সাই বাবা ওইনা ঈশ্বরগী ওইবা গুণ পূম্নমক্না লোয়ননা মালেম অসিদা অবতার তৌবীররে। সির্ধি বাবানা লৈখিদ্রবা চহি ৮গী মতুংদা ঐখোয়গা লোয়ননা হৌজিক হৌজিক লৈমিন্নজরিবা সাই বাবানা মালেম অসিদা লেংথবীরক্তুনা অবতার তৌবীররি।

খুদম ওইনা হায়রবদা মমা অমনা মচাদু স্কুলদা চৎহল্লি অদুগা য়াম্না খৌরাংনা মচানা মতম চানা যুমদা হল্লকপা অদু ঙায়দুনা লৈ। অঙাং অদুনা লম্বী ঙাওদুনা কোইচৎ চত্তুনা লৈশ্রবদি মমানা কোইথি থিদুনা স্কুলদা চেন্দুনা মচাবু ফংনবা থিরগা মযুমদা হল্লকমিন্নে। মতৌ অসুম্না ঈশ্বর পোকপী সাই মমানা কোইথি থিবীদুনা মহাক্কী মচানুপা ভগবান সত্য সাই বাবাবু পৃথিবীদা পুথবীরক্তুনা মহাক্কী লম্মাংনরবা ভক্তশিংবু অপঙবা, খঙদবা কয়াবু অধ্যাত্মক্কী সাধনা তম্বীদুনা কোকহনবীরগা অমুক হন্না ঐখোয়বু হৌরকফম অদুদা পুশিনবীনবা হোৎনবীরি।

সাইগী তাকপীরিবা খুদিংমক মীওইববু অরান খুভম ফংনবা হোৎনবিবনি। ঐখোয়গী পৃস্নিগী পান্দমদি মসিনি। স্বামীনা মফম অসিদা লেঙথবীরক্তুনা ঐখোয়বু ঈশ্বরগী থাক্তা থাঙ্গৎপীনবা হোৎনবীরি।

কৃষ্ণমুর্তিনা হায়জৈ মানা অঙাং ওইরিঙৈ অসি পুতনাগা চাংদম্নবা য়াই। পুতম হায়বা ৱাহৈ অসি সংস্কৃত্তা অশেংবা হায়বনি আদুগা পুতনা হায়বনা ফত্রবা, অমোৎপা, নৈখায়রবা হায়বনি। অসিগুম্বা পুতনা অসিনা গোকুলদা চত্তুনা থা অহুমদা ঙাইরিবা জগৎকী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণবু হাৎননবা হোৎনখি। শ্রীমদ ভাগবততা অসুম্না হায় পুতনানা তরামরিনি পানবদা গোকুলদা চৎলি অদুগা মানা মাগী মশাদা মফম তরামরিদা হু তৈশিল্লগা চৎলি। গোকুলগী অর্থদা গো হায়বদি ভক্তি হায়বনি, কুলা হায়বনা অপুনবা শাগৈ হায়বনি মসিনা তাক্লি মদুদি ঈশ্বরনা মতম পূম্নমক্তা মহাক্কী ভক্তশিংগী মরক্তা লৈ। কৃষ্ণমুর্তিনা হায় "মহাক মশামকপু পুতনাগা চপ মান্নে মহাক্লা ঈশ্বরবু থাজদে। পুতনানা গোকুলদা জগৎকী মবুংঙো হাৎপা চৎপনি অদুগা ঐনা পুত্তপার্তিদা জগৎকী মবুংঙো সত্য সাই বাবাবু ঈশ্বর নত্তে হায়বা প্রমাণ তৌনবগীদমক্তা চৎলিবনি। পুতনানা নিংথিবা ফিজোল শেৎলগা চৎলি মতৌ অদুগুম্না ঐহাকসু নিংথিনা ফজনা শেৎ চারগা মনুংদদি ফত্তবা শীংনবগী ৱাখল অমা থম্মোয়দা ওমদুনা পুরগা পুত্তপার্তিদা বাবাগী নাক্তা চৎলিবনি। পুতনাদি মাগী মশাগী মফম তরামরিদা হু তৈরগা তরামরিনি পানবদা গোকুলদা মবুংঙো কৃষ্ণগী মনাক্তা চৎলি অদুগা ঐদি ঐনা পুত্তপার্তিদা চৎলিবা অদু তাং কয়াদনো অদুগা মফম কয়াদা হু তৈরগা চৎলিবনো হায়বদু খঙজহৌদ্রে। পুতনানা গোকুলদা চঙবা মতমদা মহাক্লা পীক্লিবা অঙাং মচা কৃষ্ণগী মনাক্তা য়াম্না নক্লা চঙশিল্লি। ব্যাসদেবনা অসিগুম্বা মতাং অসিদা অসুম্না হায়রি "পুতনানা পীক্লিবা শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তা তপ্না তপ্না

চংশিল্লকপা মতমদা কৃষ্ণগী মমিৎ অদু উইশিল্লি, মরমদি ইংলবা শান্তি ওইরবা গোকুলগী লমদম অদুদা করিমতা লাংহন্দনা তপ্না ইংনা মাবু করম্না অরান খুভম ফংহনগদগে হায়না কৃষ্ণনা মমিৎ উইশিল্লিবনি।"

ভগবান বাবা মশামক অমদি ভগবানগী ছাত্রশিং অদুগী মরক্তা কৃষ্ণমুর্তিনা শ্রীমদ ভাগবতকী পুতনাগী ৱারী অদু ময়ামদা লিদুনা তাহল্লম্মী, মানা মাগী ৱারীগী মতাং অদুদা কৃষ্ণনা করিগীদমক পুতনাগী মনাক্তা চঙশিল্লকপা মতমদা মমিৎ উইশিল্লবনো হায়বগী মতাং অদু য়ৌরকপদা স্বামীনা মরক থৎলগা মঙোন্দা হঙবীরম্মী "অঙাং ওইরিবা কৃষ্ণনা পুতনাবু অরান খুভম পীবিনবগীদমক্তা মমিৎ উইশিল্লিবনি হায়বদু কনানা হায়রিবনো?" কৃষ্ণমুর্তিনা হায়জরম্মী শ্রীমদ ভাগবতকী মতাং অসি বেদ ব্যাসনা য়াম্না ফজনা ইরি। মদুদা স্বামীনা হায়বীরম্মী "ঐনা তৌখিবা অদু বেদ ব্যাসনা মমিৎমক্লা উখিব্রা?, ঐনা মিৎ উইশিনবগী মরমদি কনাগুম্বদা ঐগী মিৎ অসিনা য়েংলবদি ঐগী থৌজাল অসি মী অদুদা খুদক্তা তাগনি অদুগা খুদক অদুমক্তদা মহাকপু পূম্নমক শেংদোকপীরগনি, পুতনাগী মরাইবক অদু ঐনা হান্না লেপথোকখ্রবনি অদুনা ঐনা মাবু য়েংননবগীদমক ঐগী মিৎ অসি পাংথোক্কে হায়না খনখিদে অদুনা ঐনা ঐগী মিৎ অসি উইশিল্লিবনি।"

কৃষ্ণমুর্তিসু পুতনাগুম্না ফত্রবা হু চেল্লবা পূক্লিংগা লোয়ননা প্রশান্তি নিলয়মদা চৎলি অদুগা বাবাগা য়াম্না নকশিন্না লৈবা ফংজখি অদুবু অঙকপনি পুতনাদা মমিৎ উইশিনবা অদুগুম্না মঙোন্দদি সত্য সাই বাবানা মমিৎ উইশিল্লমদে। স্বামীনা মাগী নুংশিরবা কোয়রাওনরবা মিৎস্না থম্বাল অনী অদু পাঙথোক্কুনা মাবু য়াম্না মুন্না মোমোন মীনোক্কা লোয়ননা মাগী থৌজাল পূম্নমক হৈথবীদুনা য়েংবীরক্লম্মী। মতৌ অসুম্না মফম অদুমক্তদা মাগী পাপ পূম্নমক স্বামীনা কোকহনবীখিবগা লোয়ননা মহাক্কী

থব্রায় হকচাং অনীমক হোংহনবীখি। নুমিৎ অদুদগী মাবু মেতরিএলিজমদগী আধ্যাত্মিক্তা অদুগা নরক্তগী স্বর্গদা পুখৎপীখি। থৌদোক অদু শোক ১৯৬৭ তা থোকখিবনি অদুগা থা অদুদি নীংশীংবা থোক্লে। নুমিৎ অদুমক্তদগী মহাক্না স্বামীদা তপ্না তপ্না চংশিনবা হৌরকখি। মানা সংসারগী পোৎলমদা ঙাওদুনা তৌরম্বা থবক খুদিংমক অদু অরেম্বা কান্নদবনি মদুনা সাইগী লম্বেলদদি অকায়বনি, অমাঙবনি হায়বসি তপ্ন তপ্ন ভাব তারকখি। অদুনা অসিগুম্বা ফত্রবা থবকশিং অদু তপ্ন তপ্ন অমমম ওইনা থাদোক্লগে হায়না মানা খল্লকখি। মানা প্রশান্তিদা তোয়না চত্তুনা স্বামীনা ঙাংবা পাওতাক পাউজেল কয়া তাজরুবদগী মানা বাবাবু নুংশিবা অসি অসুম অসুম হেনগৎলক্তুনা মাগী ফত্তবা কয়া অসিদগী নাম্থোকচবা ঙম্নবা থৌনা পাঙ্গল হাপ্পীযু হায়না বাবাদা নিজরম্মী। ভগবানগী মমল য়াম্লবা পাওতাক পাউজেল কয়া অদুনা মাগী পূন্সিদা য়াম্না মরুওইবা হিংবদা চঙদবা য়াদ্রবা অমগুম্না খঞ্জরকখি।

মাগী নুমিৎ খুদিংগী ওইরিবা পূন্সিদা নুংগী ওইবা য়াম্না অহোংবা অমা লাকপগা লোয়নন ভগবানগী অধ্যাত্মিক ওইবা লম্বীদা চংশিঞ্জদুনা মাগী ফত্রবা গুণ কয়া অদুবু খরমখৈদি লৌথোকচবা ঙমজখি। শোক ১৯৮৬ তা স্বামী মশামক্না মঙোন্দা ঈশ্বরগী পাওতাক খর পীবিবগা লোয়ননা ঈশ্বরিত ওইবা নিয়ম খরসু মঙোন্দা পীবিরম্মী। হায়রিবা ঈশ্বরীত ওইবা নিয়ম অসি অসুক্কী মতিক নিয়ম নাইবতা নত্তনা অরোনবসু ওই। মদু মানা ঙাকপা অমদি ইঞ্জবা সুকঙম ঙমজগদবা মাম্দে অদুবু মানা স্বামীদদি শোয়দনমক্কী ইঞ্জবা ঙম্নবা হোৎনজগে হায়না য়ারম্মী। মানা মাদ্রাজদা হল্লক্লবা মতুং নুমিৎ ১৫ নিগী মনুংদা স্বামীনা পীবিরকপা ঈশ্বরীত ওইবা পাউতাক পূম্নমক কাওথোকখ্রে মদুগী ওন্ন-তৈনবা থবক ঙাক্তা তৌরুরে অদুনা মানা স্বামীদা ঙাকপা ঙমগনি হায়না

থাজবা পীজরম্বা খুদিংমক তৌবা ঙমদ্রে। স্বামীনা অসুক্কী মতিক শাওখ্রে অদুনা স্বামীনা মঙোন্দা হন্না ফাওবা য়েংবীরকখিদ্রে লোয়ননা ন্নারী শানবা তাঞ্জা ফাওবা পীবিদ্রে।

স্বামীনা মঙোন্দা ব্রা ঙাংবীদবা অমদি হন্না ফাওবা য়েংবিরক্কবা অদুনা মহাক হায়ফম খঙদনা নুংঙাইজদ্রে অদুনা মমাগী থৌজাল ফংজদ্রবা মচা অমনা ব্রাগদবা অব্রাবা অদুমক মঙোন্দা ফাওরম্মী। তপ্না তপ্না মাগী ফিভম অমদি লনথুম পূম্নমক মাঙখিরম্মী। মাগী পূম্নমক মাংজখ্রবসু মানা মাগী সাইবুদি মাঙহনবা পাম্লমদে। অদুনা মাগী মথক থোংবা অহলশিংগা তান্নজরম্মী মানা ভগবান বাবাদা লানখিবা অদুগীদমক্তা করম্না মরাল অদু ঙাকপীয়ু হায়জগদগে অদুগা ভগবান্দা অমুক করম্না চঙজগদগে, অদুগা অমুক করম্না ভগবানগী থৌজাল অসি ফংগদগে হায়না তান্নজরম্মী। অহলশিংনা মঙোন্দা ঈশ্বরবু নুংশিয়ু লোয়ননা মাগী লাইরিক কয়া পাউ হায়দুনা পাউতাক কয়া পীবিরম্মী।

কৃষ্ণমুর্ত্তিনা শ্রীমদ্ভাগবত পাবা হৌরক্লম্মী মানা সংস্কৃত লোন্দা ইবা শ্লোক ১৪,০০০ য়াওবা ভাগবত অমা লৈরম্মী মদু তশ্বীনবগীদমক মানা সংস্কৃতকী ওজা অমা থিরম্মী। লাইবক থীবদি লুগুণ থাংদ্রিবনিনা ভাগবত অদু ওজা অদুনা তশ্বীবা ঙম্লরোই হায়রম্মী মদুদা মানা খঞ্জে ভগবান্না ভগবত অদু মতোমদা পাজনবগী তাঞ্জা অমা পীবিরবনি। অদুদগী মানা সংস্কৃত্তগী ইংলিস দিক্ষনারি অমা লৈজরম্মী। মদুদগী মানা শ্লোক খুদিংগী ব্রাহৈশিং অদু অমমম চান চন্ননা অর্থ হন্দোকচরম্মী অদুগা মদু থেসিস অমা ইবগা চপ মান্ননা মদুগী অর্থশিং অদু ফজনা ইথোকচরম্মী। মদুদা য়াওরিবা শ্রীকৃষ্ণগী শ্লোক পূম্নমক মানা সত্য সাই বাবাগা চাংদম্নজরম্মী। মানা শ্লোক ১৪,৪০০ অদুগী অর্থ হন্দোক্লুনা শেম্বদা চহি তরেৎ চঙথোকখ্রে। চহি তরেৎ অসিদা মানা সাই বাবা

অসি কনানো হায়না খঙজরকপগা লোয়ননা মদুদা ফংজখিবা শান্তি, নুংঙাইবা হরাও তুজুংবা কয়া অদু ৱাহৈনা ফোঙদোকপা ঙমজদ্রে হায়জরম্মী। তশেংনমক ভগবান সত্য সাই বাবাদি পুর্ণ অবতারনি হায়বসি মানা খঙজরকখি।

বেদ ব্যাসনা শ্রীকৃষ্ণগী পুর্ণ অবতারগী মরমদা ইরিবা খুদিংমক শ্রীসত্য সাই বাবাগা চপ চানা চাশিন্নরে। অদুনা মানা খঞ্জে সাই অসি কৃষ্ণ মশামক্কি অদুগা কৃষ্ণ অসি সাই মশামক্কি। শোক ১৯৭২ দা নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা স্বামীনা মঙোন্দা ৱা ঙাংবা হৌবীরক্লম্মী। স্বামীনা হায়বিরম্মী "নঙনা শ্রীমদ্ভগবত পাবা লোয়রে অদুবু মদুগী ৱারী ময়াম অদু নঙনা করিগীদমক্তা ঐগী ছাত্রশিংদা লীদুনা তাহন্দ্রিবনো। নুমিৎ অদুদগী মানা ভগবততা য়াওবা ৱারী অদু মাগা মরি লৈননা লীবা হৌরকখি। নুমিৎ অদুদগী মানা তপ্না তপ্না স্বামীগী চরন্দা চঙজবা হৌরকখি। অসিগুম্বা খুদোংচাবা তাঞ্জা অসিগী মরমদি মানা স্বামীগী পুন্সি ৱারী অসি শ্রী মদ্ভগবদতগী তশেং তশেংনা খঙজরে অদুননি।

শোক ১৯৯৩ দা স্বামীনা মাদ্রাজদা লেঙবীরক্লম্মী। মতম অদুদা মহাক তামিলনাদুগী শ্রীসত্য সাই ত্রষ্টকী মেম্বর অমা ওইরম্মী অদুগা স্বামীনা দিস্কোর্স পীবিরিবা এবোতসবরি হায়বা মফম অদুগী থৌপুবা মানা ওইরম্মী। নোংমা স্বামীনা মীয়াম অদুগী মরক্তা চঙদুনা মাগী দর্শণ পীবিরম্মী অদুগা স্বামীনা মাবুসু স্বামীগী মতুং ইল্লকউ হায়বীরম্মী। মী নিফু, য়াঙ্খেমুক্না স্বামীগী চরণ শোকচনবা হোৎনবদা স্বামীদা তুথরক্লম্মী। মীয়াম অদু তকথোক্লবা মানা মাগী লৈজবা পাঙ্গল শিজিন্নদুনা ঙাকথোক্লবা হোৎনজৈ স্বামীগী ফিজি খর খোঙনা নেৎশিনখি। স্বামীগী ফিজি অদু মানা নেৎশিনবা অদুদা স্বামীনা লেঙবা য়াদ্রদুনা হায়রক্লম্মী "নঙনা ঐগী শেৎলিবা ফি অসিদা নখোঙনা নেৎশিল্লে।"

শেংলবা স্বামীগী ফিজোল অদুদা খোঙনা নেৎশিল্লুবা অদুনা মাগী থম্মোয়দা হায়ফম খঙদনা নিংঙমদবা নুংঙাইতবা পোকখি। অদুনা মানা মতোমতা কনাসু য়াওদনা তুমিন্না কাচিন অমদা ফমদুনা য়াম্না নীংবা কায়না লৈরম্মী। স্বামীনা বাল বিকাসগী কুম্মৈ অদু য়াম্না নুংঙাইনা য়েংলিঙৈদা মানা মাগী নিংঙমদ্রবা কায়রবা থম্মোয়না মখোল থোক্তনা কপচখি অদুগা মতোমতা শোনজখি মদুদি হিংচা য়াইতম্বনা ফাওবা ফীজি ফিনা মচেৎ অমা হকচাংদা ফাওবা থেংবা মতিক নত্তবা অদুবু মানা ঈশ্বরগী থোল্লিবা ফি অদু মখোঙনা নেৎশিন্দুনা ঙাকপিফম থোক্তবা মরাল অমা ঈশ্বরগী মফমদা লঙশিল্লুরে। অদুনা মতোমতা খঞ্জরকখি "ঐনা নোংম নোংমগী স্বামীগী মফমদা তৌরিবা ইরাল কয়া অসি ঙাকপিফম থোক্তবা মরালনি। অসিগুম্বা ইরাল কয়া অসি ঐনা হিংলিবমখৈ ইবুংঙোগী মফমদা অশোয়বা অরানবা কয়া অসি তৌগদৌবগী শরুকপুদি শিখিবনা হেন্না ফরে হায়না মহাক্না খল্লম্মী। অসুম্না মতোমতা ফমদুনা কপ্পুনা লৈরিঙৈদা সাই ওর্গানাইজেসনগী মী খর মাগী মনাক্তা চঙশিল্লক্তুনা মরম অদু হঙলম্মী। মখোয়না মরম অদু খঙলবদা মহাকপু থেমজিনবীরম্মী। মখোয়না হায়রম্মী নঙনা অদুক য়াম্না খল্লিবা অদু স্বামীদি মদু করিসু লৈতবা শোয়খিবনি হায়না খনবীরমগনি মরমদি মাদি পূম্নমকপু খঙবী উবিরিবা অন্তর্যামীনি। মখোয়গী অসিগুম্বা শেমজিনবা ব্রাহ্মেশিং অদু মহাক্না সুকতা তানিংলমদে।

বাল বিকাসকী প্রোগ্রাম অদু য়েংবা লোয়রগা স্বামীনা য়াম্না হরাও তয়াম্বগা লোয়ননা মোমোন নোক্তুনা মাগী কার অদুদা কাখত্তুনা ফমথখিরম্মী। কৃষ্ণ মুর্ত্তিনা মমিৎ অদু পিরাংনা পুমথন থন্না লৈরম্মী অদুগা মানা মাগী পুন্সি অসি লোয়দ্রিঙৈদা অমুক্তং অরোইবা ওইনা ভগবানগী চরণ থম্বাল অদু শোকচনিংই। অদুবু পূম্নমকপু খঙবী উবীরিবা জগৎকী মবুংঙো শ্রীসত্য সাই বাবানা মাগী অপাম্বা অদু উবীবগুম তৌরে। স্বামীনা

য়াম্না নুংশিনা মাগী কোক্তা শোকপীরম্মী অদুগা হায়বীরমই "নঙনা মদু পূম্নমক কাওথোকখ্রো অদুদগী মানা স্বামীগা লোয়ননা মাগী কার অদুদা তোংমিন্নরগা চৎমিন্নরম্মী নুমিৎ অদুদগী হৌনা নুমিৎ ৯৯নি চুপ্না মানা স্বামীদা লঙজখিবা মরাল অদু কাওবা ঙমজখিদে এপ্রিল ১৯৯৩ দা স্বামীনা কোদাই কেনেলদা অমুক লাক্লম্মী। মতম অদুদা মানা য়াম্না কিবা মঙ অমা মঙলম্মী। চপ মান্নবা মঙ অসি হঞ্জিন হঞ্জিন নুমিৎ কয়ানি মঙলম্মী। হায়রিবা মঙ অদুদা লাইরেম্বী ইমানা ফি অঙৌবা অমা শেৎলগা নোংশাদা তোংদুনা মখুত্তা ত্রিশুল অমা পায়রগা মাগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লম্মী অদুগা ত্রিশুল অদুনা মাগী থবাক্তা কন্না থিল্লম্মী। হায়রিবা মঙ অসি হঞ্জিন হঞ্জিন কয়ারক হন্না মঙলম্মী। স্বামীনা কোদাই কেনেলদা লাকপদা মাবু ইন্টরভিয়ুগীদমক কৌশিনবীরম্মী। মানা মাগী অকি তুজুংলবা মঙ অদু স্বামীদা তমজরম্মী অদুগা হায়জরম্মী "মঙ অদুদদি ঐহাক শিরম্মী অদুবু তাইবংদদি ঐহাক হৌজিকফাওবা হিংলি"। স্বামীনা য়াম্না নুংশিনা মাগী কোক্তা শোকপীরম্মী অদুগা হায়বীরম্মী "নঙগী মঙ অদু অমুক হন্না মঙলরোই"। হায়রিবা নুমিৎ অদুদগী অদুগুম্বা অকি তুজুংলবা মঙ অদু অমুক হন্না মঙখিদ্রে।

শোক ১৯৯৩ জুলাই থাদা মানে, মাগী নুপীনে, সাঈ ভক্ত ওইবা ফিগী কারবার তৌবা অমগা লোয়ননা মারুটি ভান অমদা পুত্তপার্তিদা চৎমিন্নরম্মী। মখোয়না গাড়ী অদুদা ফি বোক্স অনী, বোক্স অমনা ভগবানগী অদুগা অতোপ্পা অমনা মশাগীনি। ভগবানগী বোক্স অদুনা মথক থঙলম্মী। মখোয়না চিকবাল্লাপুর রোমদা চৎলম্মী। অয়ুক্কী পুং ১০.৪৮ তারে চিকবাল্লাপুর য়ৌগদবা কিঃমিঃ তরেৎখক্তা ঙায়রে। ইখঙ খঙহৌদনা ভান অদু মরিরক ওল্লম্মী অদুগা সড়ক্কী ময়াইমক্তদা কাংখোংশিংনা মথক্তা থাঙত্তুনা এক্সিডেন্ট থোক্লম্মী অদুগা ভানগী মথকথংবা অদু কায়রম্মী। মাগী পোৎচৈশিং অদু মাপান্দা লঙথোক্লম্মী

অদুগা স্বামীগী বোক্স অদুদি ভান অদুদা নপশিন্দুনা লৈরম্মী। মাগী নুপী অদুগা মমান্নবা অদুগদি করিমতা ফাওবা শোক্লমদে অদুগা মাদি মাগী ঙক্কী শরু অদু তেক্লম্মী।

মখোয়না ভান অদু চিকবাল্লাপুরদা থৌরক্লম্মী। মখোয়না বেঙ্গলোরদা লৈরিবা মখোয়গী মরি মতাশিং অদুদা মখোয়বু লৌবা লাকউ হায়দুনা টেলিফোন তৌরম্মী। বেঙ্গলোর য়ৌরবা মতুংদা মানা খুদোংথিবা এক্সিডেন্ট অদুগী মরমদা স্বামীদা টেলিগ্রাম অমা থাজরম্মী। মানা হান্না উনবা ভক্ত অদু সত্য সাই এয়ার্পোর্তিগী কেপ্তেন ওবেরোইনি মানা এক্সিডেন্ট অদুগী মরমদা হঙলম্মী। কৃষ্ণমুর্ত্তি ঙকপনা খম থেংখ্রে করম্না খঙলিবনো হায়না হঙজরম্মী। ওবেরোইনা হায়রম্মী "নঙগী এক্সিডেন্ট হেক থোকপা খুদক্তা স্বামীনা ঐঙোন্দা হায়বীবনি। মদু জুলাই তাং ২৯ দা চাওরাক্লা অয়ুক্কী পুং ১০.৪৯ দা স্বামীনা মাগী কাদগী লেঙথোপীরক্লম্মী অদুগা হায়বীরম্মী "নঙগী মরূপ মাদ্রাজগী কৃষ্ণমুর্ত্তি এক্সিডেন্ট থোক্লে।" স্বামীনা মসিমসু হায়বীরম্মী, এক্সিডেন্ট অদু থোক্ত্রিঙৈগী মাঙওইননা লম্বীগী নাকল অনীমক্তগী লাকপা গাড়ী খুদিংমক ঙহাক্তং লেপহনখি মরমদি নাকন-নাকন্দগী লাকপা গাড়ীশিং অদুনা থেংজিন্নদনবনি। মদুগী মনাক্তা ফুট ২০ (কুন) পাকপা কোম অমা লৈ অদুনা কোম অদুদা তাদনবগীদক্তা ঐনা মাগী ভান অদু লমবী ময়ায় চপ চানা লেপহনবনি", স্বামীনা হায়বীরম্মী "কৃষ্ণমুর্ত্তিনা ভান অদু য়াম্না য়াঙনা থৌরম্মী ঐনা মদু কন্ট্রোল তৌখি অদুগা মাবু কনবীখি।"

কৃষ্ণমুর্ত্তিনা স্বামীগা উনজবা মতমদা স্বামীনা মঙোন্দা ঙক্কী-শরু তেকপগী মরমদা হঙলক্লম্মী। থা অনীগী মতুংদা স্বামীনা বৃন্দাবন হাইত ফিল্ডদা লৈরিঙৈদা মানা স্বামীগী মনাক্তা চৎচরম্মী। মফম অদুগী হোল অদুদা জপানিজ ভক্তা ২০০ রোম তিল্লম্মী। স্বামীনা মাবু ব্বা ঙাঙননবা

ঈঙ্গিৎ পীবিরক্লম্মী। মানা স্বামীগী মাঙদা চপ লেপচরগা করি ঙাংগদবনো হঙজরম্মী। মদুদা স্বামীনা হায়বীরম্মী "নঙগী খঙজরকপা অদুগা নঙনা নশানা হকথেংননা থেংনরকপা থৌদোক অদু হায়য়ু"। মানা খুদক অদুমক্তদা মাগী অখঙবশিং অদু নীংশিংবা ঙম্লমদে। মদুদা স্বামীনা অমুক হায়বীরম্মী "নঙগী হন্দক্তা থোকখিবা এক্সিডেন্ট অদুগী মরমদা ঙাঙউ"। মানা ভান এক্সিডেন্ট অদুগী মরমদা ঙাঙলম্মী অদুগা স্বামীনা মাবু করম্না কনবীরকপগে হায়বগী মরমদা ঙাঙজরম্মী। ব্রা ঙাঙবা অদুগী মরক থৎলগা জগৎকী মবুংঙো সাইনা হায়বীরম্মী "ঐনা নঙবু কনবীবা নত্তে"। স্বামীনা মদু হায়রকপদা মহাক তৌফম খঙলমদে। কৃষ্ণমুর্ত্তিনা হায়জরম্মী "স্বামীনা ঐবু কনবীদ্রবদি কনানা ঐবু কনবীরিবনো? মদু ঐ য়াবা ঙমজরোই"। ঐনা স্বামীদা কন্না হায়জরম্মী "স্বামী নহাক্না ঐবু কনবীদ্রবদি কনানা খুদক অদুদা চোংথোকপীরক্লগা ঐবু কনবীখিবগে? মদুদা স্বামীনা হায়বীরক্লম্মী "নঙনা নশাগী কর্মফলনা নশাদু কনজখিবনি। নঙনা সাই ওর্গেনাইজেসনগী মেম্বর অমা ওইনা য়াম্না থম্মোয় শেংনা সেবা অসি তৌই। অদুগা সেবা অদু তৌবগী অফবা মহে অদু নশানা লৌশিঞ্জদে হায়বদি মীনা নঙোন্দা তৌবীমল খঙবগা লোয়ননা উৎলকপা থৌজাল অদু নশাগী নাপল কাদনা পূম্নমক ঈশ্বরনা শীনবীবা ঙাক্তনি হায়না পূম্নমক ঈশ্বরদা শিন্নথোকই। মখোয়না নঙোন্দা পীবিরক্লিবা নুংশিবগী থৌজাল কয়া অদু নঙনা লৌশিন্দনা ঐঙোন্দা শিন্নরবনিনা ঐনা নঙগী কর্মফলদা পৈশিন্দুনা থমজিল্লি। নঙনা অসুম্না তৌজরকপগী অফবা মহে অদু নঙগী অব্রাবা তারকপা মতমদা ঐনা ঐগী থৌজালগী মশক ওইনা নঙোন্দা অমুক পীথোকই। নঙগী এক্সিডেন্ট অদু চাওরাক্না পুং ১০.৪৮ দা থোকপনি মদুগী মাঙওইননা সেকেণ্ড ৩০ গী মমাংদা ঐনা নঙগী কর্মফলগী একাউন্ট অদু চেক তৌই। নঙনা তৌজবা অফবা কর্ম অদুগী ক্রেদিৎ বেলেন্স অদু নঙগী

দরকার ওইবদগী হেন্না লৈরম্মী অসিগুম্বা কর্মফল অসি ঐগী য়াথং য়াওদ্রবসু মশা মতোমতনা চেম্থোকখিদুনা খুদোংথিবা থোক্কদবা কার এক্সিডেন্ট অদুদগী নহাক অমদি নওগী ইমুং মনুংবু কনবীখি।”

ব্বারী অসিদগী ঐখোয়না খঙলে মদুদি ইশাগী ওইজবা পূন্নমক থাদোক্লগা সমাজ অমদা মীগী কান্ননবা তৌবা সেবা অসিদগী হেন্না ফবা অতোপ্পা অমা লৈত্রে। অদুনা স্বামীনা শ্রী সত্যা সাই ওর্গেনাইজেস লিংখৎপীদুনা মীওইবা জাতিনা সমাজ অমদা লৈরিবা মীওইবা জাতিবু থম্মোয় শেংনা কখোকপা ব্বাখলগা লোয়ননা সেবা তৌজনবা খুচোংচারবা অসিগুম্বা তাঞ্জা অসি পীবিরিবনি। অসিগুম্বা সেবাগী থবক তৌরিবা মী অদুবু মাগী আধ্যাত্মিক্কী লম্বী অদু খুম্মাং চাওশিনহন্দুনা য়াম্না ব্বাংনা থাঙ্গৎলি। মী অমনা পৈশিল্লিবা মাগী মরল মথুম কয়া অদুনা মহাক্লা অব্বাবা খুদোংথিবা তারবা খুদক্তা মতেং পাংবীরদে। অদুবু মী অমনা অফবা থবক তৌখিবগী কর্মফলগী পৈশিনখিবা মহৈ অদুদি মী অদুগী মনাক্তা লেপ্তুনা অব্বা-অনা খুদোংথিবা কয়াদগী ঙাকথোকপীনবা মতম পূন্নমক্তা ইনাকতা শঙদুনা লৈ।

ঐখোয়বু অব্বা-অনা তারবদা কনবীরিবা অসিদি ঐখোয়না করিগুম্বা অফবা থবক অমা তৌজখিবগী মহৈ অদুনা ঈশ্বরনা ঐখোয়বু কনবীরিবনি। অদুনা ঐখোয় সাই ওর্গেনাইজেসনগী মীশিংনা ইশা ইশানা ওইজবা কয়া থাদোক্লদুনা অশেংবা ভগবানগী সেবাদা পূনশিল্লক্তুনা ঐখোয়গী ব্বাখল্লোন অদু আধ্যাত্মিক রোমদা চিংশিল্লক্লবা হোৎনরসি।

কলি যুগ অসিদা মীওইবগী সেবানা অরান খুঙম ফংবরোমদা চিংশিল্লি। ঐখোয়না মীওইবা জাতিগী সেবা অসি নীংথিনা তৌদুনা ঐখোয়গী অধ্যাত্মিক্কী লন অদুনা মীওইবা ঐখোয়বু পোকপা শিবগী চক্রদগী নাম্থোকপা ঙমহনগনি। ঙসিগী সাইগী যুগ অসিদ পোক্তুনা,

হিংলিবা ঈশ্বর অসিগা লৈমিন্নবা ফংজরিবা ঐখোয় অসি কয়াদা লাইবক ফরবনো? অদুনা ঐখোয় পূম্নমক্না স্বামীনা তাকপীবা লীক্লম খুদিংমক্তা চৎমিন্নদুনা সেবা কয়া তৌজদুনা অসিগুম্বা অধ্যাত্মিকী লন কয়া অসি তানশিন্দুনা পোকপগী মহৈ য়ান্নবা হোৎনহৌরসি। ❑

# সাই বাবাদি ডাক্তরশিংগী ডাক্তরনি

শোক ১৯৯৫ গী মার্চ থাদা ডাঃ কনব্রর ডাক্তর ওইজরবসু শিবা য়াবা লায়না অমনা নারবা অনাবা অমা ওইরম্মী। মহাক মশা য়াম্না শোন্থরম্মী অদুগা মশা পূম্নমক খাওফম খঙলমদে। মহাক ঈশিং চৎপা য়ারমদে অদুগা মাগী ঈশিং চৎনবগী ওর্গান অদু য়াম্না শারম্মী। লেপ্তুনা মকোক চীক্লম্মী অদুগা মশা অদু উইনিংবা, তুমনিংবনা পূম্নমক নমদুনা ইহৈ হৈনিংদবা পোক্লম্মী। মানা অনাবা য়েংবা হৌদ্রিঙৈদা পুংখায়মুক পোত্থারম্মী। মাগী প্রোষ্ট্রেৎ গ্লান্দদা নাবগী মরমদা স্পেসিয়েলিষ্ট কয়া তান্নদুনা ইনভেষ্টিগেসন কয়া তৌরম্মী অদুগা প্রোষ্ট্রেৎ গ্লান্দগী উলত্রা সাউন্দসু লৌরম্মী।

মানা য়েংলিবা ইউরোলোজিষ্টকী ডাক্তর অদুনা পেথোলোজিকেল রিপোর্ট কয়া অদু য়েংলগা মহাক কেন্সরনা নারে হায়বসি চপচানা খংলম্মী। ইউরোলোজিষ্ট অদুনা ওপেরেসন অমা থুনা তৌথোক্লবা পাওতাক পীরম্মী। মহাক হায়নিংঙাই লৈতনা ব্লারম্মী। অসিগুম্বা পুন্সিগী লুরবা তানফম অসিদা মহাক্না স্বামীবু নীংশিংলক্লম্মী। বাবানা তৌবীবা থব্বক খুদিংমক মাগী ফননবগীদমক্নি, বাবানা মাগী মমানি, মপানি হায়না খঞ্জরম্মী। বাবাগী মত লৌবনা মাগীদি খ্বাইদগী ফব্বা ওইরগনি হায়না খনজরম্মী। ময়ুমদা হল্লকপা মতমদা মাগী নুপীনা

মাগী ইনভেষ্টিগেসনশিং অদুগী রিজল্টশিং অদু হংলম্মী। পূম্নমক তম্লবা মতুংদা মাগী নুপী নিমিনা বেঙ্গালোর গী হ্বাইটফিল্ডদা স্বামীগী দর্শন তৌরুরসি অদুগা বাবানা হায়বা মতুংইন্না তৌরশি হায়না লেপ্লরম্মী। অদুবু মখোয়না হ্বাইটফিল্ড য়ৌরকপদদি তিল্লল্লিবা মীয়াম অদু উবদা স্বামীবু উনবা ফংবগী তাঞ্জা লৈরমদে। অদুগীসু মথক্তা মহাক লৈবাক্তা ফমথবা য়ারমদে। অদুম ওইনমক মহাক্না অরাপ্পদা থারম্বা বেঞ্চ অমদা ফমথরম্মী। মফম অদু বাবাগা য়াম্না লাপ্লরম্মী। মথংগী নুমিত্তা মাগী নুপী নিমিগা বেঙ্গলোরগী শ্রী সত্য সাই ইনষ্টিত্যুত ওফ হায়র মেদিকেল সাইন্সকী ডিরেক্তর ডা: এ: এন: সাফায়াগী নুপীগা বাবাগী দর্শন্দা থংননা ফম্মীন্নরম্মী। নিমিনা মখোয়না হ্বাইটিফিল্ডদা লাকপগী মরম অদু হায়রম্মী মিষ্ট্রেস সাফায়ানা হায়রম্মী দর্শনগী মতুংদা মাগী নুপা ডাঃ সাফায়াগা ৱারী শারসি। ডাঃ সাফায়াগা মখোয়গা উন্নরম্মী অদুবু ডাঃ সাফায়ানা মহাক অমসুং মাগী নুপীগা লোয়ননা মতম খরগী ওইনা দিলিদা চৎলগনি অদুবু চৎত্রিঙৈদা বাবাদা মাগী অনাবগী মরমদা ৱারী শাবীরমগে হায়রম্মী। ডাঃ সাফায়ানা স্বামীদা ডাঃ কনৱারগী অনাবগী মরমদা ৱারী শাবীরম্মী স্বামীনা হায়রম্মী ডাঃ কনৱর চহি ১০গী মমাংদগী কেন্সরনা নারক্লবনি। মথংগী নুমিত্তা স্বামীনা রায়ালাসিমা হায়বা অন্ধ্রপ্রদেশতা লৈবা ঈশিং ফংদবা মফম অদুদা করোর কয়া চঙনা পায়খৎকদবা শ্রী সত্য সাই ৱাতর সপ্লাই প্রোজেক্ত অমগী মরমদা ওফিসার খরগা ৱারী শান্নরম্মী। হায়রিবা মফম অসিদা ব্রিটিশ অমসুং ইণ্ডিয়ান গভমেন্টনা চহি কয়াগী মমাংদা ঈশিং পীননবা প্রোজেক অমা পায়খৎনবা হোৎনবদা মায় পাকখিদ্রবনি। হায়রিবা কাংবু অদুদা অরোইবা য়াথং পীরবা মতুংদা বাবানা ডাক্তর কনৱরদা ওনশিল্লক্লম্মী অদুগা বাবাগী খুৎনা ওৎলগা হাইরগা হিন্দিদা ॐ থাবা খুদোপ অমা পুথোকপীরম্মী। মদু কনৱরগী খুনিংথৌদা শিজিনবীরম্মী অমুক স্বামীনা

খুৎ অদু ওৎলগা হাইরম্মী অদুগা বিভূতী পুথোকপীরম্মী। বিভূতি অদু মঙোন্দা খরা পীবীরম্মী অদুগা অরেম্বশিং অদু ইন্টরভিয়ুগী কাদা মনাক্তা ফল্লিবা নুপীশিং অদুদা য়েনথোকপীরম্মী। বাবানা মাবু মনুংগী ইন্টরভিয়ু কাদা কৌশিনবীরম্মী। ডাঃনা বাবাদা হঙজখি "স্বামীনা ঐবু চহি ১০গী মমাংদগী কেন্সরনা নাই হায়বসি করম্না খঙবীরিবনো?" বাবানা মাগী মমিত্তা য়েংলক্লম্মী মদুদা ডাক্তর অদুনা চহি ১০গী মমাংদা ঈশিং চৎপা য়াদদুনা এঃআইঃএমঃএসঃ কী ইমর্জেন্সী দিপার্টমেন্টতা অহিং লৈখিবদু নীংশিংলক্লম্মী। মদুদা মাগী প্রোষ্ট্রেত গ্লান্দ অদু পোমখৎলম্মী অদুগা ত্রান্স ইউরেথরেল রির্সেক্সনগী ওপরেসন অনীবক তৌখি অদুগা মদু নোঙাল্লগা অদুম ফখিরম্মী।

স্বামীনা য়াম্না নুংশিনা মঙোন্দা য়েংলম্মী অদুগা হায়বীরক্লম্মী "ব্রারুগনু ঐনা হৌজিকসু নঙবু য়েংবীগনি অদুবু নঙ হৌজিক্তি ওপরেসন দরকার ওইরে। পুত্তপার্তিগী সুপর স্পেসিয়েলিতি হোস্পিতালগী ইউরোলোজি দিপার্টমেন্টকী মকোক ডা. ভত্ততা শিন্নগে হায়বীরম্মী। ডাক্তর কনব্বর অমসুং মাগী নুপীনা ঈশিং নুংশিৎ য়াম্না শাবা অদুনা নাই চাদুনা লাইজৌগদ্রা হায়দুনা চিংনবা পোক্লম্মী। অদুবু মখোয়না মদু হায়দ্রিঙৈদা বাবানা হায়বীরম্মী "নখোয় করিমতা ব্রাগনু ঐনা পূম্নমক ফননবা শিনখ্রবনি।" মখোয়না মখোয়গী অপঙবা অদু খঙজরক্লম্মী। স্বামীনা শীল্লিবা খুদিংমক অফবা ঙাক্তুনি। স্বামী পুত্তপার্তিগী হোসপিটাল নেত্ত, পূম্নমক ফংহনবীবা ঙম্লবা ঈশ্বরগী মন্দির অমনি মদুদা স্বামীনা কেস খুদিংমক ইরায় লায়না লায়েংবীরিবা অদুগা মদুগী অকোয়ববুসু শেংদোকপীরবা মফমনি। মখোয় অনীমক্লা পুত্তপার্তিগী সাই হোসপিটালদা ওপরেসন তৌনবগী থৌরাং তৌবীরো হায়না স্বামীদা হায়জরম্মী। মাগী নুপীনা হায়রম্মী "স্বামী ঐখোয় চহি খুদিংগী অনৌবা প্রোব্লেম অমমম পুদুনা স্বামীগী নাক্তা লাকই অদুবু

প্রোব্রেম খুদিংমকপু স্বামীনা সোল্ব তৌবীবগা লোয়ননা বর পীবীরগা হেক হেক হল্লি অদুগা য়াম্না ইকাইজরে।" মসি তারগা বাবানা হায়রক্লম্মী মসিদা নখোয়না করিগীদমক ইকাইরিবনো মরমদি ঐদি নখোয়গী নমানি, নপানি, পূম্নমক্নি। অদুদগী নিমিনা মাগী মপুরোইববু স্বামী মশানা ওপরেসন তৌবীয়ু হায়জরম্মী। স্বামীনা হায়বীরম্মী ব্রাগনু মতম পূম্নমক ঐনা নখোয়দা আশির্বাদ পীরবনি। ঐনা মাবু মতম পূম্নমক্তা ঙাক শেনবীগনি। অদুদগী স্বামীনা মাগী ঈশ্বরগী খুৎ অদুনা ডাক্তর অদুগী মকোক্তা য়াম্না নুংশিনা নাম্থবীরম্মী। ডাক্তর অদুদা য়াম্না শক্তি লৈবা নুংঙাইরবা ইপোম অমনা মাগী মশা পূম্নমক শিম্থুংনা শন্দোকখিরম্মী। স্বামীনা মাবু য়াম্না চেকশিন্না মপান্দা থারিবা চৌকি অদুদা ফম্মু লৈবাক্তা ফমথগনু হায়বীরম্মী। বাবানা হায়বা অদু মানা ইনজরম্মী অদুবু মদুগী অর্থ অদুদি মানা কোন্না খঙলক্লম্মী। স্বামীনা মনুংগী ইন্টরভিয়ু কাদগী থোরক্লগা মথংগী ইন্টরভিয়ুদা অমুক উন্নসি হায়বীরম্মী। মথংগী নুমিত্তা বাবানা মখোয় অনীমকপু ইন্টরভিয়ুগীদমক কৌশিনবীরম্মী অদুগা স্বামীগা হেক থংননা থাদুনা থল্লম্বা চৌকি অমদা মাবু ফমহল্লম্মী।

অঙকপা মওংদা কেন্সর ফহনবীবাঃ

লৈবাকপোকপা নুমিৎনি। স্বামীনা হায়বীরম্মী-ডাঃ ভক্ত, পুত্তপার্তিগী সুপর স্পেসিয়েলেতি হোস্পিটালগী অফাওবা ইউরোলোজিষ্ট অমসুং নেফ্রোলোজিষ্ট অমনি। স্বামীনা মসিমসু হায়বীরম্মী মদুদি মাগী ওপরেসন অদু শগোলশেন নুমিত্তা লেপ্লবনি অদুগা মমাংগী নুমিৎ হায়বদি য়ুমশকৈশা নুমিত্তা মহাক হান্না চেক অপ তৌগদবনি। স্বামীগী আশির্ব্বাদ ফংলবা মতুংদা মখোয় অনীমক পুত্তপার্তিগীদমক খোঙশাল্লক্লম্মী। মখোয়না য়ৌবা মতমদদি ডাক্তর কাংবু

অমনা মখোয়বু ঙাইদুনা লৈরম্মী। ডাক্তরশিং অদুনা মখল খুদিংগী টেষ্ট তৌরম্মী। অদুদগী ডাঃ ভত্তনা মতম য়াম্না চঙনা য়াম্না চেকশিন্না রিপোর্টশিং অদু পারম্মী অদুগা অলত্রা সাউন্দগী ফিল্মদা স্কেন্নিংসু তৌরম্মী অদুগা হায়রক্লম্মী ডাঃ কনব্বর নঙগী প্রোস্ত্রেত গ্লান্দা অশোয়বা অমত্তা লৈত্রে। ডাঃ কনব্বরনা য়াম্না থাজদনা হায়রম্মী অদুদি ডাক্তর ঐখোয়না দিল্লিগী এঃ আইঃ আইঃ এমঃ এসঃ তগী পুরক্লিবা রিপোর্টশিং অসিসু অফাওবা ডাক্তর কয়ানা টেষ্ট তৌবগী রিপোট ঙাক্তনি মসিনা করিনো? ডাঃ ভত্তনা হায়রক্লম্মী ঐনা ঙসি ফাওবদা য়েংলক্লিবা অনাবশিংগী রিপোর্ট অসি শোয়রক্ত্রি অদুনা ঐনা যাম্না থাজনা হায়রি মদুদি নঙগী প্রোস্ত্রেত গ্লান্দা অশোয়বা অমত্তা লৈত্রে। স্বামীনা নঙবু লায়েংবীদুনা ফহনবীরম্লগনি হায়রম্মী, অদুবু মাগী নুপীনা ডাঃ ভত্তগী ব্রা অদু পেল্লমদে অদুনা মানা হায়রম্মী ঐখোয়না দিল্লীদগী ওপরেসনগীদমক শেম শাদুনা লাক্লবনি অদুদসু নত্তনা স্বামী মশামক্লসু ঐখোয়বু শগোলশেন নুমিত্তা ওপরেসন তৌনবগীদমক পুত্তপর্ত্তিদা থারক্লিবনি। ডাঃ ভত্তনা হায়রম্মী "স্বামীনা ঐঙোন্দা য়াম্না শেংনা তাকপীরকই মদুদি দরকার ওইরবদি ওপরেসন তৌ। অদুনা ঐনা নঙগী প্রোস্ত্রেত গ্লান অসিদা অশোয়বা অমত্তা থেংনদ্রবনিনা ওপরেসন তৌবগী দরকার লৈত্রে।" মখোয়বু পেন্ননবগীদমক ইউরোফ্লোমেটরী অমুক হন্না তৌরম্মী মদুগী ফল অদুদসু অশোয়বা অমত্তা য়াওরমদ্রে। অসুম্না মখোয় অনীনা য়াম্না থাজবগা লোয়ননা পুত্তপার্তিদগী হল্লক্লম্মী।

## বাবা-ডাক্তরশিংগী ডাক্তর

মথংগী অয়ুক্তা স্বামীনা মাগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লম্মী অদুগা হায়রম্মী ডাক্তর নঙ পুত্তপার্তিদা চৎলুদ্রব্রা? মানা পাউখুম পীবা নংদ্রিঙৈদা স্বামীনা দর্শন লাইনদা চৎখিরম্মী। মথংগী নুমিত্তা বাবানা

ডাঃ ভত্তা টেলিফোন তৌরগা মাগী অনাবা অদু য়েংবীরব্রা হায়রম্মী। ডাক্তর অদু ইন্টরর্ভিয়ু কাদা মকোক্তা বাবানা নাম্থবীবা মতমদা মঙোন্দা য়াম্না শক্তি লৈবা ইনিল অমা ফাওখিবা অদু বাবানা মাগী অনাবা অদু লায়েংবিশ্রবনি অদুগী মতুংদগী বাবানা মাবু লৈবাক্তা ফমহন্দদুনা নুমিৎ নীনি চৌক্রিদা ফমহনখিবা অদুনা ওপরেসন লোয়রবা মতুংদা ওইশিন্নবা তৌরিবনি। অসুম্না বাবানা ডাক্তর অদুগী অনাবা ফহনবতা নত্তনা মাগী অনৌবা পুন্সি অমসু পীবীরম্মী। ডাঃ ভত্তনা ওপরেসন তৌদ্রে হায়না হায়রকই হায়না স্বামীনা মঙোন্দা হায়বীরক্লম্মী।

বাবা অসি অনাবা পূম্নমকপু ফহনবীবা ঙম্বা অদুগুম্বা খ্বাইদগী চাওবা ডাক্তর অমনি। মানা য়েংবতদা, শোকপদতা, মাগী ফিজিনা খজিক্তুং থেংবদা, অনাবা পূম্নমকপু ফহনবীবা ঙম্বা ডাক্তরশিংগী ডাক্তরনি। বাবানা অনাবা ফহনবগী মরমদা অসুম্না তাকপী মদুদি কনাগুম্বা মী অমনা অশেংবা থম্মোয়নুংগী ওইবা খোঞ্জেল অদুনা বাবাবু য়ৌবা ঙমদ্রবদি অনাবা ফবা ঙমদে। ❑

# ভগবান শ্রী সত্য সাঈ বাবাগী থৌজাল

ৱারী অসি মেজর জেনরেল এসঃ পিঃ মহাদেববু সত্য সাঈ বাবানা থৌজানবীখিবগী ৱারীনি। লৈবাক্কী সেবা তৌজগে হায়বগী ইথিলগা লোয়ননা এসঃ পীঃ মহাদেবনা মাগী পুন্সিগী লম্বী অসি ভারতকী লান্মীদা চঙলম্মী। শোক ১৯৭৪ দা মহাক কমান্দেন্ট ওইনা উইলিংটনগী দিফেন্স সারভিসেস ষ্টাফ কলেজদা পোষ্টিং তারম্মী। উইলিংটন্দগী কিলোমিটর ১৪ লাপ্পা লৈবা য়াম্না ফজবা চীংগী ষ্টেসন উতিদা ভগবান বাবা লেঙলক্লম্মী। মহাক্না বাবাগী আধ্যাত্মিক্কী শক্তিনা মীশিংবু নুংশিবগী লম্বেলদা চিংশিল্লিবা অমদি মীওইবগী সেবাদা তৌরিবা থবক কয়া অসি তাজরুবদগী বাবাবু অমুক্তং দর্শন তৌজগে খঞ্জখি।

**বাবাবু ইহান হান্না দর্শন তৌজখিবাঃ**

উতি য়ৌরগা মহাক্না আশ্রমদা চৎলম্মী। নুমিদাংৱাইরমদা অপীকপা কা অমদা ভজন তৌননবগীদমক মখোয় ময়াম বাবানা মাগী কাদগী থোরকপা অদু ঙায়রম্মী। ঙহাক লৈরগা বাবানা অঙাংবা জোন জোন লাওবা ফী অমা শেৎলগা লেঙথোরক্লম্মী। বাবানা মখোয় ময়ামদা মিৎয়েং তাবীরম্মী অদুগা মপান্দা ঙাইরিবা মীয়াম অদুদা দর্শন পীবা লেংথোকপীরক্লম্মী। মখোয় পূম্নমক য়াম্না নুংঙাইরম্মী। মখোয়না বাবা মশানা ঙাংবীবা পাওতাক পাওজেল কয়া থৱাই হকচাং য়াওনা তানরম্মী।

বাবানা য়াম্না ফজনা ফ্লো অমদা ঙাংলম্মী অদুগা তারিবা ভক্ত কয়া অদুনা মাগী নুংশিরবা মরিক চুন্নবা লৌশিংগী মঙাল ওইরবা পাওতাক পাওজেল কয়া অদু তাজরম্মী। বাবানা উতিদা লৈরিঙৈদা বাবাবু খুরম্বা চৎচরম্মী। উইলিংটনগী ষ্টাফ কলেজ কেম্পস্তা মন্দির অমা লৈ। হায়রিবা মন্দির অসিবু বাবানা মিৎয়েং তাবীনবা হাযজরম্মী। মথংগী নুমিত্তা বাবানা মন্দির অদু য়েংবীগনি হায়না টেলিফোন তৌরক্লম্মী। মফম অদুদা বাবানা লেঙবিরক্লম্মী অদুগা মন্দির অদুবু মিৎয়েং তাবীবগা লোয়ননা মন্দির অদুবু থৱাই হাপ্লীরম্মী লোয়ননা ষ্টাফ কলেজগী ছাত্রশিং অমদি মখোয়গী ইমুং মনুং পূম্নমক্না বাবাবু দর্শন তৌবা ফংজরম্মী অদুগা বাবাগী মমল য়াম্লবা পাওতাক পাওজেল কয়াসু তাজবা ফংজহৌই। বাবানা মন্দির অদুদা লেংবীরকপগী খোঙচৎ অদু লোয়রদুনা মাগী কারদা তোংখৎখিদুনা মাগী উতিগী খোঙচৎকীদমক খোঙশান্দুনা চৎখিবা মতম অদুদা বাবাগী মমিং অদু মাগী কারদা মমিৎকা মিৎচান্নরম্মী মদুদা মানা বাবাগা পাও ফাওনরে হায়না মহাক্না খঞ্জখি অদুদগী হৌনা মহাক্না আধ্যাত্মিক্কী লম্বৈলদা খোঙ থাংজিনবা হৌখি।

চহি তরুক হৌখ্রে। বাবাগা মাগা চহি অমদা অনীরক অনীরক পুত্তপার্টিদা চত্তুনা উনরম্মী। শোক ১৯৮০গী ওক্তোবর থাদা মহাক্না কলর প্রজেন্টেসন সেরেমোনি অমা য়েংননবগীদমক মাগী গার্ডশিং অদুগী কোলোনেল ওফ ব্রিগেট ওইনা কাম্পটিদা চৎলম্মী। মানা মদু য়েংলিঙৈদা মাগী মমিৎ নারক্লম্মী। মানা মাগী মমিৎ অনাবা অদু থৌ-ব্রা শারুদনা কলর প্রজেনতেসন অদু মায় পাক্লনবা কন্না হোৎনরম্মী। অনাবা অদু নোংম-নোংমগী হেঞ্জিল্লক্তুনা কোক অমদি মায়গী উনশাশিং পোকথোক্তুনা মহী তারম্মী। ফক্কসন অদু হেক লোয়বগা খুদক্তা আইঃ এঃ এফঃ কী প্লেন অমনা দিল্লি কেন্টোনমেন্টদা লৈবা আর্মিগী হোস্পিটাল অমদা লায়েংনবা থাবীরক্লম্মী। মানা আর্মিগী সেনিয়র ওফিসর অমা ওইবনা

(মেজর জেনেরেল) ডাক্তরশিংনা য়াম্না থৱাই য়াওনা চেকশিন্না মাবু লায়েংবীরম্মী। খ্বাইদগী নৌবা অফবা হিদাক কয়া শিজিন্নদুনা লায়েংলবসু মাগী ফীভম ফত্তবা অসুম অসুম হেঞ্জিল্লক্লম্মী। মাগী মমিৎ অদু পাঙবা সুকয়া য়াশিল্লক্লে শোয়দনমক্কী মাগী মমিৎ অদু উররোইদ্রা হায়না পাখৎপা ফাওরক্লে। মহাক হায়ফম তৌফম খঙদনা হোস্পিটাল অদুগী ফমুংদা উপায় লৈত্রদুনা তাদুনা লৈরে অদুবু মতম অদুদা মাগী থম্মোয়দা পীক্লবা আশাগী মৈঙাল অমদি তত্তনা ফাওই মদুদি মহাক্না বাবাবু মতম পূম্নমক্তা নিংশিংদুনা বাবাদা মাবু মতেং পাংবীয়ু হায়না মিৎলুদা পীরাং তত্তনা শিন্থদুনা নুংঙাইতনা কপচরম্মী। ডাক্তর কোলেনেল বোপারাইনা মাগী কাদা ফমদুনা পুক্লিং চঙনা মাগী কেস অদুগী মরমদা খল্লম্মী, করিগীদমক্তা অসুক ফখ্রবা হিদাকশিং অসি শিজিন্নবদা খজিক্তুফাওবা কান্নবা ফংদ্রিবনো। ইখঙ খঙহৌদনা ডাক্তর অদুগী পুক্লিংদা ঈশ্বরগী থৌইনশিল অমা ফাওরকপগুম মঙালগী ঈথিল অমা খঙফাও ফাওরক্লম্মী। অদুদগী মহাক্না তোপ-তোপ্পা ইঞ্জেক্সন অমা কাপ্লম্মী হায়রিবা ইঞ্জেক্সন অসি অনাবা কয়াদদি চানখিদবনি অদুবু অঙকপনি মসিমদি মঙোন্দদি কান্নরে। অনাবা অদু ঙহাক পোত্থারম্মী। হায়রিবা ইঞ্জেক্সন অসিনা মাগী মমায়গী অনাবা অদু খজিক্তুংদি কঙশিল্লকপগুম তৌরমই অদুবু মদুগী দাকফম অদুনা মাগী মমায় পূম্নমক শিন্থুংনা শন্দোক্লম্মী। ডাক্তর অদুনা মাবু হোস্পিটাল অদুদা লেঙদনা চখোক্তনা লৈননবা হায়রম্মী। মতৌ অসুম্না মহাক্না হোস্পিটাল অদুদা নুমিৎ ৩৫ নি লৈরম্মী। মমৈথংদা ডাক্তর অদুনা মাবু চয়োল মরি অনাবগী ছুটী পিবীরম্মী অদুগা মদুগী মতুংদা মহাক অমুক হন্না চেক তৌবা লাকউ হায়রম্মী। হোস্পিটাল অদুদগী ডিসচার্জ তৌবীরম্মী অদুগা মঙোন্দা চখোক্তনবা অমদি মিত্তা উফুল চঙদনবা য়ারিবমখৈ চখোক্তনা লেংদনা লৈননবগী পাউতাক পীরক্লম্মী।

**বাবানা ঐগী মীৎ অমদি কেরিয়র কনবিখিঃ**

ডাক্তরগী পাওতাক অদুবু থৌৱা শারুদনা মহাক্না পুত্তপর্টিদা এরোপ্লেন্না চৎলম্মী অদুগা লম্বী মতেক অমনা য়াম্না নুংঙাইতবা কদ্রক কদ্রক লাওবা লম্বেলদা চত্তুনা বাবাগী অশির্ব্বাদকীদমক্তা চৎলম্মী। মহাক নুমিদাংৱাইরমদা পুত্তপার্টিদা থুংলমই। মহাক্না নুংথিলগী বাবাগী দর্শন য়াওগে হায়না খল্লম্মী। বাবানা লৈরিবা ফজরবা মন্দির অদুগী ভেরন্দা অদুদা ফমদুনা মহাক্না বাবানা মপান্দা লেঙথোরকপা ঙায়জরম্মী। মীয়াম্না মপান্দা ফমদুনা বাবাবু দর্শন তৌননবগীদমক ঙায়নরমই। পূং মরি তাবদা বাবানা মাগী লৈফমদগী লেংথোবক্লম্মী। মানা ভেরন্দাদা ফম্বদু উরগা বাবানা মোমোন নোক্লদুনা মাগী মনাক্তা লেঙশিনবীরক্লম্মী অদুগা মাগী আনোক অদু বাবাগী মখুৎমক্তা লৌথোকপীরম্মী অদুগা হায়রম্মী “ঐনা নঙোন্দা নঙগী নমিৎ পীরবনি” অদুদগী স্বামীনা মানা চারিবা হিদাক খুদিংমক খুদক্তগী লেপ্লো হায়রম্মী অদুগা মাবু পুত্তপার্টিদা কয়াম কুইনা লৈগদৌরিবনো হায়না হঙবীরম্মী। মানা হাপ্তা অমা লৈগনি হায়না খুমজরম্মী। স্বামীনা য়াম্না নুংশিনা হায়বীরম্মী “নঙনা লৈরিঙৈ মনুংদা নুমিৎ খুদিংগী ঐগা চাক চামিন্নগদবনি”। মহাক হায়ফম তৌফম খঙদনা নুংঙইজরম্মী অদুগা বাবাগী চরন কোন্দুনা হিক হিক কপচরম্মী। স্বামীগী চাক চাফম কা অদু য়াম্না চম্না তেবল অমগা চৌকি খরগা থারম্মী। চাক চাবা অদু কনাসু য়াওদনা বাবাগা মাগদমক চারম্মী। মানা মাগী চাক চারিঙৈ মনুংদা বাবাদা য়েংজরুবদা বাবানসু মাগী মমিত্তা মিৎচাননা হেক হেক য়েংথোকপীরক্লম্মী। বাবাগা মিৎচানজরুবা অদুনা মাগী মিৎ অদু নোংম নোংমগী ফগৎলক্লে অদুগা মাগী মমায়গী দাকফম অদুসু অসুম অসুম মাঙখিরম্মী। মসি তশেংনমক ঈশ্বরগী অঙকপা থৌজাল হায়বদুনি। মানা পুত্তপার্টিদগী হনখ্রগা মাগী ডাক্তরদুগী মনাক্তা চেক অপ তৌবা চৎলম্মী। ডাক্তরশিং অদুনা য়েংলম্মী অদুগা মখোয় পূম্নমক ঙকপনা

খম থেংখি। স্বামিনা মঙোন্দা পীবীরকপা থৌজাল, চানবীরকপগী ৱারী কয়া অদু ডাক্তরশিং অদুদা লিদুনা তাহল্লম্মী। ডাক্তরশিং অদুনা অঙকপা ঈশ্বরগী থৌজাল কয়া অদুবু উরুবগা হন্না হন্না ঈশ্বরবু থাগৎখি।

চহি কয়া হৌখ্রে। মাগী পুন্সিগী অৱা-অনা তারবা দশা কয়াবুসু বাবাগী থৌজালনা পৃম্নমক ফহনবীখ্রে। মাগী মমিৎ অমদি মাগী সার্বিস কেরিয়র অনীমক বাবানা প্রোতেক্সন পীবীরে। শোক ১৯৮৩ গী সেপ্টেম্বর থাদা ইন্দিয়ান আর্ম ফোর্সেসতগী আর্মি কমাণ্ডর ওইনা থবক্তগী পোখারে। স্বামিগী থৌজালনা শোক ১৯৮৩ গী জানুৱাবী থাদা মাগী থবক্তা থোয়দোক হেন্দোক্লা হৈবগী অমসুং দিফেন্স মেতরগী হেন্না ফবগীদমক পদ্ম ভুযনগী এৱার্দ ফংজখি।

মণিপুরীদা হন্দোকচরিবা ইশামক্লা মতাং অসিদা সত্যম শিবম সুন্দরম পার্ট থ্রিগী সাইন এন্দ সিগ্নেচর হায়বা মতাং অদুদগী মতেক খজিক্তং মফম অসিদা হাপচিঞ্জগে।

পুন্সি হায়বা পোৎশক অসিগী মনুংদা লৈরিবা য়াম্না চনৈনরিবা অরুবশিং অসিদি সাধারন মী অমনা খঙবা ঙস্বগী ৱাংমদা লৈ, মদুদা য়াম্না লুথনা খনবা ঙস্বা মীওইশিং ফাওবা চুম্নগী খর য়েৎন খোৎনবা নত্রগা ৱাহং পাওখুম তৌনদুনা মরৈ তৌনবগী অদুক তৌবনি; মদুগী মরুমদা লৈরিবা নিয়মশিং অদুগী শম্না অমা ফাওবা থবক ওইনা পাংথোক্কে হায়বগী অনিংবদি লৈতে। মদুগী চৎনবী নিয়ম ভাব তাবা ঙমদ্রবা ৱাফম কয়া অমসু তৌবা য়াই, য়াদে হায়না লৈরিবা ময়াম অদুনা মঙোন্দা অকিবা ৱাখলতমক পোকহল্লি। জ্ঞান খর লৈবনা নিংথিনা কুপথনা ফাওবা য়েৎনবা ঙমগনি। অদুবু মদু থবক্তা ওস্থোক্তুনা হিংবা তারবদি হায়বদি নঙনা জ্ঞান্না য়েৎপদা ঙল্লিবা অদুনা নশানা থবক ওইনা পাঙথোক্লবদি;

নহাক জ্ঞানি অমা ওইরে। সাধনা নত্রগা হোৎনবা অদুনা নঙবু পুন্সিগী পান্দম ফংহনদে। বাবানা হায় "নঙনা ব্বারবা মতমদা ঐবু কৌরকউ, ঐগী থৌজাল নিজবা হায়বসে নঙগী ফংফম থোকপা অধিকাররনি।"

তাঞ্জানিয়াগী অরুশাদা লৈবা ঐচ.ঐচ. অঘা খান ডিসপেন্সরিগী ডাঃ জেঃ গাধিয়ানা ইরকই "শোক ১৯৭১গী মে থাদা মিঃ জমনাদাস; এমঃ পতেল য়াম্না কন্না নাখিরম্মী মহাকপু লাইয়েংনবা পাণ্ডব্রবা ঐবু কৌররবদা থম্মোয় শোক্লা ঐনা স্বামীবু খুরুমজরগা মথবাক্তু বিভুতিনা নোয়রমই। য়াম্না অঙকপা মওংদা মহাক ফগৎলকখি। মিঃ জমনাদাসনা পুত্তপার্টিদা চৎপা মতমদা বাবানা হায়বীরকখি" ঐনা নঙবু অনৌবা পুন্সি পীখি, মদু নঙগী ডাক্তরনা মতম চানা কৌরকপননি"। বাবাগী ভক্তশিংনা বাবাগী শোয়নিংঙাই লৈত্রবা মিংগী শক্তি অদু খঙই। ❑

# অনাবা কয়াবু লাইয়েংবিরিবা সাঈ

ইউঃ এসঃ এঃ গী নোরমা গেরিবেনা হায়জৈ মদুদি স্বামীনা হোস্পিটালদা লাকপিদুনা মাগী মচাগী মথৱায় কনবীখি। নোরমানা স্বামীগী মিং তাজবদি চহি কুন শুরে। মানা থাংজ নুমিৎ অমদা মনাক্তা লৈবা চর্চ অমদা হেক হেক চৎলি। হায়রিবা চর্চ অসিদা মী কয়ানা মখোয়-মখোয়না থাজজবা ঈশ্বরগী মরমদা ৱারী শান্নবা অমদি তোঙান-তোঙানবা লাইনিং লাইশোন কয়াগী মরমদা নৈনবা অমসুং পৃথিবী অসিদা মঙাল পীবিদুনা শান্তি পীবিরিবা কয়াগী মরমদা খন্ন-নৈনবা কয়া তাজরে।

নোংমদি শগোলশেন নুমিৎ অমদা শকখঙদবা কাংবু খরনা পুনশিন্নরগা সত্য সাঈ বাবাগী ফোটো খর পুথোক্তুনা য়েংনরগা বাবানা তৌখিবা অঙকপা কয়াগী মরমদা ৱারী শান্নবা অদু মহাক্না তাজরম্মী। মদুদা নুপী অহল অমনা হায় "সাঈ বাবাদি অঙাংবু য়াম্না লুনা তৌই অঙাংনা হায়বমখৈ মহাক্না লোয়নমক পীবি"। মদুদগী হল্লক্লগা মানা লোটরি ফাওজগে হায়না বাবাদা নিজখি অদুবু মদু বাবানা থুংহনবীখিদে। মানা তাজবদদি বাবানা মী খুদিংগী অনীংবদু থুংহল্লি হায়না তাজৈ অদুবু মাগী অনিংবা অদুদি থুংহনবীখিদবা অদুদা মহাক য়াম্না চমম্লরম্মী।

শোক ১৯৯৯গী জুলাই থাদা মাগী চহি অনী শুরবী মচানুপী অমা য়াম্না কন্না নারম্মী। মহাক চাবা থকপা অমত্তা য়ারমদে চাকখাওদা তাবা পোৎ খুদিংমক লোয়না ওথোক্লম্মী। মহাক্না চৎপা মতমদা মবুক অদু কোনশিল্লগা নোম্থদুনা চৎলম্মী। মরমদি ফজনা চৎলবদি মহাক্কী চাকখাও অদু শোক্কনি হায়না মহাক্না য়াম্না কিজরম্মী। মানা মচানুপী অদুবু ইহান হান্না ইমর্জেন্সী ৱার্দতা পুরম্মী। ডাক্তরগী পাওতাক মতুং ইন্না অঙাং অদুদা লোক লাইহৌ নাবনি মহি মনাই খর য়াম্না পিথক্লগা চাকখাও অদু শেংদোক্কনি অদুগা অদুম ফরক্কনি হায়রম্মী অদুনা মখোয়না হোস্পিটালদগী ময়ুমদা হল্লক্লম্মী। মচানুপীদি অনাবা অদু ফগৎলকপগী মতুত্তা অসুম অসুম হেঞ্জিল্লক্লম্মী অদুনা অমুক হন্না ইমর্জেন্সী ৱার্দতা পুরক্লম্মী।

চাওরাক্লা নুমিৎ মঙানি হৌজিনখ্রে। মহাক্না ডাক্তর কেনেলসত্ত হায়জরম্মী মদুদি মহাক্কী মচানুপী অদু এপেন্দিসাইতিসনা নারে খুদক্তা থুনা ওপরেশন তৌবীয়ু। ডাক্তর অদুনা ফীভম অদু য়াম্না শোকচিল্লে হায়বসি খঙলম্মী। মদু এপেন্দিসাইতিসতগী হেন্না লুবা অনাবা ওইরম্মী। মহাক্কী থিরিন অদু মথক মখা ওন্থোক্লম্মী মহাক্কী অমাংবশিং অদু মপাল্লোমদা থোরকপগী মতুত্তা মনুংলোমদা চঙখিরম্মী। মহাক ডাক্তর কাষ্টিলোসকী মনাক্তা থুনমক ওপরেশন তৌবীয়ু হায়না চঙশিল্লম্মী, মানা মমা-মপা শক্লবা ঈশ্বরদা পার্থনা কয়া তৌজরম্মী। কাষ্টিলোসনা মাবু লায়েংলম্মী অদুগা হায়রম্মী অনাবা অসি ফীভম শোক্লা নারে অদুনা মহাক ফরক্কদ্রবা ফরক্লরোইদ্রা হায়বসি হায়বা ঙমদ্রে অদুনা মহাকপু ইন্টেনসিভ কিয়ারদা থম্লসি। মহাক হায়নীংঙাই লৈতনা ৱাজরম্মী পূম্নমক ফত্তবা মঙ ওইহনবীরো হায়না ঈশ্বরদা পার্থনা তৌজরম্মী। ইন্টেনসিভ কিয়ার ইউনিতকী কা মনুংদা অঙাং অদুনা লেঙ ওৎতুনা মহাক্কী মপুক মনুংদকী ফত্তবা চিংথোক্লবা নাতোন্দা

থিংজিল্লিবা পাইপ অমসুং খুদাংগী শিংলিদা হিদাক কাপ্পবগী মরি অদু চিংথৎতনবা মহাকপু ফমুংদুদা পুন্সিল্লম্মী। অঙাং অদু মিকপ থোরক্লম্মী অদুগা মঙোন্দা ফাজিল্লিবা পুনশিল্লিবা কয়া অদু লৌথোক্লবা মানা কন্না হোৎনরম্মী মাবু ইংথনা থম্লবা হোৎনবদা তত্তনা মাগা লান শোক্লরম্মী। নুমিৎ হুম্নিগী মতুংদা মহাক চৎপা ঙম্লক্লম্মী অদুবু মহাক চাব-থকপদি য়ারমদে। মানা হিংলিবা অদু গ্লুকোজ কাপশিনবা অদুতনা হিংবনি। অঙাং অদুগী অনাবা অদু ফত্তবা অসুম অসুম হেনজিল্লক্লম্মী। অদুদগী অঙাংগী ডাক্তব অদুগা সর্জরিগী ডাক্তর অদুগা চুংশিন্নদুনা খন্নরম্মী। হাপ্তা অনীগী মতুংদা শিংলিশিং অদুদা হিদাক কাপ্পা চঙলক্রে। ঈশিংগী শরুক য়াম্না ৱাংলম্মী মদুগীদমক্তা শিংলিদা হিদাক কাপ্পবা থিনবা মতমদা মাগী শিংলিশিং অদু পোমখৎলম্মী, অফবা শিংলি অমা ফংননবগীদমক নর্সশিং অদুনা হঞ্জিন-হঞ্জিল্লগা মদুদা নাদুনা মহাক কপ্লম্মী। মমা অদুনা যীযুদা অমদি স্বর্গদা লৈবা মমা মপাদা প্রার্থনা কয়া তৌজখি। অদুম ওইনমক মহাক্লা মিরাকলস অমা ফাওবদি ফংবা ঙম্লমদে। মতম পুম্নমক্তদি মহাক্লা নিজরিবা, কপচরিবা অদু তাবীবগুমদি তৌবীরে। মানা মমিৎ উইশিন্দুনা ঈশ্বরবু কন্না নিংজরবসু ঈশ্বরনদি মাগী পাওখুম অমত্ত ফাওবা পীবিরকখিদে। অদুদগী মানা কাওথোক্লুরবা মমিং অমা নীংশিংলক্লম্মী মাগী মমিংদি সাঈ বাবা। মানা ঈশ্বর অদুগী মমিং সাঈ বাবা কৌবনি হায়বসি খঙনিং নিংশিংলক্লম্মী। মানা করি তৌগদগে হায়বসি তৌফম খঙলমদে অদুবু মানা হায়জৈ "ঐনদি বাবা নঙবু দরকার ওই চানবীদুনা ঐগী ইচানুপীগী মথৱায় কনবীয়ু ঐঙোন্দা পাওখুম পীবিয়ু নঙনা তশেংনমক অঙকপা কয়াবু পুথোকপা ঙম্লবদি মসিদা নঙগী তাঞ্জা লৈরে, ঐগী ইচানুপীবু মথৱায় কনবীদুনা নঙগী অঙকপা কয়া অদু ননাইদা উৎথোকপীরো"। খুদক অদুমক্তদা মাগী মশা অদু থক-থক নিকপা হৌরক্লম্মী। মানা নিকপা অদু মতোমতা ফাথজবা ঙম্লমদে।

মানা কা অদুগী থোঙদা য়েংথোক্লম্মী। থোঙ অদু ময়া কাথোক্কুনা লৈরম্মী। মাগী অপীকপা মচানুপী অদুনা মঙোন্দা ব্রা ঙাংলক্লম্মী অদুগা হায়রম্মী "ইমা য়েংউ য়েংউ", ঐনা মাগী মথক্লোমদা য়েংখৎলিবা মমিং অদুদা য়েংলম্মী অমসুং মহাক্কী মমিত্তা মঙাল অমা উরম্মী। হায়রিবা মঙাল অসিগী মনুংদা মহাক্না সাঈ বাবাবু উরম্মী বাবানা মাগী কোম্লারোং মচুগী মফি শেৎলম্মী অদুগা মখুৎ অনীদু মমাংলোমদা লৌশিন্নদুনা লৈবা অদু উরম্মী। মহাক হাইফম খঙদনা ঙক্লম্মী মানা মাগী মমিৎ অদু উইশিল্লম্মী অদুগা অমুক পাঙথোক্লম্মী অদু ফাওবদা বাবানা মাগী মিৎমাংদা লেপ্তুনা লৈবা অদু মাগী মচানুপীগী মমিৎ মনুংদা উরম্মী। মাগী মশা অদু থক-থক নিক্লম্মী অদুগা মাগী থম্মোয়না মখোল থোক্লা লাওরম্মী নত্তে মসি ওইথোকপা য়াবা নত্তে, মসি অশেংবা ওইবা সুকয়া য়ারোই। মহাক কয়াম কুইনা অনাবা অদুগী ফমুং অদু পায়দুনা লেপ্লম্বনো হায়বদু খঙদ্রে। মানা জ্ঞান তারকপা মতমদা মহাক ময়া কাথোক্কুনা লৈরম্মী অদুগা মাগী মচানুপীনা য়াম্না নুংঙাইনা পোত্থাদুনা লৈরম্মী। মতম অদুদা নর্স অদু চঙলক্লম্মী, মানা খল্লম্মী হয়েংদি শোয়দনা মাগী মচানুপী ফরগনি অদুগা চাবা থকপা য়ারগনি। অদুবু মানা খল্লিবশিং অদু লাল্লম্মী মদু পূম্নমক অচুম্বা ওইরমদে। মথংগী নুমিৎ অদু মানা খল্লুবা অদুগা মান্নরমদে ডাক্তর কাষ্টিলোস অমসুং ডাক্তর কেনেলসনা খন্নরম্মী মদুদি মহাক ফগৎলক্লবসু চাবা থকপদি য়াখিরোই। নুংঙাইগদ্রা, ব্রাগদ্রা মহাক হায়ফম খঙলমদে অদুবু মদুমক্লা অফবদি ওইরমদে মরমদি মানা অঙাং অদুনা চাবা থকপা য়াবা অদু পামজরম্মী।

মথংগী নুমিত্তা ডাক্তর কেনেলসনা অনাবা অদু মহি থকপা য়ারগনি হায়না খল্লম্মী অদুবু ডাক্তর কাষ্টিলোসনদি মতম চাদ্রি হায়না য়ারমদে। তোল্লবা নর্সশিং অদুনা কনানা হায়বা ইনগদবনো হায়বদু ভাব তানরমদে। মমা অদুনদি ডাক্তর কেনেলসনা হায়বা অদু য়ানিংলম্মী অদুবু নর্সশিং অদুনদি ডাক্তর কাষ্টিলোসনা হায়বা অদুনা য়ানিংলম্মী।

নুমিৎ হুম্নি শুবা নুমিত্তদি ঈশ্বরনা থৌজানবীরে। ডাক্তর অনী অদুনা য়ানবা অমা পুরক্কুনা মহি থক্লবগী থৌরাং তৌনরে। মখোয়না অহানবদা অনাবা অদুদা আইস ক্যুব পীবিরম্মী মথংগী নুমিত্তা ঈশিং পীথক্লম্মী অদুগা মথংগী নুমিত্তনা সুপ পীথক্লম্মী। মমা অদু হায়নিংঙাই লৈতনা হ্রাওজরে। নর্সশিং অদুনা ডাক্তর কাষ্টিলোসকী মায়পাকপা অদুগীদমক্তা থাগৎলম্মী অদুবু থম্মোয়নুংদদি লোন্না মানা মচানুপীগী চাবা থকপা য়াবা অদুগীদমক্তা থম্মোয়দা ঈশ্বরবু থাগৎচরম্মী। মানা মথংগী শগোলশেন নুমিত্তা বাবাবু হেন্না খঙবা মীশিংগী মনাক্তা চত্তুনা ৱারী পূন্নমক্কু তম্লম্মী। মাদি অসিগুম্বা ঈশ্বরনা মমাংমক্তদা লেপ্লবা অদু অমুক্ত ফাওবা থেংনদ্রি। মানা হান্না খঞ্জবদি ঈশ্বর অসি পুক্লিংগী থাজবদা লৈরে হায়না খল্লম্মী। মানা রিতা ব্রুস অমসুং মহাক্কী নুপানা স্বামীগী মরমদা ইবা লাইরিক অমা পারমই। মানা স্বামীবু থাজবদা চহি অমা চঙলম্মী। মহাক্না মাগী হান্নগী লাইনিং লাইশোনদা অমুক হনজল্লক্লম্মী অদুবু মাগী লাইনিং লাইশোনশিং অদু মঙোন্দা ইয়াং য়াংলম্মী। মানা খল্লম্মী মানা বাবাবু থাজরুবা অমসুং মাগী মরমদা পারুবদগী মখোয়না মঙোন্দা শাওরমাল্লে। মানা কপ্লম্মী মাগী ঈশ্বরনা মাবু অমুক থৌজালবিয়ু হায়না খুরুমজরম্মী। মঙোন্দা ইহাং হাংবগুম্বা অমা তৌবদুদা মানা স্বামীবু চৈবা হৌরক্লম্মী। ঈশ্বর ঐনা করিগীদমক নঙোন্দা খুরুম্লুরিবনো বাবা...? অদুবু অঙকপদি বাবাগী মমিং হেক হায়বগা মাগী পুক্লিংদা ঈশ্বরনা চংলক্লবগুম ইথন থনবা অমা ফাওরক্লম্মী। মদুদগী মানা খঙলম্মী মদুদি ঈশ্বরদি বাবানি। বাবাসি অশেংবা ঈশ্বরনি। মানা খঞ্জবদা বাবা অসি মাগী মমানি, মপানি, মাগী যীসুনি পূন্নমক বাবানি। ❑

# হেন্না ঙকপা মওংদা ভগবান বাবানা অনাবা ফহনখিবা কয়া

সত্য সাঈ বাবাদি ডাক্তরশিংগী ডাক্তরনি। সাইন্টিষ্টশিংগী মকোক্নি। ভগবান বাবানা অনাবা ফহনবিখিবা কয়া অসিগী ওফিসিয়ল ওইবা ষ্টেতিষ্টিকেল দাতা কয়া লৈত্রবসু, কনাগুম্বনা বাবাগী ভক্তশিংগী মরক্তা চঙলুরবদি বাবানা অনাবা ফহনবিখিবা কয়া কয়াগী ৱারী অসি মশিং থিঙমদনা তাবা ফঙই। মসি হান্না লৈবগীসু মথক্তা হৌজিক হৌজিকসু অনাবা ফহনবিখিবা মীওই কয়াদগী অশেংবা ৱারী কয়া ঐখোয়না তত্তনা তাবা ফঙজরি। বাবানা অনাবা ফহনবীখিবা ৱারী কয়াশিং অসি শেংলবা বিভুতি শিজিন্নবদগীনী। ইমরজেন্সি ওপরেশন তৌনবগী খুৎসু খুৎলাই কয়া মালংদগী পুথোকপীবগা লোয়ননা মশামক্না ওপরেশন তৌবীদুনা ফহনবীখিবা কয়াগী ৱারীসু ঐখোয়না ঙসি তত্তনা তানরি। হায়রিবশিং অসিদা ডাক্তরশিংনা করম তৌনা ফরক্লিবনো হায়বসি শন্দোক্না তাকপা য়াদবা ঈশ্বরগী শক্তিতনা তৌবা অঙকপা কয়াসু য়াওরী। বাবানা সর্জিকেল ডাক্তরশিংনা ওপরেশন তৌনবা খুৎলাইবু নুংশিবা, পামজবা হায়বদি সরজনশিংনা ওপরেশন তৌগদবগী হোৎনবা কয়া অদুদা ফাগী তৌদুনা নোক্লরবসু মশামক্না করিগুম্বা মতমদা তোনশিল, টিউমরনচিংবা কয়াবু মশানা মালংদগী ওপরেশনগী খুৎশু খুৎলাই পুথোক্তুনা অনাবা কয়াবু ওপরেশন তৌবিখি।

ভগবান বাবানা অওকপা মওংদা লাইয়েংবীদুনা অনাবা ফহনখ্রবী পি:এস: ডিক্ষিতকী মচন্নুপীগী ৰারী অসি ময়ামগী মফমদা থমজগে।

বোম্বেগী পি:এস: ডিক্ষিত অসি মহারাষ্ট্র সরকারগী অফাওবা দোকুমেন্টরী ফিলম প্রোদুসর অমদি অফাওবা ভজন শকপা নুপা অমনি। ডিক্ষিতকী মচননুপীগী ওইথংবা থবাক্তা অপোম্বা অমা লৈরম্মী। বোম্বেগী তাতা মেমোরিয়েল হোস্পিটালদা ক্লিনিকেল টেস কয়া তৌবদগী মদু মেলিগনেন্ত কেন্সরনি হায়বসি চাপচানা খঙলম্মী। ডাক্তরশিং অদুনা য়াম্না থুনা মাগী থবাক্কী শরুক অদু লৌথোক্তবা য়াররোই হায়রম্মী অদুনা লৈবাকপোকপা নুমিৎ অদু ছুটি নুমিৎনি হায়বদগী য়ুমশাকৈশ নুমিত্তা ওপরেশন অদু তৌরসি হায়না হায়রম্মী। মখোয়না মতম খর খল্লিঙৈ তাঞ্জা অদুদা মিষ্টর ডিক্ষিতনা বাবাগী অয়াবা অমা লৌবা পামজরম্মী অদুনা মহাক্লা বাবা অসি মফম কদায়দা লৈবগে হায়না কোইথি থিজরম্মী। মরমদি বাবাদি মতম মতমগী ওইনা হৱাইত ফিল্দ, কোদাই কেনেল, ধর্ম্মক্ষেত্রদা হেক হেক চৎলি। মমৈথংদা মহাক্লা বাবা অসি অন্ধ্র প্রদেশকী আনন্টপুরদা লৈ হায়বসি খঙবদগী মহাক্লা বোম্বেদগী ত্রেন তোংদুনা বাবাগী মনাক্তা লাকচরম্মী।

আনন্তপুরগী মতাই ওইরপ তৌবা মফম অমদা বাবা লৈ হায়বসি তাজবদগী য়ুম অদুগী ভেরন্দাহদা ফমদুনা বাবানা লেঙথোরকপা ঙাইজরম্মী। বাবাদা কনামতনা মখোয় লাকই হায়না তাক্লুদ্রবসু পূন্নমকপু খঙবী উবিরিবা বাবানা লেঙথোকপীরক্তুনা মখোয়গী মনাক্তা লেঙশনবীরক্লম্মী অদুগা দিক্ষিততা হঙলম্মী "নঙগী নচননুপীগী ওইথঙবা থবাক্তা কেন্সর নারে হায়বদু ঐ খঙই। বাবানা মসিমসু হায়বীরম্মী নখোয়গী ওপরেশন অদু য়ুমশাকৈশদা তৌগনি হায়দ্রিঙৈদা লৈবাকপোকপা নুমিত্তা লেপ্লম্বা নত্রা অদুবু মদু য়ুমশকৈশ নুমিত্তসু তৌরোই শগোলশেন নুমিত্তা তৌগনি। ঐ মফম অদুদা শোয়দনা লৈগনি অশোয়

অঙাম করিমতা থোক্লোই করিমতা ৱাগনু"। অদুদগী বাবানা বিভুতি খর মালংদগী পুথোকপীরম্মী অদুগা মদু চাও হায়দুনা অনাবা অদুদা পীরম্মী অদুগা লেমহৌরিবা শরুক অদুনা দিক্সিতগী ওইথংবা থবাক্তা মাগী ফুরিৎ অদু হায়দোকহল্লগা তৈশিনবীদুনা মালিস তৌবীরম্মী। অরোইবদা মাগী থবাক অদুদা পোপ পোপ্ থাবীরম্মী অদুগা হায়রম্মী হৌজিক্তি নখোয় চৎলো। অদুদগী মখোয় অমুক হন্না বোম্বেদা অমুক হল্লক্লম্মী।

মখোয়না লৈবাকপোকপগী অয়ুক্তা বোম্বে য়ৌরম্মী। দিক্সিতনা মাগী মচননুপী অদু য়ুমশাকৈশদা মিং চল্লম্মী। অঙকপনি ওপরেশনগী মতম অদু শগোলশেন নুমিত্তা তারম্মী। য়ুমশাকৈশগী নুমিদাংৱাইরমদা দিক্সিতনা মাগী ফমুংগী নাকন্দা মখোঙ য়াম্থদুনা ফম্লম্মী। মতম অদুদা মাগী ওইথংবা মনাতোন্দগী ঈশিংগী মচু মানবা মহি ময়াম তারক্লম্মী। মদু থোরকপদা মঙোন্দা নুঙাইতবসু করিমতা ফাওরমদে। মিনিট অনীগী মতুংদা মহাক্কী পাইজমা অদু পুম্নুপ লুপনা চোৎলম্মী। মহি অদু খঙহৌদনা তারক্লগা খঙহৌদনা খঙলেপ লেপখিবা অদুদা দিক্সিত অমদি মাগী নুপী অনীমক পুঙক ঙক্লম্মী। নাতোনগী মখুল অমত্তদগী অসুক য়াম্না মহি অসি করম্না থোরক্লিবনো হায়না খন্নরম্মী। অদুবু মঙোন্দা অনাবা ফাওবা নত্তবনিনা মদু মখোয়না থোইদোক্না খল্লুদ্রে মরমদি নোঙানবদা মাগী মচলনুপী অদু কেন্সরনা নাবগী ওপরেসশন তৌগদৌরিবনি।

মথংগী অয়ুক্কী পূং মাপলদা দিক্সিতগী মচননুপী অদু ওপরেশন থিয়েটরদা পুশিনবীখিরম্মী। পূঙ্খায় অমগী মতুংদা পেথোলোজীগী ডাক্তর অদু মপান্দা থোরক্কুনা দিক্সিতগী মনাক্তা লাক্লম্মী অদুগা হায়রম্মী "ঐখোয়না এক্স-রেদা ফন্জনা উপ্রবা অপোম্বা অদু থিবা ফংদ্রে মফম অদুদা ঈশিংগুম্বা মহি ঙাক্তা লৈরম্লে। কেন্সরগী মওং অমা ফাওবা লৈরমদ্রে। ঐখোয়না মহি অদু চিংথোক্লে অদুগা পূং কুনমরি ফ্রিজদা থম্লগা বাইওপসি

লৌদুনা য়েংলগা কেন্সর ওইব্রা ওইদব্রা হায়বদু কনফার্ম তৌগদবনি হায়রম্মী। ইরাই নুমিত্তা দিক্সিতনা হোস্পিটাল অদুদা বাইওপ্সিগী ফল অদু লৌবা লাক্লম্মী। মদুদা পেথোলোজীগী ডাক্তর মশামক্তা উনরম্মী অদুগা ডাক্তর অদুনা হায়রম্মী তশেং তশেংনা কেন্সরগী সেল সুক্লে লৈরমদ্রে। থাঙ্গৈশেংনমক কেন্সর অদু মাঙখ্রে। মসি পূম্নমক অঙকপা ঈশ্বরগী থৌজালনি হায়রক্লম্মী। মেলিগনেন্ত কেন্সরনি হায়বসি সাইন্টিফিক তেস খুদিংমক্তা চপচানা খঙলবনি অদুবু কেন্সর সেলশিং অদু করম্না মাঙখ্রিবনো, মসি পূম্নমক খল্লুবদা ডাক্তর পূম্নমক চমম্নরম্মী। মসিমক্তা বোম্বেগী টাটা মেমোরিয়েল হোস্পিটালদা খ্বাইদগী অঙকপা কেস অমা ওইহনখি। অদুবু মিষ্টর দিক্সিততি মদুদা করিমতা চমম্নবা পোক্লমদে মরমদি মহাক্কী থম্মোয়নদি ডাক্তরশিংগী ডাক্তর ওইবীরিবা জগৎকী মবুংঙো ভগবান বাবাবু হন্না হন্না থাগৎচখি।

মতম অসিদা মহাক্কী মচননুপীগী নুপা অদু ওপরেশনগী থানখিবা মতম অদু কায়দনা দিল্লীদগী বোম্বেগী টাটা মেমোরিয়েল হোস্পিটালদা থুংলখি। থৌদোক অদু হেক তাবদা মানা পুত্তপর্ত্তি তান্না থুনা য়াঙনা চৎখ্রে।

মানা মাগী থম্মোয়দা ফাওরক্লিবা অকি তুজুংলবা হায়ফম খঙদনা নুঙাইরবা পাউ অদুবু তমজনিংবদগী বাবাগী প্রেয়র হোল অদুগী মমাংদা লেপ্তুনা বাবানা লেঙথোরকপা ঙাইজরম্মী। ঙহাক লৈরগা বাবানা মাগী হেক মথক্তা লৈবা বেলকোনি অদুদগী মোমোন মীনোক্তা লোয়ননা মাবু তরাম্না কৌবীরক্লম্মী অদুগা হায়বীরক্লম্মী। "করিসু লৈরমদ্রে মদু ঈশিং ঙাক্তা ওইরম্লবা নত্রা? ফরে হৌজিক নহাক য়াম্না নুঙাইরম্লগনি মরমদি নঙগী নুপী অদু তশেঙনমক অনাবা পুমফ ফরবা নত্রা?"

মী অমগী খুথাংদা মী অমগী অনাবা ফহনবা হায়বসি য়াম্না তাঙনা থোকপা মীয়াম্না কয়া তানদ্রিবা অঙকপা থৌওং অনি। মোর্দন

পেরাসাইকোলোজি না অনৌবা কয়া পুথোরক্লি মদুদি মী অমগা মী অমগা পুক্লিংগী ৱাখল অদু শমজিন্নে। খ্বাইদগী লুথবা মওংদা স্পিরিচুএল ফিলোজোফিনা তাক্লি মদুদি মী খুদিংমক খেন্নবা অমত্তা লৈতে, মী খুদিংমক অমত্তনি। অদু ওইরবদি হঙবা য়াই মদুদি মীনা পাঙথোকপা ঙমদবা থবক কয়া বাবানা করম্না পাঙথোক্লিবনো? বাবাগা মতম চুপ্নদা লৈমিন্নরক্লবা, বাবাগী অসিগুম্বা অঙকপা কয়াশিংসিবু মমিৎমক্লা উজখ্রবা ভক্ত কয়ানা হায় মদুদি বাবানা তৌরিবা অঙকপশিং অসি ঐখোয় পঙলবা মীওইবনা করিসু খঙবা ঙমদে অদুনা বাবানা তৌবীরিবা অঙকপা থৌওং কয়া অসি ঐখোয়না লৌশিনজরগা অমদি বাবাবু থাগৎচবা নত্তনা করিমতা খঙবা ঙমদে।

অনাবা ফবগী মতাংদা বাবানা অসুম্না হায়বী মদুদি "ঐনা অনাবা মী অদুদা ঐনা শেম্বা বিভুতি নত্রগা অতোপ্পা পোৎ অমা পী। অনাবা মী অদুনা ঈশ্বরগী শক্তি অদু ভাব তারকই। মঙোন্দা পুক্লিংগী শান্তি লাকই। মদুনা অনাবা ফহল্লি, নুঙাইহল্লী মদুনা অনীঙবদু মপূং ফাহল্লী। ঐঙোন্দা ভক্তি লৈবশিংদতা পোৎশিং অদু পীবগী ৱা নত্তে, ৱারবা মী অদুনা ঈশ্বরদা ওনশিলহন্নবগীদমক্তা দরকার লৈবা মতম খুদিংদা ঐনা পী"।

ৱারী অসি শিবকুমার কৌবা চহি ১৪ শুরবা হার্ট নারবা নুপামচা অমদা ভগবান বাবানা দয়া কৃপা পীনবীখিবগী ৱারীনি। শোক ১৯৬৪ দা শিবকুমারনা মাগী মখুরা ডাঃ এমঃ ভিঃ রামনগা লোয়ননা বোম্বেদা লৈরম্মী। মহাক সেরেব্রো স্পাইনেল মেনিনজাইতিসনা নাবদগী ব্রেন শোক্তুনা মাগী ওইথংবা মশা তঙ্খায় অমা শিথরম্মী। মমিৎ অনীমকসু উদ্রে অদুগা ৱা ঙাংবসু থোক্তে। নবেম্বরগী তাং ৩০ দা মহাক জ্ঞান তাদ্রে। অয়ুক্কী পূং ১১.৪৫ তাবা মতমদা মাগী মখুৎ মশা, খুজিন পূম্নমক মুশিল্লক্লম্মী অদুগা অঙাং অদু মশা পূম্নমক হিগোক মচু ওঙ্থোকখিরম্মী। ডাক্তর পূম্নমক্লা খুৎ থারম্মী সুকয়া য়াররোই পূং খরগী মতুংদা শিরগনি হায়রম্মী।

অঙকপনি নুমিৎ য়ুংবা মতম অদুৱাইদদি অঙাং অদু করিগুম্বা খর পাম্বগী মওংদা ইঙ্গিট তৌরক্লম্মী। মফম অদুদা লৈরিবা মীশিং অদুনা অঙাং অদুনা পাম্লিবদু ইরুজনিংবনি অদুগা মাগী মমান্নবা অমনা পুত্তপার্তিদগী অয়ুক্তা পুরক্লম্বা বিভূতি অদুসু পাম্মী হায়বনি হায়না খন্নরম্মী। মীশিং অদুনা মাগী অপাম্বা অদুমক তৌবীরম্মী হায়বদি মাবু ইরুজথোকপীরম্মী অদুগা মাগী মশাদা বিভূতি অদু তৈবীরম্মী অদুগী মতুংদা মহাক্না বাবাগী ফোটো অমা পামই হায়দুনা ইঙ্গিট তৌরক্লম্মী। মানা ফোটো অদু মমাংদা থমজরম্মী অদুগা খুরুমজরম্মী অদুগা মাগী নাদবা খুৎ অদুনা ফোটো অদু পায়রগা মাগী শিথরিবা মশা মখোঙ মখুৎ পূম্নমক্তা ফোটো অদুনা নাম্থজরম্মী।

ইখঙ খঙহৌদনা মহাক্না ফুক লাওনা হৌগৎলক্লম্মী অদুগা মী অমদা শৌরগা তুরোই ঙাম্লোয় মাগী পুজাগী কা অদুদা চঙখিরম্মী অদুগা পুজা তৌফম অদুদা ফমথদুনা পুং অনী চুপ্পা বাবাবু ধ্যান তৌদুনা নীংজরম্মী। অদুদগীদি অঙাং অদুনা পুজাগী কা অদুদগী কনাগীসু মতেং য়াওদনা মহাক মতোমতা থোকচরক্লম্মী অদুগা কোইয়েং য়েংলম্মী। মনাক্তা লৈবা চৌকি অমদা চঙশিন্দুনা ফম্লম্মী।

মাগী মমিৎ অদু উরক্লম্মী অদুগা ফজনা ৱা ঙাঙবা ঙম্লক্লম্মী। অঙাং অদুনা হায় "মহাক্কী মমিৎমক্না সাঈ বাবাবু মাগী মমাংমক্তদা লৈবা অদু মানা উজরম্মী" অদুগা বাবানা মঙোন্দা হায়বীরম্মী "ঐনা নঙবু কনবীরবনি"। অঙাং অদুনা বাবাদা মাগী মমিৎ অদু উহনবীয়ু অদুগা ৱা ঙাংবা থোকহনবীয়ু হায়দুনা নিজরম্মী মদুদা বাবানা মঙোন্দা অশির্ব্বাদ পীবিদুনা ফহনবীরম্মী। য়াম্না থুনা অঙাং অদু ফগৎলক্লম্মী অদুগা লাইরিক লাইশু তম্বা হৌরম্মী। মহাক মশা মউ ফবা মী অমসু ওইখি।

মথংগী ৱারী অসিনা শোক ১৯৬৭ তা থোকখিবা থৌদোক্নি। ৱারী অসিনা বোম্বেদা লৈবা মিষ্টর রুসিঃ সিঃ পতেল অমদি মাগী নুপীনা

মখোয়গী অপিকপা মচানুপী কেতুবু করম্না বাবানা কৃপা থৌজাল পীবিদুনা ফহনবিরকপগে হায়বগী ৱারীনি।

চহী অনীমখাই শুরবী মখোয়গী মচানুপী কেতু ৱা ঙাংবসু ঙমদে অদুগা হৌগত্তুনা লেপ্পা অমদি চৎপসু ঙম্লমদে। মখোয়না অঙাং অদু ডাঃ য়েংবা য়াবা য়েংলে অদুগা অনৌবা তেক্নোলোজিগী খুৎলাই কয়া শিজিন্নদুনা য়েংবা হৌনবা য়েংলে অদুবু করিমতা কান্নবা লৈত্রে। ডাক্তর কয়ানা হায় মদুদি মেন্তেল রিতার্দেসন নি অদুগা ডাঃ খরনা হায় মদুদি দীপ রুতেত নর্ভত্রোবল নি অদুনা উপায় লৈতে। মীওইবনা ডাঃ য়েংবা য়াবা য়েংলগা অরোইবদা ঈশ্বরদা চঙজে। অদুনা মখোয়সু ঈশ্বরগী লম্বেল থিবা হৌরক্লে। পতেলনা বাবানা অনাবা কয়া ফহনবগী ৱারী কয়া অসি তাজখ্রে অদুনা মমৈথংদা মহাক পুত্তপার্তিদা বাবাগী নাক্তা চৎলগে হায়না লেপ্ল। মাগী নুপীগা তান্নরে মাগী নুপীদি অদুগুম্বা কয়া অদু য়াদবী নুপীনি অদুনা মতম মাঙনবনি, পৈশা মাঙনবনি চৎকনু হায়রম্মী অদুবু পতেলনা মাগী নুপীনা হায়জবা কয়া তাখিদে। ঈশ্বরনা কৌবগুম মহাক্কী থম্মোয়দা চৎনিংবগী ইথিল অমা লেপ্পুনা লাকখি। হায়রিবা মাগী পুক্নিংগী ইথিল অদু ফাথবা ঙমদ্রে মহাক পুত্তপার্তি তান্না শোক ১৯৬৭ গী ফেব্রুৱারী থাদা চৎলে। মানা পুত্তপার্তিদা থুংলুবা মতম অদু শিবরাত্রি মতম ওইরম্মী অদুনা পুত্তপার্তিদা মীনা পীক থন্না লৈরম্মী। মাগী মমান্নবা খরনা মাগী খুদোং থীবশিং অদু বাবাদা লিথোক্তুনা ফননবা হোৎনৌ হায়রম্মী। মহাক্না বাবাদি মী পূম্নমক্কী থম্মোয়গী ৱাখলশিং খঙবী উবিবনিনা শোয়দনা মাবু ইন্টরভিয়ু কৌশিনবীরক্কনি হায়জে। মহাক্না বাবাদা পীননবা চিঠি কয়া ইজে অদুবু মদু পীবগী খুদোংচাবা অদু সুকফং ফংজরমদে। মমৈথংদা মহাক্না খল্লি মদুদি বাবানা মীওইবগী পুক্নিংবু খঙবী উবীবনিনা মানা ইজরিবা চিঠিশিং অদুগী মরোলশিং অদু লোয়নমক খঙবীরম্লগনি অসি খন্দুনা মহাক্কী চিঠিশিং অদু মানা লোয়নমক শেগায়রম্মী। পতেলনা মাগী

মমান্নবশিংদা হায়রম্মী মদুদি বাবানা মাবু উনবা পান্নবা মতমদা শোয়দনা মাবু কৌশিনবীরক্কনি। মতম কয়া হৌখ্রে বাবানা মহাকপু ইন্টরভিয়ু শুক্কৌ কৌশিনবীরক্রে। বাবানা শিবরত্রিগী লিঙ্গম পুথোকপীরবা মতুংদগী মী অমত্তগা পারসোনেল ইন্টরভিয়ু তৌররোই হায়না লাওথোকপীখ্রে। অদুম ওইনমক মীয়ামগী পুক্নিংবু খঙবীরিবা বাবানা লাওথোকপীরে মদুদি শীবরাত্রি দর্শন লাকচবা ভক্ত খুদিংমক্কী মপুক্নিং পেন্ননবগীদমক মীয়াম্না ময়ুমদা হন্নদ্রিঙৈ মমাংদা নোংমদি দর্শণ পীগনি। হায়রিবা নুমিৎ অসিদা বাবানা মাগী বেলকোনিদা কাখত্তুনা দর্শণ পীবিরম্মী। নুমিৎ অদুদা মিঃ পাতলগী থম্মোয়দা বাবাগী নুংশিবা প্রেম্না থম্মোয় থুমহৎনা পিরাং চেন্থরকখি। নুমিৎ অদু মহাক্কী পুন্সিদা খ্বাইদগী নুংঙাইজবা ঈশ্বরগী থৌজালবু পেন্না ফঙজবা নুমিৎ ওইখি।

মানা ত্রেন্দা ময়ুমদা হল্লকপা মতমদদি মহাক্কী থম্মোয়গী থাজবা অদু খরমখৈদা হন্থখিরম্মী। মহাক্না বাবাগা ৱারী শান্নজবগী অদুক ফজবা তাঞ্জা কয়াবু ত্রেনগী জর্নিদা খন্দুনা লাক্লম্মী। মহাক্কী তোল্লবী, মরাইবক থিরবী অপীকপী মচানুপী অদুনা লেপ্পা ঙমদনা, অমদি ৱা ঙাংবা ঙমদনা লৈরমগদবা কয়া অদু খল্লুবদা মহাক্কী থম্মোয় কায়খি। অসিগুম্বা পুবা থাংবা ঙমদ্রবা লুমথরবা ৱাখলগা লোয়ননা মাগী য়ুমগী থোঙজিন্দা থুংলরে।

মহাক্না থোঙ হেক হাংদোকপগা মাগী নীংবা কায়রবা মীয়েংনা মচা অদুবু য়েংউবা মতমদুদা পিক্লিবা মচানুপী কেতুনা মাবু হেক উবদা চেপ্তোরক্তুনা মরোল শেংফাত্তনা দেদি, দেদি হায়না কৌরকপা অদুদা মহাক হায়ফম খঙদনা অঙকপা অমদি নুংঙাইবা হায়বদু ওইরে। মহাক্না মহাক্কী পীক্লিবী মচানুপীবু পমখৎপীদুনা মথাদা নুংশিনা চেৎনা কোনশিনবীরম্মী। অদুগা মাগী নুপীবুসু মহাক্না কোনশিনবীরম্মী অদুগা মখোয় অনীমক অঙকপা ঈশ্বরগী থৌজাল অদুগীদমক্তা নুংঙাইবগী পীরাং পীরোইননা কপমিন্নরম্মী।

পতেলনা মচানুপী অদু করম্বা নুমিত্তুগী ফরকপগে হায়না হঙলম্মী মদুদা মাগী নুপীনা হায়রম্মী মানা থুংলগদবা নোংমা ব্বাংলিঙৈদগী চৎপা অমদি ব্রা খর ঙাংবা ঙম্লকপনি। পতেলনা খঞ্জরম্মী মদুদি বাবানা মাগী বেলকোনিদা লেপখৎলগা ভক্তশিংদা অশির্ব্বাদ পীবিরকপা নুমিৎ অদুদগীনি। পতেলনা মাগী নুপী অমদি মচানুপী পুরগা বোম্বেদা বাবানা লৈরিঙৈদা দর্শন তৌবা চচ্চরম্মী। চাওরবা বোম্বে সহরনি মী লীশীং কয়া কয়াগী মরক্তা বাবানা মীয়ামদা দর্শণ পীবিরম্মী। বাবানা মখোয়রোমদা য়েংবীরক্লম্মী অদুগা মমাংঙৈদগী শকখঙনরবা অরিবা মরুপ অমগুম্না বাবানা মখোয়বু কৌশিনবীরম্মী অদুগা মচানুপী কেতুবু বাবানা মাগী খুউ মথক্তা থাঙ্গৎপীরম্মী অদুগা বিভুতি খর মেটরলিয়েলাইজ তৌবীরম্মী। বিভুতিশিং অদু বাবাগী মখুৎমক্লা অঙাং অদুগী ময়াদা ইনবীরম্মী। অদুগী মতুংদগীদি কেতুনা ময়েক শেংনা ব্রা ঙাংবা ঙম্লক্লম্মী। অদুগা মশা মউ ফবা অঙাং অমা ওইদুনা লাইরিক লাইশু নীংথিনা তম্বা ঙমজখি।

## সাঈ দি সর্জন

ডাঃ বিঃ জনকিরমা রাওগী নুপীদা থোকখিবা অঙকপা মওংদা বাবানা ওপরেশন তৌবীখিবগী ৱারীনি। মাগী নুপী অদু নীংজোন অনীমক্তা পোম্লম্মী। মহাক ওপরেশন তৌবদি য়াম্না কিজরম্মী। অহিং চুপ্পা চিকপা নাবনা খাঙবা ঙমদদুনা কপ্লম্মী। মহাক্লা থম্মোয় শোক্লা বাবাদা অৱাবা অদু কোকপীয়ু হায়না নিজরম্মী। অঙকপনি মহাক্লা অয়ুক য়াহৌরকপা মতমদদি মহাক পুমঙক ঙক্লম্মী মরমদি মহাক্কী অপোম্বা অদু লৈরমদ্রে অদুগা চিকপা নাবসু করিমতা তৌদ্রে। ডাঃ মশামক্লা মাবু য়েংলম্মী অদুবু অঙকপনি মাগী নিংজোল অনী অদুদা অপোম্বা লৌথোকখিবগী মফম অনী অদুদি লৈরম্মী। মদু অহিংদা ওপরেশন তৌদুনা লৌথোকখিবগী খুদমনি। অশেংবগীদি ওপরেশন তৌবা তারগদি মদু সংকল্পনা অহিং অমখক্তদা ওইসিনবা ঙমখি।

হায়রিবা থৌদোক অসিগী মাঙওইননা মহাক মীরোল্লম্মী মতম অদুদা মাগী ঈদা চিনিগী চাং অদু য়াম্না ৱাংলম্মী মহাকপু ডাইবেতিস নাহনবীগনু হায়না মহাক্না ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজরম্মী। অহিংদা য়াম্না লঙবা মঙাল অমনা মঙোন্দা চঙখিরম্মী অদুগা অরঙবা মঙাল অমনা মাবু কোয়শিন্দুনা লৈখি। মথংগী অয়ুক্তা মানা হায়খি ঐহাক ডাইবেতিস না নাবা ফরে ঐহাক অথুম্বা চারগনি থাজদ্রগা নঙনা ঐগী ঈগী চিনিগী চাং অসি চাংয়েং তৌ হায়রম্মী। চাংয়েং তৌবা মতমদা ঈদা চিনিগী শরুক অদু নোরমেলদা লৈরম্মী। অসুম্না বাবানা মাগী ডাইবেতিসপু লাইয়েংবীখি।

<u>সঙ্কলপনা অনাবা ফহনবা</u>

ঐখোয়না খুদম কয়া অসিদগী খঙলে মদুদি ভগবান বাবাদি অনাবা কয়াবু ফহনবীরিবা লাই ডাক্তরনি মরমদি মাগী উইলনা অনাবা কয়াবু ফহনবীরি। মহাক মশামক ঐখোয়গী ইনাক্তা লৈবা লৈতবগী দরকার ওইদে। ইজরিবা ডাঃ মশামক্না হায়জে মদুদি মহাক গোল ব্লাদর দা নুঙ লৈবদগী নায়, জোন্দিস অমদি মবুক নাবনচিংবা কয়া মতম পূম্নমক্তা তৌদুনা লৈরম্মী। সর্জনশিং অদুনা ওপেরেসন তৌনবা পাওতাক কয়া পিরম্মী মহাক্না ডাক্তরশিং অদুদগী স্বামীনা হেন্না থাজজরম্মী। অদুনা মহাক্না পুত্তপার্তিদা স্বামীগী মনাক্তা চচ্চরম্মী অদুগা করম্বা মফমদা ওপরেশন তৌগদগে হায়না হঙজনিংলম্মী। মহাক থা অমা ঙাইজরম্মী। স্বামীনা মঙোন্দা করিমতা ফাওবা হায়বীরমদে অদুবু মঙোন্দদি মুন্না য়েংবীরম্মী অদুগা চৎখিরম্মী। স্বামীনা য়েংবীরম্বদতা মহাক্কী অনাবা পুমফ ফগ্রে অদুগী মতুংদগীদি মহাক অনাবা কয়াদগী ফ্রী ওইরে মহাক মশা য়াম্না নুংঙাইরে অদুনা বাবানা য়েংবীরম্বদতা মাগী অনাবা অদু পুমফ ফখি।

ভগবান বাবাগী অঙকপা লিলা কয়া তারগা, বাবাগী লাইরিক কয়া পারগা বাবাগা থেংনজরুবা মীওই কয়াদগী ৱারী কয়া তাজরুবা মতুংদা

মীশিংনা মমিৎমক্লা উজনবগীদমক্তা পুত্তপার্তিদা লাকই। ডাঃ জানকীরামা রাওগী মপা ডাঃ সিতারামিয়ানা ভগবান বাবাগী অঙকপা কয়াবু তাজবদগী ভগবান বাবাবু মশামক্লা য়েংনিংলকপদগী মহাক্লা পুত্তপার্তিদা শোক ১৯৫০ দা চচ্চরম্মী। মহাক্লা মতম অদুদা মাদ্রাজ মেদিকেল সার্ভিসতগী পোত্থারবা মতুংদনি। প্রশান্তি নিলয়মগী স্পিরিচুয়েল এত্মোসফেয়ার অদুনা মহাকপু চিংশিল্লম্মী। মহাক্লা মহাক্কী পুন্সিগী লেমহৌরিবা মতেক খর প্রশান্তি নিলয়মগী আশ্রমদা বাবাগী নাক্তা ঈংনা পুন্সি লেল্লগে খনখি। স্বামীনা মাগী থম্মোয়বু চিংশিনবা অদুদা মহাক অমুক হন্না ময়ুমদা হনখিদ্রে। পুন্সিগী অরোইবা পুংফম ফাওবা প্রশান্তিদা লেনখি।

শোক ১৯৬৬ গী এপ্রিল থাদা বনবীর কোর হায়বী শিখ নুপী অমা মাগী হকচাং মনুংদা অপোন্বা অমা লৈ হায়দুনা অপোন্বা অদু লৌথোক্লবগীদমক্তা ওপরেশন তৌরম্মী অদুবু মদু চাংয়েং তৌরুবা মতমদদি মেলিগনেন্ত কেন্সর ওইরম্মী। মসি অনাবা মশা অদুদদি খঙহল্লমদে। মহাক্কী মচানুপীনা রিপোর্ট অদু বোম্বেগী তাতা মেমোরিয়েল হোস্পিটালগী ডাক্তরশিংগা তান্নরম্মী। জুলাই থাদা অনাবা অদু মশা মনুংদগী ঈ য়াম্না থোরক্লম্মী অদুদগী থুনমক তাতা মেমোরিএল হোস্পিটালদা মিং চল্লম্মী। মহাক্কী অহানবগী ওপরেশন অদু তৌরুবদুনা কেন্সর সেল মপী অদু থুনা চাওখৎলক্লুনা অতোরগুলাপ অশাৎপগুম শাৎকাইবনা মরম ওইদুনা ঈ অদু থোক্লকপা ওইরম্মী। ডাক্তরশিং অদুনা মদু অমুক হন্না শোক্লিংদ্রে অদুনা ওপরেশন তৌবা খুদোং চাররোই হায়রম্মী। সারকোমা হায়বা কেন্সর মখল অসি খ্বাইদগী তমথিবা, খ্বাইদগী থুনা শন্দোক্লনবা কেন্সরগী লায়না মখলনি অদুনা মসি অমুক ওপরেশন তৌরুরবদি য়াম্না থুনা অমুক চাওৎলক্কনি অদুগীসু মথক্তা

ওপরেশন অদু য়াম্না অৱাবা অনাবা খাঙবা ঙমদবসু ওইগনি হায়রম্মী। অদুবু অনাবগী পার্টি অদুনা কন্না হায়জবদগী ওপরেশন অদু তৌদবা য়াদদুনা তৌবা তারম্মী।

অনীশুবা ওপরেশন অসি অহানবা ওপরেশন তৌখ্রবা থা অহুমগী মতুংদা হায়বদি আগষ্ট থাদা অমুক তৌরম্মী। অনাবা অদু ওপরেশন তেবল মথক্তা পূং মরি হেন্না লৈরম্মী। ডাক্তরশিংনা ওপরেশন তৌবা কিরম্লবসু অনাবা অদু হিংবা ফাওবদি হিংলম্মী অদুগা জ্ঞান খজিক্তং তারক্লম্মী। অনাবা অদুগী মশাদা দ্রেনেজ ত্যুব হায়বদি মনুংদগী ফত্তবা ঈ-নাইশিং অদু চিংথোক্লবা ত্যুব তরুক মখুল তরুক্তগী মপাল্লোমদা হাপলম্মী অদুগা ত্যুবশিং অদু মপান্দা ইলেক্ট্রিক্ট সকসন মেচিনগা শমজিন্নরম্মী। অনাবা অদু য়াম্না ৱানা শিব ঙাইবগী ফীভমদা লৈরম্মী। ওপরেশন তৌরবা মতুং নুমিৎ কুনমাথোইনি ফাওবা দ্রেনেজ ত্যুব শিং অদু মশাদা অদুম য়াওরম্মী। য়াম্না থুনা চাওখৎপা কেন্সর অদুগা ওইশল্লু য়াদদুনা লৈবা ওপরেশন অদুসু অসুক্কী মতিক যুরম্মী মদুদি মফম অমদা হেক মেনশিনবগা অতোপ্পা মফম অমদা হেক্তা য়ুশিল্লক্লম্মী। অদুনা অনাবা অদু অসুক্কী মতিক ফীভম শোকচিনখ্রে, শিবগী মতম ঙাইবা নত্তনা উপায় শুক্লে লৈরমদে। অনৌবা ঈ অমুক থোক্লক্তুনা ত্যুব অদুদা লাক্লম্মী এক্স-রে ফোতোগ্রাফি লৌবা মতমদা ঈশিং চৎনবগী উতোংদা অয়ুবা অমা লৈরে হায়বসি খঙলকপদগী ডাক্তরশিং অদুনা অহুমশুবা ওপরেশন অমমুক দরকার ওইরে মদু তৌদ্রবদি কিদনি ফেল ওইথরক্লগনি হায়রম্মী।

অদুবু অনাবা মশা অদুনদি ওপরেশন অমমুক তৌদুনা অৱাবা চৈনা অদু অমুক খাঙবা পামদ্রে। মপাঙ্গল য়াম্না শোম্থরে অদুগা লোকসু তত্তনা খুরে অদুগা এন্তিবাইওতিকশিং অদুগী রিএক্সননা মাগী মচিন অদু পোমখৎলে অদুনা চাবা থকপা য়াদদুনা নাতোল মখুন্দা থিংজিল্লগা অচা অথক হাপচিল্লম্মী হায়বদি নোজ ফিদিং তৌরম্মী। খর ফগৎত্রিঙৈদা

অনৌবা ওপরেশন অমা তৌবা হায়বসি শিব নত্তনা উপায় করিসু লৈত্রে অদুবু মহাক মতম খর হিংনিংলি অদুগা ওপরেশন অদু তৌবীগনু হায়না মশানা হায়জরম্মী।

মহাক্কী হিংউ হায়না মরাইবক্তা তম্লম্বা লাইবক ফবা থবক অমখল্লা মহাক্লা বোম্বেদা ওপরেশন তৌবা চত্রিঁদা মাগী মমান্নবী অমনা মঙোন্দা সাঈ বাবাগী ফোটো অমনে অদুগা এন. কস্তুরীনা বাবাগী মরমদা ইবা লাইরিক অমনে মঙোন্দা পীরক্লম্মী। মহাক্লা ফোটো অদু থম্মোয়দা চেৎনা কোঞ্জরম্মী অদুগা লাইরিক অদুগা য়াম্না থৱাই য়াওনা থাজবগা লোয়ননা পাজরম্মী। মানা বাবাবু থাজবগী চাং অসি অসুম অসুম হেনগৎলক্লম্মী মমৈথংদা মতোমতা মানা খঞ্জখি মদুদি অসিগুম্বা খুদোংথিবা অনাবা অসিদগী কনবীনবদি জগৎকী মবুংঙো সত্য সাঈ বাবা খক্তনি হায়না মপুক্লিংদা চেৎনা থাজবা হৌরকখি।

বোম্বেগী হোস্পিটালদা মহাক আশা লৈত্রবা লমফাংলবা লম্বী ওইখ্রে হৌজিক্কী ওইরিবা আশা লৈত্রবা ফিভম অসিদা মহাক হিংনিংদ্রে। অমরোমদনা মহাক্কী ওপরেশন অসি তৌদবা সুকয়া য়াদ্রবনি। ওপরেশন তৌরগনা য়াংলেন্দা উনশা নপ্লবা মহাক্কী হকচাং অদুনা করম্না হিংগদৌরিবনো মহাক হায়ফম তৌফম খঙদনা নুং অনীগী মরক্তা হা ওল্লে। তশেংনমক মহাক ওপরেশন সুক্তৌ তৌনিংদ্রে অদুবু য়ুরিবা মফম অদুদি ওপরেশন তৌদ্রবদি করম্না মেনগনি। মমৈথংদা মহাক্লা মহাক্কী মশা পূম্নমক বাবাদা কখোকচরে। অসিগুম্বা পুমকৎ কখোক্লবা মতম অসিদা বাবানা মঙোন্দা অঙকপা কয়া উৎপীখ্রে। ঈশ্বরগী শক্তম লৌবিরিবা বাবাবু-থাজনা নিংজবা হৌরক্লে। মহাক্কী অহুমশুবা ওপরেশনগীদমক মহাক্কী ইনভেষ্টিগেসন হৌখ্রে। এক্স-রে লৌনবগীদমক্তা এক্স-রে তেবলদা থাঙ্গত্তুনা এক্স-রে লৌবা হৌরক্লে মরমদি নোংঙানবদদি মহাক্কী ওপরেশন তৌগদবনি। এক্স-রে গী

তেবলদগী হেক কুমথরকপগা মহাক্কী ঈশিংগী মরিদা য়ুবা অদু লেপখিবগুম তৌরে অদুবু মদু ঙাইহাক্কী ওইরমগনি খনবদগী ওপরেশনগী মতম অদুদি য়ৈথোক্লমদে। অহিং চুপ্পা মহাক্না মহাক্কী মথক্কায় মঙামক্না বাবাবু চেৎনা থাগোঞ্জরম্মী অদুগা মাগী ওইরিবা ফিভম কয়া অদু ওপরেশন তৌদনা ফহনবীয়ু হায়দুনা থক্কায় হকচাং য়াওনা মীৎলুদা অতৎপা লৈতনা পীরাং পীরোইনদুনা বাবাবু নীংজদুনা লৈরম্মী। অঙকপনি নোংঙাল্লকপদদি মাগী ঈশিং মরিগী অয়ুবা অদু ফরল্লে। ওইশিনখিবদৌনা মহি অমত্তা তারকখিদ্রে ডাক্তরশিংনা অঙকপা ওইখ্রে। য়াম্না ঙকপা মওংদা করম্না অয়ুবা অদু মেনখ্রিবনো হায়বসি ভাব তাবা ঙমদ্রে। অনাবা মশা অদুনা ডাক্তরশিং অদুদা হায়জরম্মী মদুদি মসি পূম্নমক ভগবান বাবানা তৌবীরিবনি। নোংঙাল্লগা ওপরেশন তৌবগী মহুত্তা মহাক্কী দ্রেনেজ ত্যুবশিং অদু মশাদগী লৌথোক্লম্মী অদুদগী মাগী অনাবা অদু নোংম নোংমগী ফগৎলক্লম্মী। মানা বাবাবু হন্না হন্না থাগৎচখি। মতৌ অসুম্না মাগী কেন্সরগী অনাবা অদু পুংফ ফরে মহাক মশা মউ য়াম্না ফগৎলে। অদুনা মহাক্না পুত্তপার্তিদা বাবাগী মনাক্তা চৎলগে হায়না চপ য়ুংনা লেপখ্রে মরমদি মহাক্কী মথক্কাই কনবীরক্লিবা ঈশ্বর অদুবু মহাক্না মমিৎমক্না উজবা পামজরম্মী। অদুবু অনাবা অদু ফগৎলকপগী মশা য়াম্না শোনবা মরম্না পুত্তপার্তিদা চৎলগা অমুক হন্ন নারক্কনি হায়না ময়াম্না য়াদ্রে। মহাক্কী থম্মোয়দা বাবাবু কন্না থাগোঞ্জখ্রে। তুম্বা চাবা খুদিংমক্তা ভগবান বাবাবু নীংদুনা অদুম লৈরে। মহাক্না মহাক্কী থম্মোয়না তত্তনা হঙজখি। "বাবা ননাইবু প্রশান্তিদা লাকউরা, লাক্কনুরা অশেংবা হায়বীয়ু। মাগী থম্মোয়গী নীংজরিবা তেলিগ্রাম অদু ভগবান বাবাদা য়ৌখ্রে। নোংমদি মানা মাগী মমঙদা বাবানা প্রশান্তি নিলয়মগী বেলকোনিদা কাখত্তুনা মঙোন্দা মোমোন নোকপীরক্লম্মী অদুগা হায়বীরম্মী "প্রাশান্তিদা নঙ লাকউ"।

কনানসু হায়বা তাদনা মানা থুনা য়াংনা প্রশান্তিদা চৎলম্মী। মহাক্না প্রশান্তি য়ৌবা মতমদদি মাগী মমঙদা উবা বিলদিং অদু মমিংমক্না প্রশান্তিদা লৈরম্বা উজখি। মহাক্না দর্শণগী লাইন্দা ফমজখি। বাবানা মাবু হেক উবগা মহাক্কী মমিং কৌরক্লম্মী অদুগা কা মনুংদা মতোমতমক ইন্টরভিয়ু কৌশিনবীরম্মী। হেক চঙবগা বাবানা মাগী ওপরেশনগী মরমদা; মাবু শিবদগী কনবীখিবা কয়াগী মরমদা, অমদি অনাবা ফহনখিবগী মরমদা ৱারী লিবিরক্লম্মী।

বনবীর কোর হৌজিক প্রশান্তি নিলয়মদা পারমেনেন্ট দেভোতী ওইনা লৈখ্রে। বাবানা মঙোন্দা মমল য়াম্লবা আধ্যাত্মিক্কী পারা কয়া তম্বীদুনা মহাকপু শিবদগী কনবীদুনা মহাক্কী অচানবী মনাই ওইনা হৌজক হৌজিক প্রশান্তি নিলয়মদা লৈরি।

য়াম্না অঙকপা থৌদোক অমনা চহী নিফু শুরবা মি: রাজিবদা থোকখিবা থৌদোক্নি। মহাক পুত্তপার্তিদা ভগবান বাবা য়াওনা তৌগদবা ওল ইন্দিয়া সত্য সাঈ সমিতিগী কনফরেন্সতা মহাক শরুক য়ারম্মী। ইখঙ খঙহৌদনা মহাক্না ঙাইহাক্কী মনুংদা ঈ ওরম্মী অদুগা পীবা য়াবা মেদিকেল ত্রিতমেন্ত পীরম্মী। মাগী মীহুল অদু য়াম্না তোইনা চোংলম্মী অদুগা মাগী বি:পি: অদুসু য়াম্না নেম্লম্মী। মহাক গ্লুকোজ সেলাইন কাপ্তুনা অমদি হোৎনবা য়াবা কয়া হোৎনরবসু করিমতা ফগৎলকখিদে। মমৈদা মাগী ফীভম ফত্তবা অসুম অসুম হেঞ্জিল্লক্লম্মী অদুদগী মাগী মীহুল থিবা ফংদ্রে। হার্টকী মখোল তামখ্রে বি:পি: রেকোর্দ লৌবা য়াদ্রে। হোস্পিটাল অদুদা পুরিবা ডাক্তর মপা মচা অদুনা তৌফম খঙদ্রদুনা মাগী চাকখাও অমদি থবাক্তা বিভুতি তৈশিল্লম্মী অদুগা মখোয় অয়ুক্কী পুং ৩.৩০ তারকপা মতমদা হোস্পিটাল অদু থাদোক্লম্মী। অদুবু অঙক্লপনি মখোয়না অয়ুক্কী পুং নিপাল তাবা মতমদা হোস্পিটাল অদুদা হল্লকপা

মতমদদি অনাবা অদু ফমুং অদুদা ফমদুনা লৈরম্মী। ডাঃ মপা মচা ঙকপনা খম থেঙশ্লে। করম্না তৌরিবনো হায়না মখোয়না অনাবা অদুদা হঙলম্মী। অনাবা অদুনা হায়রম্মী কনাগুম্বা অমনা মহাকপু হৌগৎপদা মতেং পাংবীরম্মী অদুগা মানা তোইলেত ফাওবা থিনবীরম্মী অদুদগী মহাক মখোঙ হামদোক্লম্মী অদুগী মতুংদগীদি মহাক পুংফ ফরক্লম্মী। মখোয়না হোস্পিটাল অদুগী ষ্টাফশিং অদুদা হঙবা মতমদদি কনামতা লাক্লমদে হায়রম্মী। কনামতা নৎত্রবদি বাবানা হোস্পিটাল অদুদা ৱার্দ বোই শারগা মাগী সেবা তৌবিরমগদ্রা হায়না মখোয়না খন্নরম্মী। মখোয়না থৌদোক অসিমক সনাতন সারথি (ইংলিশ কী ইদিটর কস্তুরীদা রিপোর্ট তৌরম্মী অদুদগী কস্তুরীনা বাবাগী য়াথং লৌজরগা সনাতন সারথিদা ফোঙখি।

মতম অদুদদি বাবা মশামক্লা লেঙবীরক্তুনা অনাবা কয়া কয়াবু য়েংশিনবীরম্মী। নোংমা স্বামীনা হোস্পিটালদা য়েংবা লাকপদা স্বামীনা ডাক্তরগী চৌক্রি অদুদা ফমথখিরম্মী অদুগা চপ তিংথোক্লম্মী অদুগা ৱা অমত্ত ফাওবা ঙাংলমদে। স্বামীনা অসুম্না তৌবিরিবা অসি অরাপ্পদা লৈবা ভক্ত অমবু অৱাবদগী কনবীবা চৎপনি হায়বসি ময়ামগী ৱাখলদা লৈনরম্মী মরমদি অসিগুম্বা মী অমবু খুদোংথিবদগী কনবীবগী থবক অসি বাবানা য়াম্না তোয়না তৌবা থবক্নি। মিঃ খর লৈরগা বাবানা হায়রক্লম্মী মিসেস: চন্দরন ৱাগনু নহাক শোয়দনা ফরগনি হায়না তেলিগ্রম অমা থাখো হায়বীরম্মী। তেলিগ্রাম অদু মাদ্রাজ গোবর্মেন্টকী সেক্রেটরীদা থাখিরম্মী।

মিসেস চন্দরন অসি হায় বি: পি: না নারম্মী। মহাক্না বাথরুমদা চঙলম্মী অদুদগী মহাক জ্ঞান মাঙদুনা লৈমায়দা তুথরম্মী। মতম অদুদা য়ুম অদুদা কনামতা লৈরমদে অদুগা বাথরুম অদুসু মনুংলোমদগী পোরোন লোল্লম্মী। কনাগুম্বা অমনা পোরোন লোল্লিবা বাথরুম অদুদা চঙপ্রগা

মাবু ফমুংদা থাঙ্গৎপীরম্মী অদুদগী মহাক ফরক্লম্মী। অসিগুম্বা ভক্ত কয়াবু স্বামীগী আত্মানা লেঙবীদুনা ভক্ত কয়াগী অৱাবা কয়া কনবীখি।

অসিগুম্বা এক্সপেরিয়েন্স কয়াশিং অসিনা বাবা অসি ঈশ্বরগী শক্তিনি হায়বসি উৎলি। অদুবু মী কয়ানা হঙনৈ বাবানা অনাবা কয়াবু ফহনবা ঙম্লবদি, মানা করিগীদমক্তা হোস্পিটাল শারিবনো। মসিদা ভগবান্না নোংমা মাগী ডিসকোর্স অমা পীবদা অসুম্না তাকপীখি মদুদি ভগবান্দা হায়বদি লাই অমদা হেক্তা পুরা পুরী থাজবা থম্লবা অমদি পুরা কখোকচরবা অমদদি হোস্পিটাল লৈবগী দরকার লৈতে মরমদি ঈশ্বরবু থাজরবদি ঈশ্বরনা মাগী অনাবা অদু শোয়দনমক্কী ফহনবী অদুবু অয়াম্বা মীনদি ঈশ্বরবু থাজবদা মখোয়গী থম্মোয়দা চিংনবা কয়া ফাওরি। মখোয়না ঈশ্বর থাজবদগী হিদাক্কী গুলিনা হেন্না মখোয়দা থাজজে। অদুনা মখোয় গুলি অদু চাদ্রিফাওবা পেনবা নাইদে অসিগুম্বা মীশিং অসিগীদমক্তা বাবাগী ইহান হানবা জেনরেল হোস্পিটাল অসি শোক ১৯৪৫ তা লিংখত্তুনা অন্ধ্র প্রদেশ কী চীফ মিনিষ্টর শ্রী বি: গোপালা রেদ্দিনা শঙ্গাখিবনি। ❑

# ভগবান বাবানা শিবদগী হিঙ্গৎহনবীরকপা

ব্বারী অসি রাধাকৃষ্ণগী মচানুপী বিজয়ানা মপাবু স্বামীনা করম্না কনবিখিবগে হায়বদু মাগী ডাইরিদা ইশিন্দুনা থমহৌবনি। মসি মাগী মমিৎমক্না উজহৌবা মীৎমাংমক্তদা প্রশান্তি নিলয়মদা থোকখিবা থৌদোক্নি, ব্বারী অসি ময়ামগী মফমদা ইজরিবা ঐনা পাউদমজগে।

মিষ্টর ডিঃ রাধাকৃষ্ণ অন্ধ্র প্রদেশকী কুপম জিলাদা লৈবা মীনা শকখণ্ড মায়খণ্ডনবিরবা ফেক্তরি অমগী মপুনি। মহাক্না শোক ১৯৫৩ দা পুত্তপার্তিদা চৎলম্মী। মতম অদুদা মহাক্না লোয়ননা মাগী নুপীনে, মচানুপী বিজয়ানে, মচানুপীগী নুপানে (হেমচান্দ) মখোয় পুল্লপনা পুত্তপার্তিদা চৎলম্মী। রাধাকৃষ্ণ অসি গেস্ত্রিক অলসরনা য়াম্না শাথিনা নাদুনা কমপ্লিকেসন কয়া লৈরম্মী। মানা বাবাগী আশ্রমদা লাক্লিবসি অনাবা অদু ফন্নবগীদমক লাক্লিবনি। মহাক বাবাগা হান্নবা খঙনপ্রবনি। ধর্ম্মগী ওইবা দশেরাগী কুম্মে য়েংননবগীদমক প্রশান্তিদা মীয়াম লাক্লম্মী।

স্বামীনা লৈরিবা য়ুম অদুমক্তদা মিষ্টর রাধাকৃষ্ণসু লৈরম্মী, অদুগা মাদি ফমুংদগী সুকহেন হেন্দোক্তনা লৈরম্মী। নোংমদি স্বামীনা মাগী কাদা চঙবীরক্লম্মী মদুদা রাধাকৃষ্ণনা হায়জরম্মী "স্বামী ঐহাক অসুম্না লৈগদবগী শরুক শিবনা হেন্না ফরবনি। মদুদা স্বামীনা নোক্তমক নোক্লম্মী মদু ফরক্কনি হায়বসু হায়বীরমদে অদুগা ফরক্লোই হায়বসু হায়বীরমদে।

নোংমা নুমিদাংৱাইরম অমদি রাধাকৃষ্ণ অসি জ্ঞান তাদনা (কোম্মা কনদিসন) লৈথোকখ্রে। মাগী নুপীনা স্বামীগী মনাক তান্না চেঞ্জরক্লম্মী অদুগা অনাবগী ফীভম অদু স্বামীদা তমজরম্মী। স্বামীনা রাধাকৃষ্ণনা লৈরিবা কা অদুদা লেঙশিনবীরক্লম্মী অদুগা ৱাগনু পূম্নমক ফরক্লগনি হায়রগা কা অদুদগী অমুক চৎখিরম্মী। মথংগী নুমিত্তসু অনাবা অদু জ্ঞান তারমদে। রাধাকৃষ্ণগী ময়ানুপা কে: এস: হেমচান্দনা ডিষ্ট্রিক্ট অদুদা লৈবা মেল নর্স অমা তৌদুনা অনাবা অদুগী মীহুল অদু য়েংহল্লম্মী অদুবু অনাবা অদুগী মীহুল য়াওরমদ্রে, য়াম্না কুপ্না য়েংলবা মতুংদা রাধাকৃষ্ণ শিরে মহাকপু কনানসু কনবা ঙম্লরোই হায়রম্মী।

পূং অমরোমগী মতুংদা অনাবগী মশা অদু অসুম অসুম ইংশিল্লক্লম্মী। মখোয় অহুম্না মমিং কুপ্তুনা অনাবা অদুদা য়েংদুনা লৈরম্মী অনাবগী মশা অদু হিগোক মচু ওনশিল্লক্লম্মী অদুগা মশা অদু চপ তিংদুনা কোম্থোক-কোনশিন অমত্তা য়ারমদে, তশেংনমক মহাক শিরবনি। মমা-মচা অদুনা বাবাগী মথক্কী কাদা চেনখৎলক্লম্মী। মতম অদুদা স্বামীদি মাগী চাক চাফম কা লৈরম্মী। মখোয়না রাধাকৃষ্ণ শিরে হায়না পাউ পীরম্মী। মদুদা স্বামীনা নোক্লম্মী অদুগা মাগী তুম্ফম কাদা চঙখিরম্মী। উপায় লৈতে রাধাকৃষ্ণগী নুপীনে, মাগী মচানুপীনে অমুক হন্না অশিবনা লৈরিবা কা অদুদা হল্লক্লম্মী অদুগা স্বামীবু য়াম্না খৌরাংনা ঙায়জরম্মী। ঙহাক লৈরগা স্বামীনা রাধাকৃষ্ণগী অশিবা হকচাং থম্লিবা কা অদুদা লেঙশিল্লক্লম্মী অদুগা ৱা অমত্তা ঙাংদনা, করিমত্তা তৌদনা অমুক কা অদুদগী মপান থোক্তুনা লেঙথোকপীখ্রে। অদুবু মমা-মচাগী থম্মোয়দদি বাবানা লেঙশিনবিরকপনিনা অনৌবা আশাগী মঙাল অমা ফাওরকখি। রাধাকৃষ্ণগী নুপীনে, মচানুপীনে, ময়ানুপানে মখোয় অহুম্না অশিবা অদু হিঙ্গৎলকদ্রা হায়দুনা মমিং কুপ্তুনা অশিবা অদুদা য়েংদুনা লৈরম্মী। অদুবু

হিঙ্গৎলকপগী খুদম অমা ফাওবা ফঙবা ঙল্লমদে। মদু ফাওবদা বাবানা করিগুম্বা খরদি শোয়দনা তৌবীদুনা রাধাকৃষ্ণবু কনবিগনি হায়দুনা খন্দুনা লৈজরম্মী।

নুমিৎ হুম্নিগী অয়ুক্তদি মশা অদু ফীভম হেন্না ফৎচল্লিক্লে। মশা অদু মুশিল্লক্লে, ইংথরক্লে, চপতিংবা হেনঞ্জিল্লক্লে, মনম নম্লক্লে। য়েংবা লাকপা কয়ানা রাধাকৃষ্ণগী নুপীবু নুংশিবদগী অসুম্না হায়বীরক্লম্মী "অশিবা হকচাং অসি আশ্রমদগী লৌথোকখ্রো।" মদুদা মাগী নুপীনা হায়জরম্মী "স্বামীগী য়াথং য়াওদননি ঐনা করিমত্তা তৌবা ঙমজদে"। আশ্রমদা লৈবা মী খরনা স্বামীগী মনাক্তা চৎচরম্মী অদুগা হায়জরম্মী "অশিবা অসি পুমথরক্লে মনম নমথিবা ফাওরক্লে মসি মাগী ময়ুম কুপমদা পুহনখ্রসিরা? নত্রগা পুত্তপার্তিদা পোলোইরশিরা" স্বামীনা "ঐখোয় য়েংখিসি হায়না পাউখুম পীবিরক্লম্মী"।

রাধাকৃষ্ণগী নুপীনা স্বামীগী মনাক্তা চৎচরম্মী অদুগা হঙ্গৎচরম্মী "স্বামী মীয়াম্না ঐঙোন্দা হায়রিবশিং অসি তৌগদ্রা তৌরোইদ্রা হায়বদু ঐঙোন্দা পাউখুম পীবিয়ু"। স্বামীনা হায়বীরক্লম্মী "মীয়াম্না হায়বদু করিমত্তা তারুগনু ঐনা মফম অসিদা লৈরিঙৈদা কনাবুসু কিগনু, নঙগী নুপা অদু য়েংবা ঐ য়াম্না থুনা লাক্কনি"।

রাধাকৃষ্ণগী নুপী অদু স্বামীগী কাদগী মখাদা কুমথরক্লম্মী অদুগা মচানুপীনে, ময়ানিপানে মখোয় অহুম্না অশিবগী মনাক্তা লৈদুনা স্বামীবু য়াম্না ৱানা ঙায়জরম্মী। ঙাইজবা অদুদা মিনিট কয়া হৌজিনখ্রে, পূং অমা হৌজিনখ্রে। স্বামীনা মখোয়গী মনাক্তা লাকপীরমদে। মখোয়না নীংবা কায়না কপ্পা হৌরক্লম্মী। ঙহাক লৈরগা স্বামীনা থোঙ অদু তপ্না হাংদোক্লুনা মোমোন মীনোক্কা লোয়ননা কা অদুদা লেঙশিনবীরক্লম্মী। মদু হুম্নিশুবা নুমিৎকী নুংথিলগী পূং অনী মখায় তাবা মতমনি। রাধাকৃষ্ণগী নুপীনা বাবাগী মনাক্তা চঙদুনা ও! খোংনা কপচরম্মী।

য়াম্না তপ্না কা অদু থাদোক্লুনা মখোয় অহুম্মক মপান্দা থোকখ্রো হায়বীরম্মী। মখোয়না হেক থোক্লকপগা স্বামীনা থোঙ অদু তপ্না লোনশিনখিরম্মী কা মনুং অদুদা স্বামীগা অশিবা অদুগদা লৈহৌরে মনুংদা করি তৌরিবনো হায়বদু কনানসু খঙবা ঙমদ্রে।

মিনিট খর লৈরগা স্বামীনা থোঙ অদু তপ্না হাংদোরক্লম্মী অদুগা মপান্দা লৈহৌরিবা মখোয় অহুম অদু অমমম ওইনা কা অদুদা কৌশিল্লম্মী। কা অদুগী ফমুং অদুদা শিদুনা লৈহৌরবা রাধকৃষ্ণনা মখোয়দা য়েংলগা মোমোন নোক্লম্মী। অঙকপনি মাগী শিদুনা চপ তিংলুরবা মশা অদু মাঙখ্রে, মাগী মুশিল্লম্বা কুচু অদু মাঙখিদুনা হান্নগী কুচু অদু অমুক ওল্লক্লে। স্বামীনা রাধাকৃষ্ণগী মকোক্তা পোপ পোপ ফুরম্মী অদুগা হায়রম্মী মখোয়গা ব্রারী শারো মখোয় য়াম্না ব্রারবনি। ·

করিগী ব্রারিবনো হায়না রাধাকৃষ্ণনা মখোয়দা হঙলম্মী, করি তৌখ্রবনো হায়বদু মহাক করিমতা খঙলমদে, মহাক্না হায়রম্মী "ঐ করিসু তৌদেনা নখোয়সু মফম অসিদা লৈরিবসিদি"। স্বামীনা মাগী নুপীদা হায়রম্মী "ঐনা নঙগী নপুরোইববু নঙোন্দা অমুক হন্না পীবিরবনি অদুনা হৌজিক্তি মহাকপু অশাবা মহি অমা পীথকউ। মাগী নুপীনা শঙ্গোম অশাবা অমা পুরক্লম্মী, স্বামীগী মখুৎমক্না চামচনা রাধাকৃষ্ণগী ময়াদা ইনবীরম্মী। কয়াদা লাইবক ফখ্রবনো রাধাকৃষ্ণ জগৎকী মবুংঙোমক্না মখুৎতা চামচ পায়দুনা ময়াদা শঙ্গোম ইনবীখ্রবনি। অসিগুম্বা কয়া অসি মী অদুনা মপোক কয়াদা তৌজরকপা কর্ম্মফলনা ঙসি মানা ফংজরিবনি।

পুংখায় অমগী মতুংদা মহাক মপাঙ্গল কনখৎলক্লম্মী অদুগা মাগী মকোক অদু থাঙ্গৎলক্লম্মী। অদুদগী স্বামীনা মখোয়গী ইমুং মনুংগী মী পূম্নমক আশির্ব্বাদ পীবিরম্মী। মথংগী নুমিত্তা মহাক মপুং ফানা নাবা ফগৎলম্মী অদুগা ভজন শকপা চৎলম্মী। মখোয়গী ইমুং-মনুং অদু মতম

খর প্রশান্তি নিলয়মদা লৈরম্মী অদুগা স্বামীগী অয়াবা ফংজদুনা মখোয় অমুক ময়ুম কুপমদা হনখিরম্মী। মহাক্কী ফত্রবা গেস্ট্রিক অলসর অমদি কমপ্লিকেসনশিং অদু মতম চুপ্পগী ওইনা মাঙখিরম্মী।

হোৱার্দ মর্ফেটনা রাধাকৃষ্ণগী থেংনখিবা শিরুবগী এক্সপিরিয়েন্স অদুগী মরমদা হঙলম্মী "নঙনা জ্ঞান মাঙদুনা শিদুনা লৈবা মতম অদুদা নঙ করি-করি তৌখিবগে নীংশিংবা ঙম্লা?" মদুদা রাধাকৃষ্ণনা হায়রম্মী "ঐনা জ্ঞান তারকপা অদুদা ঐদি নুমিৎ অদুমক্তি হায়না খল্লি মরমদি নুমিৎ হুম্নিগী মরমদা করিসু খঙবা লৈতে"। অদুবু মহাক্না হায়জে স্বামীনা মনাইবু কনবীগে নীংথ্রবদি খুদিংমক তৌবা ঙম্মী, ওইথোক্তবা কায়াবুসু ওইথোকহল্লি।

প্রো: এন: কস্তুরীনা চহী খরগী মমাংদা রাধাকৃষ্ণগী থৌদোক্কী মরমদা অসুম্না ইরম্মী "মিষ্টর রাধাকৃষ্ণ শিবদগী হিংগৎলক্লে। মদুদা বাবানা হায় শিবা হায়বা ৱাহৈ অসি ইনভরতেদ কোমাগী মনুংদা থম্মু মরমদি রাধাকৃষ্ণ শিগদৌরে মহাক্না অশি থোংগী ময়াই ফাওবা চঙশিল্লুরে, মদুদগী বাবানা মাবু অশিথোংয়াইদগী মাগী থৱায়বু পুবীরক্তুনা হিংগৎহনবনি হায়য়ু।

বাবানা মী খরগী পুন্সিগী তমথিবা অনাবদগী অমদি অশিবদগী কনবী অদুগা খরা অমদি কনবীদে মাগী অঙকপা ফহনবগী শক্তি অসি মী খর খক্তগীদমক শিজিন্নৈ, অতোপ্পা কয়াদদি শিজিন্নদ্রিবা করিগীনো হায়না হঙলম্মী। স্বামীনা মী খুদিংমকপু চপ মান্নবা নুংশিবীদে, অসিগুম্বা ৱাহং কয়ানি হঙনরক্লিবা। অদুবু বাবানা মসি তশেং তশেংনা তাকপী মদুদি মী অমনা বাবাদা য়ৌনা থাজদুনা থম্মোয় শেংনা চঙজরবদি বাবানা মী অদুবু কনবী অদুবু কনবীবা অমদি অনাবা ফহনবা হায়বসি মী অদুনা হিংলবা মতুংদা মানা পাঙথোকপা থবক থৌরম কয়াগী অমাং অতোং

কয়া য়েংলগা কনবীবনি অদুগা মসি মী মীদুগী কর্ম্মফলননি। অদুবু ঈশ্বরবু কন্না থাজনা নীংজরবদি মাগী কম্মর্ফল অদু ঈশ্বরনা খরমখৈদি শেমদোক শেমজিন তৌবীবা ওস্মী।

সাঈ বাবানা সির্ধি বাবাগী শক্লোন্দা শায়োনবীরিঙৈদা মহাক্কী হকচাং পোলাং নুমিৎ হুম্নি চুপ্পা থাদোক্লমখি। মহাক্না মাগী য়াম্না অচানবা সেবকশিংদা মহাক নুমিৎ হুম্নি হকচাং পোলাং থাদোক্লগা অল্লাগী মনাক্তা চৎকনি নুমিৎ হুম্নিশুবা নুমিত্তা হল্লক্ত্রবদি নিম পাম্বী অদুগী (মখুৎনা থিন্দুনা তাক্লম্বা) মখোঙদা মাগী মশা অদু লৈরোন চনশিল্লু হায়দুনা তাকপীরম্মী। ওফিসিয়েল পাওশিংনা সির্ধি বাবা শিরে হায়না লাওথোক্লম্মী। অদুবু মাগী সেবকশিং অমদি অতোপ্পা খরগনা লৈনুংদা ফুম্বা অদু য়ানিংলমদে অদুনা মখোয়না হকচাং অদুবু নুমিৎ হুম্নি চুপ্পা থল্লম্মী। হুম্নিশুবা নুমিত্তা সির্ধি বাবাগী থব্রাই অমুক হল্লক্লম্মী অদুগা মাগী ৱাং চাওরবা হকচাং অদুদা চঙখিরম্মী অদুগী মতুং চহী ৩২ অমগা অমুক পুন্সিরম্মী।

মথঙগী ৱারী অসি ভগবান বাবানা কুপম জিলাগী মি: রাধাকৃষ্ণবু অশি লৈবাক্তগী পুবীরক্লগা হিঙ্গৎহনবিরক্লবা মতুং চহী তরেৎকী মতুংদা থোকখিবা থৌদোক্নি। শোক ১৯৬০ দা রাধাকৃষ্ণ অমুক হন্না কন্না নারম্মী। মহাক্কী মশা অদু চিকপা অমদি শাবনা খাঙবা ঙল্লম্মদে। নোংমা নুমিদাং অমা ডাক্তরনা মাবু পোত্থানবগীদমক মোরফিনগী ইঞ্জেক্সন কাপশিল্লম্মী। ওহাক তুম্লুরগা মোরফিনগী ময়াই অদু হম্থুদ্রিঙৈদা মহাক মীকপ থোরক্লগা কোইচৎ চৎপা হৌরক্লম্মী অদুবু মতম অদুদা মহাক করিমতা খঙবা ঙম্নমদে। মহাক্না খল্লি মহাক্না জ্ঞান তাদনা কোইচৎ চৎপা অদুদা মহাক য়ুম মনাক্তা লৈবা গুহাদা তাবা ওইরমগনি। গুহা অদু মখুম খুম্নমদে মদু মখোয়গী সুমাং মতোন্দা লৈবনি মদু ফুট ৫০ মুক লুই অদুগা ঈশিংনা ফুট ৩০ রোম লৈ গুহা অদুগী অরাওবনা ফুট ১০ নি। গুহা

অদুগী মনুংগী নাকনশিং অদু অনানবা নূংগী ফক্লাংনি মনুং অদুদা পাইফম অমদি করিগুম্বা অমদা পায়রগা লেপ্লবা মফম অমত্তা লৈরমদে। মতম অদুদা মাগী মচানুপী বিজয়া কুপম জিলাদা লৈরম্মী।

রাধাকৃষ্ণগী নুপীনা অয়ুক্কী পূং অহুমদা মীকপ থোরক্লম্মী। মাগী মপুরোইবা অদুনা ফমুংদা লৈরমদবা অদুদা মহাক্লা কোইথি থিরম্মী থিবা খঙলক্রদুনা মহাক্লা মপান্দা থোরক্লগা অমুক কৌরম্মী। মপান্দা মহাক্লা কৌবা অদুদা "ঐ গুহা মনুংদা লৈরে হায়না খুম্লকপা খোঞ্জেল অমা মহাক্লা তারম্মী। মহাক্লা তোর্চলাইত অমা পায়রগা গুহা অদুদা য়েংথরম্মী। গুহা মনুং অদুদা মপুরোইবনা লৈবা অদু মহাক্লা উরম্মী। মহাক্লা উবা মতমদা রাধাকৃষ্ণনা ঈশিং মনুং অদুদা লৈবা করিগুম্বা পোৎ অমদা লেপখৎলগা মখ্বাং ফাওবা ঈশিংদা লৈবা অদু উরম্মী। অদুবু মহাক্লা খল্লম্মী ঈশিং মনুং অদুদদি মহাক্লা লেপ্পা য়াবা পোৎ অমত্তদি লৈতে। মহাক্লা গুহা অদুদা লুকথদুনা মাগী মপুরোইববু কৌরম্মী। রাধাকৃষ্ণনা পাউখুম অমত্তফাওবা খুম্লক্তনা ঈশিং মনুং অদুদা অদুম লেপ্তুনা লৈরম্মী।

মহাক্লা ইমুংদা চেনশিন্দুনা মাগী মচাশিং অদুব হৌদোক্লমই অদুবু মখোয়না মহাকপু ঈশিংদগী করম্না লৌখৎকদগে হায়বদি খঙলমদে। গুহা অদুগী মথক্ত নুঙগী নূংপাকশিংনা নাকন অমদগী নাকন অমা ফাওবদি শম্বনা থাদুনা লৈ। হায়রিবা নুংপাক অসিগী মথক্তা লেপ্লগা মাগী মচানুপা অদুনা রাধাকৃষ্ণগী মখুৎ অদু ফংবা ঙম্ব্রা হায়না মখুৎ তিংথোক্লম্মী অদুবু মদুনা রাধাকৃষ্ণনা লৈরিবা মফম অদুদি য়ৌবা ঙম্লমদে। মখোয়না খন্নরম্মী নুংপাক অশাংবা অদুগী নাকন অনীমক্তা গুহা অদুগী মথক্তা লৈরিবা অহাংবশিং অদুদা মহাক্লা নুঙ অদুদা চৎপদা তাশিনবা ওইরমগনি। মখোয় ময়াম্মা লাংমনবা অদুদা রেলৱে ষ্টেসনগী পুলিস চিফ অদু মফম অদুদা য়ৌরক্লম্মী। মহাক্লা হায়রম্মী মহাক্লা রেলৱে ষ্টেসন্দগী মাগী ওফিসকী লম্বেলদা লাকপদা লাঙনরিবা অদু করি তৌরবনো হায়দুনা য়েংবা

লাকপনি। পুলিস চিফ অদুনা হায়রম্মীঃ "ঐনা ঙসি লাক্লিবা লম্বী অসি অমুক্তফাওবা চত্তবা লম্বীনি অদুবু ঙসিদি ঈশ্বরনা কৌবগুম্না ঐনা লম্বী অসিদা ফাওদুনা লাক্লিবনি।" হায়রিবা পুলিস অসি রাধাকৃষ্ণগী ইমুং মনুংগা য়াম্না তিন্নবা মী ওইরম্মী। থৌরি, পুল্লি অমদি থুমোক শিজিন্নদুনা মখোয়না য়াম্না ৱানা হোৎনদুনা রাধাকৃষ্ণবু গুহা মনুংদগী পুখৎলক্লম্মী। রাধাকৃষ্ণগী মচানুপা কৃষ্ণকুমারনা হায়রম্মী মহাক্কী মপা অদু চিঙখৎলকপদা মখাদগী কনাগুম্বা অমনা ইনখৎলকপগুম মখোয়না য়াম্না য়াংনা মথক্তা থাঙ্গৎলক্লম্মী। রাধাকৃষ্ণ গুহাদগী চিংখৎলকপা মতম অদুদা পুরা পুরী জ্ঞান তারমদ্রি মহাকপু মখোয় ময়াম্না পুখৎলক্লগা ইমুংদা পুশিল্লক্লুনা মাগী ফমুংদা হিপথহল্লম্মী। মখোয়না ডাক্তর কৌহনবা চৎহনখিরম্মী। ডাক্তর অদু লাকপা ঙায়নরিঙৈদা রাধাকৃষ্ণনা অসুম্না হায়বা মখোয় পূম্নমক্না তান্নরম্মী মদুদি "বাবা ঐনা করম্বা মতমদা অমুক হন্না নহাকপু উজবা ফংজগদগে?" মহাক্না হায়বা মতম অদুদা মফম অদুদা লৈরিবা মীশিং অদুনদি বাবাবু উবা ফংলমদে।

ডাক্তর য়ৌরক্লম্মী অদুগা রাধাকৃষ্ণবু য়েংলমই অদুবু অঙকপনি ডাক্তর অদুনা মহাকপু গুহাদা তারুবগী খুদম অমত্তফাওবা ফংলমদে। অদুবু মফম অদুদা পুলিস চিফ অদুদি অদুম লৈদুনা অদুগুম্বা ওইথোক্লবা থৌদোক অদু হৌবদগীনা লোয়বা ফাওবা য়াওদুনা লৈরম্মী। ডাক্তর অদুনা হায়রম্মী মমাংগী ফীভমদগী গুহাদা তারবা মতুংদনা হেন্না মাগী ফিভম অদু ফগৎলক্লে। অদুনা হৌজিক্তি মাবু হিদাক্না লাইয়েংবগী দরকার লৈত্রে অশাবা কোফী কপ অমা মঙোন্দা পীথকউ হায়রম্মী।

রাধাকৃষ্ণ মশান হায়জৈ মদুদি "বাবাগী দয়া কৃপানা মহাকপু মতম কুইনা ঈশিংদা থাঙ্গত্তুনা থম্বী। মসি ঐনা হায়বদা মীনা থাজররোইদবা ৱানি অদুবু অসিগুম্বা থৌদোকশিং অসি হাকথেংননা থেংনজরুবা ঐতনদি মসি পূম্নমক ঈশ্বরনা ঙমদবা লৈতে হায়বসি উৎপীবনি।"

নুমিৎ অদুমক্তদা রাধাকৃষ্ণনা কার অমা ৱাইরগা প্রশান্তি তান্না বাবাগী মনাক্তা চচ্চরম্মী। মখোয়না হেক য়ৌবগা বাবানা বেলকোনিদগী মখোয়বু কৌবীরক্লম্মী। অদুদগী বাবানা মঙোন্দা নোকপীরম্মী অদুগা হায়রম্মী “রাধাকৃষ্ণ অহিংচুপ্পা ঐনা ঐগী লেঙবান্দা নঙবু থাঙ্গত্তুনা থম্বদুনা ঐগী লেঙবান অসি য়াম্না নারে।” নুমিৎ অদুগী অয়ুক্কী দর্শন্দসু বাবানা মাগী ভক্তশিংদা অসুম্না হায়রম্মী “মহাক্না অহিংচুপ্পা রাধাকৃষ্ণবু খুদোংথিবদগী কনবীনবগীদমক্তা চৎলুই।”

কনানা হায়বা ঙমগনি বাবানা অসিগুম্বা অশেংবা ভক্তদা উহনবীবা অতোপপা কনাদসু উহনবীদনা মফম খুদিংগী শিনবা থুংনা লৈবিদুনা অশেংবা নুংশিরবা শক্লোন কয়াবু অশেংবা ভক্তশিংদা উৎপীরমখি। বাবানা মাগী অঙকপা সাইকো-কাইনেটিক প্রেসর শিজিন্নদুনা রাধাকৃষ্ণবু ঈশিংগী মথক্তা মতম কুইনা থাঙ্গত্তুনা থম্বীদুনা মনাইগী মথৱায় কনবীখি।

মথংগী ৱারী অসিনা মি: জি: ভেনকতামুনি ইমুংগী ৱারীনি। মহাক্কী অহল ওইরবী চহী ৮০ শুরবী মমা অদু শিগদৌরদুনা মাগী মরী মতা ময়াম অদু মাগী শিরমদাই মীৎকুপ অদুদা উনহৌনবা কৌরমই। মাগী নুপী সুসিলাদা বাবানা পীবিরকপা জপমালা অমা মাগী মমাগী মথবাক্তা থমহল্লম্মী। বাবানা সুসিলাদা জপমালা অদু পীবা মতমদা হায়রম্মী “জপমালা অদু নঙনা অথু অকাই অনা অয়েক্তা শিজিন্নৌ।” জপমালা অদু হেক থম্বদগী মগী মমাগী অনাবা অদু খরা-খরা ফগৎলক্লম্মী।

শিগদৌরবা অনাবা অদুবু উনবা লাক্লিবা মীশিং অদু উরগা অনাবী মমা অদুনা করি তৌরবগে হায়না হঙলম্মী। মহাক অনাবা অমুক পুমফ ফরক্লুনা মতম শাংনা হিংদুনা লৈরম্মী।

অঙকপা থৌদোক অমনা ভেনকতামুণিগী মচানুপা শারৈ হৌদুনা কন্না নারম্মী লোয়ন-লোয়ননা মহাক শিগদৌরম্মী। মচানুপা অদুবু

বাবানা কনবীনবগীদমক সুসিলানা বাবানা পীবিরকপা জপমালা অদু মখোয়গী ইমুংগী পুজা তৌফম কাগী উপু অমদগী লৌথোকপা চৎলম্মী। অদুবু মহাক্না মদু য়াওদনা অমুক পুজাগী কা অদুদগী খোরক্লম্মী। অদুগা মাগী নুপাদা হায়রম্মী মদুদি জপমালা অদু লৌখৎপা সুকয়া য়াদ্রে। মহাক্না কয়ারক হন্না লৌখৎনবা হোৎনরম্মী অদুবু মদু মখুত্তগী হেক্তা নাম্থখিরম্মী। অসিগুম্বা অঙকপা থৌওং অসি করম্না তৌরিবনো হায়বদু মহাক্না শন্দোক্না হায়রবা মতুংদা অসুম্না খন্নরে মদুদি বাবানা দয়া কৃপা পীবিগদবা মান্দ্রে।

অসুম্না অঙাং অদু শিরে। মখোয়না বাবাগা উনজরম্মী। বাবানা মখোয়গী মপুক্লিং পেন্ননবা ৱারী কয়া লিবিরম্মী অদুবু বাবানা অৱাবা শক্লোন য়াওদনা মোমোন নোক্তুনা মখোয়দা শিবগী মরমদা হায়বা অদু মখোয়না মীওইবনিনা পেন্থোকপা, নুংঙাইজবা ঙন্নমদে। মখোয় মচা লৈতবগী থম্মোয় শোক্না কপ্লম্মী। বাবানা মখোয় অনীদা হায়রম্মী "নখোয়না অঙাং অদুগী মরমদা খন্দুনা নুংঙাইতবা অমদি কপ্পা তৌরগনু ঐনা মহাকপু অমুক হন্না উরে মহাক মফম অদুদা য়াম্না নুংঙাইনা লৈরে। মহাক্না পৃথিবী অসিদা মহাক্কী তৌগদবা কর্ম খরা ৱাৎপগীদমক পৃথিবী অসিদা পোক্লক্লগা মতম খরা লৈরগা মাগী কর্ম অদু লোয়রগা পৃথিবীদগী হনখিবনি।"

বাবাগী অসিগুম্বা ৱারী কয়া অসি তারবা মতুংদা ভেনকতামুণি অমদি মহাক্কী লোয়নবীনা মখোয়গী মচানুপাগী ফত্রবা তিল চঙলবা হকচাং পোলাং অদু থাদোক্তুনা চৎখ্রগা নুংঙাইনা লৈরমগনি খনবদা মখোয় মচানুপানা শিখিবগী অৱাবা অদু চাং খর হন্থজরম্মী। অদুগা মখোয়না বাবাবু থাজবা অদু মীকুপ অমা ফাওবা থাদোকচরমদে। অদুবু ভক্ত খর লৈ মখোয়না মখোয়গী মরি মতা, মচা মশু শিরগা বাবাবু অমুক থাজদবা মরমদি বাবানা মখোয়বু করিগীদমক কনবীদ্রিবনো খল্লি। অদুবু

বাবাবু য়াম্না থাজবা কয়ানদি শিবা হায়বসি মাগী মাগী মরাইবক্তা তম্লক্লবনি হায়না খন্দুনা মখোয়না ঈশ্বরবু থাজজবগী চাং অদু হন্থদনা লৈ। অসিগুম্বা ঈশ্বরবু চেৎনা থম্মোয়নুংদা থাজদুনা অব্বা অনা অনীমক্তা ঈশ্বরদা থাজবা অদু হন্থদনা মরা চেৎনা ঈশ্বরবু থাজবা অদুবু অশেংবা ভক্ত অমনি।

ব্রালটর কোব্রন অমদি মাগী নুপী ইলসি কোব্রন্না য়াম্না অঙকপা মী অমত্তদা থোক্লরোইদবা, নুংঙাইবনা মপান নাইদ্রবা থৌদোক অমগা লোয়ননা মখোয়না ভারত্তগী হল্লক্লম্মী। মীয়াম্না য়াম্না মরিং মরাংবা ওইনা অমদি চিংনজরবসু মঙোন্দদি অশেংবা অঙকপা ওইনা থোকখ্রবা থৌদোক্লি। জগৎকী মবুংঙো সত্য সাঈ বাবানা মখোয়দা উৎপিরিবা থৌজাল অমদি মীনুংশি কয়া অদুগীদমক্তা খল্লুরগা অমদি পৃথিবীদগী অশি-লৈবাক ফাওবা মাগী মপুরোইববু ঙাক শেন্দুনা খুদোংথিবা কয়াদগী কনবীরকপগীদমক্তা করম্বা ব্রাহৈনা ফোংদোকচরগা স্বামীনা পেনবীগদগে খঙজদ্রে হায়জরম্মী।

ব্রারী অসি ব্রালটর কোব্রন্না মদ্রাজদা শিরবদা জগৎকী মবুংঙো সত্য সাঈ বাবানা করম্না হিঙ্গৎহনবীরকপগে হায়বগী ব্রারীনি। মাগী নুপীনা হায়জৈ অসিগুম্বা ব্রারী কয়া অসি মমাংদসু তাজখ্রবনি। অদুগুম্বা অঙকপা ব্রারী অদুমক মাগী মপুরোইবদা থোক্লকপদা স্বামীনা মখোয়বু ঙাকপী শেনবীদুনা লাকই অদুগা পুন্সিচুপ্পা ঙাকপী শেনবীগনি হায়না মহাক্না খঞ্জে। মসিগী শাক্ষি মীওই কয়া লৈখি অদুবু ময়ামশিং অদুদগী খ্বাইদগী মরুওইবা মমিৎমক্না উজখিবা শাখিদি স্বামীগী অচানবা মনাই জেক হিস্লোপনি। মহাক্তি ব্রারী অসি মকোক্তগীনা লোয়বা ফাওবা খঙবা ভক্তনি অদুগা ব্রারী অসি অহুমশুবা মীওই জেক হিস্লোপ তগী তাবনা ময়াম্না হেন্না মরিক চুম্না ব্রারী অসি খঙবীরগনি। অদুনা ইলসি কোব্রন্না মহাক্কী মপুরোইবা ব্রালটর কোব্রনগী ব্রারী অসি জেক হিস্লোপ তা ইবীয়ু হায়না চিঠী থাজরম্মী।

জেক হিস্লোপ্না ইলসি কোব্রোন্দা অসুম্না চিঠিগী মরোল হল্লক্লম্মী মদুদি নঙ অমসুং নঙগী নপুরোইবনা ভারত্তা শোক ১৯৭১ গী ডিসেম্বর অমদি জানুৱারী ১৯৭২ দা থেংনখিবা থৌদোক খুদিংমক ঐহাক লোয়না খঙই ঐগী ইমিং জেক সিস্লোপ কৌই, মেক্সিকোদা লৈবনি। হৌখিবা মতমদা ঐহাক অমদি ঐগী নুপীদি কয়ারক হন্না সত্য সাঈ বাবাগী আশ্রমদা চত্তুনা বাবাগা কয়ারক উনখ্রবনি। ঐখোয় ভারত্তগী শোক ১৯৭২ গী ফেব্রুৱারী ২৭ তা বাবাগা থা মরিরোম লৈমিন্নরবা মতুংদা মেক্সিকোদা অমুক হল্লক্কনি।

ঐনা নীংশিংই মদুদি ব্রালটরগা নঙগা মদ্রাজদা শোক ১৯৭১ গী ডিসেম্বরগী তাং ২৩ দা থুংলখিবনি। অদুগা বাবানা সেবা সমিটীগী প্রসিদেন্ট ৩,০০০ লোমগা কনফরেন্স অমা তৌবা মতমদা নখোয়না বাবানা লৈরিবা য়ুম অদুদা লাকখিবনি। বাবানা খুদক অদুমক্তদা নখোয় অনীবু য়াম্না তরাম্না ওকপীখিবনি। ব্রালটরদি মশা অদু য়াম্না ঙম্লমদবনিনা থোঙশঙবনা মাবু চৌকি অমদা ফমথহনখিবনি নঙনা ভারতকী মীশিংনা লৈবাক্তা খোঙগ্রাই চন্দুনা ফল্লিবশিং অদু উরম্লগনি মদু ভারতকী চৎনবীনি।

ডিসেম্বরগী তাং ২৫ গী অয়ুক্তা পাউ অমা য়াম্না থুনা শন্দোক্লম্মী মদুদি মীয়ায় চল্লবা অমেরিকা মচা অমা হার্ট এতেক তৌদুনা শিরে। পাউ অসি হেক তাবগা ঐহাক অমদি ঐগী নুপীনা নখোয়গী লৈফম অদু তান্না চেল্লক্লম্মী। নঙনা পাউ অদু অশেংবনি হায়না ঐখোয়দা তম্লম্মী অদুগা নঙনা বাবাব্লু কৌদুনা কপ্পা য়াবা কপ্লবা মতুংদা ঈশ্বরনা অপাম্বা তৌজরসনু হায়না হায়রকখি। নঙনা নীংশিংলমগনি মদুদি মিষ্টর এণ্ড মিষ্ট্রেস রতনলাল নখোয়গী হেক থংনবা কা অদুদা লৈবনি। নঙনা মহাকপু কৌরম্মী। মিষ্টর রতনলাল খুদক অদুমক্তদা লাক্লম্মী। মাগী মতেংনা নঙনা থঙনবদা লৈবা অঙাং অমা কৌদুনা ব্রালটরগী লৈবাক্তা তারবা হকচাংবু ফমুং অদুদা থাঙ্গৎহল্লম্মী। মিষ্ট্রেস রতনলালগা নখোয় অনীনা

ঈশ্বরগী থৌজালবু নিজরম্মী অদুবু মদু কান্নখিদ্রে। তশেংনমক ব্বালটরগী থব্বায় অদু হকচাংদগী মপান থোকখ্রে হায়বদি মহাক শিরে।

মী খরনা এম্বুলেসন্সতা হাপ্তুনা হোস্পিটালদা পুরম্মী। মসি নঙনা হকথেংননা খঙবনি মরমদি নঙগী খুদাংদা মোন খাঙনা মহাক লৈমায়দগী লৌখত্তুনা ফমুংদা থাঙ্গৎপা মতম অদুদা মহাক্কী অরোইবা স্বর হোনখ্রবনি। মদুগী অৱাবা মৈচাক অদু নঙনা খাঙবা ঙমদবদগী মাগী অশিবা হকচাংগা লোয়ননা নহাক এম্বুলেন্সতা চৎপা ঙমখিদবনি। মসি ডিসেম্বর তাং ২৫ গী অঙনবা অয়ুক্তা থোকখিবা থৌদোক্নি। অদুদগী অয়ুক্কী পূং ৭ লোম তাবা মতমদদি নঙগী নশা অদু খজিত্তুং কনখৎলকপদগী নহাক্না মিষ্ট্রেস রতনলালগা লোয়ননা বাবাগী লৈফমদা চত্তুনা নঙনা বাবাদা পাউ অদু তমজখিবনি অদুগা নঙনা বাবাগী পাউতাক অমদি মতেং লৌজখিবনি। বাবানা নঙোন্দা হায়বীরম্মী মদুদি পূং ১০ তাবা মতমদা বাবা হোস্পিটালদা লেঙবীরক্কনি। পূং ১০ তাবা মতমদা মিষ্টর রতনলালগা লোয়ননা নঙনা হোস্পিটালদা চৎলম্মী মতম অদুদদি বাবাদি হোস্পিটালদা লৈরমদ্রে। হান্ননা হোস্পিটালদগী হনখিরল্লে। নখোয়না হোস্পিটাল মনুংদা চঙবা মতমদদি ব্বালটরদি হিংলল্লে। অদুনা ব্বালটরনা ডিসেম্ববগী তাং ২৫, পূং ১০ তাবা মতমদা হিংগৎলকই হায়বসিমক চুল্লে। করম্না মহাক্না শিরিবনো মহাকপু শিরে হায়বসিগী ডাক্তরগী প্রমান লৈব্রা হায়না হঙবা মতমদা নখোয় অনীমক ঙকপনা খুমফম খঙদ্রে। নপুন্সিদা অদুগুম্বা অঙকপা থৌদোক অদু অমুক্তা থেংনদ্রিবনিনা নখোয় অনীনা অঙকপা থৌদোক অদু করিনো হায়বা ভাব তাবা ঙমদ্রে। নখোয়না মদুদা শিরে হায়রম্লিবা ডাক্তর অদুসু মশক উহৌদে।

অসিগুম্বা অঙকপা থৌদোক অসিবু শেংনা খঙদোক্লবগীদমক জেক হিস্লোপনা হায়জবদগী মদ্রাজগী জজ্ দামুদর রাওবু কৌদুনা ব্বালটরবু পুখৎলকপা মতমদা য়েংলম্বা ডাক্তর অদুগা ফজনা ব্বারী শান্নহল্লম্মী।

ব্রালটর কোব্রনবু য়েংখিবা ডাক্তর অদু জজ্ দামুদর রাওগা য়াম্না মুন্না খঙনরম্মী। ডাঃ অদুনা জজ্ রাওদা হায়রম্মী "তশেংনমক ব্রালটর এম্বুলেন্সতগী থাংথদুনা হোস্পিটালদা পুশিল্লকপা মতমদা শিরম্লে। মহাক হিংবগী খুদম অমা ফাওবা ফংদ্রদুনা মনাকোং অমদি মনাতোন মখুল অদুদা লশিং মেনশিল্লগা থনম্লবনি অদুগা মাবু ফী অমনা কুপশিল্লগা অহাঙবা কা অদা ইনশিন্দুনা থম্লম্লবনি। অদুগা ডাঃ অদুনা হোস্পিটাল অদুদা লৈরিবা মাগী অনাবশিং অদু য়েংবা চৎপনি। বাবানা হোস্পিটালদগী ব্রালটরগী কাদগী হেক থোকখিবগা মহাক্লা কা অদুদা চঙলুবনি অদুদা অশিবা অদু হিঙ্গত্তুনা লৈরম্বনি" হায়রম্মী। ডাঃ মশামকসু মদু করিনো শন্দোক্লা তাকপা ঙমদ্রে মহাক মকোক ঙাওরে করম্না তৌরক্লিবনো হায়বসি মহাক হায়বা ঙমদ্রে। মদুদা জেক হিস্লোপনা খল্লি অসিগুম্বা মেডিকেল ভেরিফিকেসন তৌবদা খঙবা ঙমদ্রবা অনাবা কয়াবু শিবদগী বাবানা হিংগৎহনবা ব্রারী কয়া অসি নিংথিনা থিজিন্দুনা ময়ামদা খঙহল্লবদি মসিনা য়াম্না নুংঙাইবা এক্সপেরিয়েন্স অমা ওইগনি। অদুগা সত্য সাঈ বাবাবু অমুক্তসু উজদ্রিবা মীশিং অমদি মাবু থাজদ্রবা মী কয়াদা মসিনা প্রমাণ অমা পীদুনা মীপুম খুদিংবু ঈশ্বররোমদা থাজহনবগী ইথিল অমা পুশিল্লকপা ঙমগনি। সত্য সাঈ বাবাগী ভক্ত খুদিংদা অসিগুম্বা মিষ্টর ব্রালটর কোব্রনগী থৌদোক অসি অচুম্বনি হায়বসি ময়াম্না শাক্লিনি।

বাবানা হোস্পিটালদগী হল্লক্লবা মতুংদা বাবাবু মাগী কাদা লৈবা জেক হিস্লোপ্না উজরম্মী। বাবানা মঙোন্দা অমদি কা অদুদা লৈরিবা ভক্ত খরদা হায়রম্মী "ব্রালটর কোব্রন শিরে অদুনা হোস্পিটাল অদুদা মহাক্কী মনাকোঙ অমদি মনাতোন্দা লশিং মেনশিন্দুনা থম্লম্মী অদুগা মাবু ফী অমনা কুপশিন্দুনা থম্লম্মী।" অশিবা অদু কা অমদা ইনশিল্লগা থোঙ লোনশিন্দুনা থম্লম্মী। বাবানা হায়রম্মী "ঐনা ব্রালটরগী পুক্সিবু অমুক মথব্রায় হাপ্পীদুনা হিংগৎহল্লম্মী"। বাবানা মখোয়দা লিরিবা ব্রারীশিং

অদুদা জেক হিস্লোপ অমদি মফম অদুদা লেরিবা ভক্তশিং অদুনা থৌনা ফনা করম তৌরিবনো হায়বসি কনামতনা বাবাদা হঙবা ঙম্নরমদে। মরমদি অসিগুম্বা অঙকপা ৱারী কয়া অসি বাবানা কনাদসু শন্দোক্লা তাকপীখিদে অদুবু মদুদা হিংগৎলক্লিবা মী অদুদগী ৱারী ফাওবদি ঐখোয়না মশাদগী তাবা ফঙই।

য়াম্না নুংঙাইবা অঙকপা থৌদোক অমা জেক হিস্লোপতা থোকখি। ৱাল্টরগী থৌদোক অসি থোকখিবগী নোংঙানবা ডিসেম্বর তাং ২৬ তা অপ্লানে, হিস্লোপনে, বাবানে মখোয় অহুম ভক্ত অমগী ময়ুমদা চৎলম্মী। মফম অদুদগী মখোয় নিগারা সাঙ্গ সমিটি হায়বা নুপী ঙাক্তগী ওইবা মিটিং অমা চৎলম্মী। হায়রিবা মিটিং অদুদা বাবানা মনা পীদুনা ৱা ঙাংগদবনি। অপ্লাগা, মাগনা বাবাগা য়াম্না নকশিন্ননা প্লেটফোর্ম অদুগী মনাক্তা ফম্লম্মী। মদুদা ফম্বা মতমদা বাবানা ঙাংলিবা, তৌরিবা খুদিংমক মমিৎমক্লা তশেং তশেংনা উবা ঙম্লম্মী। বাবানা মনা-মথুমশিং অদু শেল্লম্মী অদুগা মীকুপ অমফাওবা নুংনাংবা য়াওদনা অরেপ্লা লৈতনা ফজরবা আধ্যাত্মিক্কী পাওতাক কয়া পীবিরম্মী। মীটিং অদুদগী মখোয় ভক্ত অমগী য়ুমদা চাক চাবা বাবাগা লোয়নননা অমুক চৎলম্মী।

*মখোয়না কার অদুদা হেক তোংখৎপগা বাবানা হায়রম্মী-মিষ্ট্রেস* কোৱেন *না ঐবু য়াম্না কন্না কৌরক্লম্মী, ঐনা খুদক অদুমক্তদা হোস্পিটালদা চৎলম্মী অদুগা দরকার ওইবশিং অদু তৌরম্মী। মিষ্টর কোৱনগী ফীভম অদু য়াম্না ফৎচিল্লুদ্রে।* প্লেটফোর্ম অদুদা অরেপ্লা লৈতনা ৱা ঙাংদুনা অদুক য়াম্না চিল্লিঙৈদুদা করম্বা সড়ক্তা বাবানা হোস্পিটালদা চত্তুনা দরকার ওইবা থবকশিং অদু করম্না তৌরুরিবনো। অঙকপনি অদুবু হিস্লোপ অমদি মিষ্টর অপ্লাগী মমিত্তদি বাবানা করিগুম্বা অমা খনবা লৈতনা, চিংনদনা মাগী পাওজেল অদু ফজনা লেপ্তুনা শরক শিদনা পীবিবা অদু উজরম্মী। অসিগুম্বা অঙকপা কয়া অসিবু করম্না শন্দোক্লা

তাক্কুনা হায়গদৌরিবনো? মখোয়না চাক চাবা চৎলিবা ভক্ত অদুগী ময়ুমদা য়ৌরকপা মতমদা বাবানা মখোয়রোমদা ওনশিল্লক্লম্মী অদুগা হায়বীরমই-*নখোয় অনীমক ঐগা লোয়ননা চাক চাবা য়াওমিন্নবা য়াররোই। বিভুতি খর অসি পুরো অদুগা হোস্পিটালদা থুনমক চৎলো অদুগা কোৱনগী ময়াদা খর ইনবীয়ু অরেম্বা খরনা মাগী মরাইবক অমসুং মথবাক্তা তৈশিনবীয়ু। নখোয়না কোর্নর অসিদা চৎলু, মিষ্ট্রেস হিস্লোপনা নখোয় অনীবু তেক্সি অমদা ঙায়দুনা লৈরমগনি। মহাক্না নখোয় অনিবু পুদুনা হোস্পিটালদা চৎকদৌরিবনি।*

তশেংবদি মসি ওইরম্মী মদুদি মিষ্ট্রেস হিস্লোপনা বাবাবু তেক্সি অমা তোংদুনা তান্নরম্মী। অদুম ওইনমক বাবাগী গাড়ীদুনা মাগী তেক্সি অদুগা য়াম্না লাপ্পরম্মী অদুগা মহাক্না তান্নবা অদু ফংলমদে। মাগী হোৎনজবা পূম্বা অরেম্বা তাখি। বাবানা পূম্নমক খঙবীরমই। মখোয়না বিভুতি অদু পুরগা হোস্পিটালদা চৎলম্মী মতম অদুদা মিষ্ট্রেস কোৱননা হায়রম্মী মাগী মপুরোইবগী ফীভম য়াম্না ফৎচিল্লুদ্রে, অদুদা মানা য়াম্না মখোল হৌনা বাবাবু কৌজরম্মী। হৌজিক্তি ৱাল্টরগী অনাবা খর ফগৎলকপগুম তৌরে। ৱাল্টরগী নুপীনা হায়রম্মী- *ঐনা বাবাবু কন্না কৌবা মতমদা বাবানা ঐগী ইনাক্তা লেপ্লগুম ঐঙোন্দা ফাওজরম্মী।* ৱাল্টরগী নুপীনা অসুম্না হায়রকপা অদুগা বাবানা হিস্লোপ অমদি অপ্লাদা কার মনুংদা ৱারী শান্নরকপা অদুগা চান্নরম্মী।

চয়োল অমরোমগী মতুংদা বাবাগা হিস্লোপকা প্রশান্তি নিলয়মদা ৱারী শান্নরম্মী মদুদা বাবানা অসুম্না হায়বীরমই-*ঙসিদি ঐনা ৱাল্টরগী নুপীদগী টেলিগ্রাম অমা ফংই মরোন্দি ৱাল্টরগী ফীভম য়াম্না ফৎচিল্লক্লে। ঐনা* টেলিগ্রাম অদুগী পাউখুম অদু অসুম্না পীখি-*ৱাল্টর কোৱন য়াম্না থুনমক হোস্পিটালদগী হল্লক্লগনি অদুগা বেঙ্গলোরদা থুনমক লাক্লগনি। মসি ঐগী সঙ্কল্পনি ঐগী অনিংবনি* তশেংনমক কোৱনগী নুপীগা ঐগা

তৌনরিবা টেলিগ্রাম অদু মপাঙ্খোংগী ওইবা মীনা উবা টেলিগ্রাম অদু নত্তে। টেলিগ্রাম অদু নখোয়না ঈশ্বরদা নিজবা হায়জবা অদুদি। ৱারী অদুদা বাবানা মঙোন্দা হায়বীরমই। মিষ্টর কোৱন অহুম্লক শিরুরবনি। ঐনা মাবু অহুম্লক শিবদগী হিংগৎহল্লবনি।

*জেক হিম্লোপনা হায়রম্মী-কোৱন অমসুং নহাক (মিষ্ট্রেস কোৱন) বেঙ্গলোরদা য়ৌরক্লমই অমসুং নবানিনা ঐহাক অমসুং ঐহাক্কী নুপী প্রশান্তি নিলয়মদগী হল্লকপা অদু ঙাইদুনা ৱেষ্ট্রন হোতেলদা লৈরম্মী। ঐখোয়গী মিত্তদি কোৱন অদু মশা য়াম্না ফনা উরমই। মথংগী অয়ুক্তা ঐখোয়দা বাবানা কোৱনগী মওং মতৌ অদু তম্লমই। অদুনা মহাক্না তুমিন্না ঐঙোন্দা হায়রমই মদুদি মহাক মিষ্ট্রস কোৱনগী মনাক্তা ঐহাক্তা লোয়ননা চৎকনি, মরম অদুনা ঐগী নুপীবুনা তেক্সি অমদা হান্না থাদোকখ্রো।*

বাবানা কোৱনবু য়েংবা লাকপীরমই। অদুদগী বাবানা কোৱনগী নুপীদা অসুম্না হায়বীরমই-*মিষ্টর কোৱন য়াম্না কল্লে মহাক্না মাইল ১৫ গাড়ী থৌরগা হৱাইত ফিল্ডদা অয়ুক খুদিংগী লাকপা ঙম্লে অদুগা মহাক্না মহাক্কী হোটেলদা নুমিৎয়ুংবা মতুংদা নুমিৎ খুদিংগী হনখিদুনা পোত্থাবা ঙমজরম্মী।* ডাক্তর জ্ঞানশ্বরনা মখোয়গী ঙাইহাক লৈতনা চেক তৌনবা ডাক্তরনি। ডাক্তর অদুনা হায়-ঐহাক য়াম্না লাইবক ফরবনি মরমদি বাবানা কোৱনগী কাদা ঙহাক লৈতনা চঙলক্লগা দর্শন পীবিরবদা ঐহাকসু ঐগী নুপীসু বাবাগী দর্শন তোয়না হোস্পিটালদা ফংবা ঙমজরে। মতম খর লৈরগা বাবানা মি: কোৱন অমদি মাগী নুপী ইলসি কোৱনবু বেদিক মেরিএজ তৌবিখি মদুদা ডাক্তর অদুসু য়াওবা ফংজখি। ডাঃ জ্ঞানশ্বরনা ৱালটর কোৱনগী মেদিকেল হিষ্টরি পূম্নমক য়াম্না চেকশিন্না য়েংলম্মী। হায়রিবা তেষ্টশিং অসিদগী শাথিবা ডাইবেতিকচ মতম শাংনা লৈখিবা অমদি অতোপ্পা শাথিবা লায়না কয়াবুসু খঙলম্মী। অদুবু মহাক্না বেঙ্গলোরগী কোৱনগী ডাক্তর অমা ওইনা অমেরিকাগী ডাক্তরশিংনা পীরক্লিবা অনাবগী ৱারী অমদি

লেবোরেটরি তেষ্ট কয়াগী ফলশিং অদু য়েংলবা মতুংদা অমুক হন্না মাগী লেবোরেটরিদা তেষ্ট তৌরম্মী। মদুদা খ্বাইদগী ঙকপদি মহাক্কী ডাইবেতিষ্টকী লাইওং অদু পুম্মাঙ মাঙখ্রে অদুগা অতোপ্পা লায়নাশিং অদুগী তেষ্ট তৌবদসু করিমতা ফাওবা লৈত্রে। ডাঃ অদুনা হায়রম্মী বাবাগী ঈশ্বরগী ওইবা শক্তিনা লায়না পূম্নমক লোয়নমক মাঙহনখ্রে, ঈশ্বরখক্তনা অসিগুম্বা থবক অসি তৌবা ঙম্মী।

ব্রাল্টর অমুক হিংলক্লে, লায়না অমত্তা য়াওদ্রে ঈশ্বরগী ওইবা শক্তিনা শ্রীসত্য সাঈ বাবানা লায়না পূম্নমক কোকহনবীখ্রে। ব্রাল্টরগী লায়না কয়া অদু মানা শিবদা লোয়না শিখ্রে, লায়নাশিং অদু অমুক হন্না পোল্লক্রে অদুবু ব্রাল্টর মশার্মাক্ত লায়নাশিং য়াওদনা অমুক হন্না পোল্লক্লে। মসিবু মীনা খঙবা ঙমদবা খ্বাইদগী ঙকপা থৌদোক অমা নত্তবরা? তশেংনমক ব্রাল্টরগী মশাদি শিব নাইদবা ওইরে। অদুবু মহাক্না হেন্না চোকথবা মতমদা কা হেন্না চাবদগী অৱাবা অমদি ওই মরমদি মাগী অমুক হিংগৎলক্লিবা মশা অদুদি অহল ওইরবা হকচাংনি অদুম ওইনমক য়াম্না অঙকপা অমদি তশেংনমক থোকখ্রে।

ব্রাল্টর অমুক হিংগৎলক্লে, মঙোন্দা লায়না অমত্তা লৈত্রে, পূম্নমক সত্য সাঈ বাবাগী দয়া কৃপানি। ব্রাল্টরগী পুক্লিংগী শক্তিসু হোংদোকখ্রে, ব্রাল্টর অসি সংসারগী অৱা অনা কয়াগী মকোকনি। মঙোন্দা করিগুম্বা অৱাবা, লাইবক থীবা, খুদোংথিবা, অকিবা খরদি থোক্লগনি খনবদা মাগী ব্রাখল অদু পোত্থাফম খঙদনা ব্রাদুনতা লৈরম্মী। হিম্লোপনা হায় হৌজিক্তি নখোয় অনী হায়বদি ব্রাল্টর অমদি মাগী নুপী অনীমক ব্রানিংঙাই লৈত্রে মরমদি ব্রাল্টরদি য়াম্না ইং তপ্পা, অৱাবা য়াওদবা, শিগনি হায়বগী অকিবা লৈতবা অমদি করিগুম্বা অৱাবা থৌদোক খর থোক্কনি হায়বগী মিপাইবা য়াওদবা পুন্সি হায়বদু ওইরে।

ৱাল্টরগী হকচাং অমদি ঐখোয়না উবা ফংলে অদুবু মাগী পুক্নিংগী ৱাখলদি করি ওইবা য়াবগে?

ৱাল্টরনা হায়-হকথেংননা খঙজরুবা, থেংনজরুবা কয়ানা মাগী পুক্নিংবু পুরা হোংদোকহনখ্রে। মাদ্রাজগী হোস্পিটালদা শিদুনা তাদুনা লৈরিবা হকচাংনদি শিরবা অদুগা জ্ঞান্দি মমি শামি খজিক্তং লৈরিবা মতম অদুদা ঐগী ফমুংগী নাকন্দা ফমদুনা লৈরল্লিবা অদুগী মরমদা য়াম্না ঙকপা হকথেংননা য়েংনখিবা থৌদোক অদুগী মরমদা ময়ামদা পাউদমজগে। ঐনা শিরবদা ঐনা ঐগী হকচাং পোলাং অসি থাদোক্লম্লে মতম অদুদা বাবানা মাগী ফমুং নাকন্দা ফমদুনা লৈ। বাবাগা মখোয় অনী হায়বদি মাগী থৱায় হায়গদ্রা, আত্মা হায়গদ্রা অদুগা লোয়ননা করিগুম্বা অরাপ্পা মফম অমদা চৎলম্মী। মদু লো কোর্ট ওইনা তৌই মফম অদুদা তোঙান-তোঙানবা মী খরসু ফমই অদুগা প্রিসাইদিং চেয়ারমেন অদুনা ময়াইদা ফমই। হায়রিবা চেয়ারমেন অসি য়াম্না থৌজাল হৈবা, মবুক-মপাউ য়াম্না ফবা খোঞ্জেল য়াম্না ঈংনা, থোৎনা নৌনা ৱা ঙাংবা অফবা মীওই মাল্লি। মহাক্না ৱাল্টর কোৱনগা মরি লৈনবা হায়বদি মাগী মরমদা ইরিবা রেজিষ্টর অদু নুপা অমদা পুথোকহল্লম্মী অদুগা মাগী রেকোর্ডশিং অদু ফাকতোক্লম্মী অদুগা মখোয়গী মতম মতমগী ওইনা ইহৌরিবা তোঙান-তোঙানবা লোন্দা পাথোক্লম্মী। অহানবদদি তোঙান-তোঙানবা লোনশিং অদু মহাক খঙলমদে অদুনা পাথোক্লিবা লোনশিং অদু বাবানা অর্থ হন্দোক্লম্মী অদুদগীদি ঙাংলিবা অদু মাগী মরমদা হায়রিবনি হায়বসি মানা খঙজরমই। ৱাল্টর মশামক্না মাগী ৱারীশিং অদু তারগা মহাক ঙকপনা খম থেংলম্মী মরমদি মাগী মপোক কয়াদা মহাক্না নিংথৌরেল ওইনা স্পিরিচ্যুয়েল লিডর ওইনা অদুগা মীওই কয়াগী ফননবগীদমক্তা কথোকপা কয়া ওইনা লৈরম্মী। মাগী হৌখিবা মপোক কয়াগী পুন্সি ৱারী কয়া অদু পাথোকপা লোয়রবা মতুংদা বাবানা চেয়ারমেন অদুদা

হায়রম্মী “ৱাল্টরগী পুন্সিদা অফবা থবক খর তৌগদবা ৱাংলি অদুনা বাবাগী কেয়ারদা ৱাল্টরবু অমুক হন্না হিংগৎহন্দবা য়াদে।”

থেংনজরুবা কয়া অসিনা ৱাল্টরনা য়াম্না শান্তি ওইবগী ৱাখল লাক্লম্মী অদুগা মানা খঙজরম্মী মদুদি মানা তৌজখিবা অফবা থবক কয়া অদু মাঙদনা লৈবা অসিগুম্বা থবক কয়া অসি মাগী ঙাইহাক্কী ওইবা হকচাং পোলাংগা মরি লৈনদে। অদুনা মহাক হৌজিক শিবগী অকিবা লৈত্রবা অদুনা য়াম্না শান্তি ওইনা লৈরে। ৱাল্টরনা লীরিবা ৱারী কয়া অসি তারগা জেক হিস্লোপনা বাবাদা হঙজরম্মী ৱাল্টরনা থেংনরুরিবশিং অসিবু অচুম্বা অশেংবা ঙাক্তরা? মদুদা বাবানা পাউখুম পীরক্লম্মী- *মানা থেংনরুরিবশিং অদু অশেংবা ঙাক্তনি, ওইদবা অমত্তা য়াওদে। মদু পূন্নমক ৱাল্টর কোৱান্দা থোকখিবা অশেংবা ঙাক্তনি অদুগা ঐহাক ইশানা মদুগী দিরেকসন অমসুং অশেংবা অদু ওইহল্লিবনি। মদুদা হিস্লোপনা বাবাদা হঙজরম্মী অসিগুম্বা ইক্সপিরিয়েন্সশিং* অসি শিরবা মী খুদিংমক্তা চপ মান্নবা থোকপ্রা নত্রগা খর অমদনা থোক্তবরা?

মতৌ অসুম্না ৱাল্টরদা মাগী ময়ামগা মান্নদবা তোপতোপ্পা ইক্সপিরিয়েন্স খর ১৯৭১ দিসেম্বর অমসুং জানুৱারী, ১৯৭২দা থোকখি। অদুনা ইলসি কোৱন অমসুং ৱান্টর কোৱন অনীমক্না শ্রী সত্য সাঈ বাবাগী ঈশ্বরগী ওইবা থৌজাল অসি খঙজখি।

**ৱান্টর কোৱননা হিংগৎলকপগী ৱারীঃ**

ঐনা ভারত্তা থুংলবা মতুংদা নুমিৎ নীনিগী মতুংদা মাদ্রাজগী কোনেমারা হোটেলদা লৈরম্মী। মফম অদুদা ঐহাক নিউমোনিয়ানা নাবদগী ফমুংদগী হেন্দোক্তনা লৈরম্মী। ঐহাক স্বর মপী হোনবা হৌরক্লম্মী। ইখঙ খঙহৌদনা ঐগী হকচাংগা থৱায়গা শোক্লবা লান অদু লোয়দুনা ঐহাক শিরম্মী।

ঐহাক ইশামক য়াম্না অঈংবা অমদি হায়নিংঙাই লৈতনা শান্তি ওইবা মওংদা লৈরম্মী, মতম অদুদা জগৎকী মবুংঙো ভগৱান সত্য সাঈ বাবানা ঐগী ফমুংগী নাকন্দা ফমদুনা লৈরম্মী। ঐগী ইশাদা খোইরাংবা, নুংনাংবা অমদি অকিবা ফাওরমদে তৌইগুমবসুং য়াম্না নুংঙাইবা শান্তি ওইবা অমা ফাওরম্মী মরমদি ঐহাক শিরগনি হায়বগী অকিবা পূম্নমক ইশাদগী মাঙখিরম্মী।

বাবানা ঐবু য়াম্না চাওবা হোল অমদা পুবীরম্মী মফম অদুদা মী কয়া থবক তৌদুনা, খরনা ফি শাদুনা খরনা য়াম অমদি চেংনচিংবা তক্কুনা মাগী মাগী মথৌদাং পূক্লিং চঙনা তৌনদুনা লৈরম্মী। হায়রিবা হোল অসিদা ঐগী পুন্সিগী রেকোর্ড ময়াম অদু থল্লম্মী। বাবাগা ঐগনা কোর্ট ওফ জষ্টিস অদুগী মমাংদা লেপ্লম্মী। মখোয়গী ইন চার্জ অদুনা বাবাবু মশক য়াম্না মুন্না খঙলম্মী। বাবানা ঐগী পুন্সিগী রেকোর্ডশিং অদুগী মরমদা হঙলম্মী। মহাক অসি য়াম্না ফবা, থৌজাল হৈবা মীওইনি হায়না ঐনা খল্লি অদুনা মানা লেপ্লকপা ৱারেপ খুদিংমক ঐগী থৱায়গীদমক্তা খ্বায়দগী অফবা ওইগনি।

রেকোর্ডশিং অদু মকোন মকোন কোনশিল্লগা মরেংবান্দা থোঙ্গৎতুনা নুপা অমনা হোল অদুদা পুরক্লম্মী। পূম্নমক তোঙান-তোঙানবা লোন্দা ইরম্মী। মখোয়না রেকোর্ডশিং অদু মথং-মথং পাথরকপা মতমদা বাবানা তোঙান-তোঙানবা লোনশিং অদুগী অর্থ হন্দোক্লম্মী। অহানবদা মখোয়না হায়রকপা দেশশিং হায়বদি চহি লিশিং কয়া কয়াগী মমাংদা লৈরম্বা কয়াশিং অদুগী মমিং ঐহাক নীংশিংবা থোক্লমদে। অদুবু মখোয়না নিংথৌ দেভিদনা পানবগী মতম য়ৌরকপদদি ঐহাক ভাব খর খর তারক্লম্মী অদুগা হরাও তুজুংনা নুংঙাইবসু পোক্লম্মী। ঐগী হৌখিবা মপোক খুদিংমক ঐহাক অসি কয়াদা, অচৌবা মী ওইরিল্লবনো খনবদা ঐহাক ইশা ফাওবা থাজজরমদে। মখোয়না ঐগী

হৌখিবা মপোক কয়াগী পুন্সিগী ৱারী কয়া পাথোরকপা মতমদা ঐনা খ্বাইদগী অফবা মী অমা ওইনা ঈশ্বরবু য়াম্না নীংজরকপা, শান্তি য়াম্না ওইনা পুন্সি লেঞ্জরকপা মীওই অমা ওইরম্মী। ঐনা মমিং খুদিংমক্তি নীংশিংবা ঙমদ্রে অদুবু পৃথিবী হেক হৌরকপদগী ঐগী মিং অসি মালেমগী ইতিহাসতা য়াওরম্মী। ঐনা তোঙান-তোঙানবা লৈবাক কয়াদা শান্তি অমদি ঈশ্বরগী থৌরম কয়া পাঙথোকপদা শরুক য়াজরম্মী।

পূং অনীগী মতুংদদি ঐগী রেকোর্ডকী মকোন অদু পাবা লোইশিল্লম্মী। অদুদগী ভগবান বাবানা হায়রম্মী মদুদি মানা সংসার অসিদা পোল্লক্লগা তৌগদবা মথৌ কয়া ৱাৎলি অদুনা মানা তৌগদবা অফবা ধর্ম্মগী থবক কয়া অদু মপূং ফানা পাঙথোকপা লোইদ্রিফাওবা মাগী থৱায় অসি পুদুনা চৎলগা মাগী হকচাংদা অমুক হন্না বাবাগী থৌজালনা হাপচনবীগে হায়না জজ অদুদা হায়রম্মী। জজ অদুনসু বাবানা হায়বা অদু য়ারম্মী। ঐগী কেশ অদু লোয়শিল্লম্মী। বাবানা ঐগী থৱায়গা লোয়ননা মফম অদু থাদোক্তুনা পৃথিবীদা অমুক হল্লক্লম্মী। অদুক য়াম্না অঙকপা ফংনা নুংঙাইবা শান্তি ওইবা মফম অদু থাদোকপা ঐনা পাল্লমদে। অদু ওইরবসু বাবাগী য়াথং মতুংইন্না ঐবু সংসারদা তৌহনগে হায়রিবা ঐগী মিসন অদু মপূং ফানা লোয়শিল্লগা ঐগী আত্মানা বাবাদা তিনজগে হায়না খল্লি।

ঐনা ঐগী ৱারী অসিমক ঐগী নুপী এলসি দা খুদক্তা লীরম্মী অদুগা এলসিনা ৱারী কয়া অদু রেকোর্ড তৌদুনা থল্লম্মী। ঐনা ৱারী অসিমক বাবাদসু লীজরম্মী মদুদা বাবানা ঐঙোন্দা হায়বীরম্মী নংনা থেংনখিবা খুদিংমক অচুম্বা ঙাক্তনি, ভাবনা শাবা ৱারী অমত্তা নত্তে। অদুনা ঐগী পুন্সি অসি ভগবান বাবাদা পূম্নমক কখোকচরে। ঐনা হৌজিক হিংজরিবা অসি বাবাগী কৃপাননি অদুনা ঐগী পূম্নমক ভগবান্দা শিন্নজরে। ❑

# থবক্তগী পোত্থারবা সর্জন্না ফোঙদোকপা ব্রাহৈ খর

## ডা: ঐচ: এস: ভত্ত

ডাঃ ঐইচঃ এস: ভত্ত সিঃ এমঃ সিঃ ভেলোর হোস্পিটালদা মখল কয়াগী ত্রেনিং ফংলক্লবা অদুগা সেন্ট ফিলোমিনাস হোস্পিটাল বেঙ্গলরদা চহি তরা হেন্না থবক তৌরক্লবা মতুংদা বাবাগী চরন্দা চঙজখ্রবা অদুগুম্বা ময়াম্না শক খঙবিরবা অফাওবা ডাক্তর অমনি। হৌজিক হৌজিক পুত্তপার্তিগী সুপর স্পেসোলিটি হোস্পিটলদা ইউরো নেফ্রোলোজি ডিপার্টমেন্টকী চিয়ারমেন ওইনা পুরিবা ডাক্তরনি। ডাঃ ভত্তগী ব্বারী ময়ামগা পামিন্নরসি।

ঐনা ওসি ইথোক্তুনা ফোঙদোকচরিবা ব্বাহৈশিং অসি খুরুমজবা অমদি নোল্লুকচবগা লোয়ননা ভগবান সত্য সাঈ বাবাগী চরন্দা কচ্চরি। ঐনা হৌখিবা চহি ৫০ অসিদা তৌখিবা ওপরেসন, লেনখিবশিংবু উহন্দনা অমসুং খঙহন্দনা স্বামীনা ফহনবিখি। অদুগা হৌজিক্তি চাওরবা সুপর স্পেসিয়েলিটি হোস্পিটাল অমা শাগৎপীদুনা ঐবু অশোকপা অনাবশিং অদুবু লায়ংনবগী লাইবক ফরবা খুদোংচাবা তাঞ্জা অদু পীনবিরি। বাবাগী হোস্পিটালদি মতমগা চুনরবা অনৌবা হিদাক

লাংথক অমদি সর্জরিগী খুৎলাই কয়া শিজিন্নদুনা অনা অয়েক অশোক অপন কয়াবু লেম্মা লায়েংনবগী তাঞ্জা অদু মীপুম খুদিংদা ফংহনবীরি।

"সর্জনশিংনা লেল্লি অদুগা ঈশ্বরনা ফহল্লি" হায়না ফ্রেন্স আরসিগী সর্জন এমব্রোস পেরিনা হায়রম্মী। করিগুম্বা মতমদসু অশোকপা অমসুং ওপরেশনগী লেনফম অসি ঐখোয়না চেকশিনবা ৱাংপা, মহিক মনাই চঙবা অমসুং অনাবা অদুগী মশাদু কয়া ফত্ত্রবসু অশোকপা অদুদি অদুম ফরকপা য়াওই। থৌদোক খরদি ঙসিগী চাওখৎলবা সাইন্সনা নত্ত্রগা সর্জন অদুগী হৈশিংবনা নত্রগা চেকশিন্দবনা ওইগনি হায়না তাকপা য়াদে।

হৌজিক্কী চাওখৎলবা মতমগী থিজিন হুমজিনবগী থবক অসি খুমাং চাওশিল্লকপগা লোয়ননা অনাবগী লাইওং কয়াবু খঙদোকপদা অহোংবা পুরকপা ঙমদ্রি। ৱাহে অমরোমদা হায়রগা অনাবনা ফরকপা অমদি হান্নগী ফীভমদা লাকপা হায়বসি অনাবা মী অদুগী মথৌনি। করিগুম্বা মতমদা হিংবগী আশা লৈত্রবা অমদি ফরক্কনি হায়না থাজদ্রবা অনাবা কয়া থুনা ফরকপা য়াওই অদুগা করিগুম্বা মতমদনা করিসু তৌরোয় হায়না খনবা অনাবা অদুনা ওপরেসন তৌরুবগী মাইখুম অমদি তুপি লৌথোকপা লোয়দ্রিঙৈদা শিবা য়াওই।

হৌজিক্কী মতমদা অফবা খুজু খুলাই কয়া লৈরবসু ওপরেসন তৌবা অসি দাও য়েংবগী মওং অমদা অদুম লৈরি। মরম অদুনা ওপরেসনগী ফিট ওইরে হায়না লৌবা অসিমক ফাওবা মপূং ফাদ্রি। খুদক্তা থিংহৌগদবা নত্রগা ফনবা হোৎনহৌদ্রবদি অনাবা অদু শিবা য়াবা ইমর্জেন্সি ওপরেসন অহুমখক লৈ। মখোয় অদুদি নুংশিৎ উতোং ফুনবা, করিগুম্বা মচিন তুম্বা পোৎ অমনা থিনখিবদগী থবাক্তা নুংশিৎ চঙবা অমসুং মপান্দা নত্রগা মনুংদা ঈ থোকপা হায়রিবশিং অসি খুদক্তা থিংহৌদ্রবদি অনাবা অদু শিবা য়াই। অতৈ সর্জিকেল প্রোসিদুর মখেদি

ইমর্জেন্সি নৎত্রবসু য়াই। অদুনা অতৈ লায়নাদি মতম চঙনা থিজিল্লগা লায়না অদু হান্না খঙদোক্কদবনি। অদুবু মরম লৈতনা ইনভেষ্টিগেসন পংতৌ তৌদুনা ইনভেষ্টিগেসনশিং অদুনা অহেনবা লায়না অমা ওইহল্লোইদবনি।

ঐগী পুন্সিদা দাও য়াদবা হায়ববু ঐহাক্না মুস্লিম অমদা উনশাগী মনুংদা ইঞ্চি মখায়মুক অহোবা মচা অমখক্তং লাইয়েংউবদনি। হোস্পিটাল অতৈদা তৌবগুম্না মফম মচা অদুখক্তং শিথনবা হিদাক অদু চাংয়েং তৌরবা মতুংদা কাপখিবনি। ওপরেসন অদুদি মিনিট অনীমুক্তং চঙখি অদুবু ওপরেসন লোয়রবা মতুং ইকান কান্দনা সেকেণ্ড খরগী মতুংদা মহাক শিখি। মসিনা তাকপদি ওপরেসন তৌরোইদবনি। ঐনা খঙবদা সেনিয়র গাইনোকোলোজিস অমনা মহাক্কী মচানুপীদগী ওভারিয়ান সিষ্ট অমা জেনেরেল এনেষ্ঠোসিয়া পীরগা লৌথোকপদা শিখি। মদুনা মরম ওইদুনা মহাক ঙাওখি। অমদি মহাক্কী ময়ানুপা অদুনা মহাকপু থাদোক্লমখি। অদুনা মী খুদিংমক্না ওপরেসন তৌবদা মচা ওইরবসু চেকশিনগদবনি।

অদুগা অমরোমদা ঈশ্বরনা শোয়গনু হায়না তল্লবদি চেকশিনবা কয়া য়াওদ্রবসু শোয়বা লৈতে। ঐহাক ইশামক্কী ইক্সপিরিয়েন্সতা ঐনা য়াম্না চাওবা ওপরেসন অমা য়াম্না কন্না নারবা মী অমদা তৌখিরম্মী। ওপরেসন তৌরিঙৈ মনুংদা অতোপ্পা মীওই খর চঙলক্লগা ওপরেসন কা অদুদা চঙশিল্লক্লগা মখোয়গী লৈখোম লৈনাং তৈরবা খোংউপশিং লৌথোক্লম্মী। ঈশিং চোৎলবা ছাটিনশিং থুপচিল্লম্মী ওপরেসন অদুদা মহিক চঙগনি খনবদা ঐহাক থব্বায় য়াম্না নুংঙাইখিদে অদুবু অনাবা অদু করিসু তৌদনা ফগৎলকখি। অসিগুম্বা থৌদোকশিং অসিনা অহল ওইরবা সর্জনশিং অমসুং মখোয়গী অকোয়বদা লৈরিবা মীশিংনা মখোয়গী

অকোযবদা করিনো হায়বা মুন্না খঙদ্রিবা অমসুং কন্ট্রোল তৌবা ঙমদবা শক্তি অমা লৈ হায়না খঙলম্মী।

ঐনসু হৌজিক থাজরে অসিগুম্বা শক্তি অসি মীয়াম্না কৌনিংবা কৌববসু মসি ঈশ্বরনি হায়না খল্লে। অসিগুম্বা ঈশ্বর হায়বসিনা ডাক্তরশিংনা অনাববু ফহল্লকপদা লমজিংবীরি। অদুনা সর্জন অমনা এনেষ্থোসিয়া পীদ্রিঙৈদা ঈশ্বরবু ঙাইহাক প্রেয়র তৌজবা অসি য়াম্না ফবা প্রেক্তিসনি। লাই খুরুমজবসি লম্বী তঙ্খাই অমখক্তনি। ওপরেসন হায়বসি তু রে ট্রাফ্রিকনি। সর্জন অমনা অসিগুম্বা থৌওং অসি হাপ্তা অমমুক লেপ্তুনা তৌরক্লবদি মঙোন্দা ঈং তপ্পা থবক তৌবা ঙম্বগী শক্তি থৌনা অমা মতোমতা পোকচবক্কনি। অসিগুম্বা থৌওংশিং অসি ভারত অমদি মপান লমগী সর্জনশিংনা তৌনরিবা থৌওং অমনি। অদুনা ওপরেসন অমা তৌবা মতমদা ওপরেসন তৌগদৌরিবা অনাবা, শিথহল্লিবা ডাক্তর অমসুং সর্জন অদুমক মশা মশানা তোঙান তোঙান্না প্রার্থনা তৌনে মখোয় ময়ামশিং অসিনা পুনশিন্না প্রার্থনা তৌমিন্নবা কান দদা থকশি-খাসি অমদি চিংলেম্বা পুরকপা ঙমই। থাজবনা লেঙদ্রবা উপালনি। থাজবনা লেঙদ্রবা চীংজাও ফাওবা লেঙহনবা ঙমই। থাজবসি লৈরমদ্রবদি হিংবগী আশা উদ্রবা অনাবশিং অসি করম্না হিংগনি। ঈশিংদা ঈরাক্লরবা মী অমনা মনাক্তা লৈরম্বা নাপী মকা অমা ফাওবা চেৎনা পায়দুনা হিংনবগী উপায় থিরকই। তান চানরুবা নত্রগা ঈশ্বরগী থৌজান্দগী নাপী মকা অদুনা মহাক্কী মপুক্সি অদু কনবীনবা পাম্বে অমা ওইনরিবনি। তশেংনমক তান চান্নরুদুনা থোক্লকপা অঙকপা থৌদোকশিং অসি ঈশ্বরগী থৌজাল ঙাক্তনি।

হৌজিক্কী মতমদা অনাবা লায়েংবা হায়বসি পৈশা য়াম্না চঙলে। মসি পুবা থাংবা ঙমদবা অৱাবা পোৎলুম অমা ওইরে। গভর্মেন্টনা মতেং খরমখৈ পাংলবসু লৈদবা য়াদবা মমল তাঙলবা হিদাক্লচিংবা লৈবদসু

পৈশা য়াম্না চঙই। ইনভেস্তিগেসন তৌননবা তাঙলবা খুৎলাইশিং লৈতবদগী হৌজিকালগী অরুবা অনাবা লাইয়েংবা ঙমদবা কয়া য়াওদবা নত্তে। ওপরেসন তৌনবগী দিস্পোজেবল ওইবা খুৎশু-খুৎলাইশিং অসি পৈশা য়াম্না চঙই। অহোঙবা মমলদা মীওইবদা দরকার ওইবা হিদাক ফংহনবা অসি চেদা লৈবা ওইনা তৌরে। মী অমনা মশা হিংবদা চঙদবা য়াদ্রবা অফবা ঈশিং, অফবা চিঙ্গাক লায়না কয়াদগী ঙাকথোক্লবগীদমক্তা তিকা থাদোকপা, প্রাইমারি স্কুলদা লাইরিক তমহনবা, লৈফমনচিংবা (লৈনবা য়ুম) শেম শাবা হায়বসি গভর্মেন্টনা পুক্লিং চিংশিনবা ৱাৎলি।

হেল্থ প্রোজেক্ত কয়া পায়খত্তুনা খুদোং চাদ্রবা লাইরবা কয়াদা মশা মউ ফনবা লেম্না লাইয়েংবা হোস্পিটাল কয়া শাবীদুনা থক্লবা অফবা ঈশিং মরাঙ কায়না ফংহনবা কয়া অসি যাম্না লেমজনিংঙাইনি।

ভগবান সত্য সাঈ বাবাগী মীয়েং মখাদা লিংখৎলিবা শ্রী সত্য সাঈ ইন্সস্তিতুত ওফ হায়র মেডিকেল সাইন্স হায়র লার্নিং স্কুল অঙাংশিংগী স্কুল, কলেজ লিংখৎলিবা, অফবা থক্লবা ঈশিংগী প্রোজেক্ত কয়া লিংখৎলিবা অসি য়াম্না চাওথোকচনিংঙাইনি। অসিগুম্বা থবকশিং অসি ভারত সরকারনা অমদি লন্নাই মীওই কয়ানা তৌবা ঙম্লরোইদবা থবক ঙাক্তনি। অসিগুম্বা মীনা তৌবা ঙমদ্রবা থবক কয়া তৌরিবা অমদি পৃথিবীগী লৈবাক ১৫৬ রোমদগী মিৎয়েং চীংশিল্লিবা অসি ঈশ্বরগী ওইবা শক্তি অমা ভগবান বাবাদা লৈবদগীনি।

ঐনা হায়জরিবশিং অসি ময়াম্নদি হায়জিনবা ওইরবোই নীংগনি অদুবু মসি অমুক্তং মীয়াম্না পুত্তপার্তিদা চৎপীয়ু অদুগা য়েংবীয়ু। লৈবাক কয়াদগী সেক্রেটরীদগী কেরানি, প্রোফেসার ডাক্তরদগী নর্স, আরমী ওফিসারদগী জ্ঞানী ফাওবদা লৈরিবা ময়ামশিং অসি চঙলকইবনি।

তর্কি, গ্রোএসিয়া, মোস্কো, ইরান, গ্রীস, ইতালি, ইউ:এস:এ ইউ:কে, অস্ত্রেলিয়া, কনাডা, খা-আফ্রিকাগী লম পূম্নমক্তগী ভক্ত কয়া

কয়া পুত্তপার্তিদা পূল্লরি। ইউরোপ তগী স্পেন অমসুং ফ্রান্স য়াওনা লমদমশিং অসিদগী ভক্ত নোংম-নোংমগী মশিং হেনগৎলক্লি। এসিয়াগী লৈবাকশিং হায়বদি জপান, কোরিয়া, চাইনা, হোং-কোং, ইন্দোনেসিয়া ভিএতনাম, ফিলিপাইন, মালেসিয়াদগী ভক্ত কয়ানা ঐখোয়গী ভারতকী ভক্তশিংদগী মশিং হন্থদনা পুত্তপার্তিদা পূল্লরি। বিজ্ঞান্না ফংবা ঙমদ্রবা ৱাহংশিং করিগী কমদৌনা শিংগী পাউখুম অসি আধ্যাত্মিক তনা অসিগুম্বা পাউখুম অসি ইরাই লায়না ভগবান বাবানা মীয়ামদা পীবিরি।

ভগবান বাবাদি সত্য, ধর্ম্ম, শান্তি, প্রেম, অহিংসাগী অচঙবা ইপিতোমনি। মহাক্কী লোয়বা নাইদ্রবা নুংশিবা অমদি মীনুংশিনা অমসুং মীওইবশিংবু চানবীবা, জাতি খুদিংগী মীওই খুদিংমকপু নুংঙাইহনবা অমদি পেলহনবীবা অমদি মাগী আধ্যাত্মিকসি ধর্ম্ম অমসুং লোনশিংনা অফা অপূন লৈতবা অদুগুম্বা মওংনি। মীনুংশি অমদি শান্তি পাম্বা মীওই কয়ানা পত্তপার্তিদা লাক্কুনা পূল্লরি। মহাক্না অনৌবা ধর্ম্ম অমত্তবু হৌদোক্কে। হান্না লৈজরম্বা ধর্ম্মবু মপূং ফানা খঙবদা অমদি মদুদা হায়রিবা কর্ম্মশিংদু পাঙথোকপদা মতেং পাংই। ঐখোয়না মহাকপু ঈশ্বরনি হায়বা মতমদা মহাক্কসু ঐখোয়বু ঈশ্বরনি হায় অদুবু ঐখোয়দি ঐখোয় ইশাসি ঈশ্বরনি হায়বা খঙজদবনিনা ঐখোয়না করিগুম্বা মতমদা লম্বী অসি নাথৈননা চত্তুনা ঐখোয় ইশাবু অমদি অতোপ্পবু নুংঙাইতবা থৌদোক কয়া থেংনহল্লি। মহাক্না ঐখোয়দা পীবিরিবা মঙাল অসি ঙালহনবা ঙালহন্দবা অসি ঐখোয় ইশাদা লৈরে।

ঐখোয়গী মেডিকেল প্রোফেসনগীদমক্তদি সাঈ বাবাগী হোস্পিটালশিং প্রোজেক্ত কয়া পায়খৎলিবা অসি চাওথোকচনিংঙাইনি। পুত্তপার্তি য়াম্না পীকখ্রবা খুঙ্গং অমা ওইরবসু এয়াপোর্ত ইউনিভর্সিটি,

প্লানেতোরিয়ম, ম্যুজিয়ম অমসুং ক্লাস কেজি দগী পিজি ফাওবা তম্নবা লেম্না মহৈতম্ফম শান্নখোৎনবগীদমক্তদি ফী লৌদে, এদমিসন ফি, মীং চনবগী চাংয়েং পরিক্ষা ফলগী মতুং ইন্না লৌই।

সুপর স্পেসিয়েলিতি হোস্পিটাল অসিদা ইউরোলোজি নেফ্রোলোজি কারডিওলোজী কারদিও থোরাজিকসজরিগী লৈরিবা খুদোংচাবা ময়াম অমসুং অনৌবা খুৎশু-খূৎলাই ময়াম অমা লৈবনা অতে হোস্পিটাল কয়াদা চহী ২৫ দগী হেন্না তান্নরকপদা ফংবা ঙমদ্রবা DNB গী রিকোগনিসন অদু চহী অহুমদা ফংই। মখল খুদিংগী লাইয়েংবশিং হায়বদি নেফ্রোলোজি কার্ডাইক সর্জরি কিদনি ত্রান্সপ্লান্ত মীৎকি ওপরেসন মখল খুদিংমক কোর্নিএল গ্রাফতিং তৌবা কয়া অসি লেম্ননি। অনাবগী খুদোংথিবগী মওং অদুগী মতুংইন্না এদমিসন তৌই। হোস্পিটালগী নিয়ম/চৎন-পাথপশিং অসি য়াম্না চেকশিন্না ইল্লি।

আধ্যাত্মিক্কী মশেক মঙাল, অঙকপা ফংনা নুংশিরবা মীনোক, মরুপ-মপাং ওইবগী নুংশিবা, চাংদম্ননিংঙাই লৈত্রবা মীনুংশিগী মীয়েং, তোপ-তোপ্পা নুংশিবগী মগুণ, হায়রিবা মগুণ কয়াশিং অসিগা লোয়ননা ভগবান সত্য সাঈ বাবানা ঈশ্বরনা মীওইবগী রূপ লৌবীদুনা,অবতার তৌবীদুনা ঙসিগী মালেম অসিদা খোঙদারক্লি। অসিগুম্বা মাগী থোইদোক হেন্দোক্লবা মতিক মগুণ কয়াশিং অসিনা পৃথিবীগী মফম কয়াদগী ভক্ত কয়ানা পুত্তপার্তিদা সত্য সাঈ বাবাগী দর্শনগীদমক পূল্লরিবনি।

পুত্তপার্তিদা অমুক্তং লেঙবীদুনা ভগবান বাবানা ঈশ্বরগী ওইবা নুংশিববু থবক্তা ওন্থোকপীরিবা কয়া অসি মীৎ পেন্না য়েংবীয়ু অদুগা মদুগীদমক্তদি ক্রিটিসাইজ কয়া তৌবীদুনা অরেম্বদা চৎলুবগী পৈশাদি মাঙহনবীগনু। করিগুম্না অফবা থবক খর তৌবদা ফৈ ফত্তে হায়না

ক্রিটিসাইজ তৌবা অসি প্রকৃতিগী নিয়মনি মদুদি য়াম্না নীংথিনা অহাওবা উহৈ পাল্লবা পান্বীদমক নূংনা থোন্মী অদুবু পান্বী অদুনদি করিসু খল্লুদনা লেপ্তুনা উহৈ পীবি।

ঐনা ঐগী ইশাগী ইক্সপিরিয়েন্স খর ময়ামগী মফমদা তমজগে। চর্চ অমগী পাষ্টর অমগী নুপী অমা ব্রেষ্ট কেন্সরনা নারম্মী। কেন্সরদুনা মনম য়াম্না নমথিনা চাথৎলম্মী, কন্না নাবনা তূম্বা য়ারমদে অমদি চাবা থকপা য়ারমদে। স্বামিনা মাগী অব্বাবা অদু মহাক উন্নদ্রবসু খঙলম্মী অদুনা মগী মচানুপীগী খূথাংদা অনাবা অদুদা তৈননবা বিভুতি পীবিরক্লম্মী। হাপ্তা খরগী মতুংদা অনাবা অদু অসুক্কী মতিক ফগৎলক্লম্মী অমসুং মাবু কেন্সর লাইয়েংলিবা ডাক্তরশিং অদু ঙক্লম্মী মদুদি মহাক্কী চাথৎপা মফমশিং অদুগী উনশাশিং অদু ফগৎলক্লম্মী। মহাক্কী অনাবা তূম্বা য়াদবা, চানিং থক্লিংবা পোক্তবশিং অদু হন্থরম্মী। খর লৈরগা মহাক্কী অনাবা অদু পুংফ ফখিরম্মী।

চহী ৬০ হেন্না বাবাগী ভক্ত ওইজরক্লবী মশাগী চহী ৮২ শুরবী নুপী অমা মাগী কিদনিদা কেন্সরনা নারম্মী। মদুদা ইউরেতর অমদি ব্লাদ্দর শোক্লম্মী। স্বামীনা নুপী অদুবু অসুক্কী মতিক নুংশিবীরম্মী মদুদি মহাক্কী পূং ৬ চঙনা তৌবা ওপরেসন অদু বাবানা মনাক্তা লেঙদনা লৈবীরম্মী। মহাক চহী ১২ অনাবা অমত্তা য়াওদনা হিংলম্মী।

চহী ৮৫ শুরবা আমেরিকান ভক্ত নুপা অমা মেটাল্লিক কেঠেটর (য়ুং হান্নবা পাইপ) হাপ্লদগী মাগী প্রোষ্টেত গ্লান শোক্তুনা ঈশিং মরি থিংবদগী মপাল থোকপা য়াদবদগী পূক্তা হুত্তুনা ঈশিং খাওদগী ঈশিং লৌথোকপগী থৌওং অমা চখরম্মী। হায়রিবা আমেরিকা ভক্ত অসি য়াম্না অফাওবা স্কোলর অমনি একাডেমিক ক্বালিফিকেসন য়াম্না লৈবা নুপা অমনি। মাগী ওপরেসন অদু ঈশিংগী মরি শেম্লনবগীদমক্তা অতোপ্পা সর্জন অমা কৌরম্মী। অহানবগী পাইপ থিংজিনফম অদু ঈ

য়াম্না থোক্লম্মী, নাই তারক্তুনা মশা শাগত্তুনা লাইহৌ কন্না হৌরম্মী। সর্জন অদুনা ওপরেসন তৌবগী অয়াবা অদু অনাবা অদুদগী লৌবা পাম্লম্মী। অদুবু অঙকপনি সর্জন অদুনা হঙবা খুদিংমক্কী পাউখুমদা "ঐনা ঐগী ইশা অসি বাবাদা শিন্নজখ্রে, ঐবু বাবানা য়েংশিনবীগনি, বাবানা অহিং নুংথিল চুপ্পা ঐগা লোয়ননা লৈগনি" হায়না মশানা থাজজবা পীজরম্মী। বাবানা সর্জনদু কৌরক্লম্মী অমসুং মথংগী নুমিত্তা ওপরেসন অদু তৌননবগীদমক হায়রম্মী। অদুগা বাবা মশামক ওপরেসন অদুদা য়াওগনি হায়রক্লম্মী। অদুমক তৌখ্রে। বাবানা মাগী মতেং পাংননবগীদমক থারক্লিবা গাইনোকোলোজিস অমসুং এনোস্থেসিস্ত অদুনা য়াম্না থব্রায় য়াওনা ওপরেসন তৌবা অদু য়াওরম্মী অদুগা অনাবা অদু জ্ঞান তারক্লম্মী। সর্জন অদুনা অনাবা অদুদা হঙবা খুদিংগী অনাবা অদুনা হায়রম্মী মদুদি "মতম পূম্নমক্তা অহিং নুংথিল নাইদনা বাবানা মাগী মনাক্তা লৈ" অদুবু তশেংবদি মতম অদুদদি বাবাদি পুত্তপার্তিদা লৈরম্মী। অসিগুম্বা থাজবা অসিনা লেঙদ্রবা চীংজাও ফাওবা লেঙবা ঙমহল্লি।

বাবাদা থাজবা মীওই অমনা মাগী অঙকপা লিথোক্লবা থৌদোক অমা অনীদি শোয়দনা লৈরমগনি মখোয়না লীরিবা অঙকপা থৌদোকশিংদু ঐদি থাজে মরমদি করিগুম্বা অমদা থাজবা অসিনা পোৎ খুদিংমক ওইথোকপা য়াই।

বাবাগী সুপর স্পেসিয়েলিতি হোস্পিটাল অসি থা মঙাখক্তদা শাখিবা অসিসু অঙকপা থৌদোক অমনি। ডিষ্ট্রিক্ট অমগী ব্রাটর সপ্লাই শেমখিবা অসিসু অঙকপা থৌদোক অমনি।

ঐনা ইজরিবশিং অসি বাবাগী চরন থম্বালদা খুরুমজবগা লোয়ননা লোয়শিঞ্জরগে, মঙোন্দগী ঐনা ভাব তাজরে মদুদি বাবানা হায়বীবা ব্রাহৈশিং হায়বদি ব্রার্ক ইজ ব্রোর্শিপ এন্দ দ্যুতি ইজ গোড মানা পীবিরম্লিবা

মোতো হায়বদি ব্রার্ক ইস ব্রোর্শিপ থবক তৌরিবা খুৎ অদুনা লাইশোল শোল্লিবা চীনবান অদুদগী শেংবা হেল্লি অদুনা পূং ১ অতোপ্পা মীওইবা অমগী মতেং পাংবনা চহি অমা লাই নীংবগা মান্নে।

ঐনা ওপরেসন তৌদ্রিঙৈ মমাংদা অনাবশিংদা ঈশ্বরবু নীংউ হায়। মসিগা লোয়ননা ঐসু প্রেয়র তৌই। অদুনা ঐনা ওপরেসন তৌদ্রিঙৈ মমাংদা খ্বাইদগী মরুওইবা চেকশিন থৌরাংদি অনাবা, এনেঠেসিস্ত, ওপরেসন অদু তৌগদৌরিবা ঐ ইশামক অসিনা মানা মানা পামজবা ঈশ্বরবু প্রেয়র তৌহনবা অসিনি। হায়রিবশিং অসিনা ওপরেসন তৌবদা শিবগী চাং য়াম্না হন্থহনগনি। ❑

# ঈশ্বরগী থৌজাল ইরিক

## (এস: বি: চব্রান)

এসঃ বিঃ চব্রান মশানা হায়জে মদুদি মহাক্না ভগবান বাবাগী দর্শন অসি মতম মতমগী ওইনা য়াম্না তোয়না ফংজে। স্বামীনা মহাকপু আশির্ব্বাদ কয়া পীবি অদুগা মাগী থবক খুদিংমক্তা লমজিংবী। মহাক্না স্বামীবু পামজরুবদি মহাক্না মেতেরিয়েলাইজ তৌবা পোৎশিং অদুনা নত্তে। স্বামীনা হায় মদুদি মশাগী ওইবা তোঙানবা ধর্ম্মবু ঙাক্না চৎকদবনি। মানা হায় ধর্ম্ম পূম্নমক্কী বেসিক ফিলোজোফিদি নুংশিবা হায়বসিনি, তুক্কচ্চববু নত্তে। মরম অসিননি পুত্তপার্তিদা ভজন শকপদা ধর্ম্ম খুদিংগী ঈশৈ য়াওরিবসি। ধর্ম্ম খুদিংমক্কী হরাও কুম্মৌবু ঈশ্বরগী লোন্দা য়াম্না নুংঙাইনা পাঙথোক্লিবসি মফম অসিখক্তদনি। স্বামীনা পীবিবা পাউতাক পাউজেল খুদিংমক্তা সত্য, ধর্ম্ম, শান্তি, প্রেম অমসুং অহিংসাগী নিয়মশিংদনা হেন্না খুম্নাং চাওশিল্লি।

<u>ঐগী নুপী অমসুং ঐঙোন্দা অনৌবা পুন্সি অমা পীবিবাঃ</u>

চব্রান্না হায়জে মাগী পুন্সিদা, মাগী ইমুং মনুং অমদি মশানা মশাবু থাজজবা অসি অসুম অসুম হেনগৎলকই। মহাক মশামক্না চিংনবা লৈতনা ময়ামদা ফোঙদোকচরি মদুদি মহাক্না ঙসি ওইরিবা পোজিসন,

ষ্টেতস কয়া অসি ভগবান বাবাগী আশির্ব্বাদননি। স্বামীনা মতম পূম্ন মক্তা মাবু অমদি মাগী ইমুং মনুংগী মীশিংবু চানবীদুনা, আশির্ব্বাদ পীবিদুনা মতম পূম্নমক্তা লৈ। মহাক্কী অমত্তা ঙাইজরবা ৱাখলদি মানা ঙসি ফংজরিবা থৌজাল অসি পুন্সি চূপ্পা বাবাদগী ফংজবা হায়বসিনি।

নোংমদি মাগী নুপী অসি থম্মোয়গী লায়নানা নারকপদগী মুম্বাই হোস্পিটালদা লৈরম্মী। মহাক ওপন হার্ট সর্জরি তৌদ্রবদি সুকয়া য়াদবা তাঞ্জা অমা লাকখি। মানা বাবাগী আশ্রমগী মীওইশিংগা তান্নজরম্মী অদুগা বাবাগী আশির্ব্বাদ নিজরম্মী। ভগবান্না য়াম্না থুনা পাউখুম পীবিরকই “মদু করিসু খল্লুগনু মাইনর ওপরেসন্নি”। ওপরেশন তৌগদৌরিবা ডাক্তর অদুনা হায়রম্মী, “ঈশ্বরগী মতেংতনা ওপরেশন অসি মায় পাক্কনি হায়বদি ঈশ্বর কন্না নীংউ, মহাক নত্তনা উপায় লৈতে।” ওপরেশন তৌরিঙৈদা মাগী নুপীগী মনাক্তা বাবানা মতম পূম্নমক্তা লেপ্পুনা লৈ হায়দুনা মাগী নুপীনা হায়জরম্মী। ডাক্তরশিং অদু মথৱায় য়াম্না ৱানরম্মী অদুবু ভগবানগী থৌজালনা মাগী নুপীগী অনৌবা পুন্সি অমা ফংজরম্মী। মসি ভগবান মশামক্রসু মখোয়দা হায়বী।

চৱানসু থা তরুক্কী মনুংদা দিহাইদ্রেসন্না এতেক মরিরক তৌরম্মী। মহাক্কী লায়হৌ অসি ১০৬ °F য়ৌদুনা মহাক জ্ঞান মাঙলম্মী। অদুগুম্বা মতম অদুদা অহিংচুপ্পা ডাক্তর মরি চঙনা মাবু লায়কন্নরম্মী। ডাক্তর পূম্নমক খূৎ থারম্মী মখোয় উপায় লৈত্রদুনা ঈশ্বরদা হায়জবা নত্তনা উপায় লৈররোই হায়রম্মী। মতাং অসিদা চৱান মশামক্না হায়জৈ মদুদি “ভগবান্না ঐগী ইনাক্তা লেঙবীরক্লে অদুগা ঐবু অনৌবা পুন্সি অমা পীবিরম্মী।”

মতৌ অসুম্না ভগবান বাবানা মহাক অমদি মহাক্কী নুপীবু অনৌবা পুন্সি অমা পীবিখি। অদুগা ভগবান বাবা মশামক্না মখোয় অনীবু

করম্না কনবীখিবগে হায়বদু ৱারী লীবীরম্মী। মখোয়না হায়জৈ-মখোয়দা থোকখ্রিবশিং অদু অশেংবা থৌদোক ঙাক্তনি।

মানা মাগী মমিৎ অনীমক কেটেরেক ওপরেশন পুত্তপার্তিগী বাবাগী হোস্পিটালদা তৌজগে হায়না বাবাদা হায়জরম্মী। ডাক্তরশিং অদুনসু য়াম্না ফজনা কেটেরেকশিং অদু লৌথোকপীরম্মী। ভগবানগী থোইদোক হেন্দোকপা থৌজালনা মাগী মমিৎ অনীমক ফজনা উজরম্মী।

মানা মহারাষ্ট্রগী চিফ মিনিষ্টর ওইরিবৈঙদসু মাগী কেবিনেট পূম্নমক পূং অমদগী হেন্না দর্শন পীবিরম্মী। অদুগা মাগী ওফিসিয়েল রেসিডেন্সতসু লেঙবীরক্তুনা মাগী ইমুংগী মী পূম্নমকপু আশিৰ্বাদ পীবিরম্মী। মহাক্কী মচানুপাগী লুহোংবদা স্বামীনা অনধেরীগী ধৰ্ম্মক্ষেত্র দা পাঙথোক্লম্মী। মচানুপাগী সনা খুদোপ অমদি মমৌপীগী মঙ্গল সুত্র মালংদগী পুথোকপীরম্মী। অসিগুম্বা য়াম্না থোইদোক হেন্দোকপা থবক থৌরম অসি মাগী মরুপ মপাং অমদি মাগী শাগৈ নাতৈনা শাক্কিনি।

## ইদুকেসন ইন হ্যমেন ভেল্যুঃ

এসঃ বিঃ চৱান্না ভারতকী ইউনিয়ন এডুকেসন মিনিষ্টর ওইরিবৈঙদা অফাওবা ইদুকেসনিষ্ট কয়া অমদি বার্ত্তন তৌদুনা কৌজবা শ্রীসত্য সাঈ ইন্সটিট্যুস ওফ হায়র লারনিংনা লমজিংদুনা সিমলাদা সেমিনার অমা পাঙথোকখি। নুমিৎ হুম্নি চুপ্পা চত্থবা সেমিনার অদুগী লোইশিল্লকপদা, য়েৎনবা নৈতনা ভেল্যু বেজ এডুকেসনেল কোর্সশিং অসি স্কুলশিংদা য়াওহনবদা য়ানরম্মী। হায়রিবা নেসনেল কাউন্সিল ফোর এডুকেসন রিসর্স এণ্ড ট্রেনিং (NCERT) দা তেক্সবুক শেমদোক্লবা অখন্ননা হায়রম্মী।

মানা হিউমেন রিসোর্স ডিভলপমেন্টগী চিয়ারমেন ওইবা মতমদা কমিটি অদুগী মেম্বর পূম্নমক পুত্তপার্তিদা চৎলম্মী অদুগা বাবানা মাগী থৌজাল অমদি আশিবর্বাদ পীবিবগা লোয়ননা মখোয়বু লমজিং লমতাকপীরম্মী। ভেল্যু বেজ এডুকেসনগী রিপোর্ট অদু রাজ্য সভাগী টেবলদা পুথোক্কুনা খন্নরম্মী অদুগা মসিগী কোপী অমা শ্রী সত্য সাঈ ইনস্তিতুত্যত ওফ হায়র লার্নিংগী ভি: সি: দা থাখিদুনা মদুগী মত পীবিরক্লবা হায়জখি। ❑

# অনাবা পুন্নমকপু লায়েংবীরিবা সাঈ

## (ডা: এন: বি: এলরজা)

শোক ১৯৭৬ তা ডাক্তর এন. বি: অলের্জা না শ্রী সত্য সাই হোস্পিটালদা জোইন তৌই। মানা হোস্পিটাল অদুদা শিজিন্ননবা হিদাক্কী মমিং খর ইদুনা ভগবান বাবাদা খুৎশিন্নজৈ। ময়ামশিং অদুদগী এন্তি তিতানস সেরা হায়বদি তিতানস মহিক হাৎনবা হিদাকসু য়াওরম্মী। বাবানা হায়রম্মী নঙগী হিদাক্কী মমিংদা ATS অসি করিগীদক য়াওরক্লিবনো? ডাক্তর অদুনা হায় মসিদি অশোক অপন থোক্লবদি অশোকপা অদু লায়েংনবগীদমক মসি চৎনবী লাইয়েং ওইনা হাপ্লী। বাবানা হায় "মফম অসিদা তিতানস মহিক লৈতে। অদুনা মসি নঙনা কাপ্পগী দরকার লৈতে। অদুবু অনাবা মশা অদুনা লৈরকপা মতমদা তিতানসগী লাইওং অমফাওবা থেংনরক্তে।

**বাবানা অনাবা ফহনবীখিবশিংঃ**

নোংমদি ওইল মিল অমগী মপু এডভোকেট "কে" বাবাগী আশ্রমদা লাক্লম্মী। মহাক মাগী মরৈদা কেন্সরনা নারম্মী। ডাক্তরনা মহাক্কী মরৈ অদু ওপরেশন তৌসি অদুগা রেদিএসন অমদি কেমোথেরাপী তৌরসি হায়রম্মী। মহাক্না স্বামীগী মনাক্তা তৌগদৌরিবা

ওপরেশন অদুগীদমক্তা অয়াবা লৌবা লাকচরম্মী। স্বামীনা মহাকপু ইন্টরভিয়ু কাদা কৌশিনবীরম্মী অদুগা বিভুতি খুজোক অমা মেতরিএলাইজ তৌবীরম্মী। মদু লোয়নমক চাশিল্লু হায়রম্মী। বিভুতি অদু মচু মুরম্মী অদুগা য়াম্লসু খারম্মী। মদু খামনবনা লোয়নমক চাশিনবা ঙম্লমদে অদুবু বাবানা মাবু থেমদুনা লোয়নমক পীজরম্মী। ইন্টরর্ভিয়ু অদু লোইরগা মিষ্টর "কে" না ডাক্তর অলর্জাবু কানতিন্দা কোফি থক্লুসি হায়না পুরম্মী। কানতিন অদুদা সেবাদল অদুনা কোফি কপ অমগা বোরা প্লেট অমা মাগী চাননবা পুথোরক্লম্মী। মহাক বোরা অদু উবদা চানিংবনা থিংবা ঙম্লমদে অদুনা মহাক্লা বোরা অদু লোয়নমক চাথোক্লম্মী। মানা হায় কেন্সর নারকপদগী ঙসি ফাওবা মানা বোরা চাবা য়ারক্ত্রিবনি। মানা মাগী খুদোম্বী অদু ময়াদা থিংজিন্দুনা কদায়দা নারিবগে হায়না য়েংলম্মী অদুবু অঙকপনি মাগী কেন্সরনা নাবা মফম অদু লৈরমদ্রে। মহাক মমিত্তা পিরাং পীরোইনরগা ওঃ খোঙনা কপচরম্মী।

মথংগী নুমিত্তা স্বামীনা মহাকপু ইন্টরভিয়ুদা অমুক হন্না কৌশিনবীরম্মী। মহাক্কী কেন্সর অদু ফহনবীবগীদমক মহাক্লা সনাতন সারথিবু সিন্ধি লোন্দা অর্থ হন্দোক্তুনা ফোঙবগী অয়াবা অদু পীবিয়ু হায়জরম্মী। মদুদা স্বামীনা হায়বীরক্লম্মী "মরম অসিগীদমক্তনিনে ঐনা নঙবু পুত্তপার্তিদা কৌরিবসি"। মতম অদুদগী হৌনা "কে" না সনাতন সারথিবু সিন্ধি লোন্দা হন্দোক্তুনা ফোঙবা হৌজখি।

অতোপ্পা অমনা চহি ৪৫ শুরবা নরায়ন অপ্পা ঈ ওদুনা হোস্পিটালদা পুরক্লম্মী। মঙোন্দা সেলাইন ব্লাতর ইঞ্জেকসন পীরম্মী অদুবু ঈ ওবা অদুদি লেপ্লমদে। মহাক ঈ য়াম্না ওবনা মরম ওইদুনা ঈ কাপ্তবা য়ারমদে মতম অদুদদি বাবাগী হোস্পিটালদদি ঈ কাপ্পগী খুদোংচাবা লৈরমদে। অদুনা আনন্তপুর নত্রগা বেঙ্গলোরদা চৎপা

তারম্মী। বাবানা মসি তাবদগী ডাক্তর অদুবু কৌরক্লম্মী অদুগা হায়রম্মী "নঙনা অনাবা অসিবু মফম অদুদা থাবা তারবদি লম্বীদা মহাক শোয়দনা শিগনি"। অদুদগী ডাক্তর অদুনা হঙজরম্মী অদুদি স্বামী করম তৌগনি? স্বামীনা রাধাকৃষ্ণ কৌরম্মী অদুগা হায়রম্মী "চম্প্রা তরুকখক মহি শুম্লগা মহি অদু থর্মোফ্লাস্ক অমদা হাপচিল্লু।" রাধাকৃষ্ণনা মহি অদু পুরক্লম্মী। স্বামীনা মহি অদু গ্লাস অমদা খর হৈদোক্লম্মী অদুগা চমচ অমনা খজিক খজিক্তং অনাবা অদুদা য়োৎননবা হায়রম্মী। স্বামীনা ডাক্তর অদুদা হায়রম্মী "অনাবা অদুদা মিনিট তরা খুদিংগী চমচ অমমম পীথকউ অদুগা সেলাইন অদু কাপ্পা হৌরে।" অদুগী মতুংদগীদি অনাবা অদু ওবা লেপখ্রে। মদুনা অনাবা অদু অমুক হন্না হৌরকখিদ্রে।

অতোপ্পা অমনা সিতালক্ষ্মি কৌবী ডাইবেতিক অমসুং হার্ট নাবা অনাবী অমা লৈরম্মী। মহাক ইষ্ট প্রশান্তি দা লৈরম্মী। নোংমা ডাক্তর অদুনা হোস্পিটালদগী হল্লকপদা মাবু উরম্মী। মহাক পুমফ ফরে হায়না মানা খল্লম্মী। মানা নুমিদাংবাইরমগী ভজনগীদমক ভেরন্দাহদা ফমথরম্মী। ভজন শকপা মিনিট ১৫ গী মতুংদা স্বামীনা মানা ফস্লিবা মফম অদুদা লাক্লম্মী অদুগা হায়রম্মী "সিতালক্ষ্মী অদু কন্না নারে হায়দুনা হৌজিক্তা ঐঙোন্দা তেলেগ্রাম অমা য়ৌরকই নহাক য়াম্না থুনা মহাকপু য়েংলুচো"।

য়াম্না ঙক্লা ডাক্তর অদুনা হৌগৎলম্মী অদুগা অনাবা অদু য়েংবা চৎলম্মী। অনাবা অদু জ্ঞান তারমদে, মাগী মীহুল অদু য়াম্না থুনা চোংলম্মী অদুগা ব্লড প্রেশর অদুনা য়াম্না নেম্লম্মী। অনাবা অদুবু ইন্সুলিন কাপখিবগী ভাইল অমসুং সিরিঞ্জ তেবল অদুদা তাদুনা লৈরম্মী। ডাক্তর অদুনা মঙোন্দা গ্লুকোজ কাপ্লম্মী অদুগা মহাক ফগৎলক্লম্মী। অনাবী নুপী অদু মাগী নুপা অদুনা থবক্তগী হল্লক্ত্রিফাওবা চাক চারমদে অদুদগী ডাক্তর অদুনা মচানুপা অদুদা মখোয় স্বামীদা তেলেগ্রাম থারকপ্রা হায়না হঙলম্মী। মাগী মচানুপা অদুনা হায়রম্মী তেলেগ্রামদি থাখিদে অদুবু

মানা স্বামীগী ফোটো মমাংদা লেপ্তুনা মাগী মমাবু কনবীয়ু হায়না বাবাদদি নিজখি। হায়রিবা প্রেয়ার (ঈশ্বরদা নিজবা হায়জবা) অসিনা স্বামীনা ভজন শক্তিঙৈ মনুংদা য়ৌরকপনি। অদুদগী স্বামীনা শব্দোক্লা তাকপীরম্মী মদুদি কনাগুম্বা অমনা বাবাগী ফোটো মমাংদা নত্রগা অবতার অমগী ফোটো মমাংদা মাগী অশেংবা থম্মোয়না পার্থনা তৌজরবদি মদু মঙোন্দা য়ৌই অদুনা নখোয়না পুত্তপার্তিদা ঐগী ইনাক্তা লাকপগী দরকার লৈতে হায়রম্মী।

অতোপ্পা থৌদোক অমনা বাবাগী হোষ্টেলদা লৈবা প্রভু কৌবা ছাত্র অমা লায়হৌ কন্না তৌরম্মী অদুগা মাগী মখোঙ অমদি খোঙপাক অদু পোমখৎলম্মী। মঙোন্দা অকনবা এন্তিবাইওতিক অমসুং সেলাইন কাপ্পবা ফাওবদা, অনাবা অদু হস্থহনবগী মহুক্তা হেন্না পোমখৎলক্লম্মী। ডাক্তর অদুনা স্বামীগী মনাক্তা চৎলম্মী অমসুং অনাবা অদুগী মরমদা ব্রারী শারম্মী। স্বামীনা মহাক হোষ্টেলদা লাক্কনি ডাক্তর অদুদা চৎলম্মো হায়না তাকপীরকখি। স্বামীনা ছাত্র অদুগী মনাক্তা লাক্লম্মী অদুগা বিভুতি খর পুথোকপীরম্মী অদুগা খর অমা ছাত্র অদুদা চাননবা পীরমই অদুগা খর অমনা মখোঙদা তৈবীরম্মী। অদুদগী স্বামীগী খুদোম্বী অদুনা অঙাং অদুগী ফৈগনগী ময়ায় থঙবা শরুক অদুব্রাইদা ইকোয় কোয়না লৈই অমা চিংলম্মী অদুগা হায়রম্মী অনাবা অসি লৈই অসিদগী হেন্না হেনগৎলরোই অদুনা লাইয়েংবা মখা চথরো। অদুদগী মহাক চৎখিরমই। অপোম্বা অদু লক্ষ্মন রেখা অদুদা মাঙখিরম্মী অমসুং অনাবা অদু নুমিৎ হুমনিদা ফগৎলক্লম্মী। সির্থি বাবানসু অসুম হায়না তৌদুনা ভক্ত অমবু লিননা মখোঙদা চিকপদগী কনবীখি।

**<u>বাবানা ফ্লু লাইচৎ ফহনবীখিবাঃ</u>**

প্রশান্তি নিলয়মদা লৈবা সেকেণ্ডরী হায় স্কুলদা তম্লিবা ছাত্রশিং লোক লায়হৌনা পাক্তক্লনা নারম্মী। নুমিদাংব্রাইরমদা ভজন লোয়রগা

মফম অদুদা চৎলু হায়দুনা স্বামীনা ডাক্তর অদুদা হায়রম্মী। ডাক্তর অদু ছাত্রশিংগী লৈফম অদুদা চৎলম্মী মদুদা ছাত্র ১৫০-২০০ ফাওবা অকনবা লায়হৌ তৌবগা লোয়ননা লোকসু খুরম্মী অদুগা ওসু ওরম্মী। অনাবগী কা অদু অঙাং ৩০ খক্না পীক থল্লম্মী। তশেংনমক মফম অদুদা পাক্কন্না শন্দোক্লিবা লায়না অদু থিংবা ঙম্লমদে। মানা স্কুলদগী হল্লকপদা পূং ৮ তারম্মী অদুনা চুমদ্রিংনা মাগী কাদা চঙখিরম্মী মরমদি স্বামীগী থোঙ অদু লোল্লম্লগনি খনবদগীনি পূং ৮.৩০ তাবা মতমদা সেবাদল অমা মাগী কাদা থারক্তুনা স্বামীনা মাবু কৌরম্মী। খুদক অদুমক্তদা য়াম্না থুনা মানা স্বামীগী কাদা চৎলম্মী। স্বামিনা হায়বীরক্লম্মী "ঐনা নঙবু ঙসাইদগী ঙাইরিবনি নঙনা করিগীদমক ঐগী ইনাক্তা চুমদ্রিংনা লাক্লিবনো?" ডাক্তর অদুনা হায়জরম্মী "ঐনা হল্লকপদা পূং ৮ তারে অদুনা স্বামীগী কা অদু খোঙ লোল্লম্লগদ্রা খন্দুনা ঐনা চঙজরমদবনি।"

ডাক্তর অদুনা স্বামীদা হায়জরম্মী "অঙাং ২০০ রোম লোক লাইহৌনা নারে অদুনা মফম অদুদা থোক্লিবা লাইচৎ অদু থিংবা ঙমদ্রে। নোং হেক ঙানবগা স্বামীনা স্কুল অমদি হোষ্টেল অদুদা চৎলম্মী। মানা কোরিদোর অমসুং ক্লাসরুম ফাওদুনা স্কুল অদুগী তেরেশতা চৎলম্মী।

স্বামীনা ঈশিং বালটিন অচৌবা অমা পুরকউ হায়রম্মী অদুগা বিভুতি য়াম্না পুথোকপীরম্মী অদুগা মদু ঈশিং অদুদা হাপচিন্দুনা ওৎখায়রম্মী। মদু চামচ খব খর ছাত্রশিং অমদি ওজাশিং অদুদা পীথকউ হায়দুনা ওজা অমদা শিন্নরম্মী। লাইচৎ অদু নুমিৎ মরিনিদা লেপখিরম্মী। মতৌ অসুম্না বাবাগী মমাংগী মপোক সির্ধি বাবা ওইরিঙৈদসু কোলেরাগী লাইচৎ থোকখিবদসু বাবানা মদু থিংবিখি অসিগুম্বা অঙকপা কয়া অসি জগৎকী অবতার ওইবিরিবা সাঈ বাবানা মপান নাইদনা থোকহনবীরি। ❑

## References:

1. Baba is God in human form
—by Prem Luthra

2. God lives in India —by R.K. Karanjia

3. Sathya Sai the Savior —by Bhagwan Sri Sathya Sai Baba on his 75th Birthday : 23rd November 2000.

4. Sathya Sai the eternal charioter —by Bhagwan Sri Sathya Sai Baba on his 65th Birthday : 23rd November 1990.

5. Sai Baba Man of Miracles — Howard Murphet

6. Sanathana Sarathi (English) — November 2000

7. Sanathana Sarathi (English) — November 2001

8. Sanathana Sarathi (English) — March 2002

---

# শ্রীসত্য সাই বাবা কনানো?

শ্রীসত্য সাই বাবাবু পৃথিবী শীনবা থুংনা ধর্ম্মগী, জাৎ-পাৎ, কুচুগী-লমগী খেন্নবা লৈতনা মীওই করোর কয়ানা মখোয় মখোয়না থাজজরিবা ঈশ্বরগী শক্তমদা নীঙনরি, লাৎনরি। যুগ মরি অসিদা থোকখি-ওইখিবা ঈশ্বরগী ওইবা শক্তি, থৌদোক কয়া চাং হেন্না পাঙথোকপিদুনা মহাক কনানো হায়বা মালেমসিদা শক তাকপিরি। হৌখিবা চহি ৮৪ অসিদা অঙক অঙকপা থৌদোক কয়া পাঙথোকপিখ্রে। লেমহৌরি চহি ১২ অসিদসু (৯৬ হিংগনি) শ্রীকৃষ্ণনা পাঙথোকখিবা অদুদগী শরুক চাম্মা হেনবা থবক পাঙথোকখিগনি তাকপি। ঙসিগী জগৎ অসিদা খ্বাইদগী থোইরবা মী ওইশিং, প্রসিদেন্ট, প্রাইম মিনিষ্টর, মুনি ঋষি, লাইরিক লাইশু হৈবা, ডাক্তরশিং, সাইন্সটিষ্ট, জেনেরেল, এয়ারমার্সেল, জজ, উকিল কয়ানা য়োমদুনা লৈরিবা চহী অমদা য়ামদ্রবদা মী করোর অমদগী হেনবা মীওইনা মহাক্কী দর্শন তৌননবা পৃথিবীগী মীওইশিংনা লাক্লরিবা মহাক অসি কনানো? শ্রীসত্য সাই বাবানা চাওরবা নীংথিজরবা হোস্পিটাল অনী শাবিদুনা চহি চুপ্পা লেপ্তনা নিতি-নুমিৎ খুদিংগী লুপা লাক্ষ ৩০ গী মথক্তা দান তৌদুনা লেম্না লাইয়েংলি। অ-আ দগী হেক তম্বা য়াবা মখে ফ্রিদা তম্বা য়াবা য়ুনিবর্সিটি অমসু লিংখৎপিরে। ভারত সরকারনা ঙম্মরোই হায়বা রাতর প্রোজেক কয়া লুপা কোটি চামরি মথক্তা পুথোকপীদুনা খুঙ্গং ১০০০ দা থকুবা ঈশিং পীনবিরি। লুপা করোর চা কয়া চঙনা চেন্নাই সহরগী থকুবা ঈশিংপীনবা থবক পায়খৎলি। শকুইরবা ডাক্তরশিংনা শিরে তাকপিরবা পুং কয়া, নুমিৎ কয়ানি হৌখ্রবা মতুংদা থৱায় অমুক হাপপিদুনা, হিংহনবীদুনা মহাক্কী সেবা তৌদুনা লৈহনবীরিবা, থৱায়গী মপু ওইরিবা মহাক অসি কনানো?



© শ্রীসত্য সাই বুক্স এণ্ড পব্লিকেসন ট্রষ্ট, মণিপুর -৭৯৫ ০০১